# ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অমসুং পাউতাক

( স্বামী শিবানন্দ )

হন্দোকচবা :
শ্রীশ্যামকিশোর সিংহ

মমল লুপা ৪৫/-

# ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলা

( স্বামী শিবানন্দ )

হন্দোকপবা :—

শ্রীতেকচম শ্যামকিশর সিংহ

কৈবুং, ওইনাম লৈকাই।

ক পুস্তক অইবগী।

ফোঙবা :—

শ্রীঅসেম পোয়াই সিংহ

শিংজমৈ মখা, মাঙরেম লৈকাই

কোপী — ৫০০

শোক ১৯৮৫

শরুমা লাইব্রিক মচা অমত্তা লৈহনবসি য়াম্না দরকারনি খন্দুনা স্বামী শিবানন্দমা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু গীতা ভাগবতকী খোঙদা ইখিবা লাইব্রিক মচা অসি মীতৈলোন্দা অনুবাদ তৌরকপসি বৈষ্ণব সমাজগী মহা হিতৈষী অমনি হায়না লৌবা য়াই। বৈষ্ণব সমাজগী মনুংদা গীতা ভাগবতপু পাঠ তৌনরিবা, মনুংগী অর্থবু খঙনিংদবা মী কয়া অমত্ত য়াওরোই। অদুদা লোলনা সংস্কৃত ভাষা, হিন্দি, বাঙ্গালানচিংদদা লৈবসিনা খঙবদা মধারমদা থর বাবা খুদোং চাদবা ওইনা খোকই। অসিগুম্বা খুদোং চাদবসিবু কোক-নবগীদমক্তা মীতৈলোন্দা অনুবাদ তৌরকপসিদা অনুবাদক অমবু ঐখোয়না থাগৎপিফম খোকই। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগা সম্বন্ধ লৈবা লাইব্রিকশিং অতৈসু অনুবাদক অসিনা মীতৈলোন্দা হন্দোকপা ঙম্নসু হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীকালাচান্দ সিংহ, শাস্ত্রী (পদ্মশ্রী)

# ফোংদোকচনীংবা বাহৈ খরদং

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলা হায়বা লাইরিক মচা অসি শুকদেব স্বামী শিবানন্দনা ইংরাজী লোন্দা ইবিবা Lord Krishna His Lilas and teachings হায়বা লাইরিক অহৃদগী মৈতৈ-লোন্দা অর্থ হন্দোকচবনি। লীলাগী শরুক্তমক ফোঙদোকচরে। Teachings গী শরুক মখোদি খুদোং খরা চাদবদগী ফোঙদোকপা ঙমজদ্রে। ভগ্না মখোং থুনা পুথোক্লবা হোৎনজরি।

স্বামীগী লাইরিক অদিদু মৈতৈলোন্দা অর্থ হন্দোক্লুবগী মরমদি ঐ য়াম্না হৈ-শিংহনা তৌজক্লবদি নত্তে। ধর্ম করিনো? ঈশ্বর হায়বসি করিনো হায়বা শুপথত খঙলক্লুবা ঐগী পুন্সিদা স্বামীগী লাইরিক মখল খরা পাজক্লুবদগী পুক্কীদা থুংডাইজবগী ইচন ঋমা ফাওরক্লুনা অর্থ অসি হন্দোকচক্লবনি। ধর্মগী লাইরিকশিংগী মরক্তা ঐনা ইহান হাল্লা থেংনজক্লবদি খৃষ্টানগী Bible লাইরিকনি চৌংমা ইপা-ইপল, ইচিন-ইনাও অমদি ইচন-ইচেশিংগা চপ্‌ৎ ১৫/১৬ লোয়নজক্লবদগী Bible নৈনবদা, Church কাদুনা খন্না নৈনবদা য়াম্না পুক্নীং চঙজক্লরবনি। খৃষ্টান ধর্মগী Church member ফাওবা ওইরসিরা খঙজক্লরবনি। অহৃদু কাঙলুপ জাত নাইবা মাওইবানিনা তুংদা ঐগী লম্বীদা অপনবা ওইরকত্রা খঙজকবনা পুক্নীংদা অাৎংবা অমা পীখি।

মমৈথংদা স্বামীজীগী লাইরিক মসং মথং প জক্কবদা মীওইবগী চংনরোলদগী পুমক্তে প তোপখিবনা অমুক্তা হেন্নহুম ওাওত্রে মহুদি- "Serve, Love, Give, Purify, Meditate and Realise " সেবা তৌ, ন্নুংশিন্নু, দান তৌ, নপুক্কীং শেংদোকউ, নপুক্কীংবু খারক্কুনা ধ্যান তৌ অদুগা ঐ মশক খঙউ ) হায়রিবা তক্কক অসিনা অচেৎপা যূক্ষম ওইহনা কথোক্লবতদা পোকপগী মহৈ য়ান্দুনা প্রেমানন্দগী স্বরূপ ফংজগনি। নহুবদি ইন্দ্রিগী অপাম্বা চাকথাক ছনবদনদি ভগবান্দগী লাপথোকখি। ইন্দ্রিগী মথা পোন্দনা, পুক্কীংবু সংসারগী অপোবা অওবা পোংকৌ ময়াইনা লাকহল্লবা ম্বা অদু সাধু সঙ্গনা মাগী অপাম্বা ওইহনা, মপুক্কীংদা সত্ত্ব গুণনা প্রধান ওইবনা মহাক অদু ভগবান্দগী লাপথোক্লবনি হায়বন চংবা কয়া থেংনজক্কবদগী Commercial type ওইবা মীওইবগী চংনরোল অসিগস্থু ইচাংচানদ্রবদা ইগা খঙজদ্রবা ঐরোন্দদি ম্বাম্না ককওাওনখি। মমৈথংদা স্বামীজীগী পাউত্তাকশিং অসিনা লৈখা তারবা মীওইবা ঐখোয়বু থূং পায়হনা অথাংবদা চিং-থংপিরে হায়বা খঙজরকখি।

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ, জীবগী লমজীং লাইরিকনি। অউবা অপোবা বারীনা পাম্বনহনা জীববু অধ্যাত্মিকা অকুপ্পা তত্ত্বদা লেপচবা ওম্নবা পাউতাকা গ্রন্থনি। উপাধিগা মশক ওইবা শাগৈ-নাতৈ, য়েক-শলাই, ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র অমস্থং ঐনি হায়না থাপল তৌজরিবা হকচাং দেহ অসি ফাওবা মপাম্বোংগী

ওইবা ধারানি. ওহাং ওনশিন য়াবরি– মাংখি তাকখিগদবা তাক্কনি। মেহগী মপু মেহৌশা পরমাত্মাবু সেবা কৎতুনা মতম চপ্পদা যুগল সেবা কংবা অহুতবু লেপ্পবা জীবগী মথৌরি থাকপিরি। ব্রজ গোপী শংনা শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবা বর্ণগী রাংমদনি। অহা মিলননি যুগল মূর্ত্তি দর্শন কংবনি। অহুবু মরক্তা নাপল থেংনুবদগীনি শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংদগী লাপথোকখ্রিবা। নাপল মাংলকপা ঐ হায়বা অহঙ্কার মাংনা, গোপীশিংনা হোৌনা, লাউনা, তৌং শোকা চংশে শকচয়ক্রবদা কৃষ্ণনা গোপী-শিংগী মফমদা বিরাজ ওইরকখিবা। ইবুংঙো মাবু কংজনবা পাথবদি মথল য়ামই। ঐগী নংগী পাথপ মায়দে হায়তুনা থেংনবদি অনিমক্তা অমাংবা ওই তৌবদাদ পাথপশিং অহু দায়িত্ব লেরবা scripture ( ধর্ম্মগী লাইরিক )গী অমাদ গুরু প্রণালী খোংগুন লৌনা চৎপনা পাথপ ওইগদবনি।

মানব ধর্ম্মগী লোনচৎ থরদং উবা কংজবা. ধর্ম্মগী রাখল-লোমদা চংশিনবা ডম্রকপা অসি গুরু স্বামীজীগী কৃপাদগীনি। ওইজ-ওইথক্তা ওইবা মীওইবগী চৎনরোল অসি শ্রীমদ্ভাগবতকী অশেংবা লম্বী নত্তে। শ্রীমদ্ভাগবতকী তত্ত্ব 'বচার থিববু অশেংবা পরমেশ্বরগী মফমদা চিংশিনবী হায়না থাহনবা স্বামীজীগী লাইরিকপু হৈরম হৈফাগুনা ইরোল্পা অর্থ হন্থোকচরুবসিগী অরান-অহুই পুস্তক তাকপীগনি নীংজে।

লাইরিক অসি নবদা সরকারগী ওইবা তেংবাং থরা পীখি-বগীদমক্তা চাউরবা লম্বন অমা তোনশিনববনি। লাইরিক অসিগী

মরীদা "বা অমা অনিদং" ইবিবা ওবা পণ্ডিত কালাচান্দ সিংহ শাস্ত্রীবু থমোয় শেংনা থাগৎচরি। মথংদা D. L. S. গী Secy. তাইবুংতো নোদিয়াচান্দ সিংহনা সংস্কৃতকী বানায়চিংবা য়েং-শিনবিখিবা অদুগা Gita Press গী Staff কয়া হোৎনবিবদগী লাইরিক অসি পুথোকচবা ঙমখিবনি।

অমনা স্বামীজীগী চহি ১০০ শুবগী সেন্টেনারী সেলেব্রেসন, শাকদবা ১৯৮৭ ইংদা পাওথোকদোরিবা অসিগা মরী লৈননা পাওত্রবনা থবক থোক্নবা থবকসি পাওদ-পাৎননা গুরুদেববু থুরুমজহনা ওয়বা হোৎনজখিবনি।

শ্রীহেকচম শ্যামকিশোর সিংহ
কৈথুং ওইনাম লৈকাই।



নুংশিরবা জীবাত্মা,

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ কলা ১৬ মা ঙিল্লবা পূর্ণাবতারনি। মহাকী ৱাহৈ খুদিংমক, পাউতাক খুদিংমক অদুগা মাগী কর্ম্ম খুদিংমক মীওইবদা য়াম্না কান্নবা পীবা অচেৎপা অমসুং ফজবা পাউ-তাকশিংতনা পীক অনি।

মহাক্না উদ্ধবতা পীবা পাউতাক্ নৈনৌ। শ্রীমদ্ভাগবতকী অমৃতবু থকউ। মহাকী মহিমাবু শকচৌ। মহাকী মহামন্ত্রবু হন্না হন্না লোল্লু। ওম্ নমো ভগবতে বাসুদেবায়। মহাকী নকথদা পুক্নীং অনি লোইদনা আশ্রয় তৌবো। মত খুনমক নহোম্বা তিন্‌বা কংলপনি।

শিবানন্দ

তাং ১০।৪।১৯৪০ ইং

ওঁ

# একশ্লোকী ভাগবতম্

## (শ্লোক অমথকী ভাগবত)

আদৌ দেবকীদেবিগর্ভজননং গোপীগৃহে বর্দ্ধনং
মায়াপূতনাজীবিতাপহরনং গোবর্দ্ধনোদ্ধারনম্
কংসচ্ছেদনকৌরবাদিহননং কুন্তীসুতপালনং
এতদ্ভাগবতং পুরাণকথিতং শ্রীকৃষ্ণলীলামৃতম্ ।

মমাংদৈদা, দেবকীগী গর্ভদগী পোকখিবা, গোপী (যশোদা)গী য়ুমদা য়োকখিবা ভগবান্না, মায়াগী মশক ওইরবী ফত্রবী পূতনাবু হাংখিরম্মী, অমুগা গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গৎলম্মী, কংস অমসুং কুরু মাচৈগী মচাশিংবু হাংখিরম্মী অমসুং কুন্তীগী মচাশিংবু কনবিরম্মী। অসুম্না অমৃতগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু ভাগবত পুরাণনা শক্লি।

ওঁ

# চতুঃশ্লোকী ভাগবতম্

জ্ঞানং পরমগুহ্যং মে যদ্বিজ্ঞানসমন্বিতম্ ।
সরহস্যং তদঙ্গং চ গৃহাণ গদিতং ময়া ॥

(ক) মক ওইবা তত্ত্ব অমসুং মসিগী মচাকা লোয়নবা খ্বাইদগী থুপ্পবা জ্ঞান অসিবু ঐহৌন্দগী তাবো।

যাবানহং যথাভাবো যদ্রূপগুণকর্মকঃ ।
তথৈব তত্ত্ববিজ্ঞানমস্তু তে মদনুগ্রহাৎ ॥

(খ) ঐগী খোঙ্গাম্নী, ঐ ইশাবক্তা জ্ঞান অদুগা ঐহোঙ্গা লৈতেংলিবা ঐগী রূপ, গুণ অমসুং কর্ম্মবু নঙনা খঙজবা ওইয়ু।

অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যদ্ যৎসদসৎপরম্ ।
পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোঽবশিষ্যেত সোঽস্ম্যহম্ ॥

(১) সৃষ্টিগী মমাংদদু ঐনমক লৈরম্মী। মতম অদুদা সৎ মরূপ অসৎসু লৈরমদে (লৈবা হায়বা অদুদু মরূপ লৈতবা হায়বা অদুসু লৈরমদে)। সংহারগী মতুংদা লৈহৌরিবা অদুদু ঐনি।

ঋতেঽর্থং যৎ প্রতীয়েত ন প্রতীয়েত চাত্মনি ।
তদ্বিদ্যাদাত্মনো মায়াং যথাভাসো যথা তমঃ ॥

(২) আত্মাগী মথুংদা কংলবোইদবা অদুগা অমম্ অঠানগী মতৌরম্না অবিদ্যা ওইবা কারণ অমত্তা লৈতবা অদু মায়ানি হায়বা খঙউ।

যথা মহান্তি ভূতানি ভূতেষুচ্চাবচেষ্বনু।
প্রবিষ্টান্যপ্রবিষ্টানি তথা তেষু ন তেষ্বহম্।

(৩) কোনশেং-পোৎচাকশিংনা, মতম অমতদা, অমগা অমগা হিন্নহুনা লৈবগুম্না নক্রগা থান্নদোক্লহুনম্ন লৈবগুম্না ঐনা বিশ্ব-জগৎ অসিগী মনুংদা শিনথুংনা লৈ অমসুং মহুদগীসু তোঙানা লৈ।

এতাবদেব জিজ্ঞাস্যং তত্ত্বজিজ্ঞাসুনাত্মনঃ।
অন্বয়ব্যতিরেকাভ্যাং যৎ স্যাৎসর্ব্বত্র সর্বদা। ( সর্ব্বদা )

(৪) সাধকশিংনা, অণ্বয়-ব্যতিরেকুনা ( চুপ্না লৈনরবা বাকনা ) মতম্ পুম্নমক্তা অমসুং মফম থুদিংমক্তা লৈরিবা অদুবু থঙগদবনি।

এতন্মতং সমাতিষ্ঠ পরমেণ সমাধিনা।
ভবানকল্পবিকল্পেষু ন বিমুহ্যতি কর্হিচিৎ।

মাযা সংসারগী বিষয়াশিং অসিনা নপুক্লোং থাথল 'পুম্বা হমহুনা শেরামনা পুথিদনবা লাইনীং পবৈ চেংনা সমাধি তৌহুনা, সত্য মশক থঙু।

## ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজবা

( গোপালতাপনি উপনিষদ্‌তগী লোৱা )

নমো বিশ্বস্বরূপায় বিশ্বস্থিত্যন্তহেতবে।
বিশ্বেশ্বরায় বিশ্বায় গোবিন্দায় নমো নমঃ।২।

(১) হে গোবিন্দ, বিশ্ব-জগৎকী স্বরূপ ওইবিরিবা মসিগী পালন (ঙাকপা) অমসুং সংহার (মাঙহনবা) তৌবগী কারণশু ওইরিবা; মসিগী মপুশু ওইবিরিবা অদুগা বিশ্ব-জগৎ অসিবকপুশু ওইবিরিবা নঙগী মকথক্তা ভক্তি কচ্ছরি।

নমো বিজ্ঞানরূপায় পরমানন্দরূপিণে
কৃষ্ণায় গোপীনাথায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ॥২॥

(২) জ্ঞান অমসুং পরমানন্দগী রূপ ওইবিরিবা, গোপী-শিংগীদি মপুংগো হে গোবিন্দ ( কৃষ্ণ ) নঙগী মকথক্তা ভক্তি কচ্ছরি।

নমঃ কমলনেত্রায় নমঃ কমল মালিনে।
নমঃ কমলনাভায় কমলাপতয়ে নমঃ ॥৩॥

(৩) হে কৃষ্ণ মীৎকী অহাল মায়বা লক্ষ্মীগীদি মপুংগো অহাল পরেং থোনবা, থোইদোকপী অহাল পুথোকপিবিবা, নঙগী মকথক্তা ভক্তি কচ্ছরি।

বর্হাপীডাভিরামায় রামায়াকুণ্ঠমেধসে
রমামানসহংসায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ॥৪॥

(৪) হে গোবিন্দ (রাম), লক্ষ্মীগী পুক্নিংগী ঈপাক্তা কাংও ওইবিরিবা, মাংলোং মতুনা নৈতেংনবা মুহুপ উপ্পনা মীওইবগী থমোইদু পেশহনবিবা, শোরবা মাইক্রব বুঝিবা মতগী ওইবা, নঙগী মকথক্তা ভক্তি কচ্ছরি।

কংসবংশবিনাশায় কেশিচাণূরঘাতিনে ।
বৃষভধ্বজবন্দ্যায় পার্থসারথয়ে নমঃ ॥ ৫ ॥

(৫) যন্দাম্বনা শাদোং ওইনবা ভগবান শিবনা পূজা তৌরিব', কংসগী ইমুং যম্নং পুম্নমকপু মাঙহনবিবা, কেশি অমসুং চাণূরবু মাঙহনবিবা, হে অর্জুনগী শাথোবা নঙগী মকথদা ভক্তি কচরি।

বেণুনাদবিনোদায় গোপালায়াহিমর্দিনে ।
কালিন্দীকূললোলায় লোল কুণ্ডল ধারিণে ।

(৬) হে কৃষ্ণ, যশবু শেমবিরিবা, কালি কোবা লিনগী মাপলবু মাঙহনবিবা, নঙগী বাঁশিগী সুরনা অতোবা মীশিংগী থম্মোই শুম্নাংপা, নাদা ফজরবা কুণ্ডল নাইমা লৈতেংবা অহুপা কালিন্দী (যমুনা)গী তোর্বান্দা হরাও-তম্নাম্না শান্নবা, নঙগী মকথদা ভক্তি কচ্চরি।

বল্ল বোবদনাম্ভোজমালিনে নৃত্তশালিনে ।
নম প্রনতপালায় শ্রীকৃষ্ণায় নমো নমঃ ॥৭॥

(৭) হে কৃষ্ণ, হে গোপীশিংগী চান্নখোইরবা, থম্মাল লৈমা-শিংনা কোয়না কয়না লেতেংবগুম (ব্রজ) গোপীকাশিংনা তপ্তনা কোয়না থোগাম্নবা, ইবুংঙো নহাক্কি অগৎপু শম্নাংনিঙাই জগোই শান্নিবনি, নঙোন্দা চঙজবকপশিংবু কনাবিবনি। শম্নাং নিঙাই ওইবিবা ইবুংঙো নঙোন্দা ভক্তি কচ্চরি

নমঃ পাপপ্রণাশায় গোবর্দ্ধনধরায় চ।
পূতনাজীবিতান্তায় তৃণাবর্ত্তাসুহারিণে ॥৮॥

(৮) হে কৃষ্ণ পাপপু মোকপিবা, গোবর্দ্ধন চীংবু পাজপা, কংসনা থাব্রবা পূতনা অসুরগী পুন্সি হিংচাবা তৃণাবর্ত্তবু হাৎলবিবা নহোক্না ভক্তি কচ্চরি।

নিষ্কলায় বিমোহায় শুদ্ধায়াশুদ্ধবৈরিণে।
অদ্বিতীয়ায় মহতে শ্রীকৃষ্ণায় নমো নমঃ ॥৯॥

(৯) হে কৃষ্ণ, পুকচেল মোংপশিংগী মেকুবা, পূর্ণ ওইবা (অংশ ওইদবা) মায়ানা পুন্দবা, মতম চুপ্পদা শুদ্ধ ওইবা, অনি ওইদ্রবা পরমেশ্বর নহাক্কী মফমদা ভক্তি কচ্চরি।

প্রসীদ পরমানন্দ প্রসীদ পরমেশ্বর।
আধিব্যাধিভুজঙ্গেন দষ্টং মামুদ্ধর প্রভো ॥১০॥

(১০) হে পরমেশ্বর, পরমানন্দ স্বরূপ, ইবুংঙো ননাই ঐদি সংসারগী আধি-ব্যাধি কৌবা লীনজাউনা ঙকনা চিক্লে, থৌজাল হৈরবা ইবুংঙোনা ননাইবু সংসার লৈপাক্কী লোৎপিয়ু, থৌজালবিয়ু।

আধি— নহাকমুক্কী মপোক্কী কর্ম্মগী লায়না
ব্যাধি— হকচাংগী মপোক অসিদা ফংবা লায়না।

শ্রীকৃষ্ণ রুক্মিণীকান্ত গোপীজনমনোহর।
সংসার সাগরে মগ্নং মামুদ্ধর জগদ্গুরো ॥১১॥

(১১) হে কৃষ্ণ, রুক্মিণীগী মপুংতো, হে জগৎ গুরু, গোপীশিংগী থম্মোয় তুম্বংপা। হে ভগবান, সংসারগী পোকপা অমম্বং শিংবগী ঈপাক অসিদগী ঐবু লৌথংপিয়ু।

কেশব ক্লেশহরণ নারায়ণ জনার্দন।
গোবিন্দ পরমানন্দ মাং সমুদ্ধর মাধব ॥১২॥

(১২) হে কেশব, পুক্নীংগী অৱাবা চৈবা মাংহনবিবা, হে নারায়ণ, হে জনার্দন (মীওইবগী থোৱান্ নিংবকম ওইবা) হে গোবিন্দ, হে পরমানন্দ, হে লক্ষ্মীগী মপুংতো, লমজিংবিয়ু অমম্বং কনবিয়ু।

## শ্রীকৃষ্ণাষ্টোত্তরশতনামস্তোত্রম্

শ্রীকৃষ্ণঃ কমলানাথো বাসুদেবঃ সনাতনঃ ।
বসুদেবাত্মজঃ পুণ্যো লীলামানুষবিগ্রহঃ ॥১॥

শ্রীবৎসকৌস্তুভধরো যশোদাবৎসলো হরিঃ ।
চতুর্ভুজাৎ চক্রাসিগদা শঙ্খাম্বুজায়ুধঃ ॥২॥

দেবকীনন্দনঃ শ্রীশো নন্দগোপপ্রিয়াত্মজঃ ।
যমুনাবেগসংহারী বলভদ্রপ্রিয়ানুজঃ ॥৩॥

পূতনাজীবিতহরঃ শকটাসুরভঞ্জনঃ ।
নন্দব্রজজনানন্দী সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ ॥৪॥

নবনীতবিলিপ্তাংগী নবনীতনটোঽনঘঃ ।

নবনীতনবাহারো মুচুকুন্দপ্রসাদকঃ ॥৫॥
ষোড়শস্ত্রীসহস্রেশঃ ত্রিভঙ্গী মধুরাকৃতিঃ ।
শুকবাগমৃতাব্ধীন্দুর্গোবিন্দো যোগিনাং পতিঃ ॥৬॥

বৎসবাটচরোঽনন্তো ধেনুকাসুরভঞ্জনঃ ।
তৃণীকৃততৃণাবর্তো যমলার্জুনভঞ্জনঃ ॥৭॥

উত্তালতালভেত্তা চ তমালশ্যামলাকৃতিঃ ।
গোপ গোপীশ্বরো যোগী কোটিসূর্যসমপ্রভঃ ॥৮॥

ইলাপতিঃ পরজ্যোতির্যাদবেন্দ্রো যদূদ্বহঃ।
বনমালী পীতবাসাঃ পারিজাতাপহারকঃ ।৯।

গোবর্দ্ধনাচলোদ্ধর্ত্তা গোপালঃ সর্বপালকঃ।
অজো নিরঞ্জনঃ কামজনকঃ কঞ্জলোচনঃ। ১০।

মধুহা মথুরানাথো দ্বারকানায়কো বলী।
বৃন্দাবনান্তঃসঞ্চারী তুলসীদামভূষণঃ ।।১১।

স্যমন্তকমণের্হর্ত্তা নরনারায়ণাত্মকঃ।
কুব্জাকৃষ্ণাম্বরধরো মায়ী পরমপুরুষঃ। ১২

মুষ্টিকাসুরচাণূরমল্লযুদ্ধবিশারদঃ।
সংসারবৈরী কংসারির্মুরারির্নরকান্তকঃ ।।১৩।।

অনাদিব্রহ্মচারী চ কৃষ্ণাব্যসনকর্ষকঃ।
শিশুপাল শিরশ্ছেত্তা দুর্যোধন কুলান্তকঃ ।।১৪

বিদুরাক্রূরবরদো বিশ্বরূপপ্রদর্শকঃ।
সত্যবাক্ সত্যসংকল্পঃ সত্যভামারতো জয়ী। ১৫।।

সুভদ্রা পূর্বজো বিষ্ণুঃ ভীষ্মমুক্তিপ্রদায়কঃ।
জগদ্‌গুরুর্জগন্নাথো বেণুনাদবিশারদঃ ।।১৬।

বৃষভাসুরবিধ্বংসী বাণাসুরকরান্তকঃ।
যুধিষ্ঠিরপ্রতিষ্ঠাতা বর্হিবর্হাবতংশকঃ ।।১৭।

পার্থসারথিরব্যক্তো গীতামৃতমহোদধিঃ।
কালীয়ফণ মাণিক্যরঞ্জিতশ্রীপদাম্বুজঃ ॥১৮॥

দামোদরো যজ্ঞভোক্তা দানবেন্দ্রবিনাশকঃ।
নারায়ণঃ পরব্রহ্ম পন্নগাশনবাহনঃ ॥১৯॥

জলক্রীড়াসমাসক্তগোপীবস্ত্রাপহারকঃ।
পুণ্যশ্লোকস্তীর্থপাদো বেদবেদ্যো দয়ানিধিঃ ॥২০॥

সর্বতীর্থাত্মকঃ সর্বগ্রহরূপী পরাৎপরঃ।
এবং শ্রীকৃষ্ণদেবস্য নাম্নামষ্টোত্তরং শতম্ ॥২১॥

কৃষ্ণনামামৃতনাম পরমানন্দকারকম্।
অত্যুপদ্রবদোষঘ্নং পরমায়ুষ্যবর্ধনম্ ॥২২॥

। ইতি শ্রীকৃষ্ণাষ্টোত্তরশতনামস্তোত্রং সম্পূর্ণম্ ।



## মধুরাষ্টকম্

অধরং মধুরং বদনং মধুরং নয়নং মধুরং হসিতং মধুরম্ ।
হৃদয়ং মধুরং গমনং মধুরং মধুরাধিপতেরখিলং মধুরম্ ॥১॥

বচনং মধুরং চরিতং মধুরং বসনং মধুরং বলিতং মধুরম্ ।
চলিতং মধুরং ভ্রমিতং মধুরং মধুরাধিপতেরখিলং মধুরম্ ॥২॥

বেণুর্মধুরো রেণুর্মধুরো বাণী মধুরা পাদৌ মধুরৌ ।
নৃত্যং মধুরং সখ্যং মধুরং মধুরাধিপতেরখিলং মধুরম্ ॥৩॥

গীতং মধুরং পীতং মধুরং ভুক্তং মধুরং সুপ্তং মধুরম্ ।
রূপং মধুরং তিলকং মধুরং মধুরাধিপতেরখিলং মধুরম্ ॥৪॥

করণং মধুরং তরণং মধুরং হরণং মধুরং রমণং মধুরম্ ।
বমিতং মধুরং শমিতং মধুরং মধুরাধিপতেরখিলং মধুরম্ ॥৫॥

গুঞ্জা মধুরা মালা মধুরা যমুনা মধুরা বীচী মধুরা ।
সলিলং মধুরং কমলং মধুরং মধুরাধিপতেরখিলং মধুরম্ ॥৬॥

গোপী মধুরা লীলা মধুরা যুক্তং মধুরং মুক্তং মধুরম্ ।
ইষ্টং মধুরং শিষ্টং মধুরং মধুরাধিপতেরখিলং মধুরম্ ॥৭॥

গোপী মধুরা গাবো মধুরা যষ্টির্মধুরা সৃষ্টির্মধুরা ।
দলিতং মধুরং ফলিতং মধুরং মধুরাধিপতেরখিলং মধুরম্ ॥৮॥

---

# বাহৈদোক

## ভগবান কৃষ্ণ — অখোইবা ভগবান

ধর্ম্ম লিংখংপিবা, পাপীশিংবু মাঙহনবিবা, দেবতা অমসুং ভক্তশিংবু পেনহনবিনবা মী ওইনা অবতার তৌখিবা, পুম্নমক্কী হৌরককম ওইবা, ভক্তশিংদা শিদ-পুন্সি পীবিবা, সংসারগী ধরায় ওইবা, সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ ওইরিবা, পুম্নমক্কী থম্মোয়দুংদা পরমাত্মা ওইনা লেংঙশিনবিরিবা অখোইবা ভগবান, হে কৃষ্ণ নঙবু খুরুমজরি।

অঙকপা সংসারগী হৌরককম ওইবা, সংসারসিবু মথন্তমা খারণম্ব তৌবিরিবা, মশানা মশাগী মথুংদা সংহারসু তৌরিবা, ভগবান কৃষ্ণমকসু ওইবিরিবা পর-ব্রহ্ম (পরমাত্মা) নঙবু খুরুমজরি।

ভগবান কৃষ্ণ অখোইবা অবতারনি। শ্রীকৃষ্ণ, পুম্নমক পূর্নবা রাজ অবতারনি — পূর্ণ অবতারনি। কলা ১৬ (মতাপ, গুণ) না লৈতেংই। শ্রীকৃষ্ণ কাওরবা যদুবংশগী অখোইবা সন্তামি। মহাক বিশ্ব-গুরুনি — অমত্তা তায়রবা প্রেম গুরুনি - জীববু হুংশিবিবনি। মাগী দৈব মূর্তিনা ওসি কাওবদা ভারতবাসী পুম্বগী থম্মোয়বু কাদুনো থম্লি।

ভাগবত, মহাভারত, বিষ্ণু-পুরাণনচিংবনা খোমাউ অমত্তদা লাউরি, মহুদি — মরোন অহমগী মথুংদা কঞ্জবদা নোংখিজবদা

শ্রীকৃষ্ণবু লাম্না তৌবিনবা অতৈ লৈব্রে। খুৎতা বাঁশি পায়রবা শুমহৎনিংঙাই মশক ওইরবা মাগী শ্রীমূর্তিবু ভারতকী মশাং লাকওমগ্রবা য়ুমশিংদা পূজা তৌনরি। ভারতদগী নত্তনা মোংচুপ-লোমগী অমসুং আমেরিকানচিংবগী মশাং লাকওমগ্রবা ভক্তশিংগী খম্বোয়গী অথোইবা প্রেম ভক্তি পুংশিবা থম্মকম ওইবা শ্রীমূর্তিনি।

শ্রীকৃষ্ণ জ্ঞান অমসুং প্রেমগী অথোইবা মূর্তিনি। মহাক, মহাকী মতমদুগী অথোইবা লাইপোক্নি মহাক ইতিহাসকী অথোইবা মূর্তিনি। কৃষ্ণগী অস্তাং ওইরিবৈগী শান্নবদা বাখল থনবা মাশিংনা মশাং খিঙমদবা পাউতাক ফংই। মহাকী গুণ চাউবা থোইদোক হেন্দোকপা ফিভম লৈ।

শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক, কর্ম খুদিংমক মাওইবদা মথল-মথলগী থোইরবা পুক্নীং চুনফম্মি।

ভারতা শ্রীকৃষ্ণ পূজা তৌবা সংসারনা চৎনরোল লৈরকৈদগীনি। মসি বেদ মশামকী শরূক অমনি। মসি অনৌবা ধর্ম অমগী বাকম নত্তে। শ্রীকৃষ্ণ ভারত পুম্বগী পূজা তৌকম ওইনর্কুবনি। লাংঙভিয়া ইউরোপতা মূপী চা কয়ানা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌদুনা "ওম নমো ভগবতে বাসুদেবায়" হায়বা মন্ত্র অসি হন্না-হন্না খানরি।

শ্রীকৃষ্ণ জ্ঞানদা, পুক্নীংদ., কর্মদা পুম্নমক্তা পুমথোই থোইবনি। বেদনা শ্রীকৃষ্ণদগী হেন্না পূর্ণ ওইবা, হেন্না লুমথ লুথবা, হেন্না ফজবা অমসুং হেন্না চাউ-থোইবা অমত্তা ইখিদ্রে।

শ্রীকৃষ্ণ মাগী মূর্তি লৌদুনা সংসারদা লৈরম্নবসু অপ্রাকৃতিক অমসুং দৈব মূর্তিনি। মহাক্তি পোকপা-শিবা নাইদে— মাগী

যোগ-মায়া শক্তিদনা পোকপা-শিবা ওইনা উৎনবগনি। অথুপ্পা ভত্ব অসিনু তত্ত, যোগী অমসুং ঋষিননা উবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা সংসারদা লৈবিরিঙৈদা মথক-মথকসী লীলা শাররম্মী। অর্জুনগী দোলাইমু যৌরম্মী। হৈ থোইররবা রাজনিতিগীদামসু ওইরম্মী। ঈশৈগী মপু (ওস্তা) সু ওইরম্মী। নারদ মুনিনা বীণা খোংবা তম্বারম্মী। মাগী বাঁশিগী ঈশৈ সুননা গোপী অমসুং জীব পুম্নমকপু মপুক্তীং থুক লাউহল্লি। নন্দগাও অমসুং গোকুলদা শপ্রেন-নহা ওইরম্মী। অচাং ওইরিঙৈ অমসুং পুংককু চাউবা মতমদসু অচকপা কন্না উংবি। রাকন কন্না হাংখি, মথানা বিশ্বরূপ দর্শন কংহনখি। মহাত্মা রাস লীলা শারখি—লীলাগী ভত্বদি নারদ, গৌরাঙ্গ, রাধা অমসুং গোপীশিংতনা খঙ্গা ঙমই। যোগগী অংথোইবা অচুম্নসু, ভক্তি অমসুং বেদান্ত অ র্জুন অমসুং উৎবতা তাকপীরম্মী। মহাক্তি কলা বিদ্যা ৬৪ গী মপুনি। মরম অসিননি শ্রীকৃষ্ণবু কলা ১৬ না লৈতেংবা অবতারনি হায়রিবসি।

## ( অবতার )

অবতার ওইরকপসি তঙাইফদবা মরমনগী তঙাইফদবা ফিভমদা ওইরকপনি। অধর্মনা থন্নবা মতমদা, অধর্মনা মরম ওইদুনা কা-থোং চাইরক্লবা মতম অমসুং প্রজাগী চাওখং থৌরাংবু মহৈ মানহল্লবা, ওইজবা থিবা (তমখি-শাখিবনা) মরম ওইদুনা সমাজ ই মায়না লৈমিরগনবা থাক্কু মথক-মথা ওংথাক্লবা, ধর্ম য়াওদনা অধর্মন। অয় ওইশিন্নক্লবা, সমাজগী চংনবোল মুকম মুখং লক্লবা মতমদা ধর্ম অমসুং শান্তি মকাগৈদমক্তা অবতার ওইরকই।

অবতার হায়বসি মীওইবনা অন্নাযেদা কাখংচনবা, ইশ্বরগী অনেশ্বদা কুমথবিরকপনি। সংসারগী ময়াইক নুংঙাই কংনবগীদমক্তা ঙমকনবা শক্তি অমগা লোয়মনা হিরণ্যগর্ভদগী মঙাল অমা কুমথরকপনি। অহংকারগী কর্ম অমসুং পাউতাক্তা মীওইবশিংনা আধ্যাত্মিকী কৃপা অমা পীবিরকই অমসুং আত্মা সাক্ষাৎকার ওইহনা নৈবগুণ অচৌ মশা-মশাদা যেঙদোকচনবা তঙী।

মীওইবদা দিব্য-জীবন ফংহনবগীদমক্তা অবতার ওইরকপনি, কল্কিসু লৈতবা অপাম্বা অমসুং অহংকারগী পুথিদগী নাহোক-হনবিনবনি।

অথোইবা বিকাশ উৎপিরিবা অসুবু পূর্ণ অবতার কৌই। অবেশ, অংশ (শক্ত, মচেৎ, অমসুং কলা অবতার, ঋষি, মুনি পণ্ডিত, মেগাসিয়া, ঈশ্বরগী মচা, দূত (ভগবানগী) অসিনচিংবা পূর্ণমক হন্দবা থাক্তা বিকাশ তৌই।

অবতারদি মহৌশানা অথন্নবা চায়বা সঙ্গতিশিংগা লোয়ননা লাকই। প্রভু রামচন্দ্র, লক্ষ্মণ, ভরত অমসুং শত্রুঘ্নগা লোয়ননা অবতার তৌরকই। ভগবান কৃষ্ণ বলারাম, অমসুং দেব ঋষিশিংগা লোয়নবা অবতার তৌরকই। সনকা সানন্দ, সনতকুমার অমসুং সনাতনগা লোয়ননা অবতার তৌরকই।

শ্রীশঙ্কর, রামানুজগুম্বা গুরু অমসুং আধ্যাত্মিকী লমজিংবা মাইনা অবতার ওইরকই। চৈতন্যগুম্বনা মীওইবা জীবনা ভগবানদা সম্পূর্ণ ওনশিনবদা অমসুং থম্মোয়দা ভক্তিগী মঙ্গ হনবিনবা অবতার ওইবিরকই। কৃষ্ণগুম্বা পূর্ণ অবতারনা পৃথিবীদা পাক-শন্না

খুদোংথীরবা (বিপদ) মতমদা লাকপী। অৱতার অতৌবা মায়কৈ অময়মতগী ওইবা কর্ম্ম পাঙথোকপীরম্মী অদুগা কৃষ্ণ অৱতারনা মায়কৈ খুদিংমক্তা ওইরে। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পূর্ণাবতার কৌরিবনি।

### (পুরাণদা শ্রীকৃষ্ণ)

অগ্নি, ব্রহ্ম, পদ্ম, ব্রহ্ম-বৈবর্ত্ত, বিষ্ণু অমসুং ভাগবত পুরাণদা শ্রীকৃষ্ণগী চরিত লৈবৈ। ব্রহ্ম অমসুং পদ্ম পুরাণদা তোংতানতোংতানবা অধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণচরিত লৈবৈ। ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত, বিষ্ণু অমসুং ভাগবত পুরাণনা মকম খুদিংদা কৃষ্ণচরিত লৈনবা ফাইরিক ওইরে। কাইনথংদা থোকপা বৈষ্ণবশিংনা ভক্তিগী মরীদা রাধানা ময়কওইবা শরুক য়াগ্রে। বিষ্ণু অমসুং ভাগবত পুরাণদা রাধাগী নাম পনবা লৈতে। রাধাগী ভক্তিগী মরমদা কুপ্পা লৈনবা, রাধা অমসুং মাগী সোয়রবীশিংগী অশেংবা শারুং, মথোয়গী মগিং মথোয়গী অথুপ্পা তত্ত্ব, রাস লীলাগী মফুংদা মথোয়গা শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা মরী পুম্নমক পদ্ম অমসুং ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাণদা পীরি। ব্রহ্ম অমসুং বৈবর্ত্ত পুরাণদা শ্রীমতি রাধিকানা কৃষ্ণ পূজা তৌবগী মরুওইবা উংলি। বিষ্ণু অমসুং ভাগবত পুরাণদা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন পানবগী জ্ঞান অমসুং মাবু পূজা তৌবগী হীরমদা লৈবৈ।

### (শ্রীকৃষ্ণগী পুন্সি)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণ লীলা পুরুষোত্তমনি। মহাক যোগেশ্বরনি। মহাক প্রেম মূর্ত্তিনি। ভগবান রাম মর্যাদা পুরুষোত্তমনি।

মহাক কিদম্নকম ওইবা মচানি, মপাম্বনি, মপুরোইবনি, মরুপ্নি অমসুং কিদম্নকম ওইবা নিংথৌনি। শ্রীরাম অথোইবা কিদম্নকম পুম্নমকী যুম্ভিনি। মহাক্না মীওইবদা তঙাইনবগীদমক্তা কিদম্নকম গৃহস্থগী ওইবা পুন্সি লমজিংবি।

কৃষ্ণ কর্ম্মগী মীনি— ইতিহাস শেম্বনি, অরানবা চুম-থোকপনি। মহাক্না অচুম্বা অমসুং ধর্ম্মগীদমক্তা লেপই। মহাকী রাখল-থৌরমদি নৈহংশিরবশিংবু নৈহংলিবশিংদগী কনবিবনি। অকন-থথৌ পুম্নমকী গুরুনি — জ্ঞানীনি অমসুং বিশ্বগুরুনি।

মহাক স্বর্গগী কালাকারনি- যোগীশিংগী মপুনি। অর্জ্জুন অমসুং উদ্ধবকী মরুপ্নি। মহাক্না অর্জ্জুন অমসুং উদ্ধবতা তাক-পিখিবা পাউতাকশিং অহু থমতা ডায়রবা পাউতাক্নি। (থবক্তা অমা লৈত্রবা মাথবা লাম্বাম্ন লৈত্রবা।) পাউতাকশিং অচুনবা, পাকবা মীওইশিংদা পুক্নীংগী অওবা ঈরাং অমা পীরকই অমসুং সাধক অহুবু আধ্যাত্মিকী লম্বীরোমদা পুশিনবিহুনা মথম্মোইদা লৈতাবা শান্তি পোকহল্লি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মতম পুম্নমকী ওইবা অথোইবা কর্ম্মযোগীনি। মহাক্না জ্ঞান শক্তি পীনবি। মহাক্তি জ্ঞান অমসুং নিষ্কাম কর্ম্মগী মূর্ত্তিনি। মহাকী পুন্সিদা অকবা পুম্নমক, থোইনা য়াংবা, থোইনা শেংবা অমসুং খ্বাইদগী ফজবা, মথা লৈতবা, স্বর্গ অমসুং পৃথ্বীদা অথোইবা ওইবা অসিনা পুরকনি। মহাকী ফুংশিবা পুম্নমক শক্তেননহাশিংদা, শনদা অমসুং গোপীশিংদা থম্মী। মহাক্তি উপায় লৈখ্রবা অমসুং শাররবশিংগী মরুপ্নি -উপকারকনি। অতিক-থাঙ্গ চাউখ্রবা শাইপোক্লি।

শ্রীকৃষ্ণ কংসগী মদু য়ানাশিংগী মকথদদি বজ্রগী মশক্তি অহৌ; মী ওইবশিংগী মকথদদি খ্বাইনগী থোংগা অমোই চেনবী। কৃষ্ণ, কংসগী মকথদদি যমনি, গোপীশিংদদি কামদেবগী মশক্তি, যোগীশিংগী অমসুং ভক্তশিংগী তত্তনা ধ্যান তৌনরিম্ব। মুনি-শিংগী মকথনদি আনন্দ অমসুং মুক্তিগী মশক্তি অহুপা মমা-মপাগী (নন্দ-যশোদা) মকথদদি দুংশিরবা মচানি। কামদেবমকপু ভবাংপিরিবনি। (সাকাং মন্মথমন্মথ।)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণ জগৎকী মপু ওইরবসু নোংমকপগী মুর্তিনি। মহাত্মা অর্জুনগী লোনাই থৌবা ওইনি। যুধিষ্ঠির মহারাজনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা মতমদা মপানা য়ানা অরাকপা মীপুম খুদিংগী মখোঙ হাপা চাবগী থবক তৌনি।

শ্রীকৃষ্ণ সংসারদা চহি ১২৫ লৈরম্মী হায়না ভাগবত পুরাণদা হায়রি। (১১—৬, ২৫)।

(ছাত্র ওইরিঙৈগী পুন্সি)

শ্রীকৃষ্ণনা অবন্তীপুরগী মুনি সান্দিপনিদা লাইরিক তম্লম্মী পাউতাক কংলম্মী। গুরুগী মক্তদা অচৌবা মী অমা ওইনা লৈরম্মী। কৃষ্ণ অশেংবা লোল্লকপা অমসুং হায়বা ইনবা ওইরম্মী। লোক কনবা মীওই অমা ওইনসু লৈনি। গুরুগী ইমুং-মচুংগী মথক্তা উমংগী শাং চল্বা চংলম্মী। ভক্তিনা মরিবু ছাত্রশিংদা প্রেমগী ঙৈরাং কাওহন্না হৌদাম শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিরবা মমাঙনবি। সুদামমু মঙালদি কুচেপা হায়বা থক্লনবি।

শ্রীকৃষ্ণ নোংশিংবগী অঙকপা শক্তি লৈ। মহাক্কা-অমুক তাপ্রবা বা অহ্ লুববা ওইহনম্ নোংশিংবা ওমই। কালা বিদা। ৬৪ মুমিং ৬৪ নিগী মমুংদা তম্বা লোইখি।

শ্রীকৃষ্ণ দেহগী অকনবা শক্তিদম্ মপা লৈতে। লাকুং তেন কাপ্পা অমসুং লানগী জ্ঞানদম্ লাম্বা লৈতে।

লাইরিক তম্বা লোইরবা মতমদা, মাগী গুরুনা হায়জবদগী পাঞ্চজন্য হায়না কৌবা সমুদ্রগী হিংচাবনা পুত্রবা মচা অহুবু কৃষ্ণনা কনখি। কৃষ্ণনা পাঞ্চজন্যবু হাংলগা পাঞ্চজন্য হায়বা শ্রীকৃষ্ণগী মোইবুং অহ্ ওইখি।

## (থৌজালগী মূর্তি)

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ঋষিশিংনা পরব্রহ্ম ওইনা উই, যোগী-শিংগী অথোইবা তত্ত্বনি, গোপীশিংগীদি শ্যামসুন্দর ভগবাননি, অকন-অথৌশিংগীদি অকন-অথৌ ওইনা উই, বসুদেব অমসুং যশোদানা মচা ওইনা উই, কংসগী মকমদনা মৃত্যু ভগবান ওইনা উই, নিংথৌশিংগী মকমদনা সম্রাট ওইনা উই — মানা মানা খল্লবা অখণ্ডবা অহ্গী মতুংইন্না, পোংশক্তি (কৃষ্ণ) অমতনি। দর্শণ তৌরিবা সাধক অহ্গী মীংয়েংগী মখা পোম্না তোংঙান-তোংঙান্না উবনি।

ব্রজ-গোপীশিংবু খনথেংনা হুংশিবিবনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী ময়ুমদগী মাখন হুহনা চাবা ওইনা থোকহল্লি। ভশেংবমক্তি শ্রীকৃষ্ণনা হুরিবদি ভক্তশিংগী ফজবা বাখল হুহনা

ফিব্যাত্মার কাওহনবনি। মাগী ভক্ত ওইরিবা গোপীশিংগী থম্মোইদা মুংগাইবা কাওতনবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মহাং ওইরিবৈনা মাথক্কী মুবগী লীলা মখল অমা উৎপনি। ব্রজ-গোপীশিংগীদু হায়েংমনা থুংজাইজবনি— পামজবনি। শ্রীকৃষ্ণনা মথোম মথোমগী ঢুমদা লাকপিদুনা মাথন চাবিক্কনবা থৌরাংনা লৌংজবনি। শ্রীকৃষ্ণনা চুবিবা নক্রপা কাজিলিবদি ভক্তগী থম্মোইদনি। সংসারবু কাউ-হন্দুনা ভক্তশিং অহুগী থম্মোইদু শ্রীচরণদা চিংশিন্দুনা মতম পুম্নমক্কী ওইবা শান্তি অমসুং আনন্দ ফংজনবনি। ভক্তশিংনা লৌংজবা "দাসোহম" হায়বা শব্দ অদুগী "দা" হায়বা শব্দ অসি শ্রীকৃষ্ণনা চুহনা ভক্তশিংদা "সোহম" (ঐ মহাকনি নত্রগা পর-মাত্মা অহুপা অমত্তনি হায়বগী অশেংবা অর্থ কাওহল্লি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা অস্মুম্না হায় "ঐনা ঐগী ভক্তশিংদা ধর্ম-নৈমবগী যোগ পী" (১—১০)। ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে কয়াদা থৌজাল হৈজ্রবনো। মাগী নাম মহিমা চাওথংপা ওইরসু!! মাবু হাংপা লাকপা পূৎনা হিংচাবী কাওবা মমাগী ভাব পুহনা অরান-খুঙবা পীনবি। রাজসূয় যজ্ঞদা ইকোং-কোংনা মাবু ইকাইবা পীরবা কংস অমসুং শিশুপালনচিংবা উমথিরবা য়েক্লববু অরান-খুভম পীনবি।

অহ ওইরবদি মাবু লৌংজবা ভক্তশিংগী মকমদি করি অমুক হায়রকগনি?

মতম অমদা শ্রীকৃষ্ণনা (মাস্ত মুখা) ফামথাংদা হায়খি, "রাজকুমারী, নহাক মতিক মঙাক লৈবা নিংথৌশিংনা পাক্কনা

## যোগেশ্বর

মঙমা অতিয়া মথক্তা খোক্লিবা খরাম্বিচাক মশীং থীবা অতুপা সমুদ্র মপান্দা তারিবা লৈতোই মকুপ মশীং থীবা কাওবা ঙম্বা য়াই অচবু মরোল অহমগী মপু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা খোদোক, খোনা অমম্বং মহিমা (মহিক মগুণ) দি মশীং থীবা ঙমলোই, খাদ্না লোইবা নত্তে।

অদুঃ ওইরিবৈদা মশীং থীঙমদ্রবা অঙকপা কয়া ভোখি। শ্রীমুখগী মনুংদা লৈবা বিশ্বরূপ মূর্ত্তি মমা যশোদাদা উৎখি। মহাক্না যমলার্জ্জুন কৌবা উপিংছু হুক্তোকখি। মহাক্না কালিয় কৌবা লিনগী মকোক্তা তোংদুনা জগোই শাখি। ইন্দ্রনা খাদ-রকপা অকনবা ঈশিং ঈচাউদগী গোকুলবু কন্নবা খুৎনাউবী মতোন্দা গোবর্দ্ধন চীং খাঙংখি। মশীং তাঙলবা বিলমঙ্গলদা মশীং উৎনখি। দ্রৌপদীদা ঙমখৈ নাইদ্রবা ফি পীখি। মহাক্না অর্জ্জুনদা বিশ্বরূপ দর্শন পীনখি।

দুর্ব্বাসা মুনিনা মশীং য়াম্না চেলাশিংগা লোয়ননা লাক্লগা যুধিষ্ঠির মহারাজগী দান সেবা নিয়মদা দ্রৌপদীগী চকুৎ চাক-ঙক্লাং পুম্নোম লোইখোকখিবা মতম ওইদুনা চাখিবি পুজা খোৎনাংঙাক, কবিস্থ লৈত্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্রৌপদীগী চকুৎ পকপা মনা-মশিং মরিক অমত্তং চাকখদা স্নান তৌবা চৎখিরা দুর্ব্বাসা অতিংবুশিংদু অহাওবা সন্দেশনচিংবনা মকুক [illegible] কাওরম্বা [illegible] য়োম্না ইকাইনা চৎখি। দ্রৌপদীবু দুর্য্যোধনগী

মরবারদা চিংথোক্তুনা মফি মুন্নবদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্রৌপদীদা অতং-অথম নাইত্রবা ফি পীরকখি ; খুদোংচীবা গোবর্দ্ধন চীংবু থাক্লখি। রাস লীলাগী মতমদা মশীং থীঙনত্রবা শ্রীমূর্ত্তি উত্তুনা এক গোপী, একশ্যাম উৎখি। ব্রহ্মানা গোপ অমসুং মণবী মগাও পুরক্ক লোংশিনখিবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা মশামকী মূর্ত্তি কয়াঙকুম পুথোক-তুনা উহনখি। মাওইবনা মসি তৌবা ঙমগদ্রা? অসিগুম্বা অঙকপা থবক পাঙথোকপা ঙম্বসি যোগেশ্বরগী শক্তিননি। জগৎকী ঈশ্বর ( আত্মা ) ওইবা, মহোন অহনবগী মপু ওইবা, যোগীশিংগী মপু ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু কনানা শাংথাবা ঙমগনি? শ্রীকৃষ্ণনা দ্রৌপদীগী চকৃদা পকপা এঙ্গাং মরাক অমত্তং চারবদা দুর্বাসা মুনি অমসুং মাগী খোঙলোই কয়া মপূক থম্বুনা পেন-খিরবনি। মসিমক্তা প্রমাণ ওইরে মচুদি—ভগবান শ্রীকৃষ্ণ জীব খুদিংগী থম্মোইদা চঙহনা লৈবা অমত্তা ডায়রবা পরমাত্মা অহনি।

শ্রীকৃষ্ণনা লৈম ১৬,০০০ কা লোয়নননা মুপ্তাজিবা অসিবু করম্না চৌরিবনো হায়রবসি নারদনা খঙনীংলম্মী। নারদ মুনিনা লৈম খুদিংমকী যুমদা চঙহনা য়েংলুবদা যুম খুদিংদা কৃষ্ণ লৈয়রম্বা অমত্তুং তোঙান-তোঙানবা কর্ম্ম তৌহুনা লৈরমহু থেংনক্লরে। কয়াবা ঙকখ্রবনো। নারদ চমম্লখ্রে, জ্ঞান মাঙলে। শ্রীকৃষ্ণ যোগীশিংগী মপুনি, স্বয়ং হরিমক্তি হায়বা প্রমাণ ওইরোইদ্রা?

কৃষ্ণ ভূত-ভর্ত্তনি ( জীব পুম্নমকী মপুনি )। মহাক তংশেং-নমক সংসার অসিদা লৈরিবা জুপী পুম্নমকী মপুরোইবনি।

লৈশংদা মপুরোইবদি ভগবানদনি। সংসারদা মরি লৈনবগীদমক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা দেবকী অমসুং বসুদেবগী মচা ওইনা অবতার লৌইরকই।

## ( অচৌবা রাজনীতি বালা মমা ওইবা )

শ্রীকৃষ্ণ অখোইবা রাজনীতিবালা মমনি। শ্রীকৃষ্ণদগী থোইবা রাজনীতিবালা অমত্তা সংসারদা লৈরক্রি। মহাক নীংতম অমসুং শান্তিরক্ষাগী মরূপনি। মহাক অঙকপা কংনা তুংগী খরমল উবা অমসুং অতিংবা পূকচেল অঙকপা কংনা চেল্লি। কৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ধর্মগী লম্বোমা ওইনা অমসুং অশেংবা বালল লৌশাদনা তম্মীহনা লোং কংনবগী মতম ওইরুবা ইন্দ্রদেব পূজা তৌরবা থিংখি।

রাজনীতিগী মরমদা অখোৱবশিংগী মনুংদা কৃষ্ণনা অখোই-বনি। মহাক্কি মতম পুম্নমক্কী ওইবা অখোইবা রাজনীতিবালা মমনি। মহাক নিংথৌ শেম্মনি। দ্বারকা সহর শেমগৎপা মীরকনি। মহাক্কি অখোইবা ইতিহাসকী মীনি। মহাক্কি আধ্যাত্মিক গুরুশিংগী মনুংদা অখোইবনি।

কৌরব অমসুং পান্ডব অনিগী মরক্তা থোক্লগদৌনা লানথোকপা থিংনবা অমসুং শান্তি পুরক্নবগীদমক্তা কৃষ্ণবু থনখি। যুধিষ্ঠিরনা কৃষ্ণবু কৌরবকী মানবা পুরক্নবগীদমক্তা থাখি। কৃষ্ণনা দুর্যোধনদা মতম শাংনা জ্ঞানগী পাউতাক পীরম্মী। ধৃতরাষ্ট্রগী দরবারদা

শ্রীকৃষ্ণনা তুঙ্গুংবা থম্মোই নীকপা রাইহে কর্না ওাঙাবিবা থসি-
মক্লা শ্রীকৃষ্ণ রাজনীতিদা লাশিংগী মহুংদা অথোইবা থর্বনি হায়বা
প্রমাণ তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা দুর্যোধনদা হায়রম্মী, "হে ভারত শাক্তগী
নিংথৌ অশিংবা, থোনা লৈবা অমসুং ধর্ম লৈবা পাণ্ডবশিংগা
শান্তি ওইনৌ। শান্তি ওইবদনা মরূপ-মপাংগী মপুংফা, ঋষি-
মতা অমসুং সংসার পুম্বদা নুংঙাইবা পুরকই। মরূপ-মপাংগী
অশিংবা পাউতাক মতুংইন্না চত্রবা মা অহৌদি অমাওবা অমসুং
অরাবগা মায়য়োক্লগনি।"

শ্রীকৃষ্ণগী মপুং ফজিন্না উবা রাজনীতিবু মতম অহৌগী অথোবা
নিংথৌশিংনা ওক্লা থোকখি। মহাকী অশিংবা পাউতাক অহৌবু
নিংথৌ অমসুং লৈঙাকপশিংনা পাম্লার।

## শ্রীকৃষ্ণগী পাণ্ডিত্য

"শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা পীবা অমল য়াম্লবা অথোইবা পাউতাক-
শিংবু তারো। শ্রীকৃষ্ণনা হায় — "নোক্ক-চম্বা ওইশিলো
পূক্লাং থমলুদনা, দেহ কাউথোক্লুনা অমসুং অপন য়াওদবা থাথরবু
ইকাইবদা থমহনা কনাগুম্বা অমনা লৈমায়দা দণ্ডবৎ তৌনা অমৰ
পুম্নমক্কা, হুই, চণ্ডাল, ষণ অমসুং গবা কাওবদা খুরুম্মু। ঐতোম্বা
পুম্নমক উ অমসুং পুম্নমক্কা ঐবু উ। ঐতোম্বা চত্থৌ। ঐগী-
দমক্তা ধর্ম পুম্নমক তৌ। অপাম্বা মথং পুম্নমক থাদোকউ।
মপুং ওইবা ( ওম-তৈনদবা মাথমাং বাথমা ঐতোম্বা অমা তারি
থম্মু। ঐগী মহিমা (ভক্ত) শকউ।"

গীতাগী পাউওাক্লা কর্ম্মনা প্রধাননি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ নিষ্কাম কর্ম্মগী মরু ওইবা ভাবতা কয়া চিংশিল্লি অদুগা উদ্ধবতনা ভক্তিনা প্রধান ওইনা তশ্বী। উদ্ধবতা ভক্তিগী মরু ওইবা কাম্নগী বাখল্দা কয়া তাকপী। গীতাদসু শ্রীকৃষ্ণনা আত্মা নিবেদনদা পুক্লৌং চিংশিন্নবা গীতাগী অরোইবা অধ্যায়দা পীরি। "সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ"।

## বাঁশিগী মখোল

বাঁশি প্রেমবক্কী খুদমনি। মখোয়গী মুংশিজরবা ভগবাননা যমুনাগী শেংলবা তোর্ব্বান্দা উননবা ব্রজনারী গোপীশিংবু পুক্লৌং শুষ্কংলিবাস বাঁশি অসিননি। দিব্য শব্দ ওইরবা বাঁশিগী খোল্লেমা গোপীশিংগী থম্মোইবু শুষ্কংলি। বাঁশিগী অশুকপা শক্তি লৈ। বাঁশিগী খোল্লেমা নাকোং মথুন কাওহনা থম্মোই মমুংদা চণ্ডপ্রবদা অতাবা পুম্নমক্লা চান্নবা মরি-মতা সংসার অমসুং মশামকপুম্ পুমকাউ কাউথোকুহল্লি। বাঁশিগী খোল্লেল তারুবা মীপুম খুদিংনা পুক্লৌং শুষ্কংলহনা লগোই শাই অমসুং থম্মোয়দা সাত্ত্বিক প্রেমতনা থল্লি। দিব্য শব্দ ওইরবা বাঁশিগী খোল্লেমা থম্মোই যুক লাউহল্লি, আনন্দ কাওরকই অমসুং অনৌবা পুন্সিগী হৌরাইবা অমা কাওরকই। বাঁশিগী খোল্লেমা জীবশিংদা ঈশ্বরগী প্রেম ওইবা প্রেমনা তাওহল্লি অমসুং থরায় পান্দবা পোং কাওবা অহিংবগী মতৌ ওইহল্লি, বাঁশিগী মধুর শব্দদগী হেন্না লৈরে।

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী খোংজেল অমুক্তং তাকরবা মীহ স্বর্গগী অমৃত খঙ্গগী মৌখং কংবগী আনন্দবু থৌশাদে।

বাঁশিগী খোঞ্জেল অমম্তং উশৈনা গোপীশিংগী থম্মোই নীকহল্লি। মখোয় মশানা মশাগী মপু ওইরম্মে। সংসার অসি মখোয়দা করিস্থ ওইরম্মে। মখোয়বু অনিংবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা চিংশিল্লকই। মথুম থাদোক্লকপগীদমক্তা ইকাই-ইকি করিনু গোপীশিংদা কাওক্লে মখোয়বু হোঁদোকপিনবা খাঙবা অমা চত্তশিল্লক্লে। মখোয়গী পুক্নীং ‘অহ সংসারিক ওইরে’। মথুং থৌপা, মপুরোইবনা থিংবা অয়েবা তাক্লে। ভগবান্দা চত্তশিনবা দিব্য প্রেম উচেনবু কনানা থিংবা ঙমগনি ?

ব্রজ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা থম্লিবা প্রেম অসি দিব্য পেমনি। আত্মাগা আত্মাগা তিন্নবনি। আত্মা মিলননি। ( হকচাংগা হকচাংগা খেংনবা হঙ্গোইবম ওইদ্রবা পত্তে ) জীবাত্মানা পরমাত্মা ভগবান্দা চত্তশিন্নুনা লুপশিনবনি মী মীহুগী আত্মানা পরমাত্মা ভগবান্দা তাম-তিমনা তিন্নহনা অমত্তা ওইশিনখিবনি।

গোপীশিং হৌখিবা মপোক্তা দণ্ডক বন্দা লাইনীংবা ঋষি মাক্তা ওইরম্মী। মখোয়না শ্রীরামবু কোনশিনবা পামলম্মী। শ্রীরামনা মথংগী অবতারদা মখোয়গী অনীংবা অহ থুংহনবীগে হায়খিনীখি। কৃষ্ণ অবতার ওইরকপা মতমদা মখোয়না পরমাত্মাদা লুপশিনবা ঙমজবনি।

হে কৃষ্ণ ! হে মরোল অহুমগী কলা মতীক্তা মপু। মকুম মকম থুদিংদা চলাং-থোইরাংনবা অমত্থং লুবা জ্ঞানকম ওইরবা

য়ভয় অসিদা দিব্যপ্রেম-আনন্দ ওইরবা লৈতাররবা অনৌবা পুন্সি অমা পুথিরকপা ইবুংঙো নঙগী মমাঙৈগী বাঁশি অহু অমুক খোংবিররোইদ্রা ?

হে ভগবান ! চয়াংনররবা অচৎ চত্তা জীবশিংবু লৈতানা শান্তনা পীবা, দিব্য সূর্যনা মথবাই পাঙবা পোৎপু লেঙহনবা গুম্বা স্বর্গগী ওইবা সঙ্গীতনা অপাইবা উচেকশিং কোয়চৎ চৎলিবা মণবীশিং, শজিশিংনা মমূনা তোর্বান্দা লাকুনা মশানা মশাবু কাউথোক্কুনা নঙোন্দা মূনা য়েংহনবা গুম্বা, জীব পূম্নমকী মী- হৌকম ওইরবা বাঁশিগী খোজেন্দু ঐখোয়দা অমুক্তংদগা তাহ বীয়ু।

## ( ভাগবতকী হৌরকফম )

শ্রীব্যাসনা শেংলবা সরস্বতীগী তোর্বান্দা ধ্যান তৌরম্মী। মাগী থম্মোইদু চয়াংনরম্মী। মহাকী অপেনবা শান্তি লৈখিদ্রে। শ্রীব্যাসনা বিচার তৌই, “ঐ অকনবা ব্রহ্মচারী ধর্ম্মদু ঙাক্লে। ঐহাক্না বেদ শাস্ত্রদা, গুরু ভক্তি পূজাদা অমসুং মৈগী যজ্ঞদা তৌকম খোকপা ব্যবহার থম্লি। ঐনা গুরুগী য়াথংবুসু ইয়া চংলি। ঐহাক্না বেদগী অর্থসু দুপী, স্ত্রনচিংবনা ধর্ম্মনচিংবা ময়েক শেংনা থঙহনবা মহাভারতকী মওংদা হন্দোক্লে।”

তাঙ্গা অসিদা নারদ মুনি শ্রীব্যাসকী মমতদা লেপ্লে। নারদনা হায়রকই, “নঙ থঙবা হৌনবমথৈ থঙলে, নঙনা পূম্নমক গুনা য়াওরবা ভারতসু নীংথিজনা ইখোক্লে। অদুবু নঙোন্দা লৈতাদবা অমসুং পেন্দব কাওরিবসি করিগীনো ?”

শ্রীব্যাসনা হায় — “ভাকপীরিবা, পুম্নমক্তু ঐ ভপেংনা য়াখৈ অহুমকপু ঐঙোন্দা অপেনবদি মরৈম্নখিত্রে। মসিগী মরম ঐনা নঙোন্দগী খঙজনীংহে। নঙদি ব্রহ্মানা পোকপা ডমখৈ লৈত্রবা জ্ঞান লৈবনি।”

নারদনা হায়: “হে অখোইবা মুনি। নঙনা ধর্ম্মনচিংবগীদা লৈনরে অদুগা নঙনা বাসুদেবগী মহিমাদি শক-শোন্দ্রি। ঐনা খনবদি, মরম অসিমক্তা, ভগবান্না পেনবিদ্রি। মরম অদুনা, হে কৃপা কংলবা মীওইবনা ভাক খঙজরগা অরোইবা মুক্তি ফংজনবা শ্রীকৃষ্ণগী মখল-মখা ওইরবা মহিমা চেন্নবা কর্ম্মশিংদুগী মরমদা ইযু। সংসার অসিস্থ ভগবানগী মওংনি, মরমদি মসিগী সৃষ্টি, তাক্লুনা খঙা (ধারন অমস্তুং সংহার (ভূম)স্থ মঙোন্দগী থোরকপনি। নশানা পুম্নমকসি খঙহনা লৈরিবনি। অদুবু নঙনদি মসিগী অচুম্বা শরূক খরদমক উৎলি। মরম অদুনা হে ঋষি। সর্ব্ব-ব্যাপক ওইরিবা হরিগী মহিমা শকউ অমস্তুং মদুবু খঙজবদা জ্ঞানীশিংনা থিজরিবদুগী পদ্মুংকম য়োৌজনবা, সংসারদা হন্না হন্না থেংনরিবা জীবগী অবাবসি কোক্লবা মসি নচনা অতৈ উপায় লৈতে হায়বসি জ্ঞানীশিংনা খঙই।” খুদক অদুদা শ্রীব্যাসনা শ্রীমদ্ ভাগবত ইখি অমস্তুং মপুং ফানা শান্তি ফংখি। মহাত্মা মদুবু মচা মুপা শুকদা তম্বীখি।

## (ভাগবত পুরাণ)

হিন্দু ধর্ম্ম শাস্ত্রগী লাইরিকশিংগী মহুংদা পুরাণশিং অসিনা অমত্তা তাররবা অংথোইবনি। পুরাণশিং অসি দর্শন শাস্ত্র

অমসুং ধর্ম্মগী হীরম নৈনবদা অান অমসুং পাউতাক লৌসিকমগী খনিনি শ্রুতি নস্ত্রগা বেদ মীচম্মা লায়না থগবা ওমদে। মরম অদুনা থৌজাল হৈয়বা বেদ ব্যাসনা শ্রুতিগী অথুপ্পা তত্ত্ব অমসুং অরুবা হীরমশিং অদু মীওইবগী কাননবা অরায়বা মওংদা ব্যাখান তৌবিদুনা পুরাণ ১৮ লেগথোকপিরমলে। পুরাণশিং অসি তংশংনমক হিন্দু ধর্ম অমসুং চংনরোল অমকম ওইরবা অানগী পুকৈনি।

১৮। পুরাণদা তাবদা কান্নগদবা বারী মচা, হেন্নোইগুম্বগী বারী দর্শন, ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অয়িবা বারী কয়া বাওই। অারওকী ঋষিশিংনা ধর্ম্মগী দর্শন তত্ত্ব কুপ্পা নৈনবগী নিয়ম, মুপ্পা অাব তাদবা নোংচুপলোমগী পুরাণ পারুথা মীনা মসিগী কজবা পাউতাক অমসুং মগুণ পগনা থাগৎপা ওমদে। পুরাণগী ওবক্তি বেদগী অথুপ্পা তত্ত্ব মীওইবদা, বারী পরেং অমসুং অপাঙ্বা থবদবা অয়িবা বারীগী শাম্বনা, পামহনবনি।

ভাগবত মীপুম পুম্নমক্কী লমজিং লাইরিক্নি। ভগবান সাক্ষাৎকার ওইরবদতা মীওইবনা মোক্ষ ফংবা ওমই হায়বা তাগিবগনা তাকই। অদুগা ঈশ্বর ভাবনা ওইরকুবা লম্বীসু উৎলি। ঈশ্বরগনা অরেপ্পনি (সংনি) অদুগা মাগী ভাবনা ওইবনা অমতা ভাইরবা পুন্সিগী পন্থুংনি হায়না ভাগবতনা তাকই। মকর্ম মকম খুদিংনা, মতম চুপ্পদা অমসুং পুন্সিগী কীতম খুদিংদা ঈশ্বরগী ভাবনা চেনগদৌবনি হায়বসু ভাগবতনা তাক্লি। তংশং-নবক মাদি অতকপা লাইঙ্কিনি – চাউরবা মীওইবগী লন্নাদি।

মসি পুন্সিগী ওইবা শান্তি-খীরজনি। মসিগী কজবদা, তমংপগী মওংদা, বাহৈ-বাভাদা অমসুং দর্শনদা লাস্বা নৈত্রবা লাইরিক্কি। ভাগবত দিব্যজ্ঞান কংনবা মমল নাইত্রবা লনগী পুকৈনি। লাইরিক অসিবু নৈনরুবদা ভক্তিগী বাখল পোকহল্লি, জ্ঞান পীনৈ অমসুং বৈরাগ্য পোকহল্লি। লাইরিক অসিদা ভগবান বাসুদেবগী মহিমা পুম্নমক তশেংনা হাক্লি। লাইরিক অসিগী অরেংবদি ব্যাসনি। মহাক্না পুম্নমক্তু মচানুপা শুকদা তম্বী। লাইরিক অসিগী অর্থ নৈনবা লাইরিক কয়ামরুম লৈ। শ্রীধর স্বামীগী অর্থনা খাইদগী মমিং চংপা অমসুং অধিকার লৈবা লাইরিক্কি।

পুরাণ পুম্নমকী মনুংদা ভাগবতনা মীয়াম্না পাম্নবা মমিং চংপা অমসুং অখোইবনি। ভারতকী মফম পুম্নমক্তা ভাগবতপু বৈষ্ণবশিংনা অখোইবা ব্যবহার থম্মি। মসি সংস্কৃত সাহিত্যগী ভক্তিগী থবক্তা চেনবা গুণ অমসুং লেমজনফম ভৈংপা লাইরিক অমনি। ব্যাস মশামক্না হায়রম্মী - মহাক্দি শ্রীমদ্-ভাগবত হায়রবা লাইরিক অসি চাউরবা মহাভারত পুরাণগী মচি (সার) নি অমুগা বেদ সাহিত্য পুম্নমকী অমুনবা উহৈনি।

ভাগবত পুরাণ ধর্ম্ম শন্দোকপা অমসুং ধর্ম্ম গুরুশিংগী চা-নবা (হৈনজবা) লাইরিক্কি। লাইরিক অসিবু হিন্দুগী যূম খুদীংদা পুজা তৌনৈ। ভারতকী মফম পুম্নমক্তা লাইরিক অসিগী মগুণবু হৈ-শিং-লবা পণ্ডিতশিংনা, সাধুশিংনা অমসুং সন্ন্যাসীশিংনা শক-শোমৈ।

লাইরিক অসিগী মনুংদা জ্ঞান, ভক্তি অমসুং কর্ম্ম মফম চাদ্না চানা থম্মি। সংসারদা নুপ্পিবা দেহ ভাবতা অপাম্বা থম্নিবা

মীশিংগীদমক্তা কর্ম্ম তৌনবা তশী। অপাম্বা মীহৌবা বিরক্ত লৈরবা মীশিংগীদমক্তা জ্ঞানগী লম্বী তাকপী। অপাম্বা হেক্লিন্নমলুবস্থ লৈতবা, পামদবদা হেক্লিন্নুবস্থ লৈতবা, হেক্লিনবা পুক্নীং থমলুদবা, থৌশারুবা লৈতনা নাকোইমনা লৈবা, মীওইশিংগীদমক্তা ভক্তি থব্বী। লাইরিক অসিনা ভাগবত ধর্ম্মগী মরমদা নক্লপা প্রেম-ভক্তিগী মরম পুম্নমক তাকপী।

হিন্দু ধর্ম্মগী পুকচেল চাউবা অমসুং পুক্নীং পৌনংপা, দর্শন শাস্ত্রগী কন্নবা মওং অমসুং মীওইবগী চংনরোলনচিংবা পুম্নমক ভাগবততা ফংই। ধর্ম্ম অমসুং দর্শনগী অরাংবা থাক, হৌনশাঙংকী অরাংবা মওংনচিংবা পুম্নমক লাম্বা লৈরবা নীংথিরবা লাইরিক অসিগী মনুংদা কন্ননা ভগাইনা তাক্লি।

লাইরিক অসিগী মনুংদা পুক্নীং হুরবা ৱারী য়াওরিবশিং অসি লমচৎ ব্যবহার, দর্শন অমসুং ধর্ম্ম তম্বিনবগীদমক্তা হিন্দুগী ঋষিশিং অমসুং সাধুশিংনা পুথোকপিবা উপাইনি। লাইরিক অসি লেংলম্বা শ্রীব্যাসনা নমুনা অসিদা চঙৈ,। লাইরিক অসিগী ৱারীশিংনা অহুগা অপাম্বা থমদবা পাউভাক ৱারীশিং অসিনা মীওইবগী পুক্নীংনা ধর্ম্ম তক্তরোমদা চঙশিন্নবা পুক্নীংবু কাটি থাহুনা মীহৌহল্লি। ৱারীশিং অহুনা লৈখা তাক্লবা মীওইবগী পুক্নীংবু দুংঙাইহল্লি।

ভাগবত পুরাণবু মীরৈবাক্কী লোন্দা অর্থ হন্দোকপসি কনা পণ্ডিত ওইহনস্ন, হৈ-শিংহনস্ন অমসুং শক্তি লৈহনস্ন নপাগী ওইনা

লৈশঙবা, কঙবা, পূক্লীং শুম্নংনিংঙাই ওইবা মঙং অহুদি য়োম্না হন্দোকপা ঙমদে।

ভাগবত পুরাণগী মথুংদা গ্রো৯ সিসি তরানিপান, অধ্যায় চহুমকুপ্পানিথোই অমসুং স্কন্ধ তরানিথোই য়াওই। লাইরিক অসিগী মমিং ভাগবত কৌই, মরমদি লাইরিক অসিনা ভগবানগী মন্ত্রগা বিষ্ণুগী মহিমাবু শক-শোন্নি। হিন্দূ ধর্মগী লাইরিক-শিংগী মথুংদা ভাগবতনা অথোইবনি। মসিনা মীওইবগী য়াথঙ অমসুং পূক্লীংগা অকনবা শক্তিগা লোয়ননা হকথেনবা ইথিল অমা পী। মসিনা হিন্দুশিংগী পূক্লীংদা অঙকপা কাক্সিনবগী শক্তি অমা লোই। পুরাণ পুম্নমক্কী মচং লাইরিক অসিদা য়াওই।

ভাগবত পুরাণগী লাইরিক অসিতনা সংসার অসিগী ইতি-হাসপু মথং-মনাও নাইনা নৈনৈ।

ভগবান কৃষ্ণনা লাগা লৈরবা লাইরিক অসিগী মরুওইবা মূর্ত্তিনি। লাইরিক অসি ভক্তিগী মরমদগী দারিদ্র লৈরবা অথোইবা লাইরিক্তি। ভাগবততা জ্ঞানগা ইরোয়ননা ভক্তি ভরী (ভক্তিযুক্ত জ্ঞান)। মসিদা ভক্তিগী জ্ঞান হায়বা অমা থারদোকে। ভক্তি মপূংফানা কংনবগী মরমদা জ্ঞান্না অথোইবা উপায়নি হায়না তাক্লি। ভাগবতকী মথুংদা ভক্তিগী চিনিগা জ্ঞানগী শিদ হিরাকা য়ানশিনৈ।

শ্রীকৃষ্ণনা সংসারদগী বিদাই লৌহনা চৎলবদাইগী মতমদা উদ্ধবকী মফমদা তাকথিবা পাউতাক অঙকপগী মণক্লি। পাউ-তাকশিং অহু তরামাথোইতবা স্কন্ধা য়াওই। যাদব শাগৈগী

লুচিংবা, খাইদগী অথোইবা শিষ্য মরূপশু ওইবা উদ্ধবতা মাগী চিংনবা পুম্নমক কৃষ্ণনা শেংদোকপিখি। কৃষ্ণনা মঙোন্দা ভোঙান ভোঙানবা বিষয়দা পাউত্তাক পীখি। পুক্নীং শুংশিনবা সুর অমুদি মসিনি: "পুম্নমক্তা ঐবু উ। ঐঙোন্দা চঙজৌ। কর্ম্ম পুম্নমক ঐগীদমক্তা তৌ। মথল খুদিংগী অপাম্বা থাদোকউ। মপুংফাবা লেঙদবা পুক্নীংগী ভক্তি ঐঙোন্দা থম্মু। ঐগী মহিমা (গুণ) শক শোন্নু।"

তরামাথোইগুবা স্কন্ধগী অহৌবদগী ঋষি মাপলনা নিমি নিংথৌদা হন্দোবা ভাগবত ধর্ম্ম পুক্নীং হুবা অমসুং থুক লাউবগী মশক্নী। তরাগুবা স্কন্ধদনা ভগবানগী লীলা পুম্নমক য়াওই। শ্রীকৃষ্ণগী মথোক কারকপগী হয়াঙ-তয়াঙ্বা শান-খোংনবা, চোং-কনবগী কুঞ্জ, কুমার লীলা, বৃন্দাবন লীলা, মথুরা লীলা, দ্বারকা লীলা, কুরুক্ষেত্র লীলা অমসুং প্রভাস লীলানচিংবা স্কন্ধ অসিগী মনুংদা য়াওই। স্কন্ধ অসি অধ্যায় মরিথুতরা গুই।

তরাগুবা স্কন্ধ অসি কল্লক-মিহৌবা অপাম্বগী থম্মোই চেন্নিবা মীনা ভাব তাবা ওমলোই। ধর্ম্ম খুদিংদা নায়ক-নায়িকাগী মঙংদা উৎপসি সংসারিক ভাবতা লূপ্লিবা মীনা মুন্না ভাব তাবা ওমদে। তরাগুবা স্কন্ধ অসিদা মীওইবগী পুক্নীংনা শেংদবা অমোংপদগী নাখোয়রক্লবা মতমদা থম্মোই শেংনা লূপ-শীল্লকপা নত্রগা আত্মানা প্রেমানন্দ ওইরকপগু উৎলি। পুক্নীংগী ওমোংপশিং অহু নৈত্রবা মতমদা থম্মোই অসি পুরা শেংদোরকই, ভগবান্নলোমদা আত্মানা মহৌশাগী ওইনা চিংশিল্লকই অদুগা মথৈথংদা মঙোন্দা লূপশিল্লি—হিনশিল্লি।

ভাগবতনা তোঙান তোঙানবা সাধকশিংগা চানগদবা মখল কয়াগী ধ্যান যোগ তাক্লি। অহৌবা ওইরিবা সাধক অমদা বিরাত পুরুষদা ধ্যান তৌনবা ওয়্গী। সাধক অদুনা সংসার অপূম্ববু ভগবানগী মূর্তিনি খনগদবনি। মসি অনিশুবা স্কন্ধদা তাকপ্রে। স্কন্ধ অসিমক্তদা অদুগা অহুমশুবদস্থু ভগবানগী শ্রীমূর্তিগী মখল খুদীংগী কায়াংপু শ্রীচরণগী হৌরগা খশ্মোইমুংদা থমহুনা ধ্যান তৌনবস্থু তাকই। ভরামাথোইশুবা স্কন্ধনা খশ্মোই মমুংদা অগ্নিনা অহানবা, সূর্য্যনা অনিশুবা, থানা অহুমশুবা মথং-মনাও নাইনা মরোল অহুম লৈরগা হৃদি পদ্মদা ধ্যান তৌনবস্থু তাকপীপ্রে। স্কন্ধ অসিমক্তদা সাধক অমনা, অহানবদা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্তিদা, মথংদা পুক্নীংনা অশাঙবা নম্বগা অথোইবা কারণ্ ওইরিবদা থম্মগা অদুগা মমৈথংদা পুক্নীংনা পরব্রহ্মদা লুপশীনবস্থু তাকপীপ্রে।

ভাগবত সপ্তাহ, ভারতকী মফম খুদীংদা তৌনরি। মুমিং তরেৎনিগী মনুংদা ভাগবত হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাঠ তৌরে। মসি তৌবনা ভাগবত শ্রবণ তৌজবগী অমস্তুং ভাগবতপু থঙজবগী অকবা মরম অমা কংহল্লি। চহি খুদিংগী অমুক অমুক্তংদদি ভাগবত সপ্তাহ শ্রবণ তৌ। মসিনা নঙোন্দা মুংঙাইবা অমস্তুং চাওখৎপা পীগনি। নখোয় মীপুম খুদীংনা যুম যুমদা ভাগবত পুরাণ লাইরিক অমমম থম্ম্।

( পরীক্ষিৎকী নরোইবা )

মঙম অমদা পরীক্ষিৎনা শা-ভান্বা চৎখোক্লম্মী। মহাক-অরাম-থৌরাংবমা মশা চোকথরম্মী। মরম অদুনা মহাক্লা সামিকা

মুনিগী আশ্রমদা চঙলম্মী। মতম অহুদা মুনিদি ধ্যানদা লূপ্পুনা লৈরম্বনা নিংথৌ চঙলকপহ খঙহোৌরে। মুনিনা মাবু পীজ-পীথকনচিংবা সেবা তৌদে হায়রহুনা পরীক্ষিৎ নিংথৌ শাউবনা থম থেংলে। অরাম খৌরাংবগী অৱাবস্থ চেক্লিল্লক্রে। মদাক্তা খল্লম্মী. "ঐঙোন্দা ইচম চম্না পীজ-পীথক সেবা তৌবা অমসুং মহৌশাগী ব্যবহার অহ তৌনীংদবগী মুনি অসি অরুবা রাখন্দা পুক্নীং লুপশীন্নহুনা লৈরে। মাগী থৌওইদবা অহ ঐঙোন্দা উংলি।" অহুবগী নিংথৌ অহুনা লীক্লং মতোন্দা লিন অশিবা অমা কোংখংলগা মুনিগী মঙক্তা লৈ-পরেংগুম্না হুকপীরম্নগা চথে'কক্রে।

থংনবা তুরেল অমগী মপান্দা মরুপ-মপিঙ্গাশিংগা শান্নখিন্ন-রিবা মুনিগী মচা পাখং কৌশিকনা মরূপশিংদগী তারম্মী মহুদি পরীক্ষিৎ নিংথৌনা লিন অশিবা অমা মপাগী ভক্তা য়েংশিন-বিরম্রে মাগী মখূৎ য়াওবা অমসুং চাওখত্তবা থবক অহুগী-দমক্তা হৱেংলিঙুবা সুমিত্তা তক্ষক কৌবা লিন অহুনা নিংথৌবু চীকননবা কৌশিক্না শাপ তৌখি। মপামচা অহুনা মপাগী আশ্রমদা চেনখিবদা মপাগী মঙক্তা লিন য়েত্তুনা লৈরম্বহু উবদা কন্না লাউরম্মী। মচাগী অকনবা ঈরাং অহুদা মপা অহ জ্ঞান কাওরক্লে। মুনিনা মখিৎ পাওথোরক্লগা লিন অশিবা অহ লংথোরক্লগা মচাগী তেংথাবগী মরম হংলম্মী। থোকপ্রিবা থৌদোক অপূম্বহুগী মরমদা মপাদা লীরম্মী।

মুনি অহ মচাগী শাপ অহুদা মপুক্নীং বারম্মী অহুগা মচাদা হায়রকই, "হে ইচামুপা, নঙ পঙমল্লি অমসুং থুমনক্রে। নিংথৌ.

হায়বসিদি পৃথিবীদা লৈবা ভগবান বিষ্ণুগী মণক্নি। মখোয়গী শক্তিনা, অচুম্বা বিচারনা অমসুং ইক্ষংনা প্রজাশু ঙাক্লি অমসুং আইন বিচার থম্লি। নিংথৌ পাণ্ডুবদি লৈবাক অসিদা রাজেন থৌদা লৈরোই। মাগী মথৌদি য়াম্না লুবনি অমসুং রানা পাঙথোকপনি। মাগী অকনবা থৌদাং লৈবনি। নঙনা তৌরম্বা অহুগুম্না নিংথৌনা নঙবু দণ্ড তৌরবদি য়ামরবদা নঙগী পাপ থরদংদা ওইরবসু কোকচগনি। পরীক্ষিং নিংথৌ মহাভক্তনি। মানা কদৌনুংদসু লম্বন থুম্লোই। নঙগী শাপ অদু মাগী জ্ঞান য়াওদবগী প্রায়শ্চিত ওইনা তরাম্না লৌথিগনি। অদু ওইহনসু মাবু দোষ তৌনিংঙাই মরম শুপলে লৈতে। মাগী লৈরিবা থাক অদুগী মতুংইন্না ঐনা প্রজা অমা ওইনা তৌকম থোকপা ব্যবহার তৌথিল্লে। অচা অথক পীদুনা অতিথিগী মফমদা সেবা তৌগদবদু ঐনা শোয়ল্লে। নঙগী শাপ অদু মানা শুপকং কংলোই। নঙনা পঙবদগী থোকখিবা পাপ অদু ঈশ্বরনা কনবিবা ওইরসনু।”

অদুদগী মুনি অদুনা মচাগী অপঙবগী থৌদোক অদু মাগী চেলা থাদুনা নিংথৌদা খঙহল্লম্মী অমসুং নিংথৌগী মমল য়াম্রবা পুন্সি অদু কায়বগীদমক্তা য়াম্না চেকশিনবিনবা হায়জরম্মী।

নিংথৌ পরীক্ষিং কোন্নুং য়োরক্লুনা ঙাইহাক পোথারম্মী। মানা তৌরম্বা অপঙবা অমসুং হাণ্ডু-হাণ্ডুবা কর্ম অদুগীদমক্তা মপুক্কীংদা য়ুংঙাইরমদে। মুনিগী চেলাশিংনা পাউ অদু পুদুনা নিংথৌদা চঙলক্লম্মী। নিংথৌ অদু পাউ অদু তাবদা হায়ঙমদনা পুক্কীং নিংথরে—শান্তি ওইরে। নিংথৌ অদুনা শাপ অদুবু

প্রায়শ্চিত (কোকপীবা) অমা ওইনা পৌরম্মী অমম্মুং মশক লৌংপা আশীর্ব্বাদ্‌নি হায়না লৈরম্মী।

নিংথৌ অমুনা মথন্তা বিচার তৌরম্মী, 'ঐনা ঐগী কম অমম্মুং লননা মরম ওইরম্মুনা জান অমম্মুং অচুম অরান বিচার যাওলে। ঐ নাপম্মা থল্লুরে। ঐ হৌজিক্কি হেন্না ভাব তারে। ঐ পুক্নীংদা বৈরাগ্য কাওরক্কে। শাপ অমুনা ঐগী পাপ-কর্ম্মগী প্রায়শ্চিত ওইহুনা অচৌবা গুনি অমা ওইহল্লুগনি। মহাক্কু মরুপ (সঙ্গ) ওইবনা ওমথৈ নাইহুবা আনন্দ পীবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা ঐগী পুক্নীং থম্বদি মতম চঙগনি।"

অম্মুম্মা হায়রম্মুনা নিংথৌ পরীক্ষিৎনা মাগী লৈবাক অমু মচানুপাদা শিন্নথি অমুগা অকনবা তপস্যাগা লোয়ননা শেংলবা গঙ্গাগী মপান্দা মাগী পুক্নীংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা লুপশীন্দ্রিমথৈ অমম্মুং দেহ অমু থাদোক্লি, বমথৈ হৌগৎলরোই হায়না কমথি।

পাউ অসি ঋষিশিংগী মনাকোংদা য়ৌপ্রে। মথোয়না নিংথৌগী ভক্তি অমু য়েংনবা তিন্নরে। নিংথৌনা ঋষিশিং অমুবু মখূৎ লোয়মুনা ওক্লমই অমম্মুং মহাক্না মতৌ করম্না মতম পুম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লেনগদবা হায়বগী পাউজাক নিজরম্মী। তোঙান তোঙানবা ঋষিনা মথল-মথলগী হিরম থৌওং তাক্লম্মী। মীকুপ অসিদা শুক থুংলরে অমুগা নিংথৌ পরীক্ষিৎনা ঋষিশী-মফমদা বাহং কয়া হন্না হন্না বংলম্মী।

শুকনা খুম্মী, "ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুম্বমক্তা থনগদবনি। মাগী মিং মতম চুপ্পদা নওগী চীনবান্দা থমগদবনি (শোনগদবনি)।

মাগী লীলা অমম্বুং গুণ মতম পুম্নমক্তা তাগদবনি অমম্বুং মহুনা খ্যান তৌগদবনি। পুক্নীংদা মা ( কৃষ্ণ ) লৈবনু মতম চুম্নদা কাওহনগদবনি। নঙগী মতম শীঝিন্নবগী থাইদগী কন্নবা লমাদি মসিনি অহুগা নঙগী শিন্নমদাই মতমদা মাবু নীংশিবেনা ওমথে থাইজ্রবা আনন্দ অহু কংগনি।

"হে অথোইবা নিংথৌ পরীক্ষিৎ, নঙগী মতম ওনে থন্নুগনু। রাজর্ষি থত্তঙ্গনা লানরুমদা দেবতাশিংদা উপায় য়াম্না তৌখি। দেবতাশিংনা মাগী মতেঙ অহুগীদমক্তা বন্ন অমা নিজৌ হায়রম্মী। খত্তঙ্গনা দেবতাশিংদা হংলম্মী মহুদি ঐনা নখোয়দগী কংজগদবা বন্ন অহুগী মহৈ চানবা ঐগী পুন্সিগী পাক্তা অহুগী মনুংদগী হৌশিবা মতম কয়া লৈরিবগে হায়বীয়ু। মাগী মুহূর্ত অমথক্তং ( পুং অমা ) লৈরি হায়খি। মানা থুনমক ভগবান্দা তিন্নশিন্নবা খ্যাশা তৌরম্মী। দেবতাশিংহুনা হায়রম্মী ওইরসনু"। মানা মপুক্নীং অহু ভগবান্দা অকনবা ভক্তিগা লোয়ননা চিংশিন্নম্মী অমম্বুং আনন্দ কংখি।

শুকদেবনা মথা তানা হায়রম্মী, মরম অহুনা হে নিংথৌ অয়োবা ভক্তিগা লোয়ননা নপুক্নীং অহু ভগবান্দা লেঙদনা থম্মু। সংসারগী পোংশিং অসিগী মরমদা থন্নুগনু। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী গুণ ( মহিমা ) তাজৌ অমম্বুং মাগী মথল-মথাগী লীলাবু অহুণ তৌজৌ। মখোয়শিং অসি ঐনা ঐগী ইপা শ্রীব্যাসতগী তম্বা ভাগবতকী মতংবি।

অহুমগী -শুকনা নিংথৌ পরীক্ষিংকী মফমদা ভাগবত পাঠ হৌরম্মী। নিংথৌ পরীক্ষিংনা মপুক্কী লাকশিন্না অচেৎপা ভক্তিগা লোয়নদা তাজহুনা মপুক্কীংনা ভগবান্দা লেপ্পদনা থমজহনা মতোন্দা তিনশিনখি।

( থাজবা লৈত্রবা মীগী মরায়বক )

অপঙবা অমস্তং রাখল লৈতবা মী থরনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মীচম মী অমদা অকবা গুণ থরদং চেন্নবনি হায়। মখোয়না মহাক অসি অনেম্বা থাকগী লাকপনি হায়। থয়না মাগী পুন্সিদা অমস্তং লমচত্তা মরাল শী-নবা হোং ন। মখোয়না হায় "কৃষ্ণ ভগবান নত্তে। মহাক অবতার অমা নত্তে। মহাক ইন্দ্রিগী অপাম্বা লৈবা শক্নেম্বা অমনি — গোপীশিংগা কলক-মীহৌনা শান্নখিবা মীনি।"

ভগবানগী মরাল শীরিবা মীশিংদু মুনিশিংগা সৎ-সঙ্গ তৌরম্মদবনা, যম্ অমসুং নিয়ম তৌদহুনা মশাগী মরাল শেংদোক-চদবনা অমসুং মখোয়না যোগ অভ্যাস তৌদবনা মাগী গুণ মহিমাবু খঙনবা বাখল লৈজদে। মখোয়দা আধ্যাত্মিকী বিচারদা অপেংবা অওয়াদ কাওদে।

ভগবান্দা ইন্দ্রিগী অপাম্বগী মথি অমত্তং লৈপক্লা? রাস লীলাগী মতমদা মহাক চহী অরেৎপগী বয়স্ নক্লা? রাস লীলাগী মধুরা তত্ত্বমু, মাধুর্য্যা ভাবপু, ভক্তিগী অরাংবা খবপু, আত্মা নিবেদনবু নঙগা ভগবান্দা পুরা ওইনা চঙজবদু কনানা খঙগনি?

মায়দা শুকদেব, চৈতন্য, মীরা, রামানন্দ নত্রগা গোপীশিংতগা রাস লীলাগী অথুপ্পা ওহ্নবু থওবা ঙমনি। মহাক্কা মশাং লাকওমকপ্পা কৃষ্ণ কথা উৎনথিবা নত্রা? মীওইবগী মপোক্তা পোকপা জীবনা অওকপা অসি তৌবা ঙমগদ্রা? অথোইবা অাপ্পা সাক্ষাৎকার যোগী শ্রীধামী মধুসূদনদা হায়খিবহ্ তাও "নয়ন্ কমল্ (থবাল মাংবা মীৎ) ওইরবা, ঘৃত্তা বাঁশিনা লৈজেংবা, মেঘবর্ণ (অৎংবা নোংগী মচু) ওইরবা অমস্থুং মায়থোঙনা পূর্ণিমা থাগী মতাপ ওইরবা অহুশ্ত্রবা শ্রীকৃষ্ণহুদগী হেয়া থোইবা করি-গুম্বা অমত্তা থঙমদে। ধ্যান, অভ্যাস তৌহনা মপুক্লাং লাক-শিল্লবা যোগীশিং অহুনা মথোয়না পামজয়বদি, নির্গুণ ওইরবা, কর্ম তৌৱ্রবা, বর্ণন তৌবা ঙম্মরোইদবা অথোইবা জ্যোতি অহুবু দর্শন কনলগনু, অহুনা ঐথোয়গীদমক্তদি কালিন্দ্রি তুরেলগী তোরবান্দা হন্জং-হন্না চংলিবা মেঘবর্ণ ওইরবা নিম্ মচু) শ্রীমূর্তি অহুতবু মতম চুপ্পদা ইমিত্তা দর্শন তৌহনবিয়ু"।

ঈশ্বরগী মায়থোক্তা কাপ্পদবদা যেংপা অমস্থুং অহোবা থিজিন্না মীওইশিং অহুগী মরাম্বক অহু করি ওইরমগনি? তাও, "বিচার লিংত্রবা মীশিংতনা এবু প্রারব্ধ কর্মগী কলনা ইচম চম্বা মী-ওইবগী মুক্তি ওইনা লাকপা ওইনা খনি। মথোয়না ঐগী অথোইবা গুণ, অমাঙ-অতা লৈত্রবা (নিত্য), খ্বাইদগী থোই-দোকপা অহুবু থঙদে (গীতা ৭-২৪)। অপঙবা জীবশিংনা ঐ অসি জীবশিংগী মপূনি অমদি অথোইবা ঐগী ওপবু থঙলকপা ইচম চম্বা মীওইবগী মওংদা থম্মুনা লৌওইদে। মথোয় অহু

[illegible]স্বা মায়ানা কৃপখিবদগী অচুম্বচুবু অয়ানবা ওইনা থম্মুনা [illegible]-তৈমবা মায়কৈতদা উই, খল্লি। মখোয়শিং অচুনা কর্ম্ম [illegible]গা সন্ন্যাস, অশেংবা নক্রগা অচুম্বা লমচৎ, অচম্বা মক্তগা [illegible]ওইবা লৌচৎ মশক থগুদে। আশা লৈতবনা, কর্ম্ম তৌদবনা, লৌশিং লৈতবনা, মবুদ্ধি বাংপনা মরম ওইচুনা মখোয়না লেপ্ল-স্বক নমথাকী থবক, শাখিবগী থবক অমম্তুং হিংচা-বাইতসগী শাজৎ চৎলি। (৪-১১-১২)। তমগুণনা কৃপখিবা মরম্না, মখোয়না অয়ানববু অচুম্বা ওইমা লৌই অচুনা পুম্নমকপু তম-তৈননা উই। মখোয় অসিনা কর্ম্ম নক্রগা সন্ন্যাস করিনো থগুদে, অশেংবা নক্রগা অচুম্বা লমচৎ থগুদে, সং নক্রগা ধর্ম্মবু মশক থগুদে। তৌগদবনা করিনো অচুগা তৌরোইদবা কর্ম্মনা কংনো হায়বচু মখোয়না থগুদে। লোনম্বা মায়াগী মপোক হনা হনা পোক্লুনা মখোয়বা সংসারগী অযোংপা ইমাং অসিগী মরক্তা মশীং থাগুমত্রবা অরা-অনা বংনা চৎলি কদোম্মুংদম্ব অয়ান্কম্ কংদে।"

( বারোইশিন )

থবক চিমবা মীনা ভাগবত পাক্লনা পুম্নমক থগুবা হায়বসি [illegible]না থবক্লি। মরম অচুনা ঐনা (স্বামী শিবানন্দ) লাইরিক অসিগী মমুংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পূজিগী মরক্তা, লীলাগী [illegible] অমম্তুং পাউতাকী মরমদা অমৃত চেক্লা তপচিল্লা থমতয়ে। [illegible] মুলিং যুদিংগী লাইরিক অসিগী লামায় অমা-অনিদং

লৈনজরবা ফাওবদা ভক্তিগী লম্বী হেনগৎলক্কনি অমসুং অমাঙ-অতা লৈরবা। অরেপ্পা আনন্দ, শান্তি অমসুং শিবা নাইত্রবা পম্বং অহু য়ৌগনি।

নখোয় পুম্নমক ভাগবতকী অমৃত চুপ্পা ওইরসনু। নখোয় মখোয় পুম্নমক ভগবান্দা শ্রদ্ধা-ভক্তি লৈবা ওইরসনু। নখোয় পুম্নমক ধর্ম্ম পুণ্য চেনবা ওইরসনু। শ্রীকৃষ্ণদা নখোয়গী থাপা তৌহনা ফাদয়্রকম ওইবা পম্বং য়ৌবা ওইরসনু! মাগী থৌজাল নখোয় পুম্নমক্তা ফংলসনু। শ্রীকৃষ্ণগী থৌজালদগী (কৃপাদগী) নখোয় পুম্নমক্তা অমলক কোবা উহৈ নখুত্তা পায়বগুম্না ভাগবতকী অচুম্বা জ্ঞান অহু নখোয়দা ফাওহনবিবা ওইরসনু। জয় শ্রীব্যাস—জয় শ্রীশুকদেব।

দেবকীগী হরাওজনকম ওইবা, রাধাগী থবায়মক ওইবা, ব্রখোয়গী হৃদিপুংদা লৈরিবা, গোপীশিংগী চায়থোইরবা ভগবান কৃষ্ণনা নখোয় পুম্নমকপু ঙাকপীবা—লমজিংবিবা ওইরসনু। পরমাত্মাগী দৈববাণী ওইরবা মাগী বাঁশিগী সুংশিরবা সুর অহু নখোয় পুম্নমক্তা অমুক হন্না তাবা ফংলসনু। নখোয় পুম্নমক মতম চুপ্পদা মঙোন্দা পুন্সুনা অমসুং নিত্য প্রেমানন্দ অমসুং অথোইবা শান্তি ফংহনা লৈরসনু!!

আনন্দ কুটির
ঋষিকেশ

স্বামী শিবানন্দ

## অহানবা শরুক

# গীতা

### ১। (ভগবান কৃষ্ণ)

হরি ওম।

ওম নমো ভগবতে বাসুদেবায়!

গোপীশিংগী মবুংঙো, অর্জুনগী লোলাই থৌবিবা পাপ শিবিব কোকপীবা, মীওইবগী গুরু, লক্ষ্মীগী মবুংঙো, রুক্মিণীগী অমসুং রাধা সত্যভমাগী চান্নথোক্নবা, আনন্দ স্বরূপ ওইরবা, বিশ্বরূপ ওইবিরিবা অমসুং খুৎনাউবী মতোন্দা গোবর্দ্ধন চীং থাক্নথিবা শ্রীকৃষ্ণ নঙগী চরন্দা খুরুমজরি।

নাপল চাউরবা নিংথৌগী মওংদা মথল-মথলগী অসুরশিংগী পোংলুম্না ভূদেবীবু য়াম্না ওৎ-নৈরম্মী। মরম অদুনা ভূদেবীনা ব্রহ্মাগী মকমদা চঙজরম্মী। ব্রহ্মানা হায়রম্মী, বসুদেবগী য়ুমদা ভগবান নারায়ণনা কৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌরগনি। মাগী কর্ম তৌবগীদমক্তা আদিশেষনা বলরাম ওইনা পোক্লগনি। স্বর্গগী দেৱাশিংসু সংসার অসিদা মাগী সেবাগীদমক্তা পোক্লগনি। ঋষিশিংনা মখোয়গী মূর্তি লৌদুনা পোক্লগনি। নঙ অমুক হেন্না ৱাররোই। ভগবান কৃষ্ণনা কন্নবা অদুবু দণ্ড তৌরগনি অদুগা ধর্ম লিংখৎলগনি।

কংসনা যদু, ভোজ অমসুং অন্ধকগী নিংথৌ মপা উগ্রসেনবু বন্দি থম্মী। মালা নৈবাক অদুদা নিংথৌ ওইদুনা পালে কংসনা

মাগী মকুবোক মগধগী নিংথৌ জরাসন্ধগা লে মননা যদুশিংবু ওৎ নৈরম্মী। রাক্ষসগী লুচিংবশিং বক, চাণুর, ধেনুকা, পুতনা, কেশি, বাণ, ভৌম, প্রলম্ব, তৃণাবর্ত, মহাসেনা, মুষ্টিক, অরিষ্ট, অমসুং দ্বিবিদনচিংবনসু কংসদা তেংবাংলম্মী।

সুরসেনা লৈবাকী সহর মথুরাদা সুরসেন্ কৌবা নিংথৌ অমা পাররম্মী। মহাক যদুশিংগী লুচিংবনি। সহর অদুগী করিগুম্বা থৌদোক অমদা, সুরগী মচানুপা বসুদেবনা দেবকীবু কন্যা ওইহন্দুনা মাঙা বর ওইহনা দোলাই তোংখৎলম্মী। সভা যাত্রা অদুদা উগ্রসেনগী মচানুপা দেবকীগী মবুং কংসনা মচলনুপী হরাওজনবা দোলাই থৌরম্মী।

লম্বীদা আকাশবাণীগী খোঞ্জেল অমনা কংসদা হায়রম্মী, "হে অপঙবা। নঙনা দোলাই থৌরিবা নচলনুপী দেবকীগী নিপালগুবা মচানা নঙবু হাৎকনি।" খুদক অদুমক্তদা কক্রবা কংসনা মচলনুপীগী মশম্ পায়দুনা চিংথরগা মথুক্তা পায়রিবা থাঙশাংনা কক্রবা হোৎনরম্মী। বসুদেবনা কংসবু খেমজিন্দুনা অশেংবা রাহৈনা হায়রম্মী, "হে কংস! অকন-অথৌশিংনা নঙগী নংগুণবু থাগৎনরিবনি। নঙনা ভোজশিংগী মতিক-মগুণ পুরক-দৌরিবনি। নঙদি থৌনা লৈবা মীনি। নচলনুপীসু ওইরবা লুহোংবগী মতমসু ওইরবা নুপী অমবু নঙগুম্বনা করম্না হাৎক-দৌরিবনো? মসি নঙগুম্বগী মতিক চাবা থবক নত্তে। মসিদা নঙগী অথৌবা মিংচৎ মাঙবা অমসুং পাপ ফংগদবনি। দেব-রাণী অদুবু কিরগনু। অকিবা কংলরগদৌবা অঙাং পুম্নমক্তু ঐনা নঙোন্দা পীথোকনি।

কংসনা মাগী শাথিরবা থবক অহ্ থাদোক্লম্মী। বসুদেবনা মাবু থাগৎলহনা মাগী কোম্নুং য়৷ৌথি।

কংসনা দেবকীগী মচা তরুক্ হাৎখ্রে। কংসনা দেবকী বসুদেববু খোঙদা য়োক্লিং কোম্লো থাংহনা থম্মী। অদুগ্গং-ভুবা মচা অমুদি অনন্তগী মঙাল ওইরম্মী। সঙ্কর্ষণ হায়বা মুপামচা অহ্ মসিনি—দেবকীগী অঙাংখাউদগী শক্তোকপদগী অস্তুম্না কৌবনি।

ভগবান্না মশাগী শক্তি যোগ ম'য়াদা য়াথং পীরম্মী, "হে লাইবক ফরবী দেবী! নন্দ গোকুলগী মপুংদা লৈবা ব্রজ হায়বা খুল অমদা চৎলু। মফম অমদা বসুদেবগী মুপী রোহিনী লৈবনি। দেবকীগী গর্ভদা ঐগী অংশ ওইরবা আদিশেষ লৈরনি। মহুৎলোৎথোক্লগা রোহিনীগী গর্ভদা থমলুরো। ঐ দেবকীগী মচা-নুপা ওইনা পোক্লগনি। নঙনা নন্দগী মুপী যশোদাগী মচা ওইনা পোকদবনি।"

যোগ মায়ানা য়াথং অসি পুরহনা পৃথিবীদা লাক্লে অমসুং য়াথং অহ্ পাঙথোক্লে। সর্ব্ববিয়াপক ওইরিবা ভগবান্না সম্পূর্ণ মূর্ত্তি ওইনা বসুদেবগী পুক্নীংদা চঙ্খ্রে। বসুদেবগী পুক্নীংনা পীবা বিশ্বনাথ ওইরবা অশেংবা পরমাত্মাহ্ দেবকীদা কাওরক্লে। বসুদেব অমসুং দেবকীনা হৌথিবা মপোক্তা কৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংজগে হায়না অকনবা তপস্যা তৌথি।

কংসনা নিপাল তৌবা মচা অহুগীদমক্তা চেকশিন্না য়েংলম্মী। মানা দেবকী অমসুং বসুদেববু চেকশিন্না তাক-শেন্নবা মফমদা থমলম্মী। বন্দিশঙ অমদা কৃষ্ণ পোক্লম্মী।

দেবকীগী গর্ভদা ভগবানগী অশেংবা মশক চঙলকপনা কংসনা মচল মুপীগী মমায়দা দিবা ভেজ কাওরকঁপন্থ উরম্মী। মথন্তনা খঙ্গরম্মী। ঐগী থবায় লৌরগদবা হরি অন্থ হান্না মঙোন্দা চঙজগ্রে। অদুবা মতম অসিদা ঐনা করি ভৌবা ভুরগনি? অথোইবা ভগবান অন্থনা মাগী অনীংবা অন্থ শোয়দনা পাঙথোক্লরগনি। হূপী অমবু অন্থগা ইচল মুপীস্থ অমুক থোক্লবা বন্দিস্থ থম্লিবা অসিবু হাংপা হায়বসি ঐগী মীংচৎ চাওখংপা অমস্থং পূন্সি শোয়দনা মাঙগনি"। মহাক্না মচলবু হাংলগে হান্ননা খনবা মাঙ্গী শাথিবা রাথল অন্থ থাদোক্লম্মী। মহাক্না ভগবানবু ছুকচবনা খম থেংলম্মী। কপ্পা, হীপ্পা হোগংপা, চংপা, চাবা-থকপা মতম পুন্নমক্তা মাঙ্গী পুক্নীং ভগবান্দা থমগ্রে। সংসার পুম্নমসি য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈদা ভগবান্দা উরে। মঙোন্দা য়েক্লবগী অকনবা অনীংবন্থ ওইখংলক্লে (বৈরী ভক্তি)।

ব্রহ্মানা রুদ্রগা লোয়ননা, নারদনচিংবা ঋষিশিং অমস্থং দেবতাশিংনা লাক্লনা গর্ভদা লৈরিবা ভগবানবু লৈশি-লৈথোকলরে। হে হরি! নঙগী অবতারনা ভূদেবীগী অরাবা পোংলুম লোথোকপিরে। হে লাইবক ফবী দেবকী! ঐখোয়গী মীংচৎ অমস্থং য়াইফবা অন্থগা সংসারগী জীবশিংগী মঙ্গলগীদমক্তা ওইবা অথোইবা ভগবান নঙোন্দা অবতার চঙলক্লে। নঙগী মচানবু কনবিবা ওইগদৌরে। কংসবু থুনা মাঙহনগ্রগনি। কিক্লরন্থ"।

## ২শুবা৷ কৃষ্ণ অবতার )

অহুদগাদ মঙ্গল ফংবা পুংকম লাক্লে। রোহিনী নৌবা ১৮।
থবাম্মিচাক্কা ভারম্মী। বিজয়া মুহূর্তগী মতম ওইরম্মী। কৃষ্ণ
পোকপদা জগৎ পুম্বা নুং শেংনা মুংঙ্খইরম্মী। মুংশিংনা মঙ্গলগী
মশক ওইনা শিংলম্মী। থবাম্মিচাকশিংনা ভম্বং ভরংনা ভারম্মী।
পাং পুমমক কুপায়না শাংলবা থম্বালনা চোম্মী। ভগবান
কৃষ্ণনা সংসার অসিদা মুহিং নোংমাইদ অবতার ওইরকখি।
দেবতাশিংনা দিবা মুরদা ক্লৈশ শকখি। কিন্নর অমসুং গন্ধর্ব-
শিংনা ক্লৈশ শকখি। সিদ্ধ অমসুং চারণশিংনা লৈশ-লৈথোনখি।
বিদ্যাধরশিংন (স্বর্গগী দেবতা), অপসরা, ঋষি অমসুং দেবতাশিংনা
লোয়ননা জগোই শাখি। মঙ্গলগী মশক ওইবা লৈগী নোং
চুরখি।

নয়ন কমল ওইরবা ভগবান বিষ্ণু চতুর্ভূজ। পাখোম মাং ম
পানুনা পাখোম খুদাংদা শঙ্খ (মোইবুং), চক্র, গদা অমসুং
পদ্ম (থম্বাল) পায়রনা, থবাক্তা শ্রীবৎস চিহ্ন লৈতেংলনা
কৌস্তভ মণি মাখরা, নানা মণিমুক্তাগী কুণ্ডল নাইল যাম্মুনা
পিতাম্বর সনা ফিগে অলঙ্কার থোম্মুনা কোক্তা মখল কয়াগী
মুকুট মক্রিনা হংলবা লুহুপ থোম্মুনা খুদাং-পাখোমদা ময়ল্
মাক্লবা মুজি, থাওদা মমল যাম্লবা দোড় পুম্মুনা অবতার ওইরকই।
বসুদেবনা অঙকপা দিব্যগুণ চেন্নবা অঙাং অইদু উরম্মী। ১

বসুদেবনা মাবু লৈমি-লৈখোম্মী, "নঙসি অথোইবা
মূর্তিনি হায়বসে ঐনা হায়না থজবে। নঙসি ভান থমদুং

অঙাংহু পুন্থনা পোক্লকখী। ভগবানগী মায়া শক্তিনা সপ্তিশিং ৺ অঙাংগী থকখী. অমসুং মা পুম্নমক গোইনা ভূমহনখি। বস সেৈরকা.থোক্ত পুম্নমক মপানা হাংদোকচখি। নোং কাবক কাবক তাখি আদিশেষনা মকোক অহু ছাটিনগুমা কপোক্তুনা নোং.অহু থলখি। মূরবা, অকনবা ঈৈথেগা লোয়নবা ঈশিং ঈচাক্ত ওইবুবা যমুনা. তুরেন্মা বসুদেবগী নবী পীরখী।

বসুদেবনা. যশোদাগী কযুং মনাক্তা অঙাং অহু থম্নখী অহুগা যকম মহুৎনী কুপীমগ. (অঙাং) অহু লোয়খী। অহুগা করাখরদা হল্লকনা দেবকীগী মনাক্তা মায়াগী অঙাং অহু থমখি। অহুগা হায়কুমা যাগী মখোঙদা য়োশিং কোক্লো অহু থাংজিনখি।

সপ্তিশিং অঙ্কনা চেবখিহন্না. দেবকীগী মচা পোকপহ কংসদা তাখী। কংসনা থুনমক কযুংদগী হোৈগত্তনা দেবকীবু পুন্নিবা মকম অহু তায়া লাকখি অমসু. মানা ভুমুনিবা কা মহুংদা চঙলকখিং। উপায় লৈত্রবা দেবকীনা কংসবা হায়রখি, "হে কংস। অঙাং অসি নঙগী মচমা. পাকপনি অঙাং কুপীমচা অসিবু নঙনা হাংপা হায়বসি নঙগী মতিক চাদে।" কংসনা মচম গপীকু কিহন্নখী অহুগা অঙাং অহুবু মথুং পাযহনা চিং-থংলগা লুংপাক্তা হাইহংখি।

অঙাং অহু মথুতগী নাহোক্তুনা মতিমলদা থাইথংখি। অঙাং অহুবু মথুং বিপাদ পানবা বিষ্ণুগী মচম ওইনা উরি। লাই-থেম্বীগী ওইবা নৈ-পরেং ওজা যাইনা ফিরেং-নৈরেং লৌংখিবা

শেল্লেলি, অহুগা লিক্লং, ত্রিশূল, খাঙ, যোইবু, চক্র অমসুং গদাগা লৈরেংই। মাবু সিদ্ধশিংনা, গন্ধর্ব্বশিংনা অমসুং কিন্নরশিংনা লৈশিং-লৈখোনখি।

যোগমায়ানা হায়খি, "হে অপঙবা! নঙনা ঐবু হাৎলগা নহুগী করি কানগনি? নঙগী পুন্সি লৌরগদবা অহুদি মকথা অমদা পোকখ্রে। মাদি নঙগী কুইরবা য়েক্কবনি। দেবকী, বসুদেব অমসুং অতোপ্পা অঙাংশিং, উপায় লৈতরবশিং মাবিদা অয়েংবদা অবাবা পীগন্নু।"

অহাং অহুগী বা তাবদা কংস চকপনা থম্ম খেংখ্রে। মাগা দেবকী বসুদেববু থাদোক্লুনা লোল্লক্লা মখোয়দা হায়জরম্মী, "হে কৃপা ফংলবশা! ঐনা নখোয়গী নচাশিং হাৎলবসু থম্মোয়ি পোকই। মীওইবনা মানা মানা তৌজরবা কর্ম্মগী মতেং অতু চাবনি। ঐ শিরবা মতুংদা করি ওইরগদবনো হায়বসু ঐ থখ্রে।" মাগা মখোয়গী মখোঙদগী যোক্লিং কোয়ক্লো অহু থাহোক্লম্মী।

কংসনা মাগী অঙম-অখোৌশিং কৌরদুনা মায়া লাইরেম্বীনা হায়রবা বা অহু মখোয়দা তম্লম্মী। মন্ত্রীশিং অহুনা হায়রম্মী, "অহু ওইরবাদি, হে তোজগী নিংথৌ, ঐখোয়না সুবিৎ তারাবি তম্বা-নত্রগা তাথিরবা সহরদা, খুলংদা নক্রগা শাগবুংদা লৈবা অহাং পুন্নক হাৎলগানি। বিষ্ণুনা দেবতাশিংগী অকনি। কর্ম্মগী মক্তদিদ্ধেদ যজ্ঞ, ব্রাহ্মণ, তপস্যা অমসুং যজ্ঞনি। মরম অদুনা অঙবা উপায়

পুন্সি তোঙ্গোইনবা যন্ন পীথি। মখোয় মশেল নীংথিবা ক্ষিজোল লৈতেংনহুনা মিস্তা কাজলনচিংবা তৈনরে। আবীর থীংলবা চৈশিংনা মখোয় মশেল অমগা অমগা পোঃকাগ্নী কাপ্পরে। মুমিং অহুনগী হোৌরহুনা নন্দগী ব্রজ অনি হৌরম পুন্সিংদা চাও-খংপগী মতোল লোমখি।

## ৪ (পুতনাগী মুক্তি পীবা)

কংসগী য়াথংনা শাথিরবা রাক্ষসী পূতনানা সহরদা, খুলংদা অমস্তুং শান্নবুংদা লৈরিবা অঙাং পুন্নমক হাংনবা চংলম্মী। মাগী মথৌদি অঙাং হাংপদনি। মহাক্তি থংশিঙা পাইহুনা ওইনীংবা মওং ওইবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। আকাশতা পাইরিবী অসিনা অনীংবা অমগা লোয়ননা কনরবী নূপী অমগী শকল্ম লৌহুনা গোকুলদা চঙলক্লম্মী। মানা নন্দগী য়ুমদা চঙসকখি অহুগা ঈশ্বর ওইরবা অঙাং অসিগী নাউতমদা লৈবা, কত্রবশিংগী যম ওইরবা, মৈনা উত্তা লোতনা লেবগী মতৌঙ্গা অরোনবা, অথোইবা মখোনা লোতুনা লৈবহ উরে। তমখিরবা পূতনানা অঙাং অহুবু মতশাক্তা পমথংলে অহুগা চু চেল্লবা খোম অহু চুপহল্লে। ভগ-বান্না মাগী মখোম অহু থুংনা তমহুনা মাগী শক্তি পুন্নমক চুপখোক্লে মহাক্লা লাউ-খো'লম্মী, ' চংঙ্গো, চংঙ্গো, অমুক হন্না তৌরগন্ন।" মথিং লাওখোৎক্লে। মবৈখংদদি অচৌবা চীংগী মতৌঙ্গা শিহুনা তাখরে। রোহিনী অমস্তুং যশোদাগা লোয়ননা গোপীশিংক্লে নকল অহুদা চেল্লুনা, ভগবান্দা মখোম পীথক্কবদগী

মপাল কোকচঙ্গবী পুংনাগী অশিবা হকচাংদা কাখত্না অকিবা লৈতনা শাররম্বা অতাং অহুবু পমখৎলম্মী। মৈ থাবদা মাগী হকচাংদগী খোরকপা মৈখু অহু, কৃষ্ণগী মেহনা শোক্রবদা য়েক্লবা কাওবা শেংদোকপীবা মরম্না চন্দন উ মৈদা থাবগুম্না মনম মুংশিনম্মী। পূর্ত্তনানা অতাং অহুবু হাংনৌংবগী মাখল কক্রবা চেল্লমখন্ মহাক শ্রীকৃষ্ণগী য়োকচবী মখা ওইখিরম্মী।

## ৫। (গাড়ী লংখোকপা)

অতাংনা মখোতনা লেম্না ভূমখংলকপগী উৎসব পালন্গা, পোকপা মুমিংকী উৎসব পালন্গা পুম্না তৌরম্মী। নন্দ যিংথোগী য়ুমদা চাউরবা উৎসব অমা তৌবম্মী। শ্রীকৃষ্ণথোকপীরবা মতুংদা মমিং উইশিন্দুনা ভূমখনক্লবদা যশোদানা অতাং অহু শকোম অমম্তুং শকোম মপালগী পাউনা থম্না মাওরবা গাড়ী অমগী মখাদা কমুং থাহনা ভূমহল্লম্মী। তাইহাকী মতুংদা অতাংনা শকোম লামহুনা কপ্লকখি। অতিথি সেবাদা থবক চিল্লবী যশোদানা শ্রীকৃষ্ণনা কপ্লহ তাৎমদে। অহুদগী শ্রীকৃষ্ণনা মখোতনা গাড়ীদা কাওরম্মী। মহুদা গাড়ী অহু মথক-মখা তনখে — পাত্রশিং অহু কায়রম্মী — চাকা অমম্তুং থবা অহুনা মথক থংখে অমম্তুং মুক্তা খাঁহু মচেৎ-মচেৎ তাখিরম্মী। গোপ-গোপীশিং অহুনা ভকপনা থেংখে। অহুকপা থৌদোক অহুবু মখোয় থওবা ওখিদে। মকম অহুদা শাররম্বা অতাংশিংনা গোপ-গোপীশিংদা হায়রম্মী মহুদি অতাং কৃষ্ণা কপ্না মতমদা মানা কাওবনা গাড়ী—অসি লোংথোকই

## ৭। ( যশোদাদা বিশ্বরূপ মূর্তি উৎপা )

নোংমা যশোদানা মচাবু মতম্পাক্তা পমহূনা অমূত ইরম্মী। যশোদানা মচাবু হম্না হম্না চুপলম্মী। মতম অহুমক্তদা অঙাং অহূনা হাকম্ চনম্মী। মক্ম কাখোকপা মতমদা মমানা মচাগী য়াখুংদা বিশ্বরূপ মূর্তি উরম্মী। মমানা অতিয়া, অতিয়াগা পৃথিবীগী মরক্তা লৈবা অঙাঙবা, নুমিৎ; থা, থবান্মিচাক, মায়কৈ মরি, মৈ, নুংশিৎ, সমুদ্র, মহাদেশ, চিং, তুরেল, উমং, দ্বীপ অমস্তুং বিশ্ব-সংসারগী পোৎ পুম্নমক, অচৎ-চত্তা জীবনচিংবা মচাগী য়াখুংদা উরম্মী।

মচাগী থয়াক্তা বিশ্বজগৎ পূম্বা উরুবা যশোদানা মশা নিকুম্মী অমস্তুং কিবদগী খুদক্তা মমীৎ উইশিনখি। মহাক ঙকপনা থম থেংখি।

## ৮। ( মিং থোম্নবগী যজ্ঞ )

গর্গাচার্য্য যদু শাগৈগী পুরোহিত ওইরম্মী। বসুদেবনা হায়কুবদগী নোংমা মানা ব্রজ, নন্দগী গোকুলদা নোংমা দাকুম্মী। নন্দনা মতিক চাবা ব্যবহার তৌহূনা মাবু ওকুম্মী অহুগা হায়রম্মী, "নঙদি বেদ চৌদ্দ পূর্ণনি। পাজীগী বিজ্ঞানশু নঙনা পুখোকপনি। অঙাং অনী অসি মিং থোনবগী যজ্ঞ অসি নঙনা তৌবিয়ু।" গর্গনা খুম্মী, "ঐ অসি যদু শাগৈগী পুরোহিতনি হায়বা খঙনরবনি। ঐনা নচাগী মিং থোনবগী

যজ্ঞ অদু তৌরবদি, কংসনা নঙগী নচা অসি দেবকীগী নিপাল শুবা মচাহুনি চিংনখিবা য়াই।" নন্দনা চেকশিন্না তৌজগে হায়রম্মী। গর্গনা যজ্ঞ অদু মী তোয়না লাকুবা অচৌরুপা মকমদা পাঙথোক্লম্মী।

গর্গনা হায়রম্মী, মাগী ধর্ম্মনা স্বরূপ-মপাং অমস্তুং মরী-মত্তাশিংবু পূক্লাং শুক্কংলরগদৌবা রোহিণীগী মচা অসিনা রাম নম্রপা শুক্কংনবগী মশক ওইবা হায়না কৌগনি মহাক্কী ওমথে নাইত্রবা পাঙ্গল-শক্তিনা মরম ওইরকহুনা মাবু "বল" হায়নসু কৌগনি। মসিনা অভিন্ন থিংনি। মহাক্না যহু শাগৈবু অমত্তা ওইনা পুনশীল্লরগনি অহুগা ভেদ লৈবা পুরমক কোকহন্নরগনি। অহুনা মাবু শঙ্কর্ষণ হায়না কৌগনি। কুচু মুববা অঙাং অসিনা যুগ যুগ খুদোংদা মূর্ত্তি লৌই। মহাক্কি হায়না কুচু অহুম হায়বদি অঙৌবা (শুক্লা), অঙাংবা (রক্ত অমস্তুং নাপু (পিত) মচুসা উৎপ্রবনি। হৌজিক্তি অমুবা কুচু ওইরে। মরম অহুনা মাগী মমিং কৃষ্ণ থোনগনি। নঙগী নচাগী মিং অমস্তুং মূর্তি য়াম্না লৈরে। মানা নঙবু চাওখৎপা অমস্তুং হরাও-নুংঙাই পুরকনি। মানা নঙগী খুদোংথীবা পুরমকপী কনগনি। অবা-অনং পুরমক লাখোক্নুনা নঙ জয় ওইবগা কংলগনি। মানা গোপশিংদা মধবীশিংদা অমস্তুং গোকুলদগী থম-থেংনা হরাও-নুংঙাই পুরকনি। হে নন্দ! নঙগী নচা অসিগী গুণ, মূর্তি, মিংচৎ, চাং লেপ্পা অমস্তুং শক্তিদা ভগবান্ নারায়ণগা মান্নে।"

## ১। (বাল্য লীলা)

শ্রীকৃষ্ণ মায়া ওইদুনা অদা ওইরংলক্লে। গোপীশিংগী যম্লাওশিং অহূ শঙোম তমজিতৈন্দ্রা থৌজী শাদোক্লে। মাদা মখোয়গী শঙোম, শঙোম মপান অমসুং মালেম লুয়াক্লে। অহৌগা চাখোক্লবা লুখাক অহুনা য়োংশিংদা ফেন্নুনা পীজরে; অহু মখোয়না চাজগনা চকু অহু থুগাইরে। এলাক মথক্তা থম্মিবা চফুশিং মনীংদা উশোক্লে অহৌগা য়াওরিবা পোংশক থকলগা মথাদা হুবল বচা অহু থাবগা মথক্তা কাথক্লুনা য়েংবা ক্ষমতা য়োনবা হোৎনৈ। মাগী থবক অহু পাংথোকপা য়াবরগীদমক্তা কা অহুনা ময়বদি মশাগী অয়ংবা মওয়া অমসুং মণি-মুক্তা থোক্লিবা অহুনা শাহোক্লম্লিয়।

নোংমদি গোপী অমনা কৃষ্ণবু মথুক্তা ফারদুনা মাগী মথুং য়াওবা অহু তাক্লুনবগীদমক্তা মমাগী মনাক্তা পুরম্মী। কৃষ্ণনা যাহূ তোদুনা গোপী অদুগী মথুক্তগী নাথোকখিরম্মী। মাদা যশোদাগী মনাক য়োরকপদদি মাংথিবা অতাং অহু মমাগী মনাক্তা লৈরবদু থেংনরম্মী। গোপী অহু ইকাযবহুনা মমুদা হনক্লম্মী।

নোংমদি বলরাম্ অমসুং অতৈ হুপাযচাশিংনা যশোদাদা কৃষ্ণনা লৈপাক চাখ্রে হায়না বাকৎলম্মী। যশোদানা মচা কৃষ্ণগী মশা শোকনি হায়না কিরম্মী। মানা কৃষ্ণবু হৈরম্মী, হে ওক্তবা অতাং! নঙ কবিগী লৈপাক লোয়া চাক্লিবনো?" শ্রীকৃষ্ণনা খুমম্মী, "হো ইমা! ঐ লৈপাক চাখিদে। হুপায়চাশিং অসিনা মীনমহুনা তাংলিবনি। ঐগী ইয়াদা য়েংবিয়ু।" যশোদানা

হায়রম্মী, "নয়া কাথোকউ ইবুংঙো। শ্রীকৃষ্ণনা ময়া কাথোক্লম্মী। হান্নুংদা যশোদানা, অচৎ-চন্তা, বিশ্ব-জগৎ, অতিয়া, মরুওইবা মফম, চীংজাউ, মহাদেশ, সমুদ্র, পৃথিপূম্বা, নুংশিৎ, মৈ, নুমিৎ, থা অমসুং থবানমিচাক, দ্বীপ তরেৎ, গ্রহ, দেবতা, পুক্নীং, ইন্দ্রি, গুণ অহুম অমসুং মথোয়গী মশক ওনবা, জীব, মতমগা ইরোয়নরবা পোৎ, কর্ম্ম অমসুং মাগী মরু, বৃন্দাবন অমসুং মশামকপুম্নু উরম্মী। মাদা ঙক্লহুনা অস্থুম্না খনবা হৌখ, "মসিবু মঙলা নত্রগা ঈশ্বরগী অঙকপা মায়া অমরা নত্রগা ঐগী ইচা অসিদা পোকপদগী লোয়ন-রক্লবা যোগ শক্তি অমা চেনবরা?" দেবকীনা হায়রম্মী, ভগবান্দা থুরুমজরি, মাগী মায়ানা ঐবু অরানবা বাখল থনহল্লিবা মাগী মকমদা চঙজরি— মসিনা ঐগী ইপুরোইবা নন্দনি। মসিনা ইচানি। ঐনা যশোদানি। মসিনা ঐগীনি।" যশোদাগী অশেংবা জ্ঞান অদু লৈরম্মী, অদুবু ভগবান্‌গী যোগ মায়ানা উহনখিবা অদুগী নীংশিংলুবদি ওমখিদে। যশোদানা কৃষ্ণবু মাগী মচানি হায়না অমুক থন্দুনা মতম্দাক্তা পমল্রে।

## ১০। (কৃষ্ণবু পুনবা)

নোংমা যশোদানা মচানা ভোবা থবকশিং থাদুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা মাখন চিংলম্মী। কৃষ্ণনা মমাগী মনাক্তা চঙলক্‌না খোম থক্কে ভৌরম্মী। কৃষ্ণনা মমাগী মাখন চিংলিবা চৈ অদু পায়শীন্দুনা মমানা থংক তৌরিবদু লেপহনলম্মী। যশোদানা মচাবু মতম্পাক্তা থমদুনা নুংশিথোইরবা মচাবু খোম পীথক্লম্মী।

নৈরঙ্ মথক্তা তৌরীবা শঙ্গোম অদু শোগন্তুনা পাখোক্লম্মী। মচানা খোম্ ৎকপদু মপুক থস্ত্রিন্দৈদা মচাবু থম্লম্লগা পাত্র অদু থাংথনবা থুনা মহাক চঙ্খোকখ্রে। কৃষ্ণ য়াম্না শাউরম্মী। মচীন্‌বান্ চীক্লুনা নুংনা থাদুনা শঙ্গোম পাত্র অদু থুগাইরম্মী। অতোপ্পা কা অমদা চঙ্দুনা লোম্না মাখন্ হূদুনা চারম্মী।

ভাইহাক নৈরগা যশোদানা হল্লকপা মতমদদি মাখন্ পাত্র অদু মচেং মচেং ভাদুনা কায়বদু খেংনরম্মী। কৃষ্ণদি মকম অদু থাদোক্লুনা হাম্নবা চংখ্রবনি। যশোদানা থুদক্তা মচানা তৌবনি খঙ্লম্মী মচা কৃষ্ণনা অউপ্পা লেপ্‌স্বল্ অমগী মথক্তা লেপ্লগা, য়াংদুনা থমলিবা পাত্রগী অচাপোংশিং অদু য়োংযাবদা ইকোম কোম্না য়েঙ্খোক্লুনা নীঙরম্বদু যশোদানা খেংনরম্মী। যশোদানা চৈ অমা পায়রদুনা তুমিন্না কৃষ্ণরোমদা চঙ্শিনখিরম্মী। কৃষ্ণনা শুপ্লন্দগী কুমথরগা কিবগী মওংদা চেঙ্খোকখিরম্মী, যশোদানা ভারদুনা মযৈ গংদা কৃষ্ণবু ফারে। মমানা চৈ অদু হন্দোক্লগা লেপ্‌স্বল অদুদা মচাবু খোৱা অমনা পুমবা হোংনরম্মী। অদুবু মানা পুন্‌বা হোরকপদা খোৱা অদু মতং থরদং বাংলে। অতোপ্পা খোৱা অম অমুক পুথক্লুনা হান্নগীদুগা অমুক শমজিন্নরে। মদুদসু থংদা অমুক তেন্না খোক্লবদা অমুকসু মতং অমা অমুক শমজিল্লে। মানা শমজিনবা থুদিংদা খোৱা অদু ইঞ্চি থর থর হেক্তা মরাংলে। যশোদা ভকপদা থম খেংলে।

কৃষ্ণনা মমা য়াম্না বারে অমসুং হুমাংনা পূমচোং চোংলে হায়বদু উরম্মী। কৃষ্ণনা মমাবু মুংশিরদুনা লেপ্‌স্বল্দা বাবু পূলহনখি।

## যমালার্জ্জুন কোবা উ পাম্বী

যশোদানা ইমুং মনুংগী থবক্তা মপুক্নীং চঙহনা লৈরম্মী। হৌখিবা মশোক্তা কুবেরগী মচাশিং ওইখিবা যমালার্জ্জুন হায়না কৌবা উ পাম্বী অহনু লানবিরগে হায়না কৃষ্ণনা খল্লম্মী। কুবেরগী মচাশিং অহুগী মমিংদি নলকুবের অমস্তুং মনিগ্রীব হায়না কৌরম্মী। মখোয় অনি অসি হারঙমম্নবা লন-থুম. কজবা অমসুং চঙথোনবগী মতৌ লৈবহনা নাপল কারক্রবদ নারদগী শাপুগী উ পাম্বী ওইখিবনি

কুবেরগী মচা মুপা অনিহু গন্ধর্ব্ব লৈশাবীশিংগা তুরেল অমদা মকি মরোল য়াওদনা শান্নরম্মী। নারদনা লম্বী অদোমদা কাওহনা লাক্লম্মী। স্বর্গগী লৈশাবীশিং অহুনা ঋষিশিংনা মখোয়বু শাপ তৌরকনি কিবদগী মকি মরোল য়াওদবহুদা ইকায়রহুনা কি শেৎচিন্নখি। অহুবু রাক্ষস্ অমিহুদি থৌশারমদে। মহুদগী নারদনা মখোয়দা শাপ তৌরম্মী। "কুবেরগী মচামুপা অনিসি য়াম্না থৌওই-উশিত্তে মমায় কল্লি। মখোয় অনিসি উ ওল্লো। অহুবু এগী থৌজাল্দগী মখোয় অনিমক্ত জানদি মাঙদবা ওইরসনু। লাইগী চহি চাম্মগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু শোকপদা মখোয়গী অরাবা কোক্রসনু।" কুবেরগী মচা মুপা অনিসি বৃন্দাবনদা অর্জ্জুন কৌবা উ জুরা ওইনা হৌখিবনি।

শ্রীকৃষ্ণনা লেপ-সুম্বল্ অহুবু চিংখত্না যমালা অমস্তুং অর্জ্জুন কৌবা উ-পাম্বী অনিহুগী মনাক্তা চঙশিল্লকে। উ অনিগী কারক্তা

চঙহনা উপিং অহু মরু কাওবা ফুরুংলে। উ অনিহু অকিবগী মশক ওইরবা শউমগা লোয়ননা চুরম্মী। সিরু অনিহু উদগী খোরক্তুনা মখোয়গী মঙাম্না মকুম অহু লংলম্মী। মখোয়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নৈলশি-নৈখোল্লম্বগা স্বর্গদা কাখংলে।

অকিবগী খোঙ্গেন্দু তারবদা, গোপ-গোপীশিংহু মকুম অহুদা লাক্লম্মী, মখোয় পুম্নমক্না অর্জুন কৌবা উ পাম্বীশিংহুনা চুরম্বহু খেংনরম্মী। মুপা মচাশিংহুনা মখোয়না উখিবহু পাউদম্লম্মী। মখোয়না হায়রম্মী "পুম্নমকসি কৃষ্ণনা তৌবনি। মামা চিংবদা উ পাম্বী অনি অসি ঙংহুনা চুবনি। অহুগা উ-পাম্বীশিং অসিদগী নিপা অনিখক খোরকপম্ব ঐখে'য়না উহৌই" অহবু গোপ অমম্ভুং গোপীশিংনদি নিপা মচাশিং অহুনা হায়ম্বিবহু থাজবা ওমখিদে। অপীকপা অঙাং মচা অসিনা উ পাম্বী অনিসিবু ইন্থবা ওইথোক্কে খন্দুনা মখোয়দা অঙকপনা থম্লম্মী।

## উহৈ য়োমবা

নোংমা মুপী অমমা "হে মীয়ামশা। ভহে লেম্বু" হায়না লাউবহু কৃষ্ণনা তারম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা কর্ম্ম-পূজা তৌজরিবশিংদা মহৈ পীনখিবা ওইরবগ্ন মহাক্না থুনমক মরু-মরাং খুজোক অমা লৌরগা মুপী অহুগী মমাক্তা চঙহুনা উহৈগা শিন্নবা হায়ক্লে। মুপী অহুনা কৃষ্ণগী মথুং অনিহু উহৈ থম্না হাপ্লে অহুপা মহুগী মহুতা মহৈ মরোং (মরু মরাং) অহু লৌহুনা মাগী থুম্বক্তা হাপচিনখি। মাগী থুম্বক অহু মমল য়াম্নবা মথি অমম্ভুং নুংনা থনথিরম্মী।

## বৃন্দাবন

উপনন্দ কৌবা মায়া শিংলবা গোপ অমনা গোপশিংদা হায়রম্মী, "গোকুলদা শাংথনা লৈবসি খুদোং চাক্রে। মফম অসি ফত্তবা খুদম যায়া থোক্লে। মফম অসি ঐখোয়গী অঙাং-শিংগীদমক্তা খুদোং চাদবা ওইরক্লে। কৃষ্ণ হায়বা অঙাং অসিমক্ত পূতনাদগী লুনা কণহৌরবনি। চৰিগী থৌজাল্দগী পাঙৌনা মঙোন্দা নন্দবনি। মহাকপু অসুরনা লৈচীন্দা পুথংলুরবনি। থৌজাল হৈরবা ঈশ্বরগী কৃপাদগী নুং মথক্তা তাবত্ত্ কনখিবনি। উপাম্বী তুরকপদম্ভ মাচ্যাতদনা মাবু কনবিখিবনি। ঐখোয় পূম্নমক ইচা-ইনাই পূম্নমক পূরত্তুনা ওসিমক বৃন্দাবন্দা চৎলসি।

মফম অত্তুদা ঐখোয়গী শা-যণ অমদি গোপ গোপীশিংগী মফম চাবা ওইগনি। মফম অত্তুদা ফজরবা চীং, শঙ্খাবুং, অশং-অমান, অতেকপা নাপী-শিঙবী অমম্মুং পাম্বী কয়া হৌরি।"

গোপশিংনা য়েংনবা লৈতনা য়ানীংলত্তুনা হায়রকই, "মত্তুনা করে, মত্তুনা করে। করে—করে হায়নৈ।" মখোয় পূম্নমক বৃন্দাবন্দা খোঙশানক্লে। বলরাম অমম্মুং কৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন, বৃন্দাবন অমম্মুং যমুনা তোর্ব্বান উবদা নুংঙাইবনা থম থেংলম্মী।

### ( বৃষাসুরদগী নাম্বোকপা )

নোংমা বলরাম কৃষ্ণ অনিনা যমুনা তুরেল মপান্দা শঙ্কেন-মহাশিংগা শান্নত্তুনা যণ শেল্লম্মী। অসুর অমনা যম্নাউগী মুক্তি লৌরত্তুনা যম্নাউ মরক্তা তিল্লরে। মহাকী মপুক্রীংদা কৃষ্ণ অমম্মুং

বলরামনু হাংকে হায়বগী কল্লবা রাখল অমা চেন্নি। অসুর অহুনা ষম্নাউ শাহুনা ষম্নাউ মরক্তা তিন্নরিবহু খঙলহুনা কৃষ্ণনা বলরামদা তাক্লম্মী। অঃদগী ভুমগ্না কৃষ্ণনা হিংচাবহুগী মনাক্তা চঙশিনখিরম্মী। কৃষ্ণনা অসুর অহুগী খুহুং অমম্নুং মখৈ কায়হুনা উরু-উরু লৈরগা উ অমদা কুশীনখি। অসুর অহু শিরে। শঙ্খেননহাশিং অহুনা শ্রীকৃষ্ণবু লৈশি-লৈথোনখি অমস্নুং লাউ-রকখি, "নীংথিজরে, নীংথিজরে।" দেবতাশিংনা পেন্নহুনা শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তা লৈনা নোং ওইনা চুখহল্লকখি।

## বাকাসুরদগী নাহ্নোকপা

নোংমা শঙ্খেননহাশিং অহুনা পুক্রি অমদা ঈশিং থকপা চংলম্মী। মখোয়না, কংসগী মক্লপ চাউরবা অসুর (হিংচাবা) অমা বক (বাইনু) গী মওং লৌহুনা লৈবহু উরম্মী। বাইনু (বক) অহুনা থুনা য়াওনা কৃষ্ণবোমদা চেনশীল্লকুনা মচীম্না থিন্-নবা হোৎনরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মচীন্ নাবা মাবা পায়হুনা তোঙান-তোঙানা নাপী মকা অমগুম্না শেগাযরম্মী। অসুর অহু শিরম্মী, দেবতাশিংনা নোংগী মতৌগুম্না কৃষ্ণদা লৈ চাইথরকখি।

## অঘাসুরদগী নাহ্নোকপা

নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা উমংদা লুপাযচাশিংগা শান্নরম্মী। মতম অহুদা পুতনা অমস্নুং বকাসুরগী মনাওনিপা খৌরবা অঘ কৌবা অসুর অমা কংসগী য়াথং পুহুনা মকম অহুদা লাক্লম্মী। অমত

কংবদগী শিব নাইরবা দেবতাশিংনা কাওবা অঘবু কিনরম্মী। অঘাসুরনা মথন্তা অসুম্না খঙরম্মী, "যদি ঐগী ইয়াম্বা অমসুং অঘাসুরনা মথন্তা অসুম্না খঙরম্মী, ইচে হাংপহৃনি। ঐনা হৌজিক্তি কৃষ্ণ-বলরাম অমসুং মখোয়গী মরূপশিংবু হাত্ত্রনা লম্মল খুম্নগনি।"

শাখিরবা অসুর অদুনা লাইরেল মকোলগী চাউরবা মূর্তি লৌদুনা শাংবা নোয়রবদা যোজন অমগী লম কন্দুনা চাউরবা চীংজাও অমগুম্না লৈরম্মী। কাখোকপাময়ানা থক খা লৈচীল শোকই। কৃষ্ণ অমসুং মাগী লোয়নবশিংবু য়োংশিন্নবগীদমক্তা শুরুং মাল্লবা ময়াদু কাখোক্তুনা থম্মী। শক্লেননহাশিং অমসুং যন্নাউশিং অদু মোমো'ন বোক্না মথূখাক খুরদুনা লিনগী খয়াত্তা চংখিরম্মী। লিন অদুনা ময়া অদু উমশিল্লযদে। কৃষ্ণ চঙ-শিল্লক্তি কাওবা ময়া অদু কাখোক্তুনা থম্লম্মী। কৃষ্ণনা লিনগী ময়াদা চঙলক্লগা অসুরগী মখনাউ মনুংদা চাউনা কপ্লোয়রক্লম্মী। অসুর অদু স্বর থিংদুনা শিরে। কৃষ্ণনা শক্লেমনহাশিং অমসুং যন্নাউশিংগী অনৌবা পুন্সি অমা পীদুনা অসুরগী মখা অরাও-বদগী থোরকম্নিরম্মী। লংলবা মঙাল অমা চাউরবা লিনগী মূর্তি অদুদগী থোরক্তুনা কৃষ্ণগী মূর্তিদা তিনখি।

## ব্রহ্মাগী মায়া

শ্রীকৃষ্ণনা শক্লেমনহাশিং অদুবু যমুনা ভুরেলগী লৈতোং চাক্তা ভাররবা তোর্ব্বান্দা পুরম্মী। মকম অদুদা মখোয় পুম্নমক চয়া বাক্লম্মী। যন্নাউশিং অদু করিগুম্বা মকম অমদা চখোক্লখিদুনা

থিবা কংলমদে ! শঙ্খেনমহাশিং অহু অকিবা অমা থংকোও কাওরম্মী। মথোয় হৌগংকে ভৌরম্মী। কৃষ্ণনা মথোয়বু খায়গা যম্নাউশিং অহু মানা থিবিগনি হায়রম্মী। কৃষ্ণনা যম্নাউশিং অহু থিবা হৌরক্লম্মী। ব্রহ্মানা মকম অহুদা লাক্লগা যম্নাউ অমম্তুং শঙ্খেন-নহাশিং অহু মকম চাবা অমদা থৈদোক্লম্লগা মাঙথোকখিরম্মী।

কৃষ্ণনা যম্নাউশিংহু থিবা থঙক্রে। মানা যমুনা তোর্ব্বানদা অমুক হন্নকপা মতমদদি শঙ্খেননহাশিংহুস্তু অমত্তা উথিদরে। মসি পূম্নমকসি ব্রহ্মানা তৌরিবনি হায়বা কৃষ্ণনা খুদক্তদা খঙখি। ভগবান্ মশামক্তা, যণবীশিংগী, শঙ্খেননহাগী মমাশিং অহুগা ব্রহ্মা মশামকোস্তু হরাও-নুংঙাইজনবগীদমক্তা, যম্নাউ, শঙ্খেননহাশিংগী তোংঙাম তোংঙানবা মুর্ত্তি লৌরে। মাঙখিবা শঙ্খেনমহা অমম্তুং যম্নাউশিংগা মশীং, শকক্ম মান্ননা মকম অহুদা পূম্না লৈহনখি। কৃষ্ণনা ওনবা ঙাক্ত ইওইবন শঙ্খেননহাশিংগী মমাশিং অহুনা মচাশিং অহুবু হেন্না নুংশিরম্মী। যণবীশিংনস্তু যম্নাউশিং অহুদা খোইদোক-হেন্দোকপা প্রেম থমখি।

শ্রীকৃষ্ণনা মাগী থৈদোকপা লীলা অসি চহি অমা চুম্না শায়খি। চহি অমা কাগদবা নুমিং মঙা ভক্ককনি রাংজিঙৈদা বলরামনা নোংমা যণশিং অহু গোবর্দ্ধন চীংথক্তা শজিক চাহুনা লৈবহু উরম্মী। যণবীশিংনা যম্নাউশিং অহু ব্রজগী মনাক্তা শজীক চারহুনা লৈবহু উরম্মী। মচা উবদা নুংঙাইমনখিবনা যণবীশিং অহুনা মী অমম্তুং শানা চৎপদকাওবা লূরবা লম্বী কাওহুনা মচাশিংগী মায়কৈদা চেনশিন্নখি। যণবীশিংগী ভম (থোম) দগী

শঙ্গোম চেষ্টরক্লম্মী। যম্নাউ পোকপদ ভায়খিবা যগবীশিংনস্সু হান্নগী যম্নাউদা চঙহনা খোম পাথক'থ। ব্রজগী মীশিংনস্সু মখোয় মখোয়গী মচাশিংনা নুংশিবা হেনগংপহ ভগবান্না উখি। কৃষ্ণনা মথক্তা অস্সুম্না রাখল তৌখি, "মতম শাংনা থাদোক্লররবা (থাইনররবা) যগবী অমস্তুং যম্নাউগী মরক্তা অস্সুম্না য়াম্ন নুংশি নবসি ঐ থক উখিদ্রি। ব্রজবাসী পূম্নমক্না মচাশিং অদু কৃষ্ণদগী হেন্না নুংশিনম্মী। হুশেংনমক ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাগী যোগ মায়াগী শক্তি উৎপনি" যম্নাউশিং অমস্তুং যগবীশিং অদু শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতৈ কনাস্সু নত্তে হায়বহ উরকখি।

অদুদগী মানা কৃষ্ণদা হায়রম্মী, হে ভগবান্! যম্নাউ অমস্তুং শঙ্গেননহাশিং অসি দেবতাশিং নত্রগা ঋষি'শংস্সু নত্তে। মখোয় পূম্নমক নঙ মাল্লি, হে কৃষ্ণ! মসিগী অথূপ্পা মরম অসি করিনো? খোজানবিহুনা তাকপিয়ু।" মহুদা কৃষ্ণনা খোকপ্রিবা খোদোক পূম্নমক বলরামদা শুগায়না তাকখি। ব্রহ্মানা শাম্নবা লোনম অহুবু তাকখি। বলরামনা পূম্নমক ভাব তাখি।

ব্রহ্মা ব্রজদা হলক্লম্মী। মহাক্না যম্নাউ অমস্তুং শঙ্গেন-নহাশিং অদু উরম্মী। চহি অমগী মমাঙদা তৌখিবা অহুগা মামনা শ্রীকৃষ্ণনা যম্নাউ অমস্তুং শঙ্গেননহাশিং অহুগা শামরবহ ব্রহ্মানা উখি। মাগী মায়ানা থমলিবা অহুগা কৃষ্ণগী মায়ানা শেমলিবা অনিহুগী মরক্তা খেন্নবা অমত্তা উখিদে। ব্রহ্মানা কৃষ্ণবু মায়া তৌবা পায়রনি অহুবু মশানা মশাদা মায়া তৌজরে। ব্রহ্মাগী মীওা যম্নাউ অমস্তুং শঙ্গেননহাশিং পূম্নমক

শ্রীকৃষ্ণগী মুত্তিমক্তা ওইনা উৎ্রে। পুম্নমক শংবাম্নবগী কুচুমক্তা ওইদুনা সনা কীগেগী অহ্লংকাম্নমক্তা থোন্‌বা ওইনা উৎ্রে। পুম্নমক পাংখোম মরি পান্দুনা লাইগী খুজু-খুলায়মক্তা পায়ধ্রে। পুম্নমক কোক্তা লুছপ অমস্তুং নাদা নাইল্ থোনবা উয়ে। অতকপা দৃশ্য অসি উবদা ব্রহ্মা বাহ্বরে। শ্রীকৃষ্ণনা মায়াগী মায়খুম হাংদোকখি। ব্রহ্মানা জ্ঞান কংলক্লবদা মথন্তা মমাঙ অমস্তুং শক্লেননহাশিংবু ৎিরম্বদু শ্রীকৃষ্ণনা থেংনখি।

ব্রহ্মানা মমিত্তা মপি তারদুনা অমস্তুং নৈশি-নৈথোন্‌বা বাহৈনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা হম্না হম্না তুখি।

## ধেনুকাসুরবু হানবিবা

নোংমা বলরাম অমস্তুং কৃষ্ণগী অথোইবা শাম্নরোয় শ্রীদাম, সুবল স্তোকনচিংবা মরুপশিংনা কৃষ্ণ অমস্তুং বলরামদা হায়জ-রম্মী, "মকম অসিদগী পংলাপ লাপ্তনা কোনা পাম্বীনা পাক শম্না হোৎ্রবা বন অমা লৈ। মদুগী করুবদুদি হায়তমদে। অমুনবা উহৈনা মাহ্বরবা কোনা পাম্বী পমেং পমেং হৌই। অদুবু মকম অদু ধেনুকা কৌবা অসুর অমনা মাগী মরী-মত্তাশিংগা লোয়ননা বন অদুবু ঙাকপদগী করা অমত্তা বন অদুদা চঙবা ঙম্নদে। ধেনুকাগী মুত্তিদি গধাগী মওংনি। মানা মমাঙতৈদম্ন মী মাম্না হাংপ্রবনি। মরম অদুনা মীনা কিবদগী মকম অদুদা চম্নদে। উহৈগী মনম শুংশিবদুদি

ঐখোয়না মকম অসিদগী কাওবা নবই। উচৈশিং অহ্ন য়েংবদা
মিহৌবকয়ি। ঐখোয় মহুমু চানীংই।"

বলরামনা উবং অহূদা থোনা কনা চৎলম্লগা উ-পাম্বীশিং
অহ্ন কনা লীক্লম্মী। উথকগী মশাং লাকওমদনা উহৈ কেল্লম্মী।
উহৈ কেনবগী মখোল অহ্ন অসূর অহূনা তাবদা থুনা য়াওনা
চেখোরক্লনা বলরামদা মাগী মখোওনা থবাক্তা কাওরম্মী।
বলরামনা খঙ্বা অহূগী থুহং মখোঙ অনিমক ওপ্পার পাম্বশিংগা।
তোকখ্বা উক-উক লৈরগা চাউরবা কোনা পাম্বীগী মউদা
থকনবা শক্তিগা লোয়নবা কুপ্লিনখি। অসূর অহ্ন শিরম্মী।
অহূদগী ধেনুকাগী মচা মপূ মরীমতানা বলরাম অমসুং কৃষ্ণদা
কুজিল্লকখি। মখোয় পুম্নমক রাম অমসুং কৃষ্ণনা হাত্তোক্লম্মী।
কৃষ্ণ অমসুং বলরামগী লোয়নবশিংনা কোনা য়ৈহৈ পেনবমথে
চারম্মী। ধেনুকা অমসুং মাগী মরী-মতাশিংনা শিপ্রবা মতুংদা
মীয়াম্না বন অহূদা থকিবা লৈতনা চৎলম্মী অহূগা শা-মণশিংনসু
বন অহূদা শজিক চাখি।

## শন্তেমনবহাশিং অমসুং মরী-মচাউশিংবু য় চাক্লবগী কনখিবা

তোংবা কৃষ্ণনা বলরাম য়াওবনা মাগী শন্তেমনহাশিংগা লোয়-
নন্না বৃন্দাবনগী উবং কোয়না চৎকনবা মতুংদা যমুনাদা চৎলম্মী।
চায়নবকী শাবনা মুংশোয়গী কৈশানা য়েংবদা তাংজেং খোমাংবনাথনা

শক্তেননহাশিং মমম্ভুং শুঙ্গী-মগ্নাউঁশিংহ থাওবা চমমহুবা হু চেন্নবা যমুনাগী ঈশিং অহু থকখিরম্মী। হেক থকল্লুবগা মখোয় পূম্নমক যমুনা মপান্দা লোইনা শিরে ; শ্রীকৃষ্ণনা মন্তেংশগী কাপখোরকপা থরায় পাবা অমৃত (অাব শক্ষারণী) না হায়কেতং য়েংবদা মখোয় পুম্নমকপু হিংগৎহনখি। মখোয়না অান তায়রুবদা ঈশিং মপান্দগী হৌগংনরহুনা মখোয় মশেন অমগা অমগা ইঙক ঙক্লা য়েংনবা হৌরম্মী। মখোয় পূম্নমক যমুনাগী হু চেন্নবা ঈশিং থকল্লুবদগী শিকরবনি অহুগা শ্রীকৃষ্ণগী থৌজালগী মীংয়েংনা মখোয় অমুক হন্না হিংগৎলকপনি হায়বা থওনরকখি।

## কালি কৌবা লিন্দা থৌজ্জাল পারা

"মমাঙৈঙদগী গরুড়না লিন চায়কই। লিন পুম্নমক্লা গরুড়গা য়ায়বা অমা থম্নহনা থাশি মুখিং খুদিংগী লিন অমমম কবিওমা উ পাম্বী অমগী মখোওদা গরুড়দা লাংথোকই। লিন পুম্নমক্লা মাগী মাগী ভোগদবা পূজাগী শরুক অহু গরুড়দা কৎনরকখি। থৌরাং অসিদা গরুড় ওমখৈ নৈতনা পেনখি। অহুবু কাক্রগী মচানিপা কালি কৌবা লিনদি মপাঙ্গল শক্তিগী মাপল অমা নৈরম্মী। মরম অদুনা মাগী ওইনা গরুড়দা কবিওমা পূজা ভৌরমহে অহুগা অতৈনা ভৌরকপা পুজাগী পোৎলম কাওবা মানা লৌখি। গরুড়বু শাউহন্নহনা মতোন্দা লান্দাহনখি। লান-কমদা কালিবু মায়থোবা পীখি। মানা যমুনাগী অরুবা ওহা অমদা চৎহুনা লোংখি।

মতম অমদা গরুড়না গুহা অহুদগী ঙা অমা কায়হুনা চাগে তোরম্মী। ঋষি সৌভারিনা হায়রম্মী, "হে গরুড় । ঙা অহ চারুগনু।" গরুড়না ঋষিগী বা অহ লৌরমদে। ঙা অইতগী তেংথাবহনা ঋষিগী থমোয় শোক্রম্মী। ঙা অইতশিং অহুবু কময়বগীদমক্তা ঋষিনা গরুড়দা শাপ অমা তৌরম্মী মহুদি নঙনা গুহাসিদা অমুক হন্না চঙবা তারবদি নঙ শিবা ওইগনু।

কালিনা মসিগী মরম খঙলহুনা, গুহা অহুদা মাগী মচু মচা পূম্নমক মফম অহুদা চঙজরে।

থাইদগী মহূ কয়রবা লিম্না যমুনাগী ঈশিং অসি হূ চেনহল্লে হায়বসি শ্রীকৃষ্ণনা খঙলম্মী। ঈশিং অহূ শেংদোক্লবগীদমক্তা ভগবান্না লিন অহুবু তুরেলহুদগী তান্থোকপা পাম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা থাংচেৎ কম্না লাকশিল্লগা য়াংলবা কদম্বগী মথক্তা কাখত্রূনা গুহা অহুগী মনুংদা চোংথখিরম্মী। লিন অহুনা য়ায়া শাখিনা কৃষ্ণদা চোংশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মকু মকু ওইবা মফমদা চীক্রম্মী। মমৈনা কৃষ্ণবু পূরা য়েংশিনখি যশী-যম্নাউশিংনা কপ্লম্মী—গোপাশিংনা জ্ঞান মাঙখিরম্মী। নন্দ অমস্তুং গোপ অতৈনা কৃষ্ণবু থিবা লাক্রম্মী। শক্তি লৈরবা লিম্না য়েংশিন্দুনা লৈবহ উবদা মথোয়না থম্মোয় শোক্না কপ্লম্মী।

শ্রীকৃষ্ণ লিম্না য়েংশিনবদগী নান্থোকখি। লিন অহুং কৃষ্ণনা শায়বা হৌরক্লে। মকোক্তা নেত্তূনা জগোই শারক্লে লিনগী মকে ক লিশিং অমা পাল্লি—চামনা মকু ওইবা মকোক্তি লিন অহ ঈবেং ওথোরক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা মকোক অমমম শ্রীচরনন

নেৎলম্মী। লিনগী হকচাং মচেৎ মচেৎ ভাগে। লিন অদুনা ভগবান্দা করবিনবা হায়জরক্লে। লিনগী মুপীশিংনদু শ্রীকৃষ্ণবু লৈশি-লৈখোনবা হৌরদুনা মপুত্তোইবগী থবায় করবিনবা হায়জখি। ভগবান্না ভগোই শাবা লেপখি. কালিয়দু তপ্ন-তপ্না জ্ঞান ফাওরক্লে।

কৃষ্ণনা হায়রম্মী, "হে লিন। নঙ মকম অসিদা অমুক হন্ন' লৈরগনু। নঙগী মরী-মতা, নুপীনচিংবা পুত্তুনা গূরমক সমক্রদা চংল্লো। যমুনাগী ঈশিং অসি শা-যগ অমম্বং মীনা শীজিন্নরসনু। নঙনা গরুড় কিবদগী রামানক দ্বীপ থাদোক্লুনা মকম অসিদা লাকপনি হায়বা ঐ খঙই। হৌজিক্কি নঙগী নকোক্তা ঐগী পাদ-চিহ্ন লৈরবনিনা গরুড়না নঙবু শোক্লরোই। মরম অদুনা কালি কোবা লিন্না রামানক্ কোবা দ্বিপ্তা মাগী মরীমতা, মচু-মচানচিংবা পুত্তুনা চৎলম্মী। অদুদগী যমুনাগী ঈশিং অদু অমৃতগুম্না মধুর ওৈনবা ঈশিং ওইরক্লে।

## লইম্ম য়োংশিনবা

কালেনগী শারবা নুংশাগী নৈশানা উমং-মামং পুমকং কংলম্মী। অহিংদা খঙহৌদনা লইম্ম অমা হৌরক্লুনা ব্রজ অপম্না কোয়শিনখিদুনা মখোয়বু য়োংকদোৌবগুম্না কিহন্নম্মী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা চঙজরম্মী। মখোয়না লাউরকখি, "পুম্নমক্পু য়োংশিল্লকুখা চাউরবা.নৈ অসিদগী ঐখোয়বু কনবিয়ু হায়জরি। হে ভগবান্। ঐখোয় শিবা কিবা নচ্চদে অদুবু ইবুংঙো নঙগী থম্বাল মানবা শ্রীচরণ্ অদুবু ঐখোয়না থাদোকপা ঙমজরোই"

শ্রীকৃষ্ণনা খনাই ভক্তশিংগী উপায় লৈতবহ খঙলহনা অকিবগী মশক ওইরবা দৈঁ অদু ঘোংশরখি। ভগবান্ কৃষ্ণ ভবখৈ নাইরবা শক্তি চৈপ্লি। মতোন্দদি মসি অচুকপা থবক নত্তে।

## প্রলম্বাসুর

মোংমা বলরাম, কৃষ্ণ অমস্তুং অতৈ সাখাশিংনা মখোয় মশেল অচাওবা পোহাম, মাহোং মচু চবুন, দৈ-পরেং অমস্তুং বন-মালানা লৈতেংজরম্মী। থরনা অগোই শাবা হোয়রম্মী অদুগা থরনা ভম্বাইথ হোৌবা ঈশৈ শকম্মী। প্রলম্ব কৌবা অসুর অমা গোপ শাজিন্নদুনা মখোয়গী মরক্তা তিল্লরে। মাগী অনাংবদি বলরাম অমস্তুং কৃষ্ণ অনিবু শুখিবনি। পুম্নমক খঙ-লবা কৃষ্ণনা মাবু খঙ্দোক্লুবা তাং তৌদুনা মরূপ শাশিন্নরগা অসুর অদুবু হাৎনবা তৌরে। শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মরূপশিংদা রাকম অমা হোৌদোক্লে। কৃষ্ণনা হায়রম্মী, হে মরূপশিং! "ঐখোয় কাঙলূপ অনি থোক্লগা শারসি।" অদুদা মখোয় মশেল কাঙ-লূপ অনি থোক্লরে। থরনা বলরামনা লুচিংলগা শারবদা মাওগে থক্লে অদুগা থরনা শ্রীকৃষ্ণনা লুচিংবদা মাওগে থক্লে। শারবদা মাংখিরবা কাঙলূপনা অথোইবা কাঙলূপকী মীবু মনক্তদা পোয়না অকক্লবা মকম অমকাওবা পু-নবা তারম্মী।

শারবদুদা বলরামগী মীচঙ ওইমিন্নবা শ্রীদাম, বৃষভ মমস্তুং অতৈ সখাশিংনা জয় ওইরে। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীদামবু, ভদ্রসেনানা বৃষভবু অদুগা প্রলম্বনা বলরামবু পোদুনা পুরম্মী।

প্রলম্বনা বলরামগা লোয়ননা অককুবা মকম অদুগী মাংবদা চেল-
লম্মী। বলরামনা কৰিগুম্বা কত্তবা খোকত্না চিংনখি। প্রলম্বনা
মশাগী অশেংবা চাউরবা মশক অদু লৌরক্লে। বলরামনা অসুর
অদুবু কল্লবা খুদুম অদুনা মকোক্তা শুদুনা অসুরদুগী মকোক্তু
থুগায়রম্মী। অসুর অদু ঈ ওদুনা শিরে। শক্লেননহাশিং অদু মায়া
ওরদুনা লাউরক্লম্মী। "ফজরে! নীংথীজরে।"

## উমংগী মৈ

মতম মনাউ পুম্নমক ভদিরকু উমংদগী লাপথোকখিরম্মী। উমং
অদুদগী পাক-চাউরবা লৈম্ম অমা থঙহোৎনা হৌরক্লম্মী। শক্লেন-
নহাশিং অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা কনবিনবগীদমক্তা চঙজরম্মী। মখোয়-
না হায়রম্মী, "হে কৃষ্ণ, ঐখোয়গী চায়খোইরবা। ঐখোয়না
শ্রীচরণ থাদা চঙজরি। লৈম্মনা ঐখোয়বু উং ওইহনগদৌরে।
নঙদি ভমথৈ মাইত্রবা শক্তি লৈবা ভগবাননি। ঐখোয়বু কনবিয়ু।
নঙদি ঐখোয়গী অমত্তা ঙায়রবা ভগবান্নি। ঐখোয়না নঙোন্দা
চঙজয়রবনি।"

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী, "ঐগী মুংশিরবা মরূপশা! কিগনু নমিং
উইশিল্লু।" মদুদা শক্লেননহাশিং অদুনা মমীৎ উইশিল্লম্মী।
শ্রীকৃষ্ণনা মমীৎ পাঙথোক্লে হায়রম্মী। মখোয়না মমীৎ পাঙ-
থোরকপদা মখোয় পুম্নমক অমুক হন্না ভদিরকুদা লৈরম্মী।
মখোয়গী মঙশিং অদু মিত্রংগী মতৌঙ্গুম্না কন্নি অমত্তা লৈবা শোকনা
লৈরগদু উমংদা ওকপনা থম থেংখি। শ্রীকৃষ্ণগী যোগ শক্তি অদু

উবদা অহুগা মৈদগী মিত্রংগী মতৌগুম্না মখোয়না। নাম্বোকহৌবা উবদা শঞ্জেননহাশিং অহুনা শ্রীকৃষ্ণবু মীওইবা নত্তে—শিবা নাইত্রবা ঈশ্বর অহুনি খনখি।

## ২৪ (বাঁশিগী সুর)

শরত ঋতু চঙলক্লবদা উমং-বামং পূম্নমক কল্লরে অমস্তুং পূক্নীং শুক্নাৎনবগী মশক ওইরে। ঈশিং তক্ল তক্লরক্লে। নামৈবা মুংশিং শিংলক্লে। শ্রীকৃষ্ণ বলরাম যম্বী যন্নাউ অমদি শঞ্জেননহাশিংগা লোয়নননা উমংগী কজরবা দৃশ্য য়েংনবা চৎলম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশি খোংবা হৌরক্লম্মী। বাঁশিগী সুর তাবদা গোপীশিংহু মশানা মশাবু কাউথোকখিরম্মী। বাঁশিগী সুর (ঈশৈ) না পূম্নমক্কী থম্মোই হূরম্মী।

গোপী খরনা হায়রম্মী, "বাঁশিনা অঙকপা গুণ চেনবা থবক তৌরম্লগনি। মরম অহুনা বাঁশিনা শ্রীকৃষ্ণগী অমৃতগী মশক ওইরবা চীনবাম্দা হাকথেংনবা কংজখিবসি ভগবানগী ভক্তশিংনা মখোয়গী চাদা-নাউদাদা ভক্ত পোক্লবদা হূংঙাইজহুনা প্রেম-ঈহৌ লৈজব-হুম, বাঁশিবু য়োকখৎচরকপা ঈশিংনস্তু হূংঙাইজবনা তুজুংলি অদুগা মহু চাহুনা হিজরকপা পাম্বীহুনস্তু অমৃতগী মওংদা হূংঙাইজবগী পি শিন্দুখি."

অতোপ্পা গোপী অমনা হায়রম্মী, "শ্রীকৃষ্ণগী পাদচিহ্ন তাহুনা কৃপা ফংলবা বৃন্দাবন অসিনা পৃথিবী অসিগী মীংচৎপু বৈকুণ্ঠ কাওবা শঙ্কোকখ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী থবাল মাল্লবা চরমা শোকপদগী বৃন্দাবন অসি য়েংবদা কয়াদা ফজত্রবনো। পৃথিবীদা বৃন্দাবনগুম্বা মফম অমা লৈজে।

"শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ওঅংবরবগী মশক ওইরবা বাঁশি খোংলকপদা মাহোং লাবম' ঈশৈগী তাল্ চানা হয়াওনা অগোয় শাই। মখোয়না পূর অহুবু যেঙনা খোংবা নোংগী মতৌগুম্না লৌখি। বাঁশিগী ঈশৈ হাবদা লমলক্তী শাশিংনা লেঙদনা চপ লেপই। শক্তি কাওবা প্রেমগী মীংয়েংনা বাঁশিগী ঈশৈবু তারি। স্বর্গগী লাই-রেম্বীশিং কাওবা ঈশৈগী সুরদা লুপখিহনা মখোয়গী মপান্থোংগী ভাব্ মাঙখিরম্মী ষণবীশিংনা মনা চপ মুংনা লেঙদনা মমীত্তা পুংঙাইবগী ঈরা শিন্দনা, ঈশৈগী অমৃতবু চুপলি। ষমাউশিংনা বাঁশিগী ঈশৈবু খোরাংনা, মমাগী খোমহু মমাদা চুপ্প চুপ্প লেপ্পুনা তারি। অরাংবা উখক্তা তোংলিবা উচেক কাওবা, পুক্নীং ওঅংলবা বাঁশিগী ঈশৈবু তু'মনা তারি। তুরেনগী ঈরৈনা কাওবা শ্রীকৃষ্ণবু উত্তনীংবগী অকনবা আশা তৌরি। তুরেনশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবহু উংলি। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিরবা ঈশৈহুবু তানীংহনা ঈচেল লেপ্পি। মখোয়গী ঈথক্তী মখুংনা থম্বাল হনগন্না মখোয়বু কোমশিনবীনবা শ্রীচরন্দা কংলরি অভিয়াদা খোকলিবা নৈচীন্দা য়েংউ। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তা ছাটিনগুম্বা থরি, শারবা মুং-শাদা শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশি খোংলকপদা স্বর্গদগী লৈ অঙৌবা মচা মচা চাইথরকপগুম্না ঈশিং থীক্নুনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা চন্থৈ।

"চৌংজাউশিংগী মরক্তা যুবরাজ ওইরবা গোবর্দ্ধন্না জয় ওইরে. মরমদি মসিগী মাংপোমদা শ্রীকৃষ্ণনা মনবী-ষমাউ পূমক শেন্নমহুনা, মাগী মঙ্গ, অহাওবা উহৈ য়মমুং অশেংবা ঈশিং শ্রীকৃষ্ণদা কচ্চবা কংখ্রে। বাঁশিগী সুমনা কয়াদা ওকপ্রবা থবক তৌরিবনো!"

শ্রীকৃষ্ণগী মথল মথাগী ওইবা শান্নবা লীলাবু বর্ণন তৌজবদা অমসুং মাগী ঈশৈ শকচবদা ব্রজ গোপীশিংদু মশাবু কাউ-থোকখিরম্মী। মথোয় পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা লূপশিনখ্রে (তন্ময়া)।

## ফি হুরানবা

হেমন্ত ঋতুগী অহাংবা চঙশিল্লক্লম্মী। নন্দগী ব্রজদা লৈরিবা-নুপীমচাশিংনা রাশক অমা থমদুনা কত্যায়িনী (দুর্গা) লাই-রেম্বীবু পূজা তৌরম্মী মখোয়না অশেংবা চিন্তাক্তমক চারম্মী। মখোয়না হায়জরম্মী, "হে কত্যায়িনী! সংসারসিবু পালন তৌবি-রিবী, হে অঙকপা যোগ শক্তি পুরিবী লাইরেম্বী। নন্দগী মচানুপাদু ঐখোয়গী ইপুরোইবা ওইহনবিয়ু। ঐখোয়না নঙগী চরন্দা থুক্লমজরি।" মখোয়না রাশক ব্রত অদু থা অমা তৌরম্মী। মখোয়না অয়ুক অঙনবদা, নুমিং খুদিংগী যমুনা তুরেন্দা ঈরুজরম্মী। মোংবদি মখোয়না মফি মরোল পুম্নমক থম্নদুনা তুরেন্দা ঈরুজবা কুমথরম্মী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগা লৈশিং-লৈথোনবা ঈশৈ শক্লুনা তুরেন্দা নুংঙাইনা শান্নরম্মী।

শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মরূপ পুম্নমক্তা লোয়ননা, মখোয়গী রাশকচরিবদু থুংহনবিনবা, তোর্বান্দা চৎলম্মী। মহাক্না মখোয়গী মফি-মরোলশিং অদু লৌদুনা থুনমক নক্লুনা লৈরিবা কদম্ব পাম্বীদা কাখংখ্রে। মহাক্না লৈশাবীশিংদুদা মফি-মরোল লৌক্লাউ হায়রম্মী। মখোয়না অমুক্তা তৌরবদা কৃষ্ণনা মফি-মরোলশিং অদু পীরম্মী।

কৃষ্ণনা অতুদগী গে.পীশিংদা হায়রম্মী, "হে ধর্ম্ম চেঙ্গবী অমম্তুং শেংলবীশা! নখোয়গী অনীংবচ ঐ থহুই। নখোয়গী বাশক অতু চেংনা ঙাক্লে। নখোয়না ঐবু পূজা তৌনীংই। ঐনা মতুদা য়াঃর নখোয় মঙ্গল ওইজরগনি। ঐঙোন্দা নপুক্নীং অমম্তুং থম্মোয়না ভক্তি থহবা মীশিংহ সংসারগী ঙমখৈ নাইরবা অপাম্ব পোংশং অতু ফংলোই মরমদি মখোয়গী অপাম্বহ ঐঙোন্দা থম্নবদা মখোয়গী সংসারগী অপাম্বচ চাকথেকথি। মহৈ-মরোং অমবু ঙৌথোক্লবা নক্ষ্রগা ফুত্তোক্লবা মতুংদা মতোন্ চোংদবঙুম, মখোয়গী অপাম্বহ ঐঙোন্দা ওনশিল্লবদা সংসারগী অপাম্বনা ফুংঙাইবনা মখোয়বু চিংথোকপা ঙমদে। ব্রজদা হনখ্রো। নখোয়না কত্যায়িনী পূজা তৌজবগী ফল ফংলবনি। লাক্লিবা শরত ঋতুগী অহিংশিংদা নখোয়না ঐগা লোয়ননা শান্নবা ফংজগনি।

## কৃষ্ণ অমম্তুং বেদ-যজ্ঞ

শ্রীকৃষ্ণন বলরাম অমম্তুং শজেননহাশিংগা লোয়নহুনা বৃন্দা বন্দগী লাপথোক্লা চংলম্মী। কালেন থাগী মতমনি। মুমিংকৌ মৈশা থম থেংনা শারম্মী। উ-পাম্বীশিংনা উরুম পীরম্মী। কৃষ্ণনা হায়রম্মী, "য়েংউ মরূপশিং! উ-পাম্বীশিং অসি কয়াদা পুকচেল চাউগ্রবনো। মখোয়না হিংলিবসি অতোপ্পগী ফনবগী-দমক্তনি। মখোয়না মুশিং, নোং, নুংশাগী অমম্তুং উনগী অরাবা থাঙই। মখোয়গী পুন্সি অসি থাইদগী ফরবা পুন্সিনি।

মখোয়না জীব অতৈবু য়োকই। মখোয়মা কমাবুম্ন নীংঙা কায়না চংহনখিদে। মখোয়না চঞ্জরকপা কমাগুমদা কয়িগুম্বা খরদংদি পীখি। মখোয়না মশাগী মনা, লৈ উহৈ, মক্ক, মকু, মমম, মহী, অপোম্বা ময়োল্ গম্, উৎ, শীং, মৈতান, চাক অমম্বুং উরুম্নচিংবা জীব অতৈগী অপাম্বহ পীহনা পেনহল্লি। হিংহনা লৈরিবা জীবশিংগী মম্বুংদা, মখোয় অহুনা অহোম্বগী কনবগীদমক্তা পুক্কিনা, লম্না, জ্ঞানা অমম্বুং থাহৈনা দান তৌরবহ অশেংবা মপোক ওইরবনি।"

শগ্রেননহা খরদি চাক লাম্লহনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জরকই, "চাক লাম্বনা খাঙবা ঙমদরে। থৌজানবিহুনা ঈংখবা য়াবা উপায় অমত্তং পুথোকপিয়ু।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী, "হে মরুপশিং! মকম অসিদগী খরদং চংলগা, বেদবিদ্ ওইরবা ব্রাহ্মণশিংনা স্বর্গ কংনবগীদমক্তা অঙ্গিরস্ কৌবা চাউরবা যজ্ঞ অমা তৌরি। মখোয়গী যজ্ঞ তৌকমদা চংলু। ঐখোয়গী মিং পন্দুনা মখোয়দা চানবা পীয়ু হায়জরু।"

শগ্রেননহাশিং অহুনা যজ্ঞ মফমদা চত্তুনা ব্রাহ্মণশিংহুদা চানবা পীয়ু হায়জরম্মী। ব্রাহ্মণশিং অহুনা মখোয়গী থাহু থৌওইনা তাত্রে (মনা পঙত্রে)। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু ইচম চম্বা শিবা নাইবা ওইনা খন্দুনা মানা (কৃষ্ণ) হায়জবহু থৌওই-খিদে। যজ্ঞ হায়বসি পুম্নমক মখোয়গীদমক্তনি অহুবু মখোয়না যজ্ঞগী মপু (ভগবান্) অহুবুদি থৌওইদে। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণদগী হেল্লি হায়না খল্লি। ব্রাহ্মণশিং অহুনা 'হোয়' 'যাই'

হায়রবদা শগেমনহাশিং অহু উপায় লৈরদনা নীংবা কায়না হল্লকুনা মরম পুরবক শ্রীকৃষ্ণদা তয়রে। কৃষ্ণনা থৌরাংদুনা হায়রম্মী, "মরুপশা! হন্দক্তি ব্রাহ্মণশিংগী লুপীশিংদা চৎলু।" মখোয় চৎখ্রে। লুপীশিং অহুনা, মখোয় মখোয়গী মরা-মপুরোইবনা, মচিন-মৌপ্নানা অমস্তুং মচাশিংনা থিংহুনখ্রু, অদুগা মখলগী চান-থক্লবা অথুম-অহাউ পুরহুনা শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা থুনা য়াওনা লাক্লে।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী, "হে লাইবক ফরবীশা। নখোয় পুম্নমক্পু ওকচবি। ফগাইয়ু। ঐনা নখোয়গীদমক্তা তৌরগদবহু হায়বিয়ু। নখোয়না ঐবুত্তা উনবা লাকপনি। ঐ খ্বাইদগী থোইনা যুং-শিরবা আত্মাহনি। আত্মাবু নুংশিজবা মীনা হায়ন-তাক্লবা লৈতনা অমস্তুং অচেৎপা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা ঐহোন্দা চঙৈ। প্রান বুদ্ধি, পূঙ্গৌং, হকচাং, ইতু-ইচা, মরী-মতা অমস্তুং লন-থুমনচিংববু আত্মাগীদমক্তা নুংশিক্লবনি। আত্মাদগী হেন্না নুংশিবা অতে কার অমুক লৈথগদগে? হৌজিক্তি নখোয়না ঐবু উরে। নপুরোইবশিংগী মকমদা চৎলো। নখোয়গী মতেংনা মখোয়না যজ্ঞ অহু পাঙথোকদবনি।"

ব্রাহ্মণশিংহুগী লুপীশিংহুনা হায়জরম্মী, "হে ভগবান্! ঐখোয়না নঙগী শ্রীচরন্দবু থিজরকপনি। ঐখোয় মরী-মতা থাদোকচরে। নঙগী শ্রীচরন্দগী তারকপা তুলসি মনাগী পরেংহু ঐখোয়গী শম্বুন্দা থেৎহনবিয়ু। ঐখোয়গী ইপুরোইবা, ইমা-ইপা, ইচানুপা, ইযুং ইপ্পা অমস্তুং মরী-মত্তাশিংনা ঐখোয়বু অমুক লৌশিন্নবিরয়োই।

সংসারদা লৈরিবা মীপুম খুদিংনা ঐখোয়বু কাউথোক্লগনি (হন্দোক্লগনি)। ঐখোয় পুম্নমক ইবুংঙো : ঙগী শ্রীচরণদা তুজরগনি। নঙগী ঙাকপি-হৈবনা ঐখোয়বু থৌজানবিয়ু। ঐখোয়বু ননাই ওইহনবিয়ু।"

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী, "হে লাইবক ফরবীশা। নয়ুমদা হনল্লো। নখোয়গী নপুরোইবনা, মচানুপাশিংনা, নমা-নপাশিংনচিংবনা নখোয়বু পেন্দবা ওইরোই। ঐগী য়াথংনা, মী পুম্নমক্তা দেবতা নখোয়বু ইকাই কাওবনা নখোয়গী শাজং লীচংপু য়াগনি। নখোয়বু খুম্নরগনি। ইচম চম্না দেহনা ঐবু নকশিন্নবা নত্রগা হকথেংননা ঐবু শোক্র-পন্নবনা ভক্তিগীদমক্তনি কাম্নদে। নঙগী থম্মোয়পুম্না ঐবু নীংঙ-থল্লু। থূনমক নখোয়না ঐবু ফংগনি "

ব্রাহ্মণশিংগী মুপীশিংহু ২ঙ্ক তৌকমদা হনখিরম্মী ব্রাহ্মণশিংনা মখোয়গী শাজংকী মরাল খিখিদে। ব্রাহ্মণশিংমনা শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্নি হায়বা খঙলক্লবদা মখোয়না লংজখিব' লমচং অচুগীদমক্তা মপূক্লীং শোক্লম্মী। কংস কিবনা মখোয়না বৃন্দাবন্দা চংপা ওয়্নমদে। মখোয়না কৃষ্ণনু য়ুমদা পূজা তৌজরম্মী।

## (ইন্দ্র পূজা থাদোকপা)

মোংম' মীয়াম্না ইন্দ্র পূজা তৌনবা থৌরা'বহ কৃষ্ণনা উরম্মী। মাম্না মপা নন্দদা হংলম্মী, 'হায়বিয়ু, হে ইপা! চাউরবা উৎসব অসিদু করম করিনো? অপাম্বহ করিনো? কনাদা আশা তৌরিবনো? করানা অমম্ভং কয়ম্না যজ্ঞ অসি তৌগদৌরিবনো?"

নন্দনা খুম্লম্মী, "মুংশিরবা ইচা ! ইন্দ্রনা নোংগী মপুনি। মাবু পূজা তৌবনা ঐখোয়দা মানা নোং পীগনি। নোংমা জীবশিংগী খল্লায় পীবনি। মরম অদুনা মীওইবনা যজ্ঞগী পোৎলমশিং অসিনা ইন্দ্রবু পূজা তৌই। যজ্ঞদগী লেমহৌবা পোৎলমশিং অদুনা, ঐখোয়গী জীবিকা ওইনদুনা পুন্সিগী অনীংবা অদুনবু, ধর্ম্ম অর্থ অমসুং কাম ফংনবা হোৎনৈ। ইন্দ্রমা ঐখোয়গী অরামন মহৈ পীনবী।"

কৃষ্ণনা খুম্লম্মী, "হে মুংশিরবা ইপা। কর্ম্মগী ফল্বা জীব পোকই অদুগা কর্ম্মগী ফলনা জীবনা অমুক শি। মীওইবগী পোকপা-শিবা মানা মানা তৌজরকপা কর্ম্মদুনা মওং শেমই। মুংঙাইবা অমসুং অরাবা, অকিবা শোয়-ঙামদবশিং অসি কর্ম্ম-দুগী ফলনি। কর্ম্মগী ফল পীবা ঈশ্বর অমা লৈবা তারবদি মহাকসু কর্ম্মদুগী মতুং ইনবা ভাবনি। মানা মনীং তৌনা কর্ম্ম তৌবদি য়ারোই। মীওইবনা মানা মানা তৌজরকপা কর্ম্ম অদুগী মখা পোন্নবদা কদায়দগী ইন্দ্র চঙনকদোরিবনো ? মাগী মাগী কর্ম্মগী মতুং ইন্না চৎচবা জীবশিংদা ইন্দ্রনা করি অমুক তৌবগ-দোরিবনো ? মরমদি প্রকৃতিনা মীওইবগীদমক্তা লেপ্পু না খমল্ল-বদ মানা ( ইন্দ্র ) অমুক ও্যাকপা ওমদে হায়বদি মানা মানা হৌখিবদা তৌজরকপা কর্ম্মগী অথুপ্পা শক্তি অমনা মী অদুগী মরাইবক লেপপ্রবদ কনানসু মদুবু ওয়োকপা ওমদে। স্বভাব নল্লগা কর্ম্মগী মায়কৈদি লাইবক্তা ভবনি। মীওইবদি মানা মানা তৌখিবা কর্ম্মদুগী অথুপ্পা সংস্কারনা শেম্মা মওংদুগী মখা

পোনখনি। খপা মপাগী ভয়রূপা অদুগী মতুং ইনখনি। বিশ্ব-জগৎতা লৈরিবা দেবতাশিং, অসূরশিং, মীওইবশিংনচিংবা হিংলি, চৎথিং অমস্তুং প্রকৃতিগী মনুংদা হিংদুনা লৈরি। মামা মানা তৌরকপা কর্ম্মগী শক্তিনা জীবশা তোঙান তোঙানবা অমাং-অনেমগী দেহ কংই অদুগা অমুক মাঙখি। কর্ম্মনা মীদুগী লমজিংবনি। কর্ম্মনা অখোইবা লমজিংবনি। 'ইন্দ্রনা করি তৌবা ঙমগনি? মরম অদুনা, ঐখোয়গী খণ, ঐখোয়গী ব্রাহ্মণ, ঐখোয়গী চীং অমস্তুং অরাবা ভারবা মীশিংবু পূজা তৌরসি হুইশিংবু মপুক থম্না পীজবা ওইরসনু। খরীশিংদা শঙ্কিক মপুক থম্না পীজবা ওইরসনু।"

কৃষ্ণনা হায়রিবদুদা নন্দ অমস্তুং গোপশিংনা য়ারম্মী। কৃষ্ণগী পাউঙাক মতুং ইম্না মখোয়না পূয়মক তৌরে। মখোয়না খণ পূজা তৌরে, ব্রাহ্মণ, পূজা তৌরে অদুগা গোবর্দ্ধন চীংদস্তু পূজা তৌরে। মখোয়না চীংগী অকোয়বদা চৎলম্মী, কৃষ্ণনা হায়রম্মী, "ঐ চীংনি।" শ্রীকৃষ্ণনা, গোপশিংগী থাজবা উৎনবা অঙকপা চাউরবা মূর্ত্তি অম ওন্দুনা চীংদোম্বা লৈবদু উৎলি। শ্রীকৃষ্ণনা গোপশিংদা চীংগী মপু ওইরিবা দেবতাদু মহাক্নী হায়রম্মী। অদুদগী গোবর্দ্ধন চীংদা তৌবা পূজাগী পোৎলমশিং অদু কৃষ্ণনা চাবা হৌরম্মী।

## গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা

ইন্দ্রনা নন্দ অমস্থুং অতৈ গোপশিংদা থমথেংনা শাউরম্মী। মানা মাগী নৈচিন অমস্থুং মুংশিং থাদোক্লুনা বৃন্দাবন্দা অকনবা নোং, বজ্র অমস্থুং লেন থাদরকখি। কৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন চীং খুং-নাম্বনা থাঙ্গত্তুনা বৃন্দাবন্দা লৈবা ম'য়ামবু চীংগী মখাদা চঙহল্লক পীখি। মুমিং তরেংনি অতং-অথম নাইদনা নোং তাখি। শ্রীকৃষ্ণনা মুমিং তরেংনি চুপ্পা খোঙকম ইঙ্কি অমা কাওবা লেঙদনা চীংহবু পুখি।

ইন্দ্র য়াম্না ঙকখ্রে। মাগী নাপল থুদোক্লে, মাঙখ্রে। মানা নৈচিন অমস্থুং মুংশিং লোথোকখ্রে। গোপশিংনা মাগী মাগী নৈকমদা যগবী অমস্থুং লন-থুম পুহনা হল্লিম্লখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা চীং অহু হান্নগী মকমদা থমখ্রে।

গোপশিং অহু ঙকপনা থম থেংলম্মী। মখোয়না নন্দদা লাক্লুনা হায়রম্মী, "চহি তরেংকী মপাঙচা অসিনা গোবর্দ্ধন চীংবু পৃথিবদগী মুক্লুনা মথুং নামতনা মুমিং তরেংনি চুপ্পা পুরম্মী। অসিগুম্বা খোইদোকপা অঙকপা থবক অসি অচম্বা মীনদি তৌবা ঙাম্লোই। নঙগী নচানুপা অসি দেবতা পুম্নমক্কী মপুনি। মহাক জীব পুবগী আম্বাহনি।"

ইন্দ্র অমস্থুং সুরভী স্বর্গদগী কুমথরক্লম্মী। ইন্দ্রনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা তুরহুনা মতিক-মঙগল থাগৎলম্মী। ইন্দ্রনা হায়রম্মী, "নঙদি মপাহনি, গুরুহনি অমস্থুং সংসারগী অখোইবা মপুহনি। নঙগী ইচ্ছানা মীওইবগী মূর্তি লৌহনা ভক্তশিংগী অনীংবা

থুংনবা লেঙবিরকপনি ঐগুম্বা অপঙবনা সংসারগী মপুনি খন্দুনা নাপল্ তৌবহ নঙগী থৌজাল অমসুং দর্শন ফংলবদা খম থেংনা তৌরম্বা নাপল্দু মাঙহনবিখি। মহুদগী মথোয় অহুনা ভক্তিগী লম্বীদা চঙশিল্লকই। হে ভগবান, নঙগী কর্ম্ম থুদিংমক, কক্রবশিংবু দণ্ড পীনবনি অমসুং চুমথোকপিনবনি। ঐনা ঐগী লন-থুম অমসুং শক্তিগী মরাই কারুবদগী নঙবু ইকাই খুম্নরুরে। ঐখোন্দা অশেংবা জ্ঞান লৈতবনা, অফ-ফত্ত খঙদবনা অমসুং বিচার লিংদবনা মরম ওইরহুনা নঙগী নগুনবু ঐনা খঙলুম্রে। ঐখোন্দা অশেংবা জ্ঞান পীনবিয়ু। নাপল্দগী ঐবু নাথোকহন-বিয়ু। হে ভগবান, ঐবু ঙাকপিয়ু। নখোন্দা হন্না হন্না ভক্তি কচ্ছরি।"

কৃষ্ণনা ইন্দ্রদা হায়রম্মী, "হে ইন্দ্র! নঙবু যজ্ঞ তৌনরম-বদগী অথিংবা পীহুনা ঐনা নঙবু চাউরবা থৌজাল অমা পীরবনি নঙনা নঙগী কম্ অমসুং শক্তিগী খম থেংবা নাপল্দা তাউরুবা নঙনা ঐবু কাউথোকখ্রে। নঙনা ঐবু নীংশিংনবগীদমক্তা ঐনা মসি তৌরিবনি। শক্তি অমসুং ফমুনা মীওইববু অমসুং দেবতা-শিংবুসু মরাই কাহল্লি। মথোরনা নাপল তৌই। কম্ অমসুং শক্তিনা মথোরবু মমাং তাঙহল্লি। ঐনা কনাগুম্ববু কৃপা পীগে মাংলক্রবদা, ঐনা মথোরহুগী কম্ অমসুং শক্তি অহুবু লৌথোকই। হে ইন্দ্র! নঙগী স্বর্গগী লৈফমদা হনখ্রো অহুগা নথো নীংথিনা তৌরুরো! নাপল্ পুমথা থাদোকউ। ঐগী য়াথং ইম্না চংলু। ঐ লেঙদনা লৈবহ খঙনবা হোৎনো। মুংঙাইজরো!"

## কৃষ্ণ রাজাভিষেক

মরোশিংগী মমা, দিব্যগুণ চেন্নবী, সুরভী (কামধেনু) না মচাশিংবু লুনা-চান্না তৌবিবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু থাগৎলদুনা হায়রম্মী, "হে কৃষ্ণ! হে অথোইবা যোগী! জীব পূম্বগী থম্মোয়গী মপু! হে অচ্যুত। নঙদি বিশ্ব জগৎপু ভাকপী শেনবিবনি। নঙদি অথোইবা দেবনি। বিশ্ব অসি নঙগী রূপনি। নঙদি সংসারগী মরুপ্নি (লেম্ফুনি) ঐথোয়না নঙোন্দা ভগবান্ উরে। যগবীশিং, ব্রাহ্মণশিং অমসুং দেবতাশিংগী ফনবগীদমক্তা নঙসে ঐথোয়গী ইন্দ্র ওইরে। ব্রহ্মাগী য়াথং মতুং ইন্না ঐথোয়না নঙবু ইন্দ্র ওইনা পূজা তৌরগনি"

মতৌ অসুম্না হায়রগা সুরভীনা মশাগী শঙ্গোম্না শ্রীকৃষ্ণবু স্নান তৌরে। দেবতাশিংগী মমাশিংগী য়াথং মতুং ইন্না, ইন্দ্র অমসুং দেবতাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু, ঐরাবত কৌবা শামূগী মনাতোন্না পুরকপা অকাশ গঙ্গা (স্বর্গগী গঙ্গা) গী ঈশিংনা স্নান তৌরে। মথোয় পুম্নমক্না সংসারদা শ্রীকৃষ্ণবু গোবিন্দ হায়না লাউথোকখি। (গো—ইন্দ্র, যগ, স্বর্গ; —বিন্দ—থঙবা)। ঋষি, গন্ধর্ব, বিদ্যাধর, সিদ্ধস্ অমসুং চরনাশিংনা যজ্ঞ অহুদা য়াওরম্মী। মরোল অহম্মক থম থেংনা নু ভাইরম্মী। মতম অহুদা যগবীশিংগী মাথোননা পৃথিবীদা পাথোক্লম্মী। ভুরেল পুম্নমক শঙ্গোম অমসুং উটংগী মহীনা ঈচেল ওইখি। উ পাম্বীশিংদনী থোইহী শূমথরকখি। থোইদোক্তবা লবুক্তগী চুম্বা চহৈ-মরোং লোকখি।

চাংক্সাওশিংনা মমন তাওনবা মণি মুক্তা কংলম্মী। লমনক্তী শা কাওবা ইতে ত্তেরম্মী।

অস্তুম্না কৃষ্ণবু ভগবান্, যগবী-যগ্নাউ অমস্তুং গোকুলগী কনবিবা মপু অমস্তুং গোবিন্দ থোক্লহনা রাজাভিষেক তৌরম্নগা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং লৌহনা ইন্দ্রনা দেবতাশিংগা লোয়ননা স্বর্গদা হন্নকখি।

(নন্দবু বরুনদগী কনবা)

নন্দনা একাদশী নুমিৎ ব্রত কত্নুনা জনার্দ্দনবু পূজা তৌরম্মী। মহাক্লা দ্বাদশী নুমিত্তা যমুনাদা ঈরুজবা চংলম্মী। মতম অহ্ য়াম্না মমলি। অহিং অচৌকপদা মানা যমুনাদা কুমলম্মী। বরুনগী মনাই অসুর্ অমনা নন্দবু ফাহনা বরুনগী মনাক্তা পুরম্মী। গোপশিংনা নন্দ উদ্রবদা বলরাম অমস্তুং কৃষ্ণদা তাক্লরে। মথোয়গী রাহ্ তাবদা নন্দবু বরুনলোকতা পুংখ্র হায়বা ভগবাম্না উরম্মী। কৃষ্ণনা ঈশিংদা চঙহনা বরুনলোক য়োমা চংলম্মী।

বরুননা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজয়হনা হায়রক্লম্মী, 'ঙসিদি ঐগী মীংজবহ্ থুংলে। খুরুমজরি, হে মহিমা চাউরবা ইবুংঙো! নঙগী নপাবু ঐগী বুদ্ধি য়াওদ্রবা অমস্তুং পঙলবা ভৃতনা মকম অসিদা পুরকই। চানবিহনা ঙাকপিয়্। নঙগী নপা মকম অসিদা লৈরে। মাবু পুবিয়্রো। নঙগী নপাবু মকম অসিদা পুরকপনা মমম ওইরহনা ঐনা ইবুংঙো নঙবু ঐনা উদবগী লাইবক কবহ্ কংজরে। ভগবান্ কৃষ্ণনা মপা নন্দবু পুরক্লম্মী।

নন্দনা গোপশিংদা মানা উৱকপা পুম্নমক তম্মী। কৃষ্ণ, ঈশ্বর নত্রবদি মসি ভমগত্রা ?

গোপশিংনা ভগবান কৃষ্ণনা মাগী অথোইবা লৈফমদা মখোয়বু পুবিগনি হায়না চেংনা নীংলম্মী। পুম্নমক খঙলবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপশিংনা চেংনা নীংজরিবহু উরম্মী। কৃষ্ণনা গোপশিংবু ব্রহ্মহ্রদ কৌবা যমুনাগী মফম অমদা পুরম্মী। মখোয়বু মহুদা লুপহনখি। মখোয়না, প্রকৃতিগী ভমথৈদগী লাপথোক্লা লৈখ্রবা, কৃষ্ণগী অথোইবা লৈফম, বৈকুণ্ঠগী মফম উখি। মফম অহু উরুবদা নন্দ অমস্তুং অতৈনা হায়ভমদনা মুংঙাইজরম্মী। মফম অহুদা মখোয়না কৃষ্ণবু উরম্মী। বেদ পাঠ তৌরিবশিং অহুগী মরক্তা কৃষ্ণবু উরুবদা, মখোয় য়াম্না মুংঙাইজরম্মী। মখোয় পুম্নমক ভকপনা থেংব্রে।

## রাস লীলা হৌবা

মতম অমদা কৃষ্ণনা গোপীশিংগী মফমদা হায়রিখি, মহাক লাকদবা অহিংশিংদা গোপীশিংনা মাবু লোয়নবগী মুংঙাইবহু ফংজগনি। শরত্ ঋতুগী অহিং ওইরক্লবদা, ভগবান কৃষ্ণনা হায়ঙমদ্রবা (অচিন্তনীয়) যোগ মায়াগী শক্তিনা মক্তং ওইহুনা, মতম শাংনা থৌরাংজরক্লবা গোপীশিংবু পেলহন্লুনা মুংঙাই-থোক্লগে খল্লক্লে। থানা তরং তরং থোরক্লে। গোপীশিংগী থম্মোই ঈহৌ পোক্লবগী অমস্তুং মখোয়গী থম্মোইবু হুনবগীদমক্তা মুংশিনা বাঁশি খোংবা হৌরক্লে।

ঈশ্বরবু দর্শন ওইনীংবগী অমসুং দিব্য প্রেমগী মৈচাক হেনগংহল্লবা মুংশিরবা ঈশৈ তাবদা, মখোয়গী মথক্তাই পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণনা হুপ্পবা গোপীশিংনা কৃষ্ণ উনরুগনি হায়বা অমগা অমগা ভাব তান্নদনা, মনাদা য়াম্লিবা নাইন্ কেং-কেং হায়রক্লনা, মখোয়না মুংশিজরিবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা থুনা চৎনখ্রে।

গোপী খরনা শঙ্গোম শুম্বনগী থাদোক্লুনা লাক্লে। খরনা মৈথক্তা ভৌরিবা শঙ্গোম য়েংলমদনা লাকই। খরনা মৈরওদা থোংলিবা চাক থাংখৎমদনা লাক্লে। খরনা চাক য়েল্লন্দা থাদোক্লুনা লাক্লে। খরনা মচা খোম পীথরগ্দা থাদোক্লুনা. খরনা মপুরোইবগী সেবা থাদোক্লুনা, খরনা চারগ্দা চাক থাদোক্লুনা খরনা ঈকহৈরগ্দা থাদোক্লুনা, খরনা মমীত্তা কাজল্ থারগ্দা থাদোক্লুনা লাক্লে। অদুনা মখোয় পুম্নমক যাগী যাগী মখো তথায় তথায়দং ভৌনরম্নগা হুন্দোক্লমলে। ব্রজ গোপীশিংনা কৃষ্ণগী মকথদা হাখু-হাখু লাক্লবনা মরম ওইরগুনা মখোয়গী কীজেৎলৈজেংনচিংবা পুম্নমক মকম মরাং খগুনখিত্রে।

গোপীশিংহুগী মপুরোইবা, মমা-মপা, মচিন-মৌপ্না অমসুং মরী-মতা থোকপশিংনা মখোয়বু চাক থিংলম্মী। অদুবু মখোয়না অমা খাওবগুম্না চৎলম্মী। মখোয়গী থক্তাই অদুবু গোবিন্দনা পুন্নত্তব তমংবিরম্মী। মখোয়না মযুমদা হল্লিরমদে।

গোপী খরবুদি মখোয়গী মরী-মতা অমসুং মকুপ মপাংনা থোঙ লোন্দুনা থিংলম্মী। মখোয়না মপান থোক্লবা লম্নী

ফংবা ভমজখিদে। মখোয়না মমীং উইশিন্দুনা কৃষ্ণবু ধ্যান্ তৌবা হৌরম্মী। মখোয়গী মাথল অহুদি হায়না কৃষ্ণদা লুপ্তুনা লৈগ্রবনি। মখোয়না মাবু থম্মোইদা চেংনা কোনশিল্লমী। কৃষ্ণবু কাম্নবগী পুঙমদ্রবা অকন্বা মৈচাক্লা মখোয়গী পাপ পুম্নমক চাকথেকখ্রে। গোপীশিংছুগী ধ্যান্দা দর্শন ফংজবা অচ্চাঙবা নুংঙাইবা কোনবিবদগী মখোয়না অকবা কর্ম্ম তৌরকপগী মহৈ ফলম্ লৌথোকপিখ্রে। মখোয়না তৌজরকপা কর্ম্মগী থৌরী পুম্নমক মীকুপ অহুমক্তদা লোইনা কখ্রে। গোপীকা-শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী চাম্নজবা অমা ওইনা মাবু ধ্যান তৌজরবম্ অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী মরুপ্পী অমা ওইনা খল্লবমম্ গোপীকাশিংনা গুণ অহুমদগী ওইবা দেহবু থাদোক্লনা অথোইবা আত্মা নত্রগা—পরমাত্মা অদুবু ফংজখি। অহোংবা লৈত্রবা, ভমথৈ লৈত্রবা, গুণ পুম্নমক য়াওদ্রবা নির্গুণ ওইরবা সত্ত্ব, রজ, তম গুণ অহুমগী মাংমদা লৈগ্রবা ভগবানমা সংসার অসিদা, মাওইবগী মাইক-নুংঙাইনবগীদমক্তা, বিকাশ তৌবিয়ে—মরমদি মাদি পুম্নমকী অঙাকপা—য়েংশিনবিবা মপুনি।

কমাগুম্বনা মতম চুপ্পদা হরিবু ধ্যান তৌজরবদা হায়রবদি অপান্নবগী, অশাউবদগী, অকিবদগী, নুংশিবদগী মরুপ ওইনীং-বদগী নত্রগা ইকাই খুম্নবদগী ওইরবসু মীংবু নীংজরবদি মতোংদা ভিনশিল্লকই—অমত্তা ওইশিল্লকই। মহিমা চাউরবা পোকপা মাইত্রবা, যোগগীসু মপু ওইরিবা ভগবানগী মকমদদি মসি ভকনিংঙাই ওইদে। মাগী থৌজাম্না তোঙ্গবা জীব কাওবদগী পুম্নমকপু অয়ান খুঙম পীনবিবনি।

গোপীশিংনা নকশিল্লক্লবদা, কৃষ্ণনা মখোয়দা অঙ্গুম্না হায়রম্মী ।

“হে লাইবক ফরবীশিং! ঐনা নখোয়গীদমক্তা কয়স্থা অকবা তৌবা ভমগদগে ? ব্রজদা অরা-অনা লৈতেদনা? নখোয়না মকম অসিদা লাকপগী মরম ঐভোন্দা হায়বু। অকিবগী মশক ওইরবা অহিংনি। শাথিরবা শা-ডানা কোয়চৎ চৎলিবনি। ব্রজদা হনখ্রো। মফম অসিদা নুপীনা লৈগদবা নত্তে। নখোয় নখোয়গী নপা-নমা, নচিন নৌপা অমস্তুং নচা-নবানা নখোয়বু থিরম্লগনি। মখোয়বু লাওতক্লুহনগদু। নখোয়না উমংগী কজবহুবু উরেদনা অহুনা ব্রজদা হনখ্রো। নপুরোইবা, যম্লাউ অমস্তুং কণ্ডুনা লৈরিবা অঙাংশিংবু সেবা তৌরুম্লো। মখোয়বু খোম পিথক্রুম্লো অমস্তুং শঙ্গোম শুমলুম্লো। ঐবু নুংশিবগী শক্তিনা, নখোয়মক্না মকম অসিদা লাক্লিবনি, হৌনশা ওইরবনি, মরমনি মী পুম্নমক্না ঐবু নুংশি।

মরা-মপুরোইববু নুংশিনা নীংজবা হায়বসি নুপী ওইবশিংগী চাউরবা ধর্ম্মনি। নুপী ওইবীশিংগী মখোদি মরা-মপুরোইববু লুনা নীংজবগা লোয়ননা মখোয়গী য়াকা য়েংনা সেবা তৌবসিনি। নখোয়না নঙগী নঙগী নচাবু য়োক-থাকপগা লোয়নমা মরী-মতাশিংগী য়াইকনবগীদমক্তু ধনগদৌবনি। অরাংবা, অশেংবা ধর্ম্ম কংনীংলিবা নুপীশিংনা মখোয় মখোয়গী মপুরোইবশিংদু তম-থিবা, অহল ওইবা, লায়না পকপা মক্রগা লায়রবা, শাজৎ কজদবা, মীরোল হুজবা, লায়মবনা মথুং ভংলবা ওইহনস্তু লৈথা তারবা

মী অমা নচ্ছগদি মখোয়বু থাদোক্লোইদবনি। অচৌ-অশাংগী ইমুংদা পোকপা নুপীশিংমদি মরুপ্নীগী ভাবতা আশ্রয় তৌবসি য়াম্না তুরুচনা খল্লি। মসিনা মখোয়বু অরীকপা অমসুং মীংচং থীবা ওইরক্কুনা স্বর্গবু ফংবদা অকায়বা পীরকই। মরম অসিনা মসিবু পুরা ওইনা নিন্দা তৌকম খোকই। হে গোপীশিং! নখোয়না ঐগী ইনাক্তা লৈত্রবসু, নখোয়না ঐঙোন্দা থম্না প্রেম অহু অতোপ্পা মায়্কৈদা (লপ্চীদা) হায়বদি ঐগী ইভিক ইগুনবু ভাজবদা (পুণ্য ধর্ম্ম কর্ম্ম) ঐগী মুর্ত্তিবু দর্শন তৌজহনা অমদি ধ্যান তৌজহনা অমসুং ঐগী গুন মহিমাবু শকচ-শোক্লহনা প্রেম থমজবা য়াই মরম অহুনা নখোয় নযুম নযুমদা হনথ্রো।

গোপীশিংনা হায়রম্মী। "হে শক্তি পুম্নমক্কা তিল্লবা ভগবান্! থৌজান হৈত্রবা বাহৈশিং অসি ইবুংঙো নঙনা হায়বদা মতীক চাদে। ঐখোয়না পুম্নমক থাদোক্কুনা নঙগী শ্রীচরন্দবু থিজরক্লবনি। ঐখোয়বু থাদোকপিগনু। ভগবান্ নারা-য়ন্ মাগী ভক্তশিংবু লৌশিনবিবগুম্না ঐখোয়বুসু শ্রীচরনগী ননাই ওইনা পুশিনবিয়ু। নঙদি ধর্ম্ম পুম্নমকী তত্ব খঙবনি। নুপীগী হোনশা ওইবা মথৌদি মখোয়গী মপুরোইবা, মচা, মরী মতা অমসুং মরুপ-মপাংশিংগী মফমদা অচুম্বা চংপা, হায়বা ইন্বা অমসুং মখোয়গী সেবা তৌবা অসিনি হায়না ভাকপীরিবহু য়াম্না চুম্মী। ঐখোয়গী আধ্যাত্মিকী লমজিং পীবিরীবা ভগবান্ নঙগী তুংইন্না, ঐখোয়না ইপুরোইবা অমসুং অতোপ্পগী অমীংবা মতুং ইন্না থবক তৌই। ধর্ম্ম পুম্নমকী পাউতাকী

পন্থ্রংদি নঙনি। নঙদি অমত্তা ওইবা ভগবাগ্নি নঙদি থ্বাইদগী নুংশিরবা অঙনি, অমত্তা ভাগ্গরবা মরী'ন, অমত্তা হৃাগ্র রবা মপুনি অদুগা জীব পুন্নমক্তী পরমাত্মানি। নঙদি ঐখোয়গী অশেংবা ইপুরোইবনি। ধর্ম্ম শাস্ত্র নীংথিনা থঙলবা মীশিংনা মখোয়গী নিত্য প্রেম আয়া ওইরিবা নঙদবু ভ্রবগা নুংঙাইরে মখোয়না নঙোন্দা অমত্তু' নঙতবু প্রেম সেবা তৌরে। অবাবগী হৌকম ওইরিবা ইপুরোইবা, মচা অমস্থং অ'ঙশিংদগী করি কায়বা ফংলুগ্গদগে ? ঐখোয়বু অংবোংবা নাইত্রবা অ'নন্দ পীবিরিবহু'দি নঙনি।

"ময়ম অহনা কৃপা তৌ'বিহুলা ঐখোয়না নঙবু সেবা তৌবা ফংহনবিয়ু। ঐখোয়না নঙগীদমক মতম শাংনা খৌর'ং-জরক্রবা আশা অহ্ ককথংপীগনু। নঙগী চরণগী ঐখোয়বু তাহোকপিগনু। ইমুংগী থবক-থনাদা মতম কুইনদগী য়াই চিল্লক্রবা থম্মোয়সে, হৌজিক্কি নঙনা হুপ্রে। ঐখোয়গী ইখোঙসে খোঙফম অমা কাওবা নঙোন্দগী হাইদোকপা ঙমদ্রে। ঐখোয়না করম্না ব্রজদা হনুবা ঙমগদগে ? অদুগা ঐখোয়না মদুদা করি তৌরুগনি ?

"হে নুংশিথোইরবা ! ঐখোয়গী থম্মো'য়দা মৈচাক হেনগৎ-হল্লিবা, শ্রীমুখদগী চেন্থরকপা অমৃতগী ঈচাও অদু, নঙগী ভঙ্গংনিংঙাই ওইরবা মোমোন মোকপা মীনোক অদু, প্রেমগী মীংথেং অমস্থং পুক্কিং হুয়বা ঈশৈ লোথোকপিয়ু। (মৈচাক মুথৎপিয়ু) মদু নত্রবদি, কায়না-মৈচাক্না ঐখোয়গী দেহ অসি হুমহল্লগনি অদুগা যোগীগী মতৌগুম্না ধ্যানা নঙবু ফংজরগনি।

"হে মীৎস্নানা থবালবু ভমজবা ভগবান্! বন বাসীশিংগী মুংশিজরবা। মতম অমদা, লক্ষ্মীবু আনন্দ পীবিখিবা নঙগী থবান মাল্লবা শ্রীচরনচবু, উমংদা শোকপা ঐখোয়না কংজখি। মতম অহদগী হৌনা ইবুংঙো নঙনা ঐখোয়বু খৌজ্ঞানবিরকপদগী, ঐখোয়না মিকুপ অমগী মতমদ ফাওবা কনা অমগী মাঙদা লেল্লুবা ভমজরক্কি। ঐখোয়না করম্না ইচা-ইবাবু সেব তৌকখিপদৌরিবনো?

ইবুংঙো নহাক্না থবাকথক্তা লাম্বা নৈতনা ভাম-খোইবা কংকরিবী অহগা মাগী খৌজ্ঞানগী মীয়েং কংজনবগীদমক্তা দেবাজা-শিংনা অকন্বা তপস্যা তৌনরম ওইরিবী শ্রীপদ্মীমক্ক ফাওবা, মনাই অমম্মুং ভক্তশিংনা সেবা ওইনরকপা থম্বাল মাল্লবা শ্রীচরণগী উফুল পক্কবা তুলসী পত্রবু কংজগে হায়না খৌবাংনা ভাইখি। মতৌ অহঙম্না ঐখোয়নম্ শ্রীচরন খাগী উফুলতবু কংজনবা চঙজরি। মরম অহনা, অবাবা পূম্নমকপু শান্তনা পীরিবা! ঐখোয়বু খৌজানবিয়ু। ঐখোয়না ঐখোয়গী মুম অমম্মুং মরী-মতা পূম্নমকপু খাদোক্লনা মংগী সেবা কংজগে হায়হনা শ্রীচরনখাদা চঙমরক্লি। নঙগী যোমোন নোকপা ভনংনিঙাই ওইরবা শকফমগী অকনবা প্রেমগী মৈচাক পূরবা ঐখোয়বু শ্রীচরন খাদোকহনবিমঙু।

"খোই খোইবা শম্লাং ম্লাহয়বা মায়খোং উক্লবদা, ভনং-নিংঙাই ওইরবা কুন্দল মাইন্না লৈতেংলবা লংলবা খজাইবু উক্লবদা, অমৃতনা পাখোক্লবা চীম্বানবু উক্লবদা, থম্মোই ভমহংনিংঙাই ওইরবা খৌজানগী মীয়েং উক্লবদা চঙজরক্লবশিংবু কনবিগে হায়বগী

মতৌঙুম্নবা পাম্বোম অনিবু উক্নবদা অদুগা লক্ষ্মীবু সুংঙাইবা পীবিবা থবাকপু উক্নবদা শ্রীচরন খাদা চঙজগক্রিবা ঐখোয়বু ননাট ওইহনবিয়ু।

"হে সুংশিখোইরবা! নংগী বাঁশীগী খোমরাংলবা ঈশ স্বরনা শুম্নাংপ্রবদা মরোল অহমগী করম্বা সুপীমা নঙবু পূজা তৌয়োইদবনো? মরোল অহমগী মমুংদা পোংশেম যাহুগী মশক ওইরবা শ্রীমূর্ত্তিবু উরবদা কনানা খাঙবা ঙমগনি? শ্রীমুর্ত্তিবু উক্নবদা শন্বী, উচেক, উপাম্বী, শজিনচিংবনা সুংঙাইবনা ভাউয়ে। অমদি ভগবান্ বিষ্ণুনা স্বর্গবু ঙাকে হায়বগীদমক্তা অবতার তৌবঙুম্না, দ্রুগী অরাবা অকিবা পুম্নমক কনবিগে হায়দুনা অবতার তৌ-বিরকপগা চপ হেক মান্নগ্রে। মরম অদুনা, অরাবা তারবশিংগী মরুপ! নঙগী থম্মাল মালবা খুৎনা ঈপোম হৌরবা থবাক্তা অমস্তুং ননাই ঐখোয়গী চীক্লবা কোকথক্তা থম্বীয়ু"

গোপীশিংগী সুংশিরবা বাকং অদুবু ভাবদা যোগীশিংগী অখোইবা ভগবান্না মখোয়বু সুংশিবিবনা থেমলম্মী। মহাক্না মহাক্তদা সুংঙাইজরবদু, মহাক্না মোমোন নোক্না মখোয়গা শামমিন্নবগী সুংঙাইবহুদু ফাওহল্লম্মী।

গোপীশিংনা কৃষ্ণবু কোয়শিল্লম্মী। মহাক্তি পরমাত্মাদা চেৎনা লেঙদনা লৈ। মহাক্কী প্রেমগী মীৎয়েং অমস্তুং শুম্নৎ-নীংঙাই ওইরবা মোমোন নোকপা মায়থোংনা গোপীশিংগী মায়থোং মকা লাম্নম্মী। মঙোণ লৈরবা অচ্যুতনা থবাম্মী-চাক্কী মরক্তা থামা ঙানবগুম ওইগ্রে।

কবিগুরুদা কৃষ্ণনা ঈশৈ শকই মতম অমদনা গোপীশিংনা য়াগী মহিমা থাহনা ঈশৈ শকই। বৈজয়ন্তী কোবা লৈক্লাং পরেংনা ভক্তা লৈতেংলহনা গোপী চাম্বা-চামগী মপৈবু লুচিংলহনা, বৃন্দাবন উমংবু থৌজাল হাপ্লহনা, ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা কোয়না চৎলম্মী।

মতুংদা মহাক্লা, শুংদোক্লবা কর্পূর মচেংকী মভোগুম্না লংলবা, ভুরেলগী ঈংলবা লৈঙোই মথক্তা লাক্লম্মী। অশাংপা থরোগী লৈনম্না চুরবা নামৌবা মুংশিংনা হরাও-ভুয়াম্না যমুনাবোমদগী শাংলক্লি। ভগবাননা মকমহুদা গোপীশিংগা শান্নরম্মী।

শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বোম তিংখোল্লহনা, কোমশিল্লহনা, মখুৎ শোক্নহনা, খোইখোয়রবা শঙ্গলদা পায়দুন্না, ফৈবোম, থাঙ, থবাক্তা, খুজিম্না হোংলহনা, নোক-খেনরহনা, কাগী ভোনরহনা, শান্ন-মীংযেংনা পেন্না নোক্লরহনা শান্নবগী থৌরম কয়া উংনরহনা, শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংদা অশেংবা দিব্যপ্রেম থম্মোয়দা কাওহন্দুনা হুংঙাইহনখি।

ভগবানা চাউরবা অমস্তুং মভীক মগুণ চাউরবা ভগবান্না গোপীশিংবু শান্নমিন্নহনা মখোয়বু ব্যবহার তৌবিরবা অসিদা গোপীশিংহু নাপম্না মখোয় কাবা হৌরক্লে। সংসারদা লৈরিবা মুপী অতৈশিংদগী মখোয়না অখোইবনি থন্বা হৌরক্লম্মী।

গোপীশিংনা মখোয়দি লাইবক ফরবীনি হায়বা মপুক খোয়বা নাপল্ অমা তৌরকপা উবদগী কেশব্ (কৃষ্ণ) না মখোয়গী নাপল্হ ইয়েখেক্লুনা কপা পীবিগে থল্লহনা থূনমক মকম অহুদগী মাঙখোকখিরম্মী।

## ( গোপীশিংনা কাম্বন-মৈচাক ফংদুনা শ্রীকৃষ্ণবু থিজবা )

শ্রীশুকনা হায়রম্মী : "ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা থওয়ৌদনা থংমাও মাওথোক্‌থিবসিদা ব্রজকুমারী (ব্রজাঙ্গনা) পুম্নমক অরাবা ওইনম্রে, মখোয়না কৃষ্ণবু থিবা ফংলক্রবদা, মখোয় পুম্নমক শামু অখোয়-শিংনা মখোয়গী লুচিংবা মাওথিবদা অরাবা ওইবগী মতৌগুম্না থব-থেংনা বায়ম্মী। খাম্বন-মৈচাক্না মখোয়গী থম্মোয়দু চাকপা হৌ-রক্লম্মী। মখোয়গী বাথল অদু কৃষ্ণগী মীয়েং-নায়েং, শাথেক, মীনোক, মীৎয়েং, নাত্তা, মুংওাইনবা মারী-মাতাই, চেন-চোংহনা শাম খোংনবনচিংবদা পুম্নপ লুপ্লহনা, গোপীশিং অদু মথল মথাগী মওংদা কৃষ্ণগী মতৌ তম্বা হৌরক্লম্মী। অস্মুম্না মতৌ তম্লবদগী মখোয় মশেনগী মরক্তা অমনা অমদা কৃষ্ণনি হায়নরম্মী।

চৎপা শাজত্তা, যোযোন নোকপা মীনোক্তা, মীৎয়েং-মায়েংদ; বাতাও-শাতাংদা লেংবদা ইমান্ থামনা, মখোয় পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী-গুম্না ওৌরম্মী। মখোয়না কৃষ্ণগী তোঙান তোঙান্‌বা থৌজানগী থবকশিংহ মখোয় মশেল উংনরম্মী। মখোয় মশেন মথা মশাবু কৃষ্ণমক্তি থমরহনা অমনা অমদা "ঐ কৃষ্ণনি" হায়নরম্মী।

মখোয় পুম্নমক্না হৌরবা খোঙ্গেম্না কৃষ্ণবু লৈশি-লৈথোক্‌বা জৈশে শত্তুনা কৃষ্ণবু উবং অমদগী উবং অমদা থিবা হৌরক্লম্মী। মখোয় পুম্নমক্না, অহাংবা অতিয়াগী মতৌগুম্না জীব পুম্নমক্তা থম্মোয়দদু অদুগা মপালগী সংসারদদু লৈরম্বা মহা পুরুষ অদু কদায়দা চৎখ্রবগে হায়না উ-পাম্বীশিংদা হংলম্মী।

মখোয়না হায়রম্মী, "হে অশ্বত্থ, হে প্লক্ষ, ; হে ন্যগ্রোধ, ঐখোয়গী থম্মোয়বু, মাগী মুংশিনবা মীখোক্না অমম্মং মীৎয়েংবা চুরগা, বোজিক্তা মাওপ্রবা, নন্দগী মচা মপাহ্ নখোয় উ লাকপরা ?

'হে কুরবক, হে অশোক, হে নাগ, হে পুন্নাগ, হে চম্পক ! মাগী যোবোন মোকপা মীনোক্না, মাপল চাউবা দ্রুপীগী মাপল লৌ-চোকপিবা অহনগা মরাল নৈরবা কুমারীশিংগী অশাউববু লোথোক-পিবা ভগা বলরামগী মনাও মপাহ্ অসোমদা চৎখি-লাকখিবা নখোয় উহৌবরা ?

"হে লাইরক করবী তুলসী, গোবিন্দগী চরণা পুক্নীং লুপচবী ! শ্রীচরণদা খোংগপবা হরিংখোয়গা লোয়ননা নংবু মতম চুপ্পদা লোয়নখিবা নংগী মুংশিখোইরবা অচ্যুতবু উহৌবরা ?

"হে মালতী, হে মাল্লিকে, হে যাতি, হে যূথিকে ! মাগী মখুৎনা শোকপনা নখোয়বু নুংঙাইহনবা মাধবপু উ-লাকপরা ?

"হে চূত (হৈৰৌ পাম্বী), হে প্রিয়ালা, হে পানস, হে কোবিদার আসন, যম্বু, অর্ক, হে অশোক, বিল্ববকুল, আম্রা, মসলা, কদম্ব, নীপ, হে উপাম্বী অতৈশিংস্ ! নখোয়দি অতোপ্পগী মঙ্গলগীদমক্তা শেংনবা যমুনা তুরেল মপান অশিনা লৈরক্লিবনি; কৃষ্ণ কদায়দা লৈবগে তাকপীয়ু কৃষ্ণনা চংখিবা লম্বীহ্ ঐখোয়দা তাকপিয় ।

হে মালেম্ ! নংনা কয়বা অকন্বা তপস্যা তৌরুবনা মপম চপ মুংশা ওানখোইরহনা, কেশবগী শ্রীচরণনা মেৎপনী অখোইগী মুংঙাইরবু পুংবখিবনো ? নংগী হয়াও-মুংঙাই কংদিবসিবু কেশবগী

চয়ম্না হৌজিক্তা মেৎপদগীয়া নত্রগা মংগী লৈমায়দা ত্রিবিক্রমনা মেৎথিবদগীয়া নত্রগা ভগবামা ওকী মওং লৌহনা লৈবা মতমদা নত্তু কোনবিখিবা অহুদগীয়া?

হে শক্তি, হে মরূপ! মাগী সুংশিরয়া মায়থোং অমম্নুং শাওং-শাদানা নখোয়গী নমিত্তা অপেনবা পীয়মগা, মাগী চায়-থোইরবী মুপী অহুগা লোয়ননা অচ্যুতদো লম্বী অসোমদা চৎখি-বরা? চৎখিবমাল্লে, মরমদি— শ্রীকৃষ্ণনা মাগী চায়থোইরবী অহুবু কোনশিল্লুবদা চায়থোইরবী অহুগী থবাক্তগী কুঙ্কুম চন্দলনা তৈরবা শ্রীকৃষ্ণগী কুম্দোগী লৈপক্লেংগী মনম্ মকম্ অসিরাইদা কাওয়ক্লে।

হে উ পাম্বীশিং! লৈহৌ পাম্বনা মরাই কায়বা হয়িংথোইনা তুলসি মথক্তা তোংবগুম্না, বলরামগী মমাও মুপাহু মথুং নাম্মনা মাগী চায়থোইরবীদা কোন্দুনা অহুগা অতোপ্পা মথুং থমনা থম্বাল পায়রহুনা মায়কৈ অসোমদা চৎখিবরা? নখোয়না মতোম্দা দণ্ডবৎ কৎপহু থৌজালগী মীয়েংনা ওক্লম্বরা?

"হে মরূপশিং! মখোয়গী মবুংঙো ওইরিবা উঁ পাম্বীগী শাদা কোয়না য়েংলিবা উরীশিং 'অসিদা হংলুসি। মখোয় অসিবু শোয়দনমক মাগী থুদোম্বীনা শোকশিরমগনি। মহুনা মখোয় য়েনা সুংঙাইজরিবনি"।

"মখোয়না মকম অমা অমদা চৎনরম্মী। মখোয় কৃষ্ণবু থিমদা চোকথরে। মখোয়দা দিব্য প্রেমগী মৈচাক হেনগৎখি। মখোয়না মখোয় মশেন কৃষ্ণনি পুমথম খন্দোকথিহুনা কৃষ্ণগী মতৌ অহুনা মথল মথলগী লীলা শামরক্লে। মখোয়গী মরক্তগী অমনা

পুঁতনা শাঁরে অহুমা অতোপ্পা গোপী অমনা কৃষ্ণ শাবগা থোম্ থক্লে। গোপী অমনা বন শাড়ী শারে অহুমা অতোপ্পা অমনা কৃষ্ণ (অর্থাৎ) শুগা কল্লগা কাওহুনা শাড়ী অহু লোংথোকখ্রে।

দৈত্য ত্রিনাবর্ত্ত শাবী গোপী অমনা (অর্থাৎ) কৃষ্ণ শাবী গোপী অমবু পুহুনা অমুক চৎলি। গোপী অমনা থুরুথুনক কুম্মদুনা কৃষ্ণনা অর্থাৎ ভইরিবৈদা মথোৎ চিংহুনা থম্ থম্ লাউনা চংশহু তথা হৌরক্লে। গোপী অমনা কৃষ্ণ শারে অহুমা অমনা বলরাম্ শারে, গোপী অতৈমা শজেমহা শারে। অমনা বৃষাসুর শাবগা অতোপ্পা অমনা বকাসুর শারে। গোপী অমনা বৃষা-সুর শাবহুদা কুবে। অহুমা অতোপ্পা গোপী অমনা বকাসুর শাবহুদা অমুক কুরে

গোপী অমনা কৃষ্ণনা বাঁশী থোংহুনা অয়াম্বদগী বথৌ-ঘন্নাউ মাগী-মাগী মমিং কৌহুনা থোমজিন্বগী মতৌঙুম হৌনা লাউবা হৌরক্লে। অতোপ্পা গোপীশিংনা থংহাব ভইনা থাগত্নুনা (প্রশংসা) 'নীংথিরে, নীংথিরে' লাউমরকই।

কৃষ্ণদা মপুঙ্কিং লুপথবা গোপী অমনা মপাম্বোম অমনা অতোপ্পা গোপী অমগী মরেংবান্দা কোম্লগা চৎলহুনা অতৈ গোপীশিংদা "ঐ কৃষ্ণনি ঐগী শাজৎ-শাদা অসি য়েংউ" হায়রম্মী। অতোপ্পা গোপী অমনা হায়রম্মী, "হে ব্রজবাসী পুম্নমক মোং অমম্বং লেন অসিবু কিগনু। য়েংউ, ঐনা নথোম্বগী চঙজকখ পীরবনি"। অসুম্না হায়রহুনা গোপীহুমা মাগী মথক থংবা ফিহু মপুং নাম্মনা থাজত্নুনা গোবর্দ্ধন চীং থাঙ্গংশগী মতৌ ভম্লমী।

গোপী অমনা হায়রম্মী, 'হে শজেম্নহাপা! সেংউ অকি-
বগী মশক ওইরবা উমংসিগী মৈবাওসি। থুমমক নমীং উইপিন্নু,
এৈমা থুমমক মথোয়গী মাইকবা ওইহনৃগনি।'

গোপী অমনা অতোপ্পা গোপী অমগী মরেংবাপ্পা কাথং-
লগা মথোণ্ডনা অতোপ্পা গোপী অমগী মকে তা মেৎলগা হায়রম্মী,
"হে কমলবালিন! চৎলো, কমলশিংবু চৈয়াক পানবগীদমক্তা এ
পোক্লক্লিবনি হায়বা মথোয় থক্তা?

গোপী অমনা যশোদা শাহে অহগা কৃষ্ণ শাব্রিবা গোপা
অমবু লেপ্ তম্ শাব্রিবা গোপী অমনা পুনশিন্নগা হায়রকই;
চক্কু থ্‌ংপাইরমগা মাথম্ হূখিবা খুমানবহু এৈনা কাহে। কৃষ্ণ
শাব্রিবা গোপী অহু মথংনা মমায় থুম্নহনা কিবনা থক-থক
লৌক্লম্মী

মতৌ অমুমা বৃন্দাবনগী উ-পাবী অমম্বুং উমী পংদা কৃষ্ণ
কদায়দা লৈপ্রবগে হংলগা উমংগী কবিগুহা মকম অমদ। ভগবানগী
খোঙ্গুল অমনা লৈরমহু উক্লরে। অহদগী মথোয়মা হায়রম্মী,
"শোয়মরোই খোঙ্গূলশিং অসি মম্দগী মচাহূপা মহা আত্মা
(মহাত্মা) অহুগী ওইরিগনি মমদি খোঙ্গূল অসিদা কিৱাল
(ধ্বজ) অমা, থম্বাল অমা (পদ্ম) গদা অমা (গদা), বজ্র
অমা, শামু কাঁচি অমা (অঙ্কুশ), যবনচিংবা মথোয়না উরে"।
খোঙ্গূল লৌহনা অম্বুব লাকপদা, থরদং চৎলবা মতমদা, খোঙ্গুল-
শিং অহু মূপী অমগী খোঙ্গূলগা য়ামশিন্নবহু মথোয়না
উরে। অহদগীদি গোপীশিং অহু মথম্মোয় শোক্লম্মী।

গোপীশিং অহনা হায়রম্বা-খোঙ্‌লশিং অসি কমাগীনো ,
শামু অযোয়া শলুপ পুণা শায় লাবগা চৎথিন্নবগী মতোংগী
মপাম্বোয়া নন্দগী মচানুপা লেংবান্দা য়াম্না চৎথিন্নরিবা মুপী
অসি কদা ওইরিগবা ! থাইঙ্গলেংনমক মুপীমচা অহনা শক্তি
পুম্নমক্কা থিন্নবা ভগৱান কৃষ্ণবু অকন্‌বা পুনা (অর্জুন্) তৌজহনা
খোইদোক্লা লেনহল্লবা ভাই। মরম অহনদি শ্রীগোবিন্দনা
লেপ্লহনা ঐখোয়বু হন্দোক্লগা থাবু তোমা পুথিবসি ! হে মরুপশিং !
শ্রীগোবিন্দগী খবাল য়ারবা চরন্‌থাগী উফুল অহ মহা মঙ্গলগী
মশক্তি। মরম অহনদি ব্রহ্মা, রুদ্র অমস্থং লক্ষ্মীনা শ্রীচরণথাগী
উপুল অহবু মকোকথক্তা হাপচনা পাপ পুম্নমকপু কোকচনবা
হাংনরিবা।

মুপী অসিগী খোঙ্গুল অসিনা ঐখোয়গী থাম্মোয়বু য়'ম্না
শোকহল্লে মরমদি মাদা মথক্তা অচ্যুতবু পুখোকখ্রগা শ্রীমুখগী
অমৃতবু মথক্তদা কংথে।

“মকম অসিবাইনদি থাগী খোঙ্গুল অমুক য়াওত্রে। মহাক্কী
খোংনম-জৌরবা থুম্বাহনা ঠিংখং ছুবোনা থিম্নমু! চৎপা ভবনবনগী
মুংশি খোইরবা ভগবানা থাবু লেংবান্দা খোঙ্গুল্না পুক্রবাম্রে।
কৃষ্ণনা থাবু পুবদগী কৃষ্ণগী খোঙ্গুল অসি মকম অসিবাইনদি
লূখনা ভারে।

খোঙ্গুলশিং অসি য়েংউ, মুংশি চৈথেং কাওরবা শ্রীকৃষ্ণনা
পোংমুম পুরহনা, খোঙ্গুলশিং অসি কমাক্তা মুনা তাম্রবনো?

মুপী অমু মহাক্না মরেংবান্দা পুথরগনি। মর্কম অসিবাইদনা মুপী অমুবু অমুক থাম্বে অমুগা থুনীং কাওহনা লৈ হেকত্রে মংমদি খোঙ্‌ল নুনা চত্তদে। শোয়দে, মকম অসিবাইদা কন্নহনা মুপীমুগী মশম হাপ্তোকপিহনা থেনী লোম্নুনা লৈ খেংপিরক্লগনি।

ভগবান কৃষ্ণদি আত্মাদনা অমুম পেঙ্গবনি। মাদি পুর্ণ ভগবাননি। মাদি অমম্ভাবি—উদবানি। মাদি মতম চুপ্পদা অশেংবা ওইনা লৈ। মাদি শেংদবা (মল', অপাম্বা, থৌরাং-বদগী থেদোকই। মাদি মায়াগী মপুনি। মায়ানদি মাবু শোক-পা ঙমদে। মাদি অমখক্তংবু থত্তই, আন ত্তদে। ব্রজকুমারী-শিংনা লোম্না থুপ্না মুংশিবা অাসনা মাবু পামজনবা ঙমদে। মাওইবগী সাধারন ওইবা অপাম্বনা করম্না মাগী ঙনবু তাকপা ঙমগদগে? অমুম্ ওইনমকপু দমপুর্ণ ওইরবা ভগবাননা গোপী-কাশিংগা শান্নমিন্নৈ—মরমদি কল্লবা মীহৌ অপাম্বগী ইথিল্দা তাত্তহনা লৈরবা মী অমগী কিত্তম আসি কয়াদা তোনপ্রবা অমত্তুং অরাংবগী মশক্নো তাক্লবগীদমক্তা।

মতৌ অমুম্না মুপীগী চংনবী উংলহনা, গোপীকাশিং অমুনা কৃষ্ণগী পাদ-চিহ্ন অমনা অমদা তাক্ল-উংনরহনা উমং অমদগী উমং অমদা চংলগী।

গোপী অতৈবু থাদোক্লমগা কৃষ্ণনা লোয়ননিবা গোপী অমুনা মুপী পুম্নমক্তগী মানা অখোইবনি খনবা হোয়ক্লমী। মানা ধঙ্গানবী, 'মুংশি খোইরবা ভগবানা মাবু মুংশিজনিবা

গোপী অতৈদগীদি ঐবুনা হেন্না চান্নি।' উমং অদুগী ময়ায়দা মাপলনা থুক্কৎলবা গোপী অদুনা ভগবান্দা হায়রম্মী, 'হে মুংশি খোইরবা! ঐ মকম অসিদগী হেন্না চৎপা ঙম্রোই। মরম অদুনা নংনা পেনগদবা মফম য়েংহনা ঐবু পুবিরো।"

ভগবান কৃষ্ণনা হায়রম্মী, 'করে, চান্নবী! অদু ওইরবদি ঐগী লেংবান্দা তোংথংলো।' গোপী অদুনা কাথংলগে থেক তৌবদা কৃষ্ণ মাংতংখোকখ্রে। মুপী অদু লাউনা ঙেংথোরকই। মহাক্না তুজুংনা কপ্লম্মী, 'হে ভগবান, হে মুংশিরবা! হে মুংশিখোইরবা! নং কদায়দা লৈবগে? হে পাম্বোম শাংলবা, নং কদায়দা চংলবগে? হে মরূপ, কৃপা তৌবিহনা ঐগী মাঙদা লেপ্লীবু। ঐদি উপাই লৈতব্রবী মনাইনি।

মতীক মগুণ চাউরবা ভগবানগী খোঙ্গুল লীরক্লিবা গোপী-শিং অদুনা, ভগবান্না হুন্দোকপিরম্লবা অকি তুজুংনা কন্তাওনহনা লৈরিবা মখোয়গী মরূপ গোপী অদুবু অয়াম্নদগী উবম্মী। মখোয় পুম্নমক গোপী অদুগী মনাক্তা য়ৌশিল্লক্লগা হংবদা কয়াম্না মামা ভগবান কৃষ্ণগী থোইদোক হেন্দোকপা থৌজাল ফংব্রি-বনো, অদুগা মাগী তমথিরবা শাজতগী কয়াম্না ভগবান মাঙখ্রি-বনো হায়বদু মতোন্দগী থতলম্মী। মদু তাবদা গোপীশিং অদু থম থেংনা চক্লম্মী।

মদুগী মতুংদা মখোয়না অমুক হন্না উমংদুগী মনুংদা কৃষ্ণবু থা .থোমজিল্লাওবা থিরম্মী। থা তাখ্রহনা মমশীরক্রবা মতমদা থিবা তোকখি।

মখোয়গী থম্মোয়পুম্বা কৃষ্ণদা লূপলম্মী। মখোয়না কৃষ্ণগী বারীতমক শানম্রে। মাগী লীলা মতৌ ভমহনা শান্নরম্মী মখোয় কৃষ্ণগা অমত্তা ওইশিনম্রে। মখোয়না কৃষ্ণগী নিংথিরবা গুণবু শক শোন্নরম্মী। ময়ূমগী বাখল থল্লমদে। অদুম্না কৃষ্ণগী বাখল্দ লূপথ্রবী গোপীকাশিং অদু হান্নগী যমুনা-খোংণুং অহমক্তদা য়ৌরক্লুনা, কৃষ্ণ হল্লকপিনবা নীংলহনা, মাগী মগুণ থাহনা খোন্থোক অমত্তা ওইনা ঈশৈ শক্লম্মী।

## গোপী গীত্ (গোপীশিংগী ঈশৈ)

কৃষ্ণ কায়নবগী অদোম্বা মৈচাক্লা জ্ঞান মাংলবা গোপীশিং ঈশৈ শকপা হৌরক্লম্মী :—

নংনা ব্রজধামদা পোক্লকপনা নীংথিরে ব্রজধাম। মরমহনসি লক্ষ্মীনা লেংদনা লৈবিরিবা। ননাই ওইরবী ঐখোয়না কোয়থি থিক্লবে নহাকপু উমংদা। নংগীদমক্তা লৈন্দরিবী ঐখোয়দা উৎহনবিয়ু নংগী শক্তম্। উমংগী মায়কৈ থুদিংদা ঐখোয়না নংবু থিজক্লরে

হে ভগবান! মহা আনন্দ পীবিবা; হে আশীর্ব্বাদ পীনহৈব। ঐখোয় ননাই ওাক্তনি। শরদ্ ঋতুদা পাত্তা হৌবা ফুগায়না শাংলবা থম্বালবু ওমতবা, নংগী মীৎচিগী ভেম্না ঐখোয়গী থম্মোয়দা কাপ্পম্লগা, ঐখোয়বু অহুক নীংবা কায়হনবিরিবা অসিবু ঐখোয়বু ভশেংবা হান্তোকপিবা নত্রা?

হে মী মরক্তগী অথোইবা ! হু চেন্নবা যমুনা ঈশিংদগী, অচৌবা লিন্‌গী মওঃ লোয়বা আঘ কৌবা রাক্ষস্‌দগী, নোংলৈ অমসুং নুংশিত্তগী, বজ্র অমসুং নোংথাংদগী অমসুং লমৈদগী অরিত্ত অমসুং ব্যোমাসুর কৌবা হিংচাবশিংদগী অহুগা অকিবা পূম্নমক্তগী মাঙলুরগদবা এখোয়বু নংনা হন্না হন্না কনবিরক্রে।

নংদি লেম্নমক যশোদাগী মচানুপানি দেহ ধারন্ ওইবা জীব পূম্নমকী থম্মোই কাচিনগী সাক্ষী ওইবা লৈবিরিবনি নংনা। ব্রহ্মানা স্তুতি তৌবদগী ( প্রার্থনা ), বিশ্ব-জগৎ অসিবু ঙাকপনবা, নংনা সত্ ওইনা লেঙবিরকপনি।

হে নুংশিথোইরবা, হে বৃষ্ণিশিংগী অথোইবা লক্ষ্মী লাইরেম্বীবু পায়রুনা লৈরিবা ' অকিবগী মশক ওইরবা. সংসারবু কিয়হুনা চঙজরক্রবশিংবু শোয়দনা ঙাকপিরবা, আশীর্ব্বাদ পীনৈরবা ইবুংঙো নংগী থম্বাল মাঙ্গবা নখুত্তুনা ইথবাকথক্তা থম্বিহুনা কৃপা পীনবিয়ু হায়না শ্রীচরন্দা চঙজরি।

হে ব্রজবাসী অপূম্নবু অরাবদগী শান্তনা পীবা ওবা। হে নতৌক চাউবা! হে নুংশি থোইরবা। নংগী যোমোন মীমোক্লা ভক্তশিংগী মাপল মাঙহনবিবা! হে স্বরূপ। এখোয় নংগী নগাইমি। উপাই লৈতরবা এখোয়বু লৌশনবিহুনা নংগী থম্বাল মাঙবা শুক্ষংনকম ওইরব, মায়থোংদু এখোয়দা উহনবিয়ু।

নংগী থম্বাল মাঙবা শ্রীচরণ খাদা দণ্ডবৎ কচ্চরিবশিংবু পাপ কোকপিরবা, নাপী চাহুমা হিংলিবা, শা-শল কাওবদা কৃপা পীন-বিবা লক্ষ্মীনা মতম পূম্নমক্তা সেবা তৌহনতা লৈরিবা অক-নুংঙাই

পূন্নথকী ভুংমক্ম ওইবা অমম্তুং কালী কৌবা লিমগী মকোক্তা নেৎপিখিবা থম্বাল যাল্লবা শ্রীচরণদু ঐখোয়গী থবাক্তা থম্বীদুনা ঐখোয়গী অন্নাবা থম্মোয়গী মৈচাক লৌশোকপিয়ু।

হে মীৎস্নানা থম্বালবু ওমজবা ইবুংঙো! - থৌজান পীনহৈবা অথৌবা! ঔষধী ওইরবা মীৎস্নাগা লোয়নরবা, জ্ঞানী কাওবদা আনন্দ পীবিবা, গুণংনিংঙাই ওইবা নংগী মবাহৈনা। বাম্বরবা (মুর্চ্ছা) ঐখোয়বু মুংঙাইহন্‌বিয়ু।

নংগী আমৃত চেন্নবা বারীনা অবাবা ভাবথশিংগী থনৌবা পুস্বিনি। জ্ঞানী অমম্তুং ভক্তশিংনা লৈশিংলৈথোম্তুনা শক্ক-চানবিবনি। নংগী বারীবু, মধুর চেন্নবা, শেংলবা নংগী লীলাবু ভাজক্রুয়গা থুদক্তা পাপ চাকথেকপিবনি। নংগী লীলাবু তাজউজক্রবদা থম্মোয়দা শান্তি (থীরজ) ফংজবনি। নংগী লীলাবু শকচ-শোজরবা অমদি হন্নাও কুমৈ তৌজরবা মীহু পৃথিবীদা থ্বাইদগী চাউরবা দান কর্ম্ম তৌরবনি।

হে লৌনম চাউরবা! হে মুংশিথোইরবা! নংগী মোথোন নোকপা মীনোক, নংগী মুংশি মীৎয়েং, নংগী পুক্নীং চুম্নবা লীলা, নীংশিংনুরগা মুংঙাইবগী মশক্তা ওইরবা অমম্তুং প্রেম পীবিগদবগী মূর্ত্তিদু ঐখোয়গী থম্মোইমুংদা চেৎনা মথি তাথ্রে। মথোয়শিং অসিনা ঐখোয়গী পুক্নিং লাওহল্লে।

হে ইবুংঙো! নংগী শ্রীচরণদি থম্বালগুম্না থোং নৌথ'ম। নংনা ব্রজদগী যন শেনবা থোকখিবদা, ইবুংঙো নংগী শ্রীচরণ অদু নুংনা, ভুম্বৌনা অমম্তুং তিংথংনা শোকখিগগ্রা থম্নুবদা ঐখোয়না বাখৈ।

হে থৌনা ফবা। নুমিৎ চায়বক্কুবা মতমদা, নণগী থম্মাল মাল্লবা মায়থোংহূদা অমুবা খোই-খোইবধা শম্নাং য়াম্বরকপা অমস্তুং যণবীগী মথোংদগী হৌরকপা উফুলনা মায়থোংদা মহীক মরীক পক্কপহ্ ঐখোয়না হেক হেক উটে।

নণবু উকুবদা, ঐখোবগী থম্মোইদা প্রেমগী মৈচাক হেনগৎল লক্কুনা নণবু উনিংবগী বাথম্না পুক্নীং ঈপোম হোরে।

হে আনন্দ পীবিবা! হে ভগবান, মীওইবগী অরাবা কোক্কুবীবা। শ্রীচরন থাদা নণবৎ কচ্ছরিবা ভক্তশিংগী অমিংবা পুংহনবঁবা, থুম্তা থম্মাল পায়বা দেব ব্রহ্মানা শ্রীচরন্দা সেবা তৌরিব', শ্রীচরন্না নেংলূ-নেংলুবা মফমগী ফজবা হেনগৎহনব', অরাবা থুদোংথীরবা মতমদা নিংশিংনফম ওইরবা, মেবা তৌজরি-বশিংগী শান্তি পীনবীবা অহুণুম্নবা থম্মাল মাল্লবা শ্রীচরন্দু ঐখোয়গী থবাক্তা থম্বীয়ু।

হে থৌনা নৈনবা! অরাবা পুম্নমক মাণহনবিবা, নণগী থ'ঙ্গেমা থল্লবা বাঁশীগী সুরনা হায়চমদনা আনন্দ পীবীবা, সংসারিক্কী ওইবা অপাম্বমু কাউথোকহনবা অমসুং পুক্নীংগী অৱেম্বা কল্লক মীহৌবা মাণহনবা ভম্না, ঐখোয়গী থম্মোই সুংগী য়াগ হেনগৎহনবীবা নণগী শ্রীমুখদগী হায়রকপা অমৃত অহু ঐখোয়না থকহনবিয়ু।

নুংথিলগী মতমদা, উমংদা নণনা মাণথোকপ্রবদা', নণবু উদবগী মীকুপ অমহুদবু চহি অমণুম খোকপ্রে। ঐখোয়না নণগী খোই-খোইবা শম্নাংনা চোইনা তারবা নিংথিরবা মায়থোং

অদুবু থেংনবদা, কুপখোক কুপশিন শামনবা ঐখোয়গী মীংনা দর্শন্দা অপনবা পীবদগী, মীংকী পাশিংবু শেন্থোরকপা হে শিংত্রবা ব্রহ্মাদা দোষ ভোইরক্লে।

হে অচ্যুত! ঐখোয় ইপুরোইবা, ইচা, মরীমচা, ইচিম-ইপা অমস্তুং মরুপ-মপাং থাদোক্লহনা ইবুঙো নংগী মাঙা চত্তনরক্লিবনি। ঐখোয়না লাকচবগী মরমদি ইবুঙোনা থত্তবীরমগনি। ঐখোয় পুম্নমক নংগী মুংশিনবা নিবা ওইরবা বাঁশীগী ঊশৈনা শুমংত্রবনি।

হে নমথাক চাউরবা! মও মত্তনা অতৈ কনানা নঙোন্দা থংজবা থবজরবা প্রপীবু মতম চুপ্পা হন্দোকপিগদগে? হে সুংশিখোইরবা! নংগী খোয়রুম থোমোমরবা মায়খোংবু নিংশিংলুবদা, চাম মীংথেংবু নিংশিংলুবদা, শ্রীলক্ষ্মীগী লৈকম ওইরবা কমনা পাক্লবা থবাক্তু নিংশিংলুবদা, অপাব-থৈনা চাক্লনা ঐখোয়গী থম্মোইসে মযুম মপাং হৌরক্লে।

হে চান্ন-খোইরবা! ব্রজবাসীশিংগী অরাবা কোকপীনবগী অমস্তুং বিশ্ব-জগংকী জীব পুম্নমগী মাইকনবগীদমক্তা পোকপীরকপনি মহাক্কি। ঐখোয়গী থম্মোইসে নংগীদমক্তা পুনরে। হে ভগবান অরিবগা ওইবিরগনু। নংদবু নিংজবিবা ঐখোয়দা, থম্মোইগী অরা থৈচাক কোকপীনবা অঙাংবা হিদাক থবদংদা ওইরবনু পীনবিয়ু।

হে চান্নখাইবা! খোং মৌবা থবাল মায়বা ভিতেন্দ্রবু ঐখোয়গী কয়বা থবাক্তা অমাবা কাওবিগন্ত্রা থম্না তপ্না থবজরব-হনা অরাবগী মপক ওইরবা উবংদা লেত্তবীরি।

হে ইবুংঙো ঐখোয়গী পুন্সি অসি নত্তোন্দা থম্বনি। নত্তনা ঐখোয়গী পুন্সিমকখি। নুংঙৈ কায়ডৈ নত্তগী শ্রীচরণদা অমাবা পীদবনা? উমংগী নুংঙৈ-কায়ডৈ অকনবা নুং সেংলুবদা শ্রীচরণদা লোকপনগদ্রা থল্লুবদা ঐখোয়গী পুক্নীংসে মওম মওম থনবা হৌরক্লে।

## শ্রীকৃষ্ণ থুনমক লাক্লকুনা গোপীশিংবু থেমজিনবা

গোপীশিংনা কৃষ্ণগী মঙুন থাগৎলদুনা হৌনা ঈশৈ শকপা হৌরক্লম্মী। মখোয়গী চাম্ব খোইমবা কৃষ্ণবু উনিংবনা ঈশৈ শ্রবগা লোয়নদা থম্মোয় শোক্লা কপ্লদুনা ভেংথাবা হৌরক্লম্মী। মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মাপু মচুগী খাভবম থোক্লদুনা, ওজ্লা বন-মালানা লৈতেংলদুনা, প্রেম মূর্ত্তি ওইবা ঈশ্বরগী থম্মোই কাওবা শুমৎপা ওয়বা মোমোন নোক্লা থবাপ মপনবা মাংথোংগা লোয়ননা গোপীশিংগী মরক্তা কাওরক্লে।

শ্রীকৃষ্ণনা হল্লকপা দেখ উবা অদুবক্তদা গোপীকাশিং অদু মশা তেকৃথত্তুনা অনৌবা পুন্সি থবা অমুক হংবগুম্বা মথৌং লাওনা পাওথোক্তুনা হল্লাওমনথিবনা লেপথংলকখি।

গোপী অমখক্তি হল্লাওবনখিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী থবাপ মাল্লবা থুং অসিদু মথুং অনিনা কোনশল্লুনা ভম্না ভপ্না ভকপা মালবা হৌরকখি। অমুক অংতাম্বা গোপী অমনদি, চন্দন মনম্বা হাংবা শ্রীকৃষ্ণগী পাখোম থাবা মবেংবান্দা থম্মী। অহুমশুবা গোপী অমনা, অহনবা

লৈমায়দা চংলুবগী মায়বা শ্রীকৃষ্ণগী থম্বাল মান্নবা চরণদুবু মথক্তা হাপকচ্চরম্মি।

অতোপ্পা গোপী অমমা, শুকুপ কুপত্রবা মৈংশেংগী পাত্রমা শ্রীকৃষ্ণগী থম্বাল মান্নবা মায়খোঙগী অমুক হাপ্না থক্লম্মী অদুবু ধর্ম্ম পুম্ন্য চেল্লবা মীনা শ্রীচরণতদু সেবা কংজবনা পেন্নদবগুম, গোপী অদুস্ন মচুনা পেল্লংদে। অতোপ্পা গোপী অমমাদ মৈংনা শং শং য়েংলদুনা থম্মোয় কাচিন্দা পুশিন্দুনা মমীৎ উইশিনখিদুনা যোগীশিংনা ধ্যান তৌদুনা আনন্দদা তাউদুনা লৈবগী মতৌগুমপ্রে।

(গোপী পুম্নমক আনন্দ ওইরে। অরামকম কংনিংবা মীনা আত্মসাক্ষাৎকার ওইরক্লবা মতমদা তাইবংগী (সংসার) অরাবা পুম্না অয় তৌবগুম্না, গোপীকাশিং অদু শ্রীকৃষ্ণ কায়নরুবগী অরাবা পুম্না থাদোক্লম্মী।)

অরাবগী মরম লৈত্রবা গোপীকাশিংগী মরক্তা মগুণ চাউরবা অচ্যুতনা মাগী শক্তি— লৌশিং, পান্দল, ঐশ্বর্য্য, শ্রীমচিংবনা কোয়শিল্লবা পুরুষত্তম্ অমগুম্না নিংথিনা তানখোইনা লেপ্লে।

অদুদগী কৃষ্ণনা গোপীশিং অদুবু লোয়নবদুনা, ফুগায়না শাংলবা কুন্দোগী মুংশিবা মমমনা শুষ্কংলদুনা হরিবংখোর শঙ্খ শঙ্খ পাইরবা যমুনাগী লৈচোই তাক্তা চায়রবা তোর্বান্দা চংথরম্মী।

শরদ ঋতুগী থাবমা অহিং অদু শংনা পুথনাৎ লংলম্মী। মকব অদু থম থেংনা মুতাইবা ওইরক্লে যমুনাগী খুৎ মান্নবা ইপোয়া

তেমখোকপগুম্বা নিংথিরবা লংলবা লৈথোইগী মপৈনা হোৎর্বান্দু কুপলম্মী। শ্রুতিগী জ্ঞান ফংলবদা আত্মা সাক্ষ্যাৎকার ওইরম্না করিগুম্বা অপাম্বা মহৌ অমা কাওবা লৈত্রবগুম্বা, গোপীকাশিংগী নঙ্গোইবী অরাবা পুম্নমক, শ্রীকৃষ্ণবু দর্শনতৌবা ফংজবগী মুংচাইবনা মগোৎগী অরাবা পুম্নমক কোকত্রে অমস্তুং অপাম্বা পুম্নমক ঙমদৈ নাইত্রে। কুম-কুম চন্দন মময়া চুরবা গোপীকাশিংগী ইন্নফিদা মখোয়গী মুংশিজরবা শ্রীকৃষ্ণগী কম্ফম্ থারম্মী।

অদুগী মতুংদা, মতৌক ময়াই চাউরবা যোগীশিংগী হৃদি আসনদা লেপ্তুন্ননবিরবা অথোইবা ভগবান্না গোপীশিংনা থাজরবা আসনদা লেংথংশিরে। গোপীকাশিংগী মরক্তা ফমথুদা ভগবানসু হেন্না থোইনা অমুক মতরে। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু সেবা পূজা তৌজরে। অদুগী ভগবান্না মরোল অহুমগী ফজবনা হিল্লবা চংদি ফম' উংকারু মোমোন মোকপা মীনোক্তা লোয়নবা লীলা শান্নরিংবগী মীংশেংনা, মখোয়গী থম্মোইদা প্রেম মৈচাক তেনগংলবা গোপীকাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মখুৎ অমস্তুং চরণবু মখোয়গী মতম্বাক্তা থাঙ্গচরে। মখোয়না শাউগংলবা বাহৈগা লোয়নবা লৈসি লৈথোনংস্থ হৌরকম্মী।

গোপীশিংনা হায়রম্মী: "মী খরনা, মখোয়বু লুনা মিংবা মীশিংদুবুস্থ নুংশি। অতৈ খরনা, মখোয়বু লুনা তৌদবা মীশিং-বুস্থ নুংশি, অদুগা মী খরা অমনা মখোয়বু লুনা তৌবা মীবুস্থ মত্রুগা লুনা তৌদবা মীবুস্থ নুংশি। হে কৃষ্ণ! নসিগী মরমদা ঐখোয়দা শুগায়না তাকপিয়ু।

ভগবাননা হায়রম্মী "হে মরূপশিং! মখোয়বু লুনা তৌরক্লবতদা নুংশিবা হায়বসি মশাগী স্বার্থ তাব নৈহনা তৌবনি। স্বার্থ ভাবনা ইনশিন্নবা নুংশিনবতনি মসিদা মরূপশু ওইদে—পুন্যধর্ম্মশু লৈতে। স্বার্থগীদমক্তা তৌবনি। অপেংনমক, মখোয় মশেন অদুগা অমগা নুংশিনবা লৈতে। অহুমু মশা মশাদা মশাগী স্বার্থগী-দমক্তা নুংশিজবনি। মখোয়গীতাবতি মশাগী অপেনবা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক্তনি—অতৈ করিসু নত্তে।

"মখোয়বু লুনা তৌরবশিংদা লুনা-নুংশিনা তৌরবসিদি, খোঙাদ অমসুং নুংশিবনা থরবা মমা মশাগী মতৌগুম্বনি। মখোয়গী লমচৎ অহদি ধর্ম্ম অমসু' মাইক বাখল্লা বিচার তৌরবনি। মখোয়শু মথন অনি ওংঙি মহদি—খোঙাব ঠৈবা হায়বা অমা, নুংশিবা হায়বা অমা। খোঙাব ঠৈবনা ধর্ম্মগী গুণ কংই অহুগা নুংশিবনা কায়নত্রবা মরূপ ওইনৈ।"

"অহুগা অহুম ওবা মথনগী মীওয়াশিংনা, মখোয়বু লুনা নিংবা মীশিংদা মখোয়না নুংশিক্লবা 'লতে। অহনদি, মখোয়বু ওপনিং নিংলক্লবশিংদদি করি অমুক থাপা তৌরগনি। মসিদশু মথন মরি অদুক থাবদোকই। ১। আম্মাদা নুংঙাইবা ফংজহনা মশানগী সংসারগীদা করিসু উকহ্রবা। ২। মখোয়না নিংজরিবহুগী পন্থং ফংনবা। ৩। তৌবিবগ থঙদবা। ৪। মখোয়বু ফনবা বিংবিগীবশিংদা থাজবা মাঙহনবা।"

'হে মরূপশিং হায়রিবা মথনশিং অসিগী মতুংদা ঐদি য়াওদে। ঐবু নীংজরিবা মীশিং অহুমু ঐনা নশশিন্নবসু লৈতে।

ঐমা মখোয়বু নুংশিরুদে হায়বন্থু মত্তে। মখোয়গী থম্মোই অদু যপুং কানা ঐহোঙ্গা লুপশিন্নবগীদমক্তা, মখোয়গী থম্মোই হেনজিন্না ঐহোঙ্গা চিংশিন্নবগীদমক্তা অমম্থুং অচেৎপা ভক্তি থম্নবগীদমক্তা ঐনা অপুম্বা তৌবনি। মমুত্তনা মখোয়না অতৈ অভোক্লগী বাখল তৌরোই। মখোয়না উকণ্ঠা ভনা অহেম্না লৈতনা ঐহোঙ্গা ভক্তি তৌহনা ঐবু নিংশিংলকই। মরম অমত্তা লৈতরবা মীনা ইথত থতহৌদনা মরম থম্না কংজরবা মতুংদা অমুক মদু যাওথোকবিবদা মী অদুনা অতৈ অমা থল্লুবা লৈতনা যাওরবা শেন অদুতবু নিংদুনা লৈবগী মতৌঙুম্‌, ঐনা অমুকং উনরম্লগা হয়া। হম্না লোইশুনা, ভক্তশিংনা অতংপা লৈতনা মীংজনবা পোলকু ঐনা ওইবনি।

স্বর্গগী নুংঙাই যাইফবগী পুক্নিং ঐহোঙ্গা। পীরবদু নখোয় অপুম্বা ঐহোঙ্গা নিংথিরবা কর্ম্ম তৌখিবগী লম্মন অদুদি ঐনা কনোনুংদমক শিংবা ঙম্রোই নখোয়গা। ঐগা লৈববা মরী অসিদি পুমনমক শেংলবা অমত্তং দোষ লৈত্রবনি। হে নুংশিরবা গোপীশিং! ঐগীদমক্তা নখোয় অপুম্বা মথন মথনগী বৃন্দাবনগী কম্নবা থৌরিবু কক্থৎলে। মতম চুম্নগী ওইনা ঐসে নখোয়গী লম্মন তোন্দুনা লৈরবনি। নখোয়না ঐবু নিংজবগী লম্মনদি মশা মশাগী স্বাত্ত্বিক ওইবা লমচং অদুতবা ওইরসনু। মশা মশাগী পুণ্য ধর্ম্মনা অখোইবা মমা (ফল) ওইরসনু।

## গোপীশিংগী প্রেম

গোপীশিংনা কৃষ্ণবু নুংশিরবা অসি দেহগী অপাঙ্গ মত্তে। মসিদি অংথাইবা থেবনি। মখোয়বদি ভগবান কৃষ্ণ অসি

হিংলিবা ( হিংনবা পাইবা ওইরিবা ) ঈশ্বর অমা'ম মহাশক্তি পর-
মেশ্বরগী অচৌবা মূর্তিনি। গোপীশিংগী শ্রদ্ধা পরাভক্তিনি।
মখোয়না ভগবান কৃষ্ণবু থজবদা মখোয়না সংসারগী ধর্ম পুম্নমক
কাইথোকই। মখোয়মা কৃষ্ণ প্রেমদা থম্মোই লুপ্তনিঙ্গনি।

ভগবান কৃষ্ণমা অহাং ওইরিবিদগী মৌনা মচেৎয়গী পম্নোত্তম
চিংশিনখি। কৃষ্ণ য়াম্না মজবা অঙাংনি, মহাক সুন্দর অবতারনি।
মহাক অমুমা গোপীশিংনা মাবু পোকপদগী হৌনা নুংশিরকই
মখোয়না মচাদা মোবগী মতৌগুম কৃষ্ণবু নুংশিনা লৌরকই।
বৃন্দাবনগী গোপকুমারীশিংনসু কৃষ্ণবু মখোয়গী মপু ওইহন্নবা
মতৌগুম্বা নুংশিরম্মী মচাম-মোপাংনা মপুম্বা সম্ভোগ প্রেম লৈনা-
গম্বা? মচেনা মোপাংবু নুংশি। মচেনা মোপাংবু নুং-শঞ্চারন
শাম্নিজই। গোপীশিংগা কৃষ্ণগা লৈনবা মরী অসি অসংগুম্বনি।
কৃষ্ণগী প্রেম অসি মথং মথং অডুম চেংগৎলম্মী। মখোয়না মথন
শিংবদসু, গুরুজনগী ঈংশং লোকপা মঙমদসু কৃষ্ণবু থজম্মী। মখোয়না
ঈকুজবা মঙমদসু কৃষ্ণবু লৈখং লৈতে হন্দী। মখোয়না, চাবা থকপা
মতম পুম্নমক মাবু নিংশিংলম্মী। মখোয়মা অতোপা লৈত্রবা সুন্দর
অভ্যাস তৌবগী মখেয়গী পুক্নীং অমু কৃষ্ণমাক ওইরকলম্মী

জীব পুম্বাংকৌ হৌনবা ওইবগুম্না গোপীশিংমা অহানগী
মতম ওইবরবা মঙমদদি দেহগী প্রেমদোমদা থম্লবসু য়াই।
তুম্বা, চাবা অমসুং স্ত্রীসঙ্গ হায়বসি জীব-পুম্বগী সাধারণনি।

মতমবু ভগবান কৃষ্ণনা গোপীশিংগী থম্মোইবু থজলম্মী।
গোপীশিংগী অপাম্বা মীহৌবা পুম্নমক পুম্মাক্ত মাতহন্দুনা মখোয়গী

থম্মোই অদু অপেংবা চংম্মীরোমদা পুশিনবি। মসিগী ভাব অসি পুবদুনা ভগবান কৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস লীলা শান্নখিবনি। Eko Gopi Eko Shyam

রাস লীলা শান্নবা মতমদন্থু মহাক মশানা কৃষ্ণ ময়াম থোকহনখি। গোপীশিংদু চকপনা থম থেংলম্মী। মখোয়গী দেহ ভাবতা থুংশিনমহন্থু অওকপা মাচু অসিনা পুম্মাক মাওহনখি-রম্মী। দেবতাশিংনা স্বর্গদগী নৈগী লোং খিকথরকপদু মখোয়না উরম্মী। বিদ্যাধরশিংনা, গন্ধর্বশিংনা যক্ষশিংনা, চরণাশিংনা ভগবানবু লৈশি লৈথোম্নুনা শকপা ঊৈশে তারম্মী। রাস লীলা শান্নবা মতমদা মপাম্মোংগী ইন্দ্রিনা আনন্দ কংবা অদুগুম্বদগী মিলিওম্ (মিলন্) মিলিওন্ হেন্না চাউরবা অমা, ভগবানবু লোয়নবগী পরমানন্দগী রস অদু গোপীশিংনা চুপচরম্মী মখোয়না ভগবান্দা সমাধি কংবগী মাহাআনন্দগী রস অদু কাওরম্মী।

"মসিনা অসিনি। অসিনা মদুনি— অনিওম্বা ভেদ ভাব অসিদি মী অমুগী মপুক্নীং লাওবা অমম্নুং কাজিন্নবদগী থোকপা ওন-তৈনবা বুদ্ধিনি, ভগবান্দা সমাধি কংলোই। মপুক্নীং লাকশিন্নবা মীগী পুক্নীংনা মথন মথেলগী পোংশকা লান্না লোই। অরানবা মাথল অসিনা গুণ, দোষ নত্রগা অচুম-অরান অকংকত্তনচিংব-রোমদা চওশিন্নকই। মহৌশাগী ওইবা মপাম্মোংগী ইন্দ্রিগী স্বভাবনা শাবা, ভেদবুদ্ধিনা শেম্বা লাওতক্নবা অমম্নুং শেমান্নবা মপুক্নীং লাকশিন্নবা জীবনা, সংসারদগী মপাবু তোওানবা অমা ওইনা ভাব তৌরদুনা অপাম্বদু কংনবা হোংনদুনা ইন্দ্রিগী

অপেনবা ওইহল্লি। থবক তৌবা, থবক তৌদবা অমসুং অথিংবা (য়াদবা) থবক তৌবা (কর্ম্ম, অকর্ম্ম অমসুং বিকর্ম্ম) অসিদি পুক্নীং, ইন্দ্রি অমসুং বাখল্লগী থোকপা ভেদ ভাবতনা লেপ্লি। কর্ম্ম, অকর্ম্ম অমসুং বিকর্ম্মগী খেন্নবা ভেদ লৈরিবা অসিদি মী অহুম গুণ, দোষ অচুম অরান, অক কত্ত' বাখল তৌরগ' মরী লৈনবনি। অমসুং দোষ-গুণগী বিচার অমা থোক্লক্লিবসিদি ভেদ বুদ্ধিদগী পোকপা ওন-তৈনবা বাখল্লনি। য়ারবা ( য়াথং লৈরবা ) থবক তৌবগীন্নু, য়াদবা থবক তৌদবগীন্নু অমসুং অথিংবা থবক তৌবগীন্নু খেদনা হায়রিবা অসিদি অচুব-অয়ানগী, অক-কত্তগী, দোষ, গুণগী বিচার লৈয়বা মীশিং অহুগীদমক্তনি। 'ঐ' হায়বা অহংকার ভাব থাদোক্লুনা পুক্নীং ইন্দ্রিয়ু লাকশিন্দুনা বিশ্ব-জগৎকী মথুংদা লৈরিবা পুম্নমকপু ব্রহ্মরূপ ওইবা মীৎয়েং থম্মু। কনাগুম্বা অমনা মশাগী স্বভাবপু মশক থম্মনা বিশ্ব জগৎকা চাশিন্ননা পুংভাইনা থবগনি অমসুং পাক শন্নবা জগৎ অসি মাগ্নাদ উগনি অহুপা আত্মানা পরমাত্মা ভগবান্দ উগনি।

অক-কত্ত বিচারগী বাংমদা লৈপ্রবা মীদি, কত্তবা কম কংনক্তনি হায়বগী অকিবা লৈহুনা তৌগহু থিংবা থবক তৌদবসু লৈতে, অহুপা অকবা কম লৈগনি খম্নুনা শাস্ত্রনা য়াবা থবক তৌবসু লৈতে অতাংগী মতৌগুম্না চমনা কর্ম্ম তৌবতদি। অচুব অয়ানগী বিচারদি শাস্ত্রগী পাণ্ডিতাক মভুং ইমা মশাদা অহুব থত্তজরবই। মতোম্দা অভিমানগী বাখল লৈতে। সংসারগী আইন বিচারনা মতোম্দা শোকে। মাগী তৌগদবা কর্ম্ম অমা অমুক

লৈদ্রে। মাদি কর্ম্মগী মথক্তা লৈদ্রবনি, কর্ম্মনা মাবু শোকপা ওমদে। সংসারদা পাঙ্ডাক পীনবগীদমক্তা, মাসা কর্ম্ম তৌরম্বা য়াই মত্রপা য়াবা কর্ম্মস্থ থাদোক্লবা য়াই। মাদি অচুম-অয়াম বিচার তৌবগী ওমথৈ ৱাংমদা লৈদ্রবনি।

অতকপা অমসুং খুদম প্রমাণ থম্বা জ্ঞান অসিনা কৃষ্ণ ইচম চম্বা, শিবা মাইবা অমা মস্তে হায়বচ্ গোপীশিংদা অচেৎপা থাজবচ্ ফাওই। ব্রজগোপীশিংনা মতম অমদা শ্রীকৃষ্ণবু নন্দ অমসুং যশোদাগী মচা ওইনা উরবসু, কৃষ্ণ ভগবাননি হায়বগী অচেৎপা থাজবা লৈরম্মী, ভগবানগী যোগ মায়ানা মরম ওইরম্না কৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হায়বগী ৱাখল অসি রাস লীলাগী মতম ফাওবদা গোপীকাশিংগী মপুক্লৌংদা অহূপ কয়া ফাওরমদে।

ভাগবত ( স্কন্ধ ১০ : অ: ৩১ ) দা গোপীকাশিংগী ঈশৈনা (গোপী গীত) শ্রীকৃষ্ণ পরমেশ্বরনি হায়বা অশেংবা প্রমাণ পীরে। অপাম্বা মথল ভক্তকী মচু মচেৎ অমত্তং ফাওবা য়াওদনা দিব্য প্রেম ভাবতমা মথোয়না ভগবান্দা চঙশিনবতনি।

কৃষ্ণনা অত্যাং ওইরিবৈদো তৌখিবা, মীওইবনা তৌবা ঙম-গোইদবা অতকপশিং অহূনা মাদি পূম্নমক থতবা, ( সর্ব্বজ্ঞান ) অমসুং শক্তি পূবনা তিনববনি হায়বা থতহল্লি। মীওইবগী অপাম্বা পূম্নমক্পু পীনখিবা ওগ্নিবা ভগবানগী মফমদা অমেম্বা থাকী অপাম্বা থম্পদোবা অপঙবা ভাব অমা লৈরবথিগন্না ? মীওইবনা কংখং রিবা মুংতাইবা পূম্নকী অথোইবা কারণদি ভগবাননি। মাদু মায়গা মায়পা ওননিরম্না দর্শন ফংলবদা, অমেম্বা মথনগী অপাম্বা

গোকুলগদবা অপওলাই চুরবা মী লৈরবখিগদ্রা? চিনি অকেওবা (পিতা-মিত্রী) মরাও কায়না কংলবদা চিনি অতাওবা মতুম (গুর) চানিংবা কনা লৈগনি?

অসিদগী ভপেংবা থওদে মতুদি ব্রজ গোপীকাশিংনা কৃষ্ণদা থম্বা প্রেম মথল অসি দিব্য প্রেমনি। গোপীকাশিংদা অনন্য ভক্তি চেন্নি অদুনা গোপীকাশিংদা অনেশ্বা রাখলগী ওইবা স্ত্রী-সঙ্গ ভাব কাওদে।

( রাস লীলাগী অথূপ্পা তত্ত্ব )

রাস লীলা হায়বসি প্রেম মক্তগা অপেংবা দিব্য প্রেমগা; ইরোয়নবা ভগবান্দা সমাধি ওইনবগীদমক্তা ভক্তশিংগা লোয়নবা শাম্বা দিব্য-লীলানি ( ক্রম ) রাস লীলা হায়বসি প্রেমগী অথোইবা আগ্রতনি। রাস লীলা হায়বসি ভক্তশিংগী অথোইবা আত্মানা ভগবানগা শেংনা তিনশিন্নবগী অরাংবা রাথল মক্তগা দিব্য প্রেমগী মতাম কাওহনবনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা অসিদি তত্ত্ব পূর্ণমক্তী অথুপ্পা, অরোনবা রহস্যনি। মসিদি তত্ত্ব পূর্ণমক্তী তত্ত্বনি। ( অথুপ্পাশিংগী অথুপ্পনি ) মসিদি মীওইবগী বুদ্ধি জ্ঞানা থঙ-নৈনগদবা হৌরম ওইদে, মসিদি ভক্তশিংগী অচিকপা ধ্যানগী ওইবা থৌরমনি। মসিগী রহস্য অসিদি মপুকচেল লেপ্তবা, বিশ্বাস লৈতবা মীদা ফোংদোকপা য়াদে — হায়বদি ভগবান্দা শ্রদ্ধা ভক্তি থমদবা মীদা ফোংদোক্কবা য়াদে। মসিদি ইকাই খুম্নবা, শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা তমগদবনি।

লীলা অসিগী মনুংদা ভক্তিগী মহিমা মাধুর্য্য রস থাওই। মদু অদুমা ভগবান্দা পুক্নীং চঙশিন্দুনা আত্মানিবেদন তৌবা ওয়কই।

শ্রীকৃষ্ণনা রাস লীলা শান্নখিবগী মরমদি অশেংবা প্রেমগী পান্থৈনা সাংসারীক্তা ওইবা অপাম্-থুংশি মাগুহন্নবগীদমক্তনি। জীবগী মহৌশাগী ওইনা লোয়নরক্লবা স্ত্রী-সঙ্গ বাসনাগী অপাম্বা চেন্নবা পুক্নীং অসিবু পামদবা মায়কৈয়োমদা অমম্লুং প্রেমলোমদা ওনশিন্নবগী মরমদা রাসলীলাগী মনুংগী ভাবমাচু ঐখোয়না ফঙ্গনীরি। মাধুর্য্য ভাবগুমা মীওইবগী আত্মা নিবেদন তৌবা ওমই অমসুং ভগবানদা পুক্নীং লুপশীনবা (সাযুজ্য) ওমই বায়বনি থম্মোইগী ইপুরোইবদা পুক্নীং চিংশিনবা ওমই হ য়বসি ভগবান্না উৎপিরি!

রাস লীলা (ক্রীড়) অসি শ্রদ্ধা হেনগংহন্নবগী মরমনি অদুগা স্বাত্বিক হেনগংনবগীনি—মরু ওইনা গোপীশিংগী অমসুং সাধারন মীওইবগী পুক্নীংবু স্বাত্বিক ভাবলোমদা চিংশিন্নবগীদমক্তনি।

কৃষ্ণনা রাস লীলা শান্নবা মতমদা মহাক্তা চহী তরাদমক ওরি। অগোই শারিবৈদা গোপীশিংনা কৃষ্ণবু থুংদা-পান্দা, অকোয়বদা অমসুং মকম থুনিংদা উথি। গোপীশিং অদু লীলাগী মতমচুদদি মযুম, মপুরোইবা, মচা অমসুং মমা মপা পুম্নমক পুথকাউ কাউথোকখিরম্মী। মখোয় মখোয়গী থম্মোই অদু পরমাত্মা ভগবান কৃষ্ণদা পুমলুপ লুপশীনখিরম্মী। ভক্তিগী মৈচাকনা মখোয়গী থম্মোই অদু ঈরাং হৌরম্মী। কৃষ্ণ প্রেম মরীক মরীক্তা মখোয়গী থম্মোইদা চুরম্মী। (চেদা শিরিস, মরীক মপ্পগুয়া) গোপীকাশিংহ

ইচম চম্বা দুপীশিং নত্তে। মখোয়শিং অহূ য়াম্না থাক রাংলবা মীওইমক্তনি।

ভাগবতগী তরাতবা স্কন্ধগী রাস লীলা উৎলিবা অধ্যায় মঙা অসি হায়বদি ২৯, ৩০, ৩১, ৩২, অমসুং ৩৩, শুবা অসিনি। রাস লীলা (ক্রীড়া) হৌরক্লবা মতমদা গোপীকাশিংগী নাপল লৌথোক্ত-বগীদমক্তা কৃষ্ণ মাওথিরক্লী গোপীশিংনা কৃষ্ণবু থিবা চৎলম্মী। মখোয়না যমুনাগী মপান্দা কৃষ্ণ হল্লকুবগী আশা তৌদুনা তিল্লম্মী। গোপীশিংনা ঈশৈ শক্লম্মী (গোপী-গীত)। শ্রীকৃষ্ণনা থুনমক অরাধন তৌজরিবী গোপীশিংগী মরক্তা কাওরক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়মনা জগোয় শাময়ম্মী।

ভাগবতকী তরাতবা স্কন্ধ অসিবু ভাগবত অপুম্বগী মচি (সার) ওইনা লৌনৈ। রাস লীলাগী মরমদা ইরিবা অধ্যায় মঙা অসিবু ভগৌংনমক তরাতবা স্কন্ধগী মচিনি হায়না লৌনৈ। থাক চাউরবা সংস্কৃত সাহিত্য অসিগী মযুংদা শ্রীমদ্‌ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়ওয়া নিংথিবা শাস্ত্র অমত্তা কংবা ওমলোই।

অধ্যায় মঙা অসি থম্মোই ঈরাং হৌবা, অরাংবা (উপরবী) ওইবা অমসুং থওবদা রায়বা অধূপ্তা তক্লবা থক্লবনি। মসিগী ভাব লুপ্লবা, কুপপ্লবা দার্শনিক শাস্ত্রগী হৌরমক্তনি।

শাস্ত্রদা অমসুং ঈশ্বর নৈ হায়বদা শ্রদ্ধা নৈরবা, শুদ্ধ ভক্তি থম্রবা, অপাম্বা অমসুং ইন্দ্রি থুদ্ধম চম্রবা, সাত্ত্বিক ভাবনা লৈত্তেংবা স্ত্রী-সঙ্গী অপাম্বা থমদ্রবা, বিচার লিংলবা, ভগবানবু দর্শন তৌনিংবগী অমসুং সেবা তৌনিংবগী থৌয়াংবা নৈরবা ভক্ত

সাধুশিংগী মরক্তদা লৈরবা অহংগুম্বা মীতমা রাস লীলাগী মরমদা ভম্বা নৈনবা অধিকারী ওই—মতিক চাবা মী অমা ওই। অহংগুম্বরবা মী অহংতগীদমক্তি, অমসুং কৌবা উহৈবু মথুক্তা পাম্জবগুম্বা রাস লীলাগী অথুপ্পা ভক্ত অমসুং মগুণ অহং তশেংবা মতোম্দা চঙবিরকনি—ফাওরকনি।

অপাম্বা লৈবিবা পূক্নীংদা স্ত্রী-সঙ্গ বাসনা মুত্রিবা, ইন্দ্রিগী অপাম্বা লাকৃপা শুমত্রিবা, ইন্দ্রিগী ভা'বতগী হেন্দোক থোইদোক্পা চংপা শুমত্রিবা, ইন্দ্রিনা থঙবগী বাংমদা লৈবদু থাজব শুমত্রবা অচুপা আনন্দগী মশক ওইরবা দিব্য জ্ঞান অথোইবদু থাজবা শুমত্রবা মীগীদমক্তদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য লীলা লৈনরিবা অধ্যায় মঙাগী লীলা অসি করিদ্ব মতম ইকাই খুম্নবা মাদবা সাহিত্য অমা ওইনা লৌই। ভাগবতকী অসি গুম্বরবা অধ্যায় অচুগুম্বরা মী অহংগীদমক্তদি করিগু কাম্ববা ফংলোই।

নারদ, ব্যাস, শুকদেব অমসুং গৌরাঙ্গনচিংবা ঋষি অমসুং ভক্তশিংনা রাস লীলাগী শ্লোক থীরকপা মতমদা অঙকপা প্রেমগী পি শিন্থবি। নৈমিসরন্যগী মুনিশিংনা শ্লোকশিং অসিবু দিব্য থেবপা লোয়নবা পূক্নীং চঙনা তারী। পরিক্ষিতনা অরোইবা যুক্তি ফংজনীংবগীদমক্তা অরোইবা মাহিপকী মতমদা শ্লোকশিং অহনবু খুমা তাঙ্গবি। এক-তদি মণিমুক্তাগী মমল লৈতে—কারনদে মতো অসিগুম্বা, ধর্ম্ম লৈতবা, সাংসারীকী অপাম্বা লৈবিবা, অপাম-জুংশিনা ভাউরিবা মী অমগীদমক্তদি, অশেংবা ভক্তশিংবু ভগবান্দা

তিনশিনবা ওয়বা মণ্ডল লৈরবা লীলা অসিগী করিমু অর্থ লোক্তে, মমল লৈতে।

শুদ্ধ দিব্য প্রেম নত্রগা অয়োবা ভক্তিমনা রাস লীলা অপুন্বসি মকম খুদিংদা শিন-থুংবা লৈবনি! মসিদি অশেংবা যজ্ঞ অমনি। গোপ-গোপীশিংগী আত্মাশিংনা মখোয়গী অরাংবা ভক্তিনা পরমাত্মাদা নত্রগা ভগবান কৃষ্ণদা লুপশিনবনি—শো· দোকপনি। অসিহু অমত্তা ওইশিনখিবনি। রাস পরা-ভক্তিনা বেদান্তগী অমত্তা ওইবা ভাব হায়বনুনি।

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ব্রজ গোপীকাশিংগী মরক্তা লৈনারবা মরী অসি খ্বাইদগী অশেংবনি। রাসদা নায়ক নায়িকাগী প্রেম মচেৎ অমা য়াওবা নত্তে। সৃষ্টি কর্ত্তাসু ওইরবা, মরোল অহুমবু ভাকপা অমসুং সংহার তৌবসু ওইরিবা, জীব পুম্বগী থোরকফম থাউসু ওইরবা, মপাদা চংশেংবা মুক্তিসু অহুম ওইজরবা, ধর্ম্ম পালন তৌবিবসু ওইরবা অদুগা বিশ্বজগৎকী গুরুসু ওইরবা মহাকী মকমদা করিগু নত্রবা সাংসারিকী ওইবা অপাম-মুংশিগী মচু কাওরমবিগনা?

রাস লীলা অসিদি ভগবানগা আধ্যাত্মিক মিলন্ ওইনবগীনি। ভগবান্দা লুপশিনবা নত্রগা অমত্তা ওইশিনখিবা হায়বসিদি বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা লৌরিবা অশেংবা প্রেম অমসুং প্রেমভক্তিনা ওহনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা লৈনরিব. সম্বন্ধ অসিদি দিব্য প্রেমনি মসিদা দেহ্ ভাবকী ওইবা অপাম্বা যিম মচেৎ অমা তাবা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগী 'মরক্তা লৈনরিবা

সম্বন্ধ অসিদি থাইদগী শেংলবা অমসুং শুদ্ধ ওইরবা মওংনি। সাংসারিকী স্বভাব পুরিবা মীনা ফনা জ্ঞান লৈহনবু দিব্য প্রেমগী ভাব অসিবু অস্বাদন্ তৌবা, নীংলুবা ঙমদে। সাংসারিকী স্বভাব পুরিবা মীনদি স্ত্রী-সঙ্গগী ভাবভদা হুপা অমা হুপী অমা হায়নভা থল্লি মরমদি মাগী জ্ঞান অহৎদি মায়াগী জ্ঞাননি অদুনা মাগী ভাব অহৎদি লৈচিন কুপ্পবগুম্বনি। মহাক অদুনা মর্যাদা থম্মিবা প্রেম অদু নীংলুরবদি মতেক থরদ্রবদি দিব্য প্রেম, ভাব ফাওজরম্বা য়াই। মসিবু দেহগী অপাম্বা, নীংহৌবা, লৈনরিবা অদুগী বাংমদা ওইরোইদ্রা? ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হৌংডাইরবা রাস লীলা অসিগী মনুংদা মাগী ভক্তশিংবু অচুম্বরোমদা লমজিংনবগীদমক: মাগী যোগ মায়াদা ভোংহনা শামগে থনবি: অপাম্বা, নীংহৌবা করম্না থাদোকপগে হায়বস্ত রাস লীলানা ঐখোয়দা তম্বীরি। রাস পঞ্চাধ্যায় অসিনা সাংসারিকী ভাবতগী করম্না লৈথোকপগে হায়বগী মরীদা লৈনবগী হীরমনি।

শরদ্ ঋতুগী অহিং ওইরম্মী। ভগবান কৃষ্ণনা যমুনা মপান্দা বাঁশীদা ফজবনা থল্লবা ঈশৈ শক্লম্মী। পুক্নীং চম্থৎনিংঙাই ওইরবা থাবল থোক্লম্মী। মসিদা গোপীশিং অদু হুংঙাইরম্মী। মখোয়না মখোয়গী মূংশিনরবা কৃষ্ণনা লৈরিবা মফম য়েনা চেনশিন্নরমই। মখোয়না মুংগী মথৌ ছন্দোক্লম্মী। মখোয়গী পুক্নীং অদু কৃষ্ণদা লুপশিনখিরম্মী।

ভগবান কৃষ্ণনা হায়রম্মী, "নমুং নমুমদা হনল্লো, মপুরোইবা, মমা, মপা অমসুং মচাশিংগী সেবা তৌরো। মচা-মচাশিং

অমসুং মপ্লাউশিং কপ্লম্লগনি. বাবম্লগনি। মপূরোইবদা ভক্তি থম্বা মুপীগী অথোইবা ধর্ম্মনি।

গোপীশিংনা খুম্লম্মী, "হে ভগবান! নঙগীদমক্তা ঐখোয়না পুম্নমক থাদোকচরে। ঐখোয়না শ্রীচরণতবু খিজরকপনি। ঐখোয়বু থাদোকপীগনু! ধর্ম্ম পুম্নমক্তা পাউতাকী পম্মুংঙবদি নঙমক্তী। মতম চুপ্পদা আনন্দ পীবিবা ওয়বা নঙবু ংংজয়বদা, অরাবগী হোৎকম মরম ওইরবা ইপূরোইবা-ইচানা ঐখোয়দা করি ক'ম্লচখি-গনি? নঙবু সেবা তৌজনবা যাথং পীনবিয়ু।"

ভগবান কৃষ্ণনা মখোয়গী খুংশিনবা বাকৎ অহুদা য়াম্না পেম-বিরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু পত্থনবা যাথং পীনবিরম্মী। ভগবানগা হোংনে-ভিন্নবা লৈজবা কংলবহুদা গোপীকাশিং অহু নাপলনা মথে ই কাবক্লম্মী। পৃথিবীদা লৈম্লিবা মুপী অতৈনগী মখোয়না অথোইবনি থনবা হোৎক্লম্মী। মখোয়গী নাপল অহু মৈথেয়বগী-দমক্তা ভগবান কৃষ্ণ খুংনমক মকম অহুদগী মাঙথোকখিরম্মী।

গোপীশিং অহু মপূক্লীং য়াম্না বাবম্মী। মখোয়না কৃষ্ণবু ঊমং অমদগী উমং অমা লান্দুনা থিবা হোৎক্রম্মী। মখোয়গী চাম্ন থোইবরা শ্রীকৃষ্ণবু উ-লাকপরা হায়না উপাম্বী উনা শীংনা, হৈয়ী, লৈপাক অমম্ভং শজিদা হংলম্মী।

মথে'য়গী মথক্তাইদা পি শিম্বম্মী। মখোয়গী বাথল পুম্নমক কৃষ্ণদা থম্লম্মী। মখোয়না কৃষ্ণদবু চাঙদ-শামরম্মী। মখোয়দা কৃষ্ণদ চায়গ্রে মখোয়না কৃষ্ণগী তোঙান-তোঙানবা লীলা শারবা হৌরম্মী। মখোয়না যমুনা মপান্দা চৎলহুনা কৃষ্ণগী

মরমদা পুম্না ঈশৈ শক্লম্মী অমসুং কৃষ্ণ হল্লকপীনবা অকনবা প্রার্থনা তৌরম্মী। ঈশৈ অদু অমুত্তগী মশক্নী। মখোয়না মখ্যায় শোক্না ঈশৈ শকখি।

মোমোন লোকপা মায়থোংগা লোয়মনা কৃষ্ণ কাওরক্লে। গোপীশিং অমুক হন্না নুংঙাইজরে। কায়ন-মৈচাক মুংখিরম্মী।

কৃষ্ণনা হায়রম্মী, "হে নুংশিরবা গোপীশিং! ঐগী মরমগী-দমক্তা নখোয়না মপুরোইবা, মচা, মরী-মত্তা অমসুং মরুপ মপাং থাদোক্লম্লে। নখোয়গী প্রেম অদু চেংনা চথজনবা ঐনা মতম থরদং মাঙথোক্লরে। নখোয় অসি ঐগী থাইদগী চানখোইরবী-শিংনি। ঐনা মতম পুম্নমক্তা লৈরবদি নখোয়গী প্রেমগী লমন ঐনা শিংবা ঙম্লরোই। নখোয়না য়াম্না সাত্ত্বিক ওইরবা অশেংবা প্রেম অমা ঐঙোন্দা থমলে।"

অদুদগী কৃষ্ণনা গোপীশিংগা অ্যাগ্য়াই শামিনরম্মী কৃষ্ণগী ওই য়েংবা গোপী অমমম্ লৈরম্মী। অদুগ গোপী অমমম্গী ওই-য়েঙবা কৃষ্ণ অমমম লৈরম্মী গোপীশিংনা কোয়না লৈরম্মী অদুগা যোগগী মথুংঙো কৃষ্ণনা গোপী অমা অনীগী মরক্তা লৈরম্মী।

গোপী থুদিংমক্না মাগী মাগী মনাক্তা কৃষ্ণনা লৈবীরি হায়না মথুক্লীংদা ফাওরম্মী। করাদা ভকপ্রবা থোদোকনো? মশাবু মশীং য়াম্না থোকহন্নুনা উৎলিবা অঙকপসি শক্তি পুম্বনা থল্লবা ভগবান্দনা চহনি। মসিবু ভগবানগী শক্তি হায়রোইত্রা? অতিয়া মকোয় অসি দেবতাশিংনা মাগী মাগী লোয়নবীগা তোংবা দোলাই

চাম-চামনা থল্লমী। দেবতাশিং অহুনা রাসকী দৃশ্য অহুবু য়েংনিংলম্মী। মথোয়না মথক্কী লৈ থিকথরকখি। গন্ধর্ব্বশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু শক শোনখি।

রাধা মত্রগা রাধিকা হায়বী অসি গোপীশিংগী মুচিংবনি। মানা শ্রীকৃষ্ণবু আরাধনা তৌখে। রাধিকা হায়বগী ওশেংবা অর্থদি— রাধনা মত্রগা আরাধনা (পূজা) তৌবা মী হায়বনি। মাদি প্রেমগী মূর্ত্তিনি। রাধ' হায়বসি ভগবান কৃষ্ণবকী মূর্ত্তিনি। মৈগ-মৈশাগা থাইদোক্নবা য়াদবগুম র'ধাগা কৃষ্ণগনু থাইদোকপা য়াদে।

রাস লীলাদ', ভগবান কৃষ্ণনা মথোয়গী অশেংবা মপুরোই-বনি মত্রগা মক্কশনি হায়বা তাকই—উৎলি। দেহমুংদা মহাক্না উত্তম পুরুষনি। মানা তাকশেনবনি, মুংতাইখিবনু মানি—উত্তম ভগবান পরমাত্মানি। (গীত' অধ্যায় ১০—২১) কর্ম্ম ইন্দ্রিশিংদা মতাল (বিকাশ) তৌখিবনু মানি। জীব পুম্বনা মানা চত্তুনা লৈ মহাক মশ'মক্না দেহগী পুক্নীংগী প্রাণ অমমুং ইন্দ্রিগী মূর্ত্তিনু অশেংবা ধর্ম্ম কর্ত্তানু মানি অমমুং মুংতাইবা কংলিবনু মানি। ভগবান্দ পুক্নীং চত্তুবা মীগী পুক্নীং কাওবা শৃঙ্গার রসকী পাউনা মত্রগা শ্রীকৃষ্ণ প্রেম তত্ত্ব কথানা ভগবান্দা পুক্নীং ওমশিনহল্লি। ভগবানগী যোগ মায়া শক্তিনা ব্রজগী মূপাশিং অহুগী মমাতগী মথোয়-মথোয়গী মুপীশিং অহু লৈতবনু থক থোক্তে। কয়াদা চকত্রবা মশক্নো? গোপী অমদি মাগী মীনা মুমদা কাহুনা লৈহল্লম্মী। থুদক্না গোপী অহুনা মাগী দেহ হন্দোক্নুনা ভগবান্দা অমত্তা ওইনা তিল্লে। মসিনা তাকপদি কৃষ্ণ অথোইবা মীনি

নত্রগা ভগবান্না হায়বা নত্রা অদুগা গোপীশিং অদুম্বু দেহগী অপাম্বা ভাবনা ভগবান্দা অপাম্বা থবা নত্তে, থঙহনবা নত্রা ? গোপীশিং অদু ভগবানগী অথোইবা ভক্তমক্তনি। ভক্তগী অয়োবা থাক্তা মাধুর্য্য ভাবনা মাবু সেবা পূজা তৌদুনা ভক্তিগী মতোম লোমনা লৈখি।

সাংসারিক্তা সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈরবা মীশিংনা, মপুক্নীংনা স্ত্রী-সঙ্গগী ভাবতা লুপ্তুনত্তা লৈরিবা, ভগবানবু শেয়ান্না লৌরবা মীনা, দিব্য-লীলা ওইরবা রাস লীলাগী দোষ থিদুনা লৈ।

নায়ক-নায়িকাগী অপাম মুংশি অমি অদোংবা থাক্তা মুংশিং নবনি। রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবগুম্না ভগবান্দা প্রেম থম্গদবনি। মুংশিবা পূম্নমক্তা মন্নুংদা রাধাগী প্রেমমা শাস্ত্রগী মন্নুংদা খ্বাইদগী অথোইবনি।

ময়োল অদুমগী মীনা রাধাগী প্রেমগা লাম্বা তৌবা ঙম্লোই। রাধানা শাউরদুনা অমম্বুং পূক্নীং শোকপা নাপলগা লোয়নবা জগোই রাস থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। কৃষ্ণনা গোপীশিংনা কোয়রীবা জগোই রাস অদু থাদোক্তুনা রাধা রাধা কৌরদুনা (ভেংথারদুনা) উমংদা চৎলম্মী। রাধা থিবা কংলক্তুবদা কৃষ্ণ য়াম্না যাবম্মী। গোপী নীশিং-নীশিংনা কৃষ্ণবু শেনহনবা ঙমখিদে। রাধাগী গুণ মসিদগী খঙবা ঙমগনি।

রাধা মহাভাব স্বরূপনি হায়বদি অথোইবা পূক্নীং চেনবীনি। রাস লীলাগী অথুম্বা তত্ত্ববু ইচম চম্বা ভক্তশিংনদি খঙবা ঙমলোই। মখি নত্রগা গোপীশিংতবু রাস লীলাগী অথুম্বা রস ফংহনবনি —

কৃপা পীবিবনি। সখিশিংতনা লীলাগী অথুপ্পা রস কংই। শান্ত, দাস্য অমসুং বাৎসল্য ভাব চাহিবা ভক্তশিংনা মসিগী রস চাবা ঙমদে। মাধুর্য্য ভাব মখোয়গী সখি ভাব লৌহুনা কৃষ্ণ সেবা তৌজরিবা ভক্তশিংগী লীলা অসিগী রস মহাও লৌবা ঙমই।

গোপী প্রেম অসি দেহগী ওইবা স্ত্রী-সঙ্গগী ভাব নত্তে। মখোয়গী প্রেম অসিদি দেহগী ওইজবা থিদবা অশেংবা দিব্য প্রেমনি। কৃষ্ণনা মখোয়বু কোমশিনবিনবা আশা তৌরদে, কৃষ্ণনা রাধাবু কোমশিনবিনবা কয়া আশা তৌবদনি। মদু থোক্কবগীদমক্তা, মখোয়না লৌনম্ কয়া তৌহুনা কৃষ্ণবু রাধাগা নাক্তা থাজিনখী।

মতৌ অসুম্না তৌহুনা, মখোয়না মশাগী ওইজবা থিবদগী কংবা মুংহাইবা অহুদগী থিনন্ চাব চাব হেন্না মধুর ওইরবা আনন্দ রস চাবা ঙমই। গোপীশিংগী মশাগী ওইজবা থিজবা অশেংবা প্রেম অদু শ্রীকৃষ্ণনা উরবদা অহুক্কা মতিক পেনখিরমখী। গোপীশিংগী ওইজবা থিজবা প্রেমহুনা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিজবগী প্রেম রস হেনগৎলকখি।

সখি মখোয়গা গোপী অমনা মশাগী ওইনা মুংহাইবা কংনবা হোৎনবা তৌখিদে। রাধাবু কোমশিননবগীদমক্তা কৃষ্ণবু থীহোহন-বতনা মখোয়না থম্মোই পেন্না মুংহাইরে, রাধানা কৃষ্ণ প্রেমগী উরিনি। সখি মখোয়গা গোপীশিংনা উরিগী মনাদি, লৈদি, মশাদি। কৃষ্ণগা লোয়নবা রাস বিহার তৌবগী অমৃত ওইরবা অদনা উরিহুবু লৈশিং থিক্লবদি উরিগী মনা, লৈ অমসুং মশাশিংসু মখোয়না লৈশিং চাইবদগী থিনন্ চাব-চাবদগী হেনবা আনন্দ অদু ফাওই।

মতমা কৃষ্ণ কংনিংলবদি, গোপীশিংগুম্না সেব তৌ। অদুগা গোপী ভাবকা লোয়নবনা কৃষ্ণবু সেবা (পূজা) তৌগদবনি। গোপী ভাবকা লোয়নননা কৃষ্ণ সেবা তৌজবিবা ভক্ত অদু মাধুর্য্য রসকী আনন্দ কংই।

রাস লীলাদি অথন্নবা ভক্ত থবগী মফমদা অরোনবা মফমদা স্বাত্ত্বিক ভাব তেন্নবা ভক্তশিংনা উংকদবনি। অদুম্না তৌরবতদা ভাবকশিংগী মফমদা মুংপা যাদ্রবা বাখল কাওরক্লনা মথোয়গী থম্মোইদা অচেৎপা লৈতারবা ভক্তিগী বাখল কাওরকনি। মাধুর্য্য ভাবনা থ্বাইদগী অংশংবনি।

হৌজিকী মতমদা মশাগী ওইজ-ওইথক নিবা অমসুং লৌমম্বা ভক্ত সেবকশিংনা মোংলবা থম্মোইগা লোয়ননা পৈশা তাম্নবগী ওইনা অহাওবা লমজাওদা রাধা কৃষ্ণ শারদুনা রাস লীলা উৎলি। মসিনা ভাবকশিংগী মপুক্লোংদা মাওনবগী মশক ওইরবা হুদনক পোকহল্লি অদুম্না তৌবা লীলা অদু মেংপোইদবনি। মীয়ামগী মফমদা হু চাইদুনা মাওহম-তাকহন্নবগী মশক ওইরবা মীওইশিং অদুবু মথৌ শওপোইদবনি। দেহগী মনাই ওইদুনা লৈমিবা মী অদুগা মপালগী মনাই ওইদুনা লৈরিবা মীনা মপুক্লীং-কাওবা রাস লীলা উরোইদবনি, অজ্ঞান ওইবদগী যাম্না অদুম তৌরবদি মাওবা পোয়প্রবনি। শঙ্খোমগী সমুদ্রদগী থোরকপা হু থকপা ওবদি শিবদনি (মহাদেব)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা রবগী দুপীশিংগা শারখিবা লীলা অসিগী শ্লোকপু ভাবা কংজবা অথংঃ থিজরবদি ভগবান্না অথোইবা

ভক্ত ওইশিংবনি অমসুং স্ত্রী-সঙ্গগী অপাম্বা কাম হায়বা থম্মোইগী লায়না অদু থওহৌদনা মুংথিগনি।

মখোয় পুম্নমক ব্রজ গোপীশিংগী মতৌগুম্বা মায়া হকচিনবা, প্রেমনা, নপুক্লৌঃ অদু ভগবান্দা লুপশিন্দুনা, থম্মোইগী বৃন্দাবনদা হুমিং খুদিংগী রাস লীলা উবা ওইরসু।

## রাস লীলা

গোবিন্দনা, মপা অমগা অমগা শম্মনা ইকোই কোয়না লেপ্তুনা ভাক্ত পুম্বা তৌজরিবী গোপীশিংগা লোয়মনা রাস লীলা শান্নবা হৌরম্মী।

মহুদগী যোগ পুম্বগী মপু ওইরিবা ভগবান কৃষ্ণনা গোপী অমী অমীগী মরক্তা লেপ্তুনা থংন-থংনমা ইকোই কোয়না লেপ্লিবী গোপী খুদিংগী মক্তা খুৎ থম্নহনা রাস লীলা হায়না থওনবা হয়াও কুম্মৈগী ভগোই শাথিম্নবা হৌরম্মী। গোপী খুদিংনা মাগী মুংশিখোইরবা ভগবানা মনাক্তা লেপ্লিরে থম্মে।

দেবতাশিং অমসুং মখোয়গী লোয়নবীশিংগী দোলাই চা-চা কয়ানা অতিয়া পুমথন থল্লম্মী। মখোয়না দিব্য--লীলা অদুবু য়েংনিংলম্মী। ধাতুনা শাবা পুংগী মখোল ভাংলম্মী। অদুগা লৈগী মোং চুথথি চাউরবা গন্ধর্বশিংনা মাগী মাগী মুপীশিংগা লোয়মনা শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা গুণ থাগত্তুনা ঈশৈ শকপা হৌরক্লম্মী।

অহুদগীদি রাস মন্দলী অদু মখোয়না মুংশিজরবা ভগবানবু তোংন-তিমনা লৈজবা কংবগী আনন্দ ওইরবী গোপীশিংগী খুজি

পাম্বোম কাবী, খোঙজী অমম্বুং শরিক মচা-মচাগী মখোস্তনা পূমনিন মিল্লম্মী। গোপীশিং অদুগী মপুক্লীংদা মরকত্ কৌবা মণিনা সনাগী লিকলু পরেং ময়ায়দা চাংহোইবগুম্না, বসুদেবগী মচা মতিক মগুণ চাউরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মরক্তা লংন-কজনা চাংহোইবীরদুনা লৈতেংবিরম্মে খরে।

রাস লীলা অদুদা গোপীশিংগী ভ'ম্-মাত্র, চারবা খোঙথাংগা লো'য়নবা পুক্নীং হূরবা থুংকী শাংখেক্না লোয়নন', যাদুগী মীনোকা লোয়নবা, ফজরবা পিগুমগী খজোক-খৎচিনগা লোয়নবা, মশা কং-কং হাই ছুমহুনা, নাদা য়ানবা নাইন্-বা খজাইদা পোপ্-পোপ্ তাহুনা চোইজাইনরবা শম্লাংনা মাথদা, লাইবক্তা চোইনা-চোইনা তারহুনা, ছমাং মরীক-মরীক্তা মরাইবক্তা তারহুনা, অদুগা শম্বান্দোং মপুম্পুনা কোমগোম্ তারহুনা গোপীশিংনা ঈশৈ শকপা হৌরক্লম্মী।

শংবাম্নরবা লৈচিনগী মরক্তা নোংথাংগী অপোইবা তানবগুম্না অদুকী মতিক নীংথিজরম্মী। মহাকী ঈশৈগী ধনীনা অপং শাম থুংলরবা শ্রীকৃষ্ণনা স্পর্শ ওইরবদা গোপীশিংহু মপান নাইত্রবা আনন্দনা থল্লম্মী। মখোয়না মহা প্রেমানন্দ ওইরবা অবাংবা দীব সূরদা ঈশৈ শক্লম্মী।

গোপী অমমা কৃষ্ণগা লোয়নবা তান্থা-নাইনা ঈশৈ শকপা হৌরক্লম্মী। গোপী অদুনা খঙহৌদনা মাগী খোজেন অদু রাংখং-লদুনা মীংথিনা শকপা হৌরক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মাবু য়াম্না থাগৎপীরদুনা "নীংথিজরে, কজরে" হায়রম্মী। মতৌ অসুম্না

থাগৎপিরবদা, গোপী অহনা মাগী খোজেন অহু ক্রগ ভাব্ য়ৌনা হাইগৎলম্মী । কৃষ্ণনা অয়ুক্তা হন্না মাবু ইকাই খুম্নবিরম্মী।

অতোপ্পা গোপী অমনা অগোই শাবদা মশা চোকথরম্মী। য়েনী লোন্‌বা শম্‌গী মানিকা মাধবী ভারকথি অমসুং মথুংকী খুজী অহু কোমথরম্মী। মাদা (গোপী) মপাগোম অহনা শ্রীকৃষ্ণগী ওকশবদা কোন্দুনা চেৎনা নক্কা ফাজিনখিরম্মী। অতোপ্পা গোপী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী থবাল অমসুং চন্দন্ মময়া হাবদা খুৎপু মরেংবান্দা থমহনা মনম্ নমলম্মী (গন্ধ লৌরম্মী) গোপী অহনা মপুক্কীং সুংভাইজবনা মতু চুংহনা শ্রীকৃষ্ণগী হস্ত অহবু চুপ্লম্মী।

অতোপ্পা গোপী অমনা অয়ুক শ্রীকৃষ্ণনা অগোই শাক্লবগী লেঙব-হাইবদা মাদা য়াম্থক্সিবা নাইন্‌না হাই হুমহনা খোং-লৌনা থজাইগা ফজরবা মাগী থজাইগা ভিমক্লয়ে।

গোপী অমনা খোঙজী মখোল খোক্লা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা অগোই শান শানা ঈশৈ শক্লম্মী! মাদা বারক্লবা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণগী মোয়নবা থবাল মালবা খুবাক অহু পায়রহনা মথবাক্তা নান্দুনা শায়রম্মী।

অসুম্না গোপীশিংনা, লক্ষ্মীগী মপুয়োইবা (চায়থোইরবা) অচুত্যভবু বংজয়বদা অহগা মাগী পাম্বোমনা মখোয়বু কোনখিরবদা ঈশৈ শকপা অমসুং অগোই শাবা হৌরম্মী।

মাদা থরো খেন্তুনা নৌংখিজরবা মায়থোংগা লোয়নমা লাইবক্তা শমবুম-শম্‌জিনা লৈচেংবা, মায়দা হুমাং মরীক মরীক কাবদা গোপীশিংনা, হরিংথোইশিংনা ঈশৈ ওংবওম্ লৈমবা রাস লীলাগী

ওথাংদা, খোঙমী-থূমোগী মখোয়গা ঈরোইনরবা ঈশৈপা লোয়নদা
মতিক মগুণ চাউরবা ভগবানগা অপোই শারম্মী।

অঙাংবা মিংশেল্লা তাবা মমিগা লোয়ননা থূংবা মান্দুনা
নুংশিনা য়েংহনা, মোমোন নোকুনা, শামবগুম শ্রীকৃষ্ণনা কপ্পরবী
গোপীশিংগা রাস শামম্মী।

হে পরিক্ষীৎ! ভগবানবু স্পর্শ ওইরবদা গোপীশিং অহু
নুংঙাইবনা পুমগুম ওম্বংল্লে। মখোয়গী মশা-মশাদা লৈতেংলিবা
লৈ-পরেং অমস্থং মথম করাগী লৈতেংশিং অহু কোমথহনা
ফাখিরম্মী। গোপীশিং অহু মশম্, মফি-মরোল, কিকোলনচিংবা
মাগী মাগী অচাবা মকমদা লোইশিনবা ঙম্রমদে। ভগবান
শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা রাস অসিবু উরুবদা, স্বর্গগী লাইরেম্বীশিং
প্রেমনা থুমাংখিহনা রাম্বখিরম্মী। থানা থাগী লোয়নবা থরাম্মি-
চাকশিংগা লোয়নবা মশাগী খোঙচৎ লেপ্পুনা ঙক্লা য়েংখি।

ভগবানগা মথক্তদা আনন্দ ওইজরবস্থ, গোপীশিংগা লোয়নবা
মখোয়গা মশাং মাগনা চোংখোকপিহনা হরাও তম্বাগা শামমিরে;
গোপীশিংনা মাগা রারম্রবদা, খোঙাল নৈরবা ভগবানগা
মহাকী মঙ্গলগী মশক ওইবরা থুংনা মখোয়গী মমায়দগী হনাংহনু
তৈতখোকপি।

শ্রীহস্তনা শোকপদা গোপীশিংনী আনন্দ হায়ঙমদে।
অমৃতগী হেন্না থুম্বা নুংশিবা মীথেংগা লোয়ননা, খোই-
খোইরবা শম্মাংনা মমস্থং সনাগী লাইন্-না লৈতেংলবা থজাইগা

লোয়ননা মথোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা শক-শোল্লহনা ইকাই খুম্না সেবা পূজা তৌরম্মী।

অদুদগী, শামু শঙ্গী লুচিংবা শামুনা শামু অমোম্শিংগা লোয়ননা পল্লাউ থুগায়হনা ঈশিংদা লুপ্পগী মতৌগুম্না, শ্রীকৃষ্ণনা, হকচাং তেকথংনবগী মমক্তা, গোপীশিংগা লোয়ননা, যমুনাগী ঈশিংদা লুপ্লম্মী। চাউরবা গন্ধর্ববগী মতৌগুম্না, হয়িংখোইশিংনসু মাগী মগুণ শক শোল্লহনা তুং ইন্নরম্মী।

মতুদগীদি শ্রীকৃষ্ণদা মোমে'ন মোকনা মুংশিনা দর্শন তৌজবিবা মথে'ক কায়বী গোপীশিংনা ঈশিং চাইবা হৌরম্মী। স্বর্গগী দেবতাশিংনসু মখোয় মখোয়গী মুংশিংকী মোলাইদগী শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা শক্লহনা লৈগী কোং বিকথরকখি মতৌ অদুম তৌরহনা, মশানা মশাদা আনন্দ কংজবা ভগবাননা যমুনাদা কুম-হনা শামু লুচিংবগী মতৌগুম্না শামরম্মী।

অদুদগী শ্রীকৃষ্ণনা ঈশিংদগী কাখংলক্লগা, যমুনা মপান্দা লৈবা উপবন (নিকুঞ্জ) মনুংদা, হয়িংখোই ১লুং গোপীশিংনা কে'য়শিন্দুনা চৎথিরম্মী কংফালদা ১°,২ ঈশি দা হৌবা লৈগী লৈনম্ চুরবা মেংলবা নামিবা মুংশিংকা ঈরোয়ননা শামুগী মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা শামরম্মী।

লংলবা লুপাগী মচু মাপ্পবা পূর্ণিমাগী থাজনা পৃথিবীগী মকম পুম্নমক্তা মঙাল শন্দোক্লম্মী। অহিং অদু কবিনা মেকপগুম্না, শরদ্ ঋতুগী কজবা মুংঙাইবগী মূর্তি পুম্নমক উৎলম্মী। থাবলগী মঙাল্না লৈতেংলবা অহিং অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তিনা চুরবা গোপীশিংগা লোয়ননা লেনখি।

পরিক্ষীৎ নিংথৌনা হায়রম্মী : "হে ঋষি, বিশ্ব-জগৎকী মহিনা চাউরবা মপুনা ধর্ম্মবু লিংথৎনবা অধর্ম্মবু মরু ফুক্লবগী-দমক্তা অংশ-অবতার ওইরবনি। লাইরিক হৈরিবস্, গুরুস্, অমস্তুং চাক্লিবস্ মহাক্কী। মহাক্না থুদম ওইনা লেপ্লিবনি। অদু ওইরবদি ধর্ম্মগী মায়হৌক্তা ওইবা, মীগী মুপীবু শংশিনবা অমস্তু: মখোয়বু শোক্ল-পল্লবগী থবক করম্না তৌরুগনি? ভগবান শ্রীকৃষ্ণ পূর্ণঅবতার মূর্ত্তিনি। মতোন্দা অপাম্বা ওইজবগী ভাব করিস্ত লৈতে। চুকচৈ হায়বচু মাবা তৌরে। মতিক চাদবা পাপ্ কর্ম্ম অসিবু করিগীদমক্তা মাবা তৌরিবনো? মাগী রাখল করি ওইরম-গদগে? হে শেংলবা ঋষি! হৌরম অসিদা লৈরিবা ঐগী চিংনবা পুম্নমক কোকহনবিয়ু

শুকদেবনা থুম্লম্মী : "হে নিংথৌ! জীবশিংগী মপু ওইরিবা ভগবানশিং কাওবা মরক মরক্তা ধর্ম্ম থুগাইব অচগা শুংশি-শুংওনগী কর্ম্ম তৌবা উবা ফংই। অদুবু অসিগুম্বা কর্ম্ম অসিনা শক্তি লৈরবা জীবশিংবুদি শোকপা ঙমদে। মহাক্কী জ্ঞান ফংলবা মীগী মফমদদি অসিগুম্বা কর্ম্ম অদু মথোয়দাদ কওবা ওইদে। মৈনা পোৎ থুদিংমক চাকই অদুবু পোৎকা অমোংপা অদুবদি মৈবু মোংহনবা ঙমদে, শেংনা অদুম মরৈ। "অদুবু, অপাঙ্বা মীতাবগী মনাই ওইদুনা লৈরিবা অশোনবা মা অমদি দেহগী মনাই ওইরিব-শিংনা মসিগুম্বা কর্ম্ম অসি তৌরুবদি লায়রদুনা থনবা কাওবা থক থজোইদবনি। অজ্ঞান ওইবদগী অসিগুম্বা কর্ম্ম তৌরুরবদি মাওবা

শোয়ত্রবনি। কৃষ্ণ নত্তনা মী অমা ওইনদি হু অসি থক্কুনা মাঙত্রবনি। শঙ্খোমগী সমুদ্রদগী থোরকপা হু চুম্না ভবদি কৃষ্ণদনি।

দিব্য জ্ঞানী ওইরবা মীওইশিংনা হায়রম্বশিং অচুম্বা ওইনা লৌগদবনি। মথোয়গী মতুং ইন্দুবা মীওইবগী শাক্তং শেমগদবনি। মথোয়না তৌবা কর্ম্মশিংহ মতম থরদদা চুমই। মথোয়দি থোইদোক হেন্দোকপা মহৌশা ওইদবা পুন্সিদা অথন্নবা ফীভমদা, মহৌশা ওইদবা মওংদা লৈ। মীচমশিংদা মতম চুম্নদা থুদম ওইনবা উংপা মস্তে। হৈ-শিংলবা জ্ঞান লৈরবা মীমস্থ মথোয় মথোয়না কায়থিবা ভাঙথিবা মতুং ইন্না তৌগদবনি। মথোয়শিং অহু মীওইবগী ক্ষমবতা ভাক্রিবনি। "অহঙ্কারগী বাংমদা লৈরবা মীশিংমদি অকবনি হায়রিবা কর্ম্মহ তৌরবগী ওইবনিংঙাইন্দ্র লৈতে অহপা ওম্ন তৈনব মতিক চাদবা কর্ম্ম তৌরবগীম্ব মাঙনিংঙাই করিম্ব লৈতে।"

মথোয়দি অক-কর্ত্তী পুন্য পাপকী মথক্তা লৈরবনি শক্তি লৈরবা জীবনা কাওবা অশিগুম্নব' ফীভমদা লৈরবদা জীব পুবগী মপু ওইরবা ভগবান মাগী মকমদদি অকবনা কদায়নো কত্তবনা কদায়নো ? শিব নাইরবা অতোনবা জীবশিং—ডাকপি কনথিবা দরকার ওইরিবশিংনা ধর্ম্ম চেনবা চেন্দবা কর্ম্মশিংদা করিভ বিচার তৌনিংঙাই লেত্তে। বিশ্ব-জগৎকী পরমাত্মা ভগবানগী লমচৎপু অকর্ত্তগী বিচারদা লৈরিবা মীচম ঐথোয়না কয়ম্না বিচার তৌরগনি।

মাগী শ্রীচরণতবু কাউজদবনা অমসুং যোগ শক্তিনা ঋষিশিংনা ফাওবা অক-ফডগী বিচারদগী লাপ্লোকই, মখোয়বু কর্ম্ম কনগী থৌরিনা কাহনা থমম্রে। মখোয়না অপাংবা মওংগা কর্ম্ম তৌই। মীওইবগী কাননবগীদমক্তা মাগী ঈচ্ছাবরন্ ওইবা শক্তিতনা ইচম চম্না রূপ অমা লৌখিরক্লিবা মহিনা চাউরবা ভগবান্দা করম্না অমুক মায়াগী মথা পোম্না বর্নন্ তৌরুথিগনি।

পরমেশ্বর ভগবান মাদি ব্রজ গোপ-গোপীশিংগী থম্মোইদা অচুগা দেহ পুরিবা জীব পানবা খুদিংগী থম্মোইদা লৈরিবনি। বিশ্ব জগৎ অদিগী মাবা মপু ওইরিবনি। লীলা কারণগীদমক্তা মীওইবগী দেহ লৌবতনি। মাগী ভক্তশিংদা পীবিনবগী, লীলা উংনবগী অমসুং লীলা অহুবু তাজরবদা মতৌপা চৎনবা অমসুং লীংজবা হেনগৎনবগীদমক্তা ভগবান্না মীগী মূর্তি ওইনা অবতার ওইবতনি।

হে পরিক্ষীৎ। "ব্রজ গোপশিংনা কবোয়ুংনমু অশেংমমক শ্রীকৃষ্ণগী মরান থিদে মরমদি ভগবানগী যোগ মায়া শক্তিনা মখোয়বু মিক্সংদা থমহনা মখোয় মখোয়গী মচু মচাশিং অহু মতম পুম্নমক্তা মখোয়গী মনাক্তগী হেল্লোকে।

অহিং মতৈ ওইশিল্লকই। অমুক্তা মতম ওইশিল্লরম্মী। শ্রীকৃষ্ণবু লীংজবিবী গোপীশিং অহু ভগবানগী ঈচ্ছা মতুং ইন্না হৈনিং হৈনিং-দনা মাগী মাগী লৈফমদা হল্লক্লম্মী।"

শ্রীকৃষ্ণগা ব্রজগোপীকাশিংগা শান্নখিবা অসিগুম্বা রাস লীলা অসিবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তাজরবা, নত্রগা লীলা অসিগী শ্লোকপু চৌন্দা শকচ-শোঙ্গরবা নত্রগা ব্যাখ্যান্ তৌজরবদা শুদ্ধ জ্ঞান কাও-রক্তুনা অপায-মিহৌ হায়বা থম্মোইগী লায়না অহুদগী নাশোক্তুনা ভগবান্দা অচেৎপা ভক্তি ফংজগনি। মহাক্না পুক্নীংগী লায়না ওইরিবা অপাম্বা হায়বহু থূনমক ম'ওহনখিগনি। মহাক্না মহাকা আত্মা অহুবু মীংথহন্দুনা থম্মোইবু শোকহল্লিবা অনাবা পুরদগী নাম্থোকই। ইন্দ্রিগী অপাম্বা পুম্নমক মতম চুমগী ওইনা মানা (ভগবান্না) মক্ন ফংনা মাওহনবিখি।

---

লোইরবা

# ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক

## কৃষ্ণ অমসুং উদ্ধব

ব্রহ্মা অমস্থুং দেবতাশিংনা দ্বারকাদা চৎলম্মী। ব্রহ্মানা হায়রম্মী, 'হে ভগবান! নংনা যদু শাগেদা অবতার তৌবিরদুনা করবা নিংথৌশিংনা নৈহৎপীরবা সংসার অসিবু কনবিয়ু হায়না ঐখোয়না হায়জরব অদুবু থৌজাল পীনররে। ঐখোয়না হায়জবা পুম্নমক ইবুংঙো নংনা পাংথোকপীরে। ইবুংঙো নংনা যদু শাগেদা লৈরক্লিবা অসি চহি ১২৫ হৌজীনরে। অদুগুম্বা শাগে অদুম্থু পুম্মুং মুৎখরে। অদুনা হৌজিক ইবুংঙো নংগী লৈকমদা অমুক হজিনবিররো।"

ভগবাননা হায়রম্মী "হৌজিক ব্রাহ্মনশিংগী শাপ্ তগী যদু শাগে মুৎশল্লে। মসিনা পুমলোই লোইরবদা ঐগী লৈকমদা ঐ অমুক হজিল্লক্রগনি।" মসি তাৎবদা ব্রহ্মাস্থু মাগী লৈকমদা হনখি।

যদু শাগেগী অহল লম্মনশিংগী মফমদা ভগবাননা হায়রম্মী, "মায়কৈ পুম্নমক্তা মহোশা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা করবা থুদয় কয়া উবরে। ঐখোয়গী যদু শাগে অসিদা ব্রাহ্মনশিংগী অকনবা শাপ কয়া হৌশিল্লে। মরম অসিনা পুম্নিং অসিমক্তদা ঐখোয় শেংলবা প্রভাস তীর্থদা চৎলসি। বাসি তাবদা যদুশিং পুম্নমক প্রভাস তীর্থদা চৎনবা থৌরাং তৌরে।

উদ্ধবনা অমঙ্গলগী খুদমশিং অদুবু উরম্বী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবা পূন্নমকস্মু তাবদুনা হায়রম্মী। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হায়রম্মী, হে ভগবান! নংদি যদু শগে অসিনা হেক মুৎপগা সংসার অসি থাদোকখিগদৌরে। হে কেশব। ঐদি ইবুংঙো নংগী ৎস্থাল মাল্লবা শ্রীচরণ অদুবু মীৎকুপ ওদায় অমা ফাওবা থাদোকপা ঙমজরোই। হে ইবুংঙো! নংগী শ্রীধামদা ঐবুস্মু পুবিয়ু।

শ্রীকৃষ্ণনা খুন্নকখিরম্মী, "হে উদ্ধব! নংনা হায়রিবা পূন্নমক অদু থোক্লরগদৌরবনি। ঐনা থগী অংশ অমা ওইনা অবতার তৌরদুনা ব্রহ্মানা তৌবিয়ু হায়জবা অমদি দেবতাশিংনা নীংজবা পূন্নমক তশেংনা পাংথোকপ্রবনি

যদু শাগেগী মা পূন্নমক মখোয় মশেন অমগা অমগা হাংথোক্লরগনি। সহর অসিস্মু ইসিদগী হৌনা নুমিৎ তরেৎনি শুবদা সমক্রনা য়োংশিনগ্রগনি। ঐনা মর্ত্ত অসিবু হেক থাদোকপগা কলিনা মসিবু লাকশিনগ্রগনি অমস্মুং মীপুম খুদীংমক ধর্ম্ম চেন্দবা ওইরগনি। মফম অসিদা উদ্ধব নংগী লৈফম লৈরোই।

অপান্বা পূন্নমক্লগী লাম্লোকউ। মরী-মতা, ইমুং মনুং লননচিংবগী অপাম্বা শুংশিবা থাদোকউ। নংগী পুক্লাং অদু ঐঙোম্বা চেৎনা লেঙদনা থম্মু। জীব খুদীংদা ঐবু উদুনা অদুগা জীব খুদীংদা মান্নবা মীৎয়েং (সমতা) থমদুনা চৎলু। নংগী ইন্দ্রিনা উরিবা অমদি খঙলিবা নত্রগা নপুক্লীংনা খঙলিবা পূন্নমক অদু শেংদবনি; অওইবা নত্তে—মাঙখিগদৌবা ঙাক্লনি। মখোয়শিং অদু নংগী পুক্লীংনা শেমগৎ-শাগৎপা মায়ানি।

"মসিনা মসিনি, মসিনা মহুনি"—হায়বা ভেদ-ভাব অসিদি মপুক্লীং চাইরবা অমস্তুং লাকশিল্লবা মায়াগী মখা পোল্লবা মীগী রাখলনি—ঐপোম্পা তিনবা ফংলোই। মপুক্লীং লাকশিল্লবা মী অহুদি মখল-মথেল ওইবা অরানবা অহুনা ভাই অসি-গুমবা অরানবদা ত রবা মী অহুগী মপুক্লীং অহুনা দোষ-গুণ নত্রগা অচুম-অরান অমদি অফ-ফত্তগী বিচার চঙশিল্লক্লে। ইন্দ্রিগী মায়কৈ অমত্তা ওইবা, মহৌশাগী ওইবা মাংথেংনা পেম-গংপদগী লোকপা মখল-মথেল উবগা লাংদা থুরবা চমম্লরবা মপুক্লীং ফাজিন্দ্রবা জীবনা মশাবু সংসারদগী ভোংভানবনি খন-দনা অপাম্বা য়োকখংলি অমস্তুং ইন্দ্রিবু পেনংল্লি। কর্ম্ম তৌবা, কর্ম্ম তৌদবা, অমস্তুং অথিংবা কর্ম্ম তৌবা ( কর্ম্ম, অকর্ম্ম বিকর্ম্ম ) অসি পুক্লীং, ইন্দ্রি অমস্তুং রাখলদগী থোকপনি। কর্ম্ম, অকর্ম্ম অহুগা বিকর্ম্মগী খেন্নবা উরিবা অসিদি মী অহুগী মপুক্লীংদা দোষ-গুণ, অচুম অরান, অফ-ফত্তগী বিচারগা মরী লৈনকুবদগীনি। মসিদি ভেদ-ভাবতগী থোকপা লৌনম্বনি, মসিনা পুক্লীংদা অচুম-অরান, অফ-ফত্ত দোষ-গুণগী রাখল পোকহল্লি। যেদনা কর্ম্ম, অকর্ম্ম অমস্তুং বিকর্ম্মগী মরমদা তাক্লিবসিদি অচুম-অরান, অফ-ফত্ত দোষ গুনগী বিচার লিংলিবা মীওইশিং অহুগীদমক্তন।" ঐ হায়বা, অহঙ্কারগী ভাব থাদোকউ। পুক্লীং অমস্তুং ইন্দ্রিবু লাকশিল্লু অহুগা বিশ্ব জগৎ অসিবু ব্রহ্ম ওইনা, ঐবু ওইনা নত্রগা নঙগী আত্মা ওইনা য়েংউ। নংগী নিত্য স্বরূপ, আনন্দ অমস্তুং অপেনবা অহু বিশ্ব-জগৎ

অসিগা অমত্তা ওইনা চাম্নিন্নৌ। পাক-শন্নবা বিশ্ব-জগৎ অসি আম্বাদা লৈবা, আত্মানা পরম ভগবান ঐগোম্বা লৈবত্থ য়েংউ।

বেদ-জ্ঞানবু খঙলবা, আত্মা অমস্থং ব্রহ্মবু অমত্তা ওইনা উরবা অত্থগা ব্রহ্ম আস আত্মাবু খঙবগী অপেনবা থুংপ্পাইবা অত্থদা লুপ্থুনা লৈরিবা। মহাকবাক্ত হায়রগী অশেংবত্থ খঙলবা অত্থগা মহাক মশামক দেহ পুত্থনা লৈরিবা জীব পুম্নমকী আত্মানি খঙলবা মী অত্থ বিথ্নি নংগরোই।

অক-কত বিচারগী বা মদা লৈপ্লবা মী অত্থনা কন্তবা কল কংগনি কিবদগী বিকর্ম্ম (তৌদবা) স্থ লৈতে নত্রগা পূণ্য কংগনি খন্দুনা অকবা কর্ম্ম তৌবস্থ লৈতে। মহাক্না অঙাংগী মতৌওম্না অচুম অরানগী ভাবতি বেদগী পাউতাক তৃক্তস্থ মশাদা অত্থম কাওতে। মহাক্তি "ঐ" হায়বা অহঙ্কারগী ভাব অত্থ মুংপ্লবনি। সংসারগী আইন্না মাবু অমুক শোক্লে। মহাকী তৌখিগদবা কর্ম্ম অবা অমুক লৈত্রে। মগাক্তি কথগী মথক্তা লেপ্লে, অত্থনা কম্বনা মাবু শোকশা ঙমত্রে সংসারদা পাউতাক পীনবগী ওইনা মহাক অত্থনা কম্ম তৌরম্বস্থ য়াই নত্রগা বিকর্ম্মবুস্থ থাদোক্লম্বা য়াই। মহাক্ত অচুম অরান, পাপ-পুণ্যগী ঙমখৈদগী হেন্দোকপ্লবনি।

'জীব পুম্নমকী মরূপ ওইরবা আত্মা সাক্ষাৎকার অমস্থং জ্ঞানী ওইনত্থনা অচেৎপা শ্রদ্ধা লৈবগা লোয়ননা থম্মোয় ঈংবা চিং-লেম্না লৈরবা অত্থগা বিশ্ব জগৎ অসিবু মশামক্তি হায়না উরবা মী অত্থ অরাবদা অমুক হম্না লাক্লে। মহাক অত্থ পোকপগী চক্রদা অমুক হম্না চঙলরোই। মহাক অত্থ মশাগী অনন্দগী খোঙকমদগী

চিংথবা থক ভমদে হায়বদ মশাগী আনন্দ স্বরূপগী মাংখিবা লৈত্রে। কৈদৌঙৈদস্সু মহাক অদু সংসারগী লম্বীদা অমুক চঙলকপা ওয়ে।"

ভগবাননা অস্থুম্না পাউতাক পীরবদা ওক মরক্তগী অথোইবা উদ্ধবনা অদুম্বা সত্যম্বু খঙনিংলদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা দণ্ডবৎ তৌরদুনা হায়রম্মী, "হে যোগগী মবুংঙো, পদুংকম ওইবা, যোগগী হৌকম অমসুং য়ুম্ফম ওইবা, শৈগী মোক্ষ কংজনবা, সংসারদা অপাকপাহো থাদোক্লগা সন্ন্যাস মার্গগী লম্বীবু ইবুংঙো নঙনা ঐবু তাকপীরে। অদুম্বা পুরুষকী পরমাত্মা ওইরিবা ইবুংঙো নঙগী নফমদা শ্রদ্ধা ভক্তি থমদবা ইন্দ্রিগী মনাই ওইদুনা সংসার বিষয়দা মপুক্লৌং লুপ্পিবা মীনদি অপাক্পা থাদোকপা ওইথোক্তে। মতৌ সংসার বিষয়দা পুক্লৌং লুপ্লবা মীনা সংসার অসি চাইহাক্তগীনি অরেপ্পা নত্তে খন্দুনা খুদক্তা পুক্লৌংগী অপাম্বু হেক থাদোকপা (সন্যাস তৌবা) ওইথোকদগে?

"ঐদি 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বা ভাব অসিদগী লাম্থোকপা ঙমদ্রে। ঐদি বুদ্ধি মন্নবা জ্ঞান থংনবা তোল্লবা জীবনি। ইবুংঙো নঙগী মায়াগী খুংগুম ওইরবা দেহ অমসুং দেহগী সম্বন্ধি অসিদা থমথেংনা পাম্নদুনা মখোয়শিং অসিবু 'ঐ' অমদি 'ঐগী' হায়বা ভবনা চেংনা লুপ্পি। ইচাগী, ইমুং-মনুংগী অদুগা দেহগী অপাক্পা অসি ঐঙোন্দদি কম্না চেংনা লৈরি। হে ভগবান, তাকপীয়ু, ঐনা ইবুংঙো নঙগী পাউতাকপু কম ইরবা ঙমগদগে?"

শ্রীকৃষ্ণনা খুল্লম্মী, সংসার অসি অয়াম্বা মতমদা মীওইবনা মানা হোৎনজবা শক্তিদনা সংসার অসিগী অশেংবা স্বভাবপু মাগী জ্ঞানদা উরবা অদুগা সংসারগী সত্যম্ অদুবু মরোম্বা শেংনা উরবা মী অদুনা মাগী আত্মাবু অরাংবা থাক্তা থাঙ্গত্নবা মতুবদা পুক্নীং চংবা অমসুং সংসারগী ভোগকী অপাম্বদগী নাংথোকই।

থোইদোক্না মীওইবদদি আত্মা অসিদি জীবাত্মাগী গুননি মরমদি মানা হকথেংনবা খঙবা অমসুং অনুমান-প্রমানগা অয়োইবা আনন্দবু ফংজবা ঙমই।

জ্ঞানী, সাংখ্যগী জ্ঞান নীংথিনা লৈরবা অমসুং যোগ অভ্যাস নীংথিনা ভোরবা মীনা ঐবু, জীব পুরুষকপু শক্তিকপা অমসুং শক্তি পুরুষক পুরবা পুরুষ ওইনা ভশেংবা ঙই।

মখোঙ অমা পানবা, অনি পানবা, অহুম পানবা, অমসুং মরি পানবা নত্রগা মখোঙ মাম্মা পানবা, মুপ্লান পানবা নৈনা শেমথিবা দেহ পানবা জীবশিংগী মনুংদা মীওইবা অসিনা ঐগী খাইদগী নুংশিজবনি। মরমদি, পরম্ কারন্ লৈরিবা, অনুমান-প্রমানগী উপায়না মরম ওইরগা খঙবগী মরম ওইরিবা বুদ্ধি-জ্ঞান অসিনচিংবা গুনশিং অসিগী উপায়না খঙবা ঙমজবা ঐবু মীওইবনা হকচাং অসিগী মনুংদা মপাগী পুক্নীং ইন্দ্রি লাকশিনবা, যোগ সাধনা ভোরবা, ধ্যানদা পুক্নীং নুপ্লবা মীতনা ঐবু তশেংনা খঙবা ঙমই।

"বাকয় অসিগা ময়ী লৈময়না খুদম ওইনবগীদমক্তা ময়াং-ঙৈগী বারী অমা লীরি বারী অসি অবধূত অমগা চন্দ্রবংশ (কৃষ্ণগী পারী-পুরী) গী থৌনা লৈয়বা নিংথৌ, যাদুবকীদি যদু অহুগা ময়াটিগীদি মচা নুপা মরীংজেল অমস্তুং মরোশিং চাউরবা যদু অমগা মথোয় অনিগী বারী শান্নবনি।"

## অবধূতগী বারী

বেদ-শাস্ত্র মী'থিনা খঙলবা যদুনা জ্ঞানমা থল্লবা অহুগা অকি-অথং লৈতনা কোয়চৎ চংলিবা নহা ওইরিবা সন্ন্যাস অমবু উরম্মী অমস্তুং ধর্ম্মবু খঙনীংবগী থৌরাংলবা যদুনা মখাগী বাকমশিং অসি হংলম্মী।

যদুনা হংলম্মী "হে ঋষি! নঙনা, করিগুম্বা ইতো তৌদনা অপাম্বা পুম্নমক থাদোকপা ওয়া অহুগা অঙাংগী মতোঙ্গা অকি-অথং থক লৈতনা মহা আনন্দ ওইদুনা চৎপা ওয়ম্বসিগী শেংলবা লোশিং অমস্তুং মঙান অসিবু কদায়দগী ফংলুবনো।"

"মহৌশাগী ওইনা সংসারদা লৈরিবা মীওইবনা পুন্সি-লুংশাংনবগী, মীংচৎ অমস্তুং লন ফংনবগী বাখল্লনা মরম ওইরগা মথোয়না ধর্ম, লন্, অপাম্বা থুংনবগী অমস্তুং আত্মাগী মরম থিজিল্লি। নঙদি হৈশিংলবা জ্ঞানা থল্লবা অমস্তুং মীংয়েং লুংঙাই-রবা অমদি তৌবা ঙম্নবা দেহনি। নঙগী বাহৈ পুংশি অমস্তুং অমৃত-তুবই অহুবু মদুগীদমক্তা নঙনা করি অমুত্তম্ নোমলুবা লৈতে।

নঙনা করিবুস্থ পাখদে। সংসার অসিদা মীওইবশিংদি কল্লক-মীহোগী মৈরীনা চাকখেল্লবনি। নঙদি সংসারগী মৈরীনা অরাবা শুপ্পী পীব্রে। গঙ্গাগী ঈংলবা ঈ শং মথুংদা লুপ্তুনা লৈরিবা শামুনা তোর্বান্দা চাক্লিবা উমংগী মৈশা ফাওদবগুম নঙদি নশানা নশাদা পেম্মোকচহুনা আনন্দ ওইহুনা লৈরি। নঙগী থুংঙাইবা নক্রগা আনন্দগী হোরকক্ত তাকপীহুনা ঐবু অানগী মঙাল ফাওহনবিয়ু। অচৌকপা পুন্সি ফংহুনা, ইন্দ্রি-শিংগী অপাম্বনা নঙবু পোকপা ওমদনা নঙনা নশাগী আম্বাদতা করম্না আনন্দ ফংলিবনো ঐভোন্দা তাকপিয়ু? নঙদি নঙগী ওইবা ইমুং-মপুংগী মীস্থ লৈতে নক্রগা ইন্দ্রি পেম্মোককমস্ত লৈতে অহুগা কদায়দগী নঙনা আনন্দ অনিবু ফংলিবনো?"

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী, "ব্রাহ্মণগী মফমদা ভক্তি লৈরবা হৈ-শিংলবা মহৃ অহুনা ইকাই খুম্নমা অস্থ্যা হংলক্লবদা পুকচেল চাউরবা ব্রাহ্মণ, অহুনা, মমাঙদা ব্যবহারগা লোয়নবা মক থুক্তুনা লেপ্লিবা নিংথৌ অহুগী মফমদা হায়খি।

ব্রাহ্মণ অহুনা হায়রম্মী, "হে নিংথৌ, ঐনা খঙলবা তাবতগী ঐনা চঙক্লরুবা ঐগী গুরুদি মপীং য়ামপ্রে। মখোয়দগী ফংলকপা জ্ঞানা ঐনা সংসার অসিদা অপামদগী নাপ্পোক্তুনা কোয়চং চংলিবনি। মখোয়শিং অহু কনা কনানো হায়বহু অমুক তারো"

"পৃথি, থুংশিং, আকাশ, ঈশিং, মৈ, থা, ফুমিং, খুম্ন, লাইরেন, সমক্র, মৈরাপী, হম্বিংখোই, শামু, খোইহী লোকপা মী,

শক্তি, ৫া, ভগোই শাবী নুপী, পিঙ্গলা. তারাকপী উচেক, অঙাং, নৈশাবী, তেন-শাবা, লীন, মিরাং, উচিখোই অসিন্‌-চিংবশিং অসি ঐনা আশ্রয় তৌভবা গুরু কুনমরিনি। হে নিংথৌ! ঐগী জ্ঞান অসি মখোয়গী শাকৎ লীচত্তগী পান্মা ওইনা তমম্ববুনা ফংজবনি। হৌজিক্তি, মখোয় খুদিংদগী ঐনা তম্লকপহ্ন লীরগে।"

"জ্ঞানী অমনা মহাকপু ঈশ্বরগী খুংশেম তুংইন্না চৎলীবা জীবশিংনা ওৎ-নৈরবস্থ পৃন্যগী লম্বীদগী থক থৈদোক্লোইদবনি। মসিগী অখাঙ-কনবগী পাড়া অসি ঐনা পৃথিবীদগী তম্লকই। ঐখোয়না তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক অতোপ্পা জীবগী য়াইফনবা অতুগা ঐখোয়না হিংলিবা অসিমক জীব অত্তৈশিংগীদমক্তনি হায়বা পাড়া অসিনা পৃথিবী শরুক অমা ওইরিবা চীংজাওদগী তম্লকই। মী অতৈগী শীংবা থুংনকম ঐ ওইগদবনি হায়বা পাড়া অসিনা পৃথিগী শরুক অমা ওইরিবা উ-প্যাম্বীদগী তম্লকই।"

"ঋষিশিংনা হিংনবগীদমক্তা অরৈবা শরদংদনা পেন্নগদবনি। অশেংবা জ্ঞান মাঙখিদনবা অমস্তুং পূক্নীংনা কান্নববা পোক্তা চাইথোকখিদনবা মহাক্তা ইন্দ্র পেন্নবা পোৎশক্তা খৌরাংবা থগ্নোইদবনি।"

"যোগী অমনা মহাকপু দেহগী, মন্ত্রংদা থম্নবস্থ অহৃসা মথল কয়াগী গুণনা লৈত্তেংলবা পোৎকী মরক্তা থম্নবস্থ হুংশিংকী মতৌগুম্না মহাকপু পোংকী গুণনা ফাহল্লোইদবনি। মনম হুংশিবা

মতম্রগা নমখিবা পোংকী মথক্তা শীংপা মুংশিংপু পোংশিংহুগী মনম্মা শোকপা ঙমদবগুম মহাক অহুনা পোংকী অক-কগুগী গুণনা শোকহন্নবা লৈগদবনি। আত্মানা দেহ মপুংদা চঙলে অহুগা দেহগী গুণ অহুবু মাগীনি হায়না খল্লে—অহুবু মহুদি নত্তে, মুংশিংপু পোং অহুগী মনম্মা চুরে অহুবু মনম অহুদি মুংশিংকী গুণদি নত্তে। মসিগী পাড়া অসিনা ঐনা মপাঙ্থোংগী মুংশিত্তগী তম্লকই।

"মীওইবনা হিংননবা চাগদবনি, চ'ননবা হিংলোইদবনি হায়বা পাড়া অসিনা প্রান-বায়ুদগী তম্লকই। মহাক্না চারীবা অহু ইন্দ্রিগী পাঙ্গল অমদি নোয় পেনবা ফ'নবা চারে'ইদবনি। চারীবা চিঙ্গাক অহু হিংনবগী মরমদা ওক্লবদা ওইগদবনি"

'আত্মাদি মফম খুদিং শীন-থুংনা লৈ। মসিবু হকচাং অমম্তুং হকচাংগী গুণনা শোকপা ঙমদে। মসিগী পাড়া অসিনা মফম খুদিং শীন-থুংনা লৈরিবা অহুপা মাগী মপুংদা লৈরিবা লৈচিন অমদি পোংলম অতৈনা মাবু শোকহনবাদি ঙমদবা অকাশতগী তম্লকই। যোগী অমনা দেহগী মপুংদা চঙহুনা লৈরবস্তু (দেহ ধারন) আকাশকী মতৌগুম্না মফম খুদিং শীন-থুংনা লৈরিবা, অচৎ-চত্ত পোং পুম্নমকী মপুংদা লৈ পরেংগী লংপাগুম্না কাওহুনা চংলিবা, মফম অমম্তুং মতমনা মাবু ঙমদৈ পাইহনবা ঙমদবা অহুগা করিগুম্বা পোংশক অমনা মাবু শোকপা ঙমজ্রবা আত্মা অহুগা যাগা অমথকং ওইশিন্দুনা লৈবহুবু খঙহনা লৈগদবনি।"

"ঈশিং হায়বসি মহৌশানা ভকু-ভকুই ইশেং শেংই. লৈভেৰ মায়ৰা মায়া লৈ অমসুং মহাওসু মীংখিজে। যোগী-শিংসু মীওইবগী মরক্তা ঈশিংগী মতৌগুমই। মহাক্তা ইচম চয়া য়েংবদদা, শোকপিবদদা অদুগা মাগী মিংবু পজ্ঞবদদা ঈশিংনা তৌবগুয়া জীব অভৈবু শেংদোকপি। পাড়া অসিনা ঐনা ঈশিংদগী ভয়কই "

"কুহ্ ল'না, জ্ঞান-শক্তি লৈনা অমসুং তপস্যাগী তেজ্ঞ কাওনা, চাকখাও নত্তনা চিঙ্গাক হাপকম পাত্র য়াওদনা অদুগা পুয়মকপুসু চারদূনা যোগী অদুবু মৈগী মতৌগুয়া করিগুম্বনা মাবু মোংহনবা ঙমদে। করিগুম্বা মত°দা মহাক মশক উহন্দনা লৈথোকই। করিগুম্বা মতমদনা মঙ্গল পামজবা মীশিংদা খঙহনবা ওই। ধর্ম্ম চেল্লবা ভক্তশিংনা কংচবা পোং মহাক্তা চাদূনা মখোয়না হায়া তৌখিবা অমসুং তুংদা তৌরকদবা পাপ পুয়মক চাকথেকপিখি।"

'মখল মওং কয়াগী শীংদা চঙহনা চাক্লীবা মৈ অদু চপ মাগ্নে, মৈদি অমমক্তংদনি শীংনা লৈরম-লৈরম্বা মওংদা হায়বদি চীথেক অদুম শানা, তাঙ্গ মওং শানা অমসুং কোনা মরি থেক্লা লৈরবসু মৈনা শীংগী মওং খুদিংদা চঙহনা চাকপগুয়া বিশ্ব-জগৎপু শৃষ্টি তৌরিবা অদুগা জীব খুদিংদা চঙহনা লৈরিবা বিশ্ব-জগংকী মপু ( ভগবান ) বু মানা চঙলু চঙলুবা, লৈক লৈরুবা তোংঙান তোংঙানবা দেহগী ( উপাধি ) মতুং ইমা ভগবানবু তোংঙান-তোংঙানবা মওংদা উই। তোংঙান-তোংঙানবা

শীংগী শীংথন-শীংথম মওং লৌহনা চাক্লীবা মৈবু মওং মথল মথল উবগুম্না বিশ্ব-জগৎকী মথল মথেলগী পোৎলমশিংদা, অনৈম অরাং ওইরিবা জীবশিংদা মহাক্না (ভগবান) চঙহনা লৈরগা মহাকী মায়াদনা মরম ওইরগা মহাকপু পোৎশক, পোৎ মওং অদু মান্না উহল্লি। চাক্লীবা মৈগী মৈরীদি অওনবা অহোংবা নাইরকই মৈদি অওনবা লৈতবগুম্না পোকপা অমসুং শিবা মাইরিবহুদি মঙমগী খোঙলৈ ভুংইল্লিবা হকচাং অহুবুনি আম্বাবু মন্তে।

" থাগী শককমদা শিথরকপা নত্রগা পানথংলকপগী মওং উরিবহু থাগী মওংবা মঙাম্না কবিগুবা অহোংবা অমা লাকপদগী ভৌবা নত্তে. গুমিৎকী মঙ'ন লৈবা শরুক থরদংবু এখোয়দা উহনবদগী চৌরিবনি। রাকম আসদগী থগবদি পোকপা, হকচাং মথং মথং চাউথংলকপা, হন্নুরক্লুবা পোম্বরকপা অমসুং শিবা অসিনচিংবা থোক্লিবা অসিদি হকচাংদগী ওইবা মওংনি, পোকপা শিবা নাটত্রবা ঙমথৈ নাইত্রবা আত্মাগী রাকম নত্তে। থাদি মশাগী ওইবা মওং শকুম অহুবা অহুম লৈতবানি, মানা কোয়মা চৎপা লেঙবদগী এখোয়না থাবু মপাহোংদভা মওং মওংদা উক্লবনি।"

" গুবিৎনা মাগী মৈশানা ঈশিং চিংথংলি অচুপা মচম চানা ঈশিং পুম্নমক্কু অমুক থাদোকই। অবাশংনা মেহোক্লবগী-দবক্তা পৌশাল্লী মাগী মরুল হেনগৎনবগীদবক্তা পৌশীনবা নত্তে। মথল কয়াগী ঈশিং পাত্রদা গুবিৎকী মবি ভাবদা

অপঙবা মীনা নুমিৎ মশাং য়ামনা থনবগুম্না তোংঙান তোং-ঙানবা দেহদা চঙহনা লৈরিবা আত্মা অসিবুস্ন, পুক্লীংদা মগ্নি তাররিবা উপাধি অহনা মরম ওইরহুনা মথল য়ামনা উই।

"য়াম্না পামশিনবা হায়বসি ফত্তে। ঐখোয়না হেন্না থোইনা নুংশিশনবা নত্রগা পামশিনবা তৌরোইদবনি। করিগুম্বা অমদ হেক্তিন্না পামশিনবনা মী মশা অহ্নগী অমাংবা ওইরকই। পাউতাক অসিনা ঐনা খুনু জুরা অমদগী ফলকই। করিগুম্বা উম অমগী উপাম্বী অমদা খুনু অমনা মহুম শারগা মাগী মরূপকা লোয়ননা চহি খরদ লৈরম্মী। মগোম অনি অসি নুংশিনরহনা অমগা অমগা য়াম্না পামশিন্নরমী। মখোয়না মহুমদা লৈরিবা মচাশিংবু য়োক্রম্মী অমস্তুং মচাশিংগীদমক্তা চিঙাক থিবা কোয়চং চংলম্মী। শাদানবা অমনা লা থাক্লুনা মচাশিংহু কারম্মী। খুনু মমা-মপা অনিহু চিঙাক পুররগা মকোন্দা হল্লক্রম্মী। মমা অহুদি মচাশি, অহবু হেক্তিন্না নুংশিবা লে। মশানা য়ানা মমা অহু লাদা থুহল্লে। মপা অহুস্ন মশানা লাং মনুংদা চঙজগ্রে। শাদানবা মী অহনা খুনু মপা অমস্তুং মমা মচাশিংগা লোয়ননা কাগ্রে। মহাক মপুক্লিং পেন্না নুংঙাইনা মমুমদা হনগ্রে। মত্তৌ অমুম তেনা, মপুক্লিং ইন্দ্রি ফাবা ঙমত্রবা, মপুক্লিং অমস্তুং ইন্দ্রিবু সংসারগী ভোগতগী নাপ্লোকপা ঙমত্রবা, মুমবান-কৈবানগী (গৃহস্থ) পুন্সিদদা পেঙবা, মতু মচাবু হকচিন্না পামশিঙবা, মপুকচেল পিরবা য়ুম্বানবা নিপাহ খুনু (কপোতা অমস্তুং কপোতি) মতৈ মনাওগী মতোগুম্না মবী মতা পুম্নমক্তা লোয়রনা

অরাবদা তারকই। অরান্‌-থুভম নল্লগা যুক্তি ফংজনংগীদমক্তা হাংদোক্লবা গে'ঙ ওইরবা মীওইবগী মপোক অসিবু ফংজরবা মী অহনা উচেক্কী মত্তৌগুম্না য়ুম্বান পুন্সিদা করি'ঃ নংবদা পামশিনবা অসিবু লৈখা তারবা হস্তরক্লবা হাখনা লৈনৈ।

"হন্দকী মপোক্তবু ওইরবস্তু নল্লগা মথগীদবু ওইরবস্তু ইন্দ্রিগী লম্বীদগী ফংহনা নুংঙাইবা হায়বা পুংমঙু মাইহাক্তগী অপাইবনি। জ্ঞাশিংনা মহুদা অপাম্বা খক থংদে।"

অভাগর কৌবা চাউরবা লীম্না মফম লেঙদনা অহুম লৈরগা অফংবা চিঙ্গাক্তা অহুম পেল্লি। অভাগরগী মত্তৌগুম্না নংস্তু অয়াম য়ামদ মহাউ হাউতবিদনা তাঙ্গা চাহনা নংঙোন্দা পীরবা চথোম অমত্তং চাবা নত্তনা চিঙ্গাক্নীদমক্তা অকনবা শক্তি শিঙিল্লরোইদবনি। করিগুম্বদা চিঙ্গাক খক ফংদ্রবস্তু মহুবু ফংনবগীদমক্তা হোংনক্লবা খক লৈতনা চাদনা, মতম শাংলবগীওবদা তুমিল্লা লৈগদবনি, মরমদি মহাক্তা অভাগরগী মত্তৌগুম্না বিধাতানা তম্বা অহুদা হিংনবা হোংনগদবনি। পাঙ্গল অমস্তুং থাঙবা কনবগী শক্তিনা লৈতেলবা হকচাং অসিবু মতিক চাবা ইন্দ্রি লৈরবস্তু, লেঙবা নোঙ্গা তৌদনা চেংনা লেঙদনা থমগদবনি।

"ঋষি অমনা সংসারগী করিগুম্বা ফিভম অমত্তনা মপুক্লিং লাঙহনবা তৌদনা চীং-লেম্না, ঈংনা লৈবা সমক্রগী মত্তৌগুম্না ঙমথৈ নাইদনা লেংহনবা ঙমদনা ঙমথৈ নাইদ্রবা লূরবা জাম্না মাগী ওইহনা চীক্লা ঈংনা লৈগদবনি। সমক্রসি মতম অমদনা ভূরেন কয়াদগী ঈশিং মপৈ মপৈ ফংলবস্তু নল্লগা মতম অমদনা

ঈশিং ইথং ফ বত্রস্থ হান্না হান্নগী অহ্ মঙাই অহোংবা লৈতে। মতৌ অসিগুম্না, ঋষি অমনা মগী থম্মোই অহ্ ঈশ্বরদা লুপথৎবদা ইন্দ্রি পেন্নবা পোৎ কয়া মরাং কায়না ফংহুনস্থ হেন্না হরাউ-হুংঙাইবা ওইদে নত্রগা করি অমত্তা ফংদবা মতমদস্থ অরাবনা চপশিনবস্থ ওইদে।"

"মপুক্লিং অমস্থং ইন্দ্রিবু লাকশিন্দ্রবা মীনা ঈশ্বরগী মায়াগী (ঈশ্বরনা শুমঙ্কংনবগী ওইনা শেমথ্রবা) মশক ওইরবী সুপী; উরুবদা সুপীহুগী শাজং অমস্থং মপুক্লিংগী ঈথক্লা হেমহুনা মৈরাম্বীনা মদা চৌ শিন্দুনা অরাবা তাবগুম্বা মী অতুনা মঙবা মক্ষমদা চঙহুনা অরাবদা তাই। সুপীগী সনাগী লত্তেনা, ফিজেৎ-ফিরোলনা অমস্থং ইন্দ্রি পেন্নবগী মশক ওইরবা পোৎলম কয়ানা মপুক্লিংবু হুদূনা পুহনথ্রবা অপঙবা মী অহুগী অতুম্বা জ্ঞান অহ্ মাঙখিহুনা মৈরাম্বীগুম্না মাঙখি।" "লৈ খুদি দগী খোইহী খোম্বা হয়িংখোইগী মতৌগুম্না ঋষি অনৌ য়ুম য়ুমদা চত্তুনা, করিগুম্বা ইমুংদা অকন্থা নন্দনা, মাগী হিংনবগী চিঙ্গাক ওক্লবা ফংত্রিবকাওবা য়ুমথোং য়ুমথোংদগী চিঙ্গাক মুং অমমমদং লৌগদবনি।"

"জ্ঞানীশিংনা শাস্ত্র খুদিংমক্তগী, য়াম্লবগু নত্রগা য়ামত্রবস্থ, হয়িংখোইনা লৈ খুদিদগী খোইহী খোম্বগুম্না, মরু ওইবা (রহস্য) বা-মচং লৌশিনগদৌবনি। ঋষিশিংনা ঙসি হয়েংগী চিঙ্গাক পৈশিন্দুনা থম্মোইদবনি— মাগী খুয়া নত্রগা চাকথাউনা চিঙ্গাকী পাত্র ওইনগদবনি, হয়িংখোইগীগুম্না চিঙ্গাক তুংশিন্দুনা থম্মোইদবনি।

চিঙ্গাক পৈন্থনা থম্লবা মহাক অদুদি হয়িংখোইগীগুম্না চিঙ্গাক পৈশিল্লিবদুগা লোয়ননা মাঙমিল্লগনি।"

"সন্ন্যাসী অমনা উন্না শাবা নোম্লবা মুপী অমগী মুর্তিবু য়ুখোঙনা ফাওবা শোক্লোইদবনি। মহাক্না অদুম্না তৌরবদি, শামু লাবনা শামু অমোমবু পামন্থনা শোক্লুবদগী ঙাইখিবগুমনা, মাবুস্তু কাখিগনি। জ্ঞাণীশিংনা মঙোন্দা অশিবা ন গদৌবগুমনা সুইগ্না মুরুপ ওইবা তিম্ন তোংনবা থাদোকদবনি, মরমদি শামু অশোনববু শামু অতৈশিংনা হাংতোকপগুমনা মাবু হাংকনি।"

"লন পৈশিনবা অরীকপা মীনা মরল অদু পীথোকপস্তু লৈতে নত্রগা মানা মুংঙাইনা শিজিন্নথোকপস্তু লৈতে। মানা লুনা রানা তাঙ্গকুবা মরল পূম্বদু কনাগুম্বা মী অমনা লৈথোকখি। হয়িংখোইশিংনা পৈশিঙ্গবা খোইহীদু খোইহী লোকপনা পূম্না লোকখোকখিবগুমনা।"

"হয়িখোই লোকপা মীদুগুমনা, যুম্বাল্লিবা মীশিংনা মথে য়গী মু ঙাইজনবা রানা তাঙ্গকবা অকবা পোৎশিং অদু, সন্ন্যাসীশিং অদুনা হান্ননা মুংঙাইবদ্ ) ফংই।"

"জ্ঞানীশিংনা পুক্নী ঈন্দ্রি ইরাং হৌবা ঈশ তারোইদবনি। মহ কু শ দানবগী ঈশৈনা শুমহৎতুনা লাংদা থুরবা শক্তিদগী পারা তমগদবনি। শক্তিনা পোকপা রিশ্যাস্ত্রীঙ্গ ঋষিনা মুপীগী ঈরাং হৌবা ঈশ তারুবদগী মথোয়গী লাংদা লায়না থুঙি, মহাক অদু মথোয়গী মথুক্তা শামরোই নত্রগা শামপোৎ ওইখি।"

"তীনচাক মিতারুবা ঙানা খোইদা লেংবা তীনচাক্তা অরাবা তাবগুম্বা, অপঙবা, মাবু জয় তৌগদবা মফমদা মহাও তংবগী অপাম্বা থম্লবা, ময়ায় কারবা অমসুং মিহৌচাউরবা লৈয়েংনা মহাও তংনীংবদগী পঙথরবা মীনা অশিবগা মায়য়োক্নে। লৈয়েংগী নক্রগা মহাওগী অপাম্ববু জয় তৌবা য়ানা থোকই। লৈয়েংগী অপাম্ববু খুত্থম চনগ্রবদি ইন্দ্রি অতৈবুসু খুত্থম চল্লবনি। কনাগুম্বনা মাগী মহাওগী ইন্দ্রিবু খুত্থম চন্দ্রিবমখৈদি মাগী ইন্দ্রিশিং অত্থগী মপু মানা ওইজবা ঙমন্দ্রিবনি। কনাগুম্বনা লৈয়েংগী মহাও তংনীংবগী অপাম্ববু পুরা ওইনা লুপহন্দ্রিমখৈদি মাগী ইন্দ্রি অতৈবু খুত্থম চল্লে হায়বা য়াদে। য়াথল বিচার লিংবা মীনা চরা হেন্দুনা মাগী ইন্দ্রিশিংবু থুনা জয় তৌই।"

"মমাঙদৈদা বিদেহগী সহরদা পিঙ্গলা কৌবী ওক্তবী নুপী অমা লৈরম্মী। ঐনা মঙোন্দগী পারা খরা তক্লকই। হে নিংথৌ! মহ তারো, নোংমা মানা কজরবা ফিজেৎ লৈতেংলহুনা নুমিদাংয়াইরমদা মাগী থোঙজীন্দা লেপ্লহুনা মাবু অহিং অত্থমগী মনতিক্লরগদবা মীবু (নিপাবু) ঙাইরম্মী। মানা মী থরবুসু কৌশিল্লম্মী অহুবু ইনাক খুনবা মী থরনা মমল হেন্না চাউনা পীরখিগনি খনবদগী মখোয়বু থাদোকখ্রে। কা হেন্নিনা খনবা য়াথল অসিগা লোয়ননা, অহিং নোংয়াইফাওবা মানা অমুক চঙ অমুক থোক তৌহুনা তুমদবমখৈ থোঙজীন্দা ঙাইহুনা লৈরম্মী। মানা পৈশাবু খৌরাংনা নীংবা অসিনা অহিংচুপ্পা, য়ানা অমসুং নীংবা কায়না য়াথলগী অরুম হৌহুনা লেনখি। মানা মাবু

য়াম্না অৱাবা পীরিবা কল্লক-মীহোৎগী পুন্সি অহুবু থম থেংনা তুরুচবা ফাওরম্মী।"

"থমথেংনা নীংবা কায়রবা মাগী থোম্বোক্তা অসুম্না ঈশৈ শকখি," সংসারগী পোত্তা থৌওইদবসিদি নিপা পাম্বগী আশাগী. থৌরীবু মচেৎ মচেৎ ককথৎনবা থাগুশাংগুমই। অচুম্বা নুংগী জ্ঞান ফংদ্রিবা মীনা "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা অহংকার অসিদগী নাম্বোকপা ঙমদবগুম্না কনাগুম্বা মীনা অথীবা অমা ফংদ্রিবফাওবা দেহগী বন্ধনা অসিদগী নাম্বোক্কে নীংদে।" পিঙ্গলানা হায়রম্মী, "য়েংউ! ঐনা ঐগী পুক্নীংবু লাকশিনবা বাংপদগী ঐ অসে কয়াদা বারুরবা! শোল্লবা নিপাগুম্বা জীব মচা অমদগী ঐগী অপাম্বা থুংগনি খল্লুবা ঐ অসে কয়াদা পঙথ্রবা!"

"মতমচুপ্পদা ঐবু আনন্দ অমসুং লন পীবা ঙম্বা, নুংশিজবদা মতীক চারবা অমসুং ঐবু পেলহনবিবা ঙম্বা, ঐগী থম্মোইনুংদা লেঙশিনবিরিবা, লেঙদ্রবা আত্মা নত্রগা ভগবান নরায়ণবুদি থৌওইরুদ্রগা ঐগী অনীংবা থুংহনবা ঙমদ্রবা অদুগা অৱা-অনা, অকিবা, লায়না, অৱাবা পোকহনবা অমসুং বুদ্ধি মাঙহনবা তোল্লবা নিপাবু ঐনা থেমলুরি। ঐ তশেংনমক অপঙবী ওইরুরবনি।"

"ও! ঐ ওক্কবী নুপী অমা ওইরুদুনা য়াম্না হঙোইনিংঙাই ওইরবা পুন্সি অমা লেল্লুহনা! অরেম্বদা ঐগী আত্মাবু বাহল্লে। মীহৌচাউরবা অমসুং নুপীগী মীনাই ওইরবা শিবা নাইরবা তোল্লবা নিপাশিংদগী, ঐগী হকচাং য়োম্বো ক্রুনা, লন অমসুং নুংঙাইবা

ফংগনি খল্লুরে। থী-য়ুং অমসুং অমোং-অকায় কয়া থোকফম থোঙ মাপন পাল্লবা, শরু পোলাংনা খাঙেল, হৃমদাং অমসুং যুম্বী ওইনরবা, মথক্তা উনশা, শম অমসুং খুজিন্না কুপ্লবা যুম (দেহ) অসিগী মনুংদা ঐ নত্তনা কনানা লৈখিগদগে?"

"অশিংবা জীবনা থল্লবা বিদেহগী সহর অসিদা মাগী আশা, নুংঙাইবা অমসুং অপাম্বা পূন্নমক দেহদা পুল্লিবসি ঐদমক মঙায়রে।" আত্মা সাক্ষাৎকার ওইনবা কৃপা পীবিবা ঙম্লবা ভগবান নত্তনা ভোগ সংসারদগী ঐগী নুংঙাইবা ফংগনি খল্লুবা পঙলবা নত্রগা ফত্রবা নুপী অমু ঐদমক ওইরে।"

"মহাক্তনা ঐগী অশেংবা মরূপনি, ঙাকপি-কনবিবনি, মপুনি, খ্বাইদগী নুংশিথোইরবত্থনি অত্থগা দেহ ধারন ওইবা জীব খুদিংমক্কী আত্মানি— মপূনি, দেহ অসিবু মাগী মকমদা সমর্পণ তৌত্থনা মাবু দর্শণ ফংজরবদা শ্রীলক্ষ্মীগুম্না ঐসু মাগা মরূপ ওইবগী নুংঙাইবত্থ ফংজত্থনা মঙোন্দতা ঐগী তত্তনা নুংঙাইজবত্থ ফংগনি।"

"অতৈ অতোপ্পা অমবু সেবা তৌরুবদা করি কায়গনি? দেবতা অমসুং শিবা নাইবশিংগী থৌজান্দি, মতম, মফম, অমসুং মথল কয়াগী য়ৈথায়-থিনগাইবনা ঙমথে নাই। ইন্দ্রি পেম্নবা পোৎশিং মীওইবা নত্রগা দেবতাশিংনা নুপী ওইবী ঐথোয়দবু করি নুংঙাইবা পীবা ঙমগদগে? পূন্নমক অহোবা অমসুং অরোইবা নাইবা ঙাক্তনি— অনিত্যনি।"

"থাজৈশেংনমক, ঐগী মোংলবা বাখল: ময়াম অসিবু মরূ

ফংনা মাঙহনবিবা বৈরাগ্য ভাব অমা ঐগী পুক্নীংদা হৌরক্লিবা অসিনদি ঐ অসে নহালমুক্কী মপোক কয়াদা বিষ্ণুবু পূজা থরদং তৌজরক্লম্লগনি। মহাক্কী কৃপাতনা ঐনা অমাঙ-অতা লৈত্রবা অমম্বুং শান্তি ফংনবা লম্বীবু ফংজরে।"

"ভগবানগী কৃপা নৎলমদ্রগদি অসিগুম্বা নীংবা কায়বা অসিনা অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্তুনা মুংঙাইবা ফংনবগী বৈরাগ্যগী লম্বী অসি ঐঙোন্দা ফাওরক্লম্লোইদবনি।"

"ভগবান্না ঐঙোন্দা পীনবিরিবা অসিগুম্বা কৃপা অসিবু ঐনা নোল্লুকপা ভক্তিগা লোয়ননা লৌজরি। হৌজিক্তি ঐগী কত্রবা অমম্বুং কায়ত্রবা রাখলশিং অহু থাদোক্তুনা পরম ভগবান নঙগী নকমদা চঙজরি। পুমপেন পেম্মোক্তুনা ভগবান্দা অচেৎপা শ্রদ্ধা থমহুনা, লাইবক্না তম্বদা হিংলগা পরমাত্মা ভগবানগী লেংঙ্গ্রগা আনন্দ অহুবু ফংজরগে। সংসারগী পোকপা অমম্বুং শিবগী লুরবা কোম মমুংদা তারবা জীব, ভোগপু মীহৌবনা মমীৎ তাঙলবা, ইন্দ্রিগী অপাম্বনা হুমহুনা পুত্রবা মীংয়েং অমম্বুং মতমগী লীনগী হুনা য়োংশিনগ্রবা জীব অসিবু ভগবান নঙনা কনানা কনবা ঙমগদগে?

"কনাগুম্বনা সংসার অসি মাঙখিগদবনি কুইরোইদবনি খঙলক্লবদা, সংসার অসি মতমগী লীনগী থয়াক্তা লৈবনি উরক্লবদা মহাক অহুনা অপাইবা, অরেপ্পা লৈতবা, মমল য়াওদ্রবা, অমম্বুং হন্দক মপোক্কী অমম্বুং মথং মপোক্কী মায়াগী ওইবা মুংঙাইবা অসিবু তশেংনমক অমম্বুং চেৎনমক তুকচগনি। মহাক

ম্নাম্না চেকশিনবা ওইরক্লগনি অহুগা মহাক্না মাম্নাগী মশক ওইরবা ভোগগী অপাম্বদগী মমায় লৈথোরক্লুনা মশাগী আত্মাদা আনন্দ ফংজহনা পোথাজবহু পাম্লকনি। সংসারগী করিগুম্বা পোংলমদা মহাক্না তুক্কচবা পোক্লক্লবদা, আত্মানা আত্মাবু ঙাক-শেনবনি, আত্মাদনা মীগী কনবিবা ওইবনি।"

ব্রাহ্মণ অহুনা হায়রম্মী, "পিঙ্গলানা অসুম্না মপূক্লিংদা লেপ্লক্লবদা অহুগা মাগী মপূক্লিংনা ভগবান্দা লেঙদনা থম্লক্লবদা নিপা পাম্বগী অমস্থং খোয়াংবগী আশা পুম্নমক থাদোক্লুনা মপূক্লিং লৈতানা ফমুংদা ফম্লম্মী। মাবু রাহল্লম্বা অমোংপা আশা পুম্নমক থাদোকখিবদগী মহাক নুংঙাইবা ওইরক্লে। মহাক মপূক্লিং শেংনা তুমখুন হুননা তুমখিধ্রম্মী। ঐখোয়বু রাহল্লিবসিদি আশাননি। আশা থমদ্রবদি ঐখোয় নুংঙাইরবনি। অপাম্বা, আশা অমস্থং অনীংবা রাথল পুম্নমক অরাবগী হৌরকফম্নি। অপাম্বা অমস্থং অনীংবা আশা পুম্নমক থাদোকপদি মহা-আনন্দনি। মসিনা থ্বাইদগী নুংঙাইবা মওংনি। নিপা খোয়াংবগী আশা হুঞ্জেক্লুনা নুংঙাইনা তুমখুন হুন্দুনা তুম্লীবী পিঙ্গলাদগী ঐখোয়না খঙবদি আনন্দগী হৌরকফমদি বৈরাগ্যনি।

"তশেংনমক ঐখোয়না অরা-অনং ফংলিবা অসিদি ঐখোয়গী পুক্লীংদা করিগুম্বা থ্বাইদগী হেন্না পাম্বা অমদি খোয়াংলবা পোৎশক অমবু পুক্লীংদা য়োকখৎলুবদগী তৌরিবনি। অহুগা মসিগী অশেংবা জ্ঞান অসিবু খঙলবা মীনা ঐগীনি হায়বা

পূম্নমক থাদোক্লুনা অহুগা করিগুম্বা অপাম্বা পোংশক অমবু
মপুম্নিংদা য়োকখত্তনা ভমথৈ নাইত্রবা আনন্দবু ফংই।"

"ভারাকপী (কুরার) উচেক্না মচীন্দা শদুম মচেৎ অমা পুরম্মী। মপাঙ্গল হেনবা শদুম কংদবা উচেক্না ভারাকপী ভম্না পাইশিন্নি অহুবু ভারাকপীনা মানা চেপ্পরকপা শদুম অহু থাদোকপদগী অরাবা কোক্লে মুংভাইবা কংলে। অপাম্বা মুংশিংবা পোং অমবু থাদোকপা (সন্ন্যাস) তৌবা কৈ। মহুনা ঐথোয়দা শান্তি ফংহল্লি।"

"ঐদি মীংচৎ অমম্নুং ব্যবহার কংবা নত্রপা কংদবগী করিম্নু অরুবা লৈত্তে। ঐনা ঐগী য়ুম, ঐগী মুপী নত্রপা ইচাপীম্নু থৌওইদে। ঐম্না আত্মাদা শান্নৈ অহুগা আত্মাদা মুংভাইজহুনা মালেম অসিদা অভাংগুম্না কোয়চৎ চৎলি।"

"মীওই মথল অনিথক্কুংদনা অপাম-থৌরাংবদগী নাম্থোক্লুনা মহা আনন্দদা লুপই মহুদি করিম্নু থওজত্রিবা অভাং অহুপা প্রকৃতিগী গুণনা হুম্না ভমত্রবা পরমেশ্বর ভগবানবু সাক্ষাৎ ওইনা খঙলবা মী মথল অনি অসিনি।"

"করিগুম্না লম অমদা, মমা মপা মরী মতা পূম্নমক য়ুমদা লৈতবা কান্দা মাবু লুহোংনবগী হায়বা লাকপা মীওইশিংবু লৈশাবী অহুনা সেবা তৌবা ভারম্মী। লৈশাবী অহুনা অচীকপা মকম অমদা কৌ গুহুনা লৈরিবৈদা মথুদাংদা শিরিবা য়োইবুং থুজিশিং অহু অমগা অমগা থেংনবদগী মথোল য়াম্না থোক্লম্মী। হৈ-শিংলবী লৈশাবী অহুনা কৌগুবা অহুবু হহবনি খল্লুনা মাগী

লায়রবা অহুগীদমক্তা য়াম্বা ইকাইজরম্মী। মাগী লায়রবা কীভম অহুবু লাক্লিবা মীশিং অহুনা থঙখিগনি হায়না বারম্মী। লৈশাবী অহুনা মথুক্তগী খু'ত্তশিং অহু মথং মথং থুদেক্কুনা মখুৎ নাম নামদা অমমমদা মথাক্লে। অহুবু মানা কৌ অত্রম শুবদা খুজি অমি অত্তনম্ব মখোল থোক্লে। মরম অহুনা মহাক্লা খুজি অমস্ত্র লোথোকখ্রে। মতুংদদি মানা কৌ শুবদা লৈহোৌরবা খুজি অহুগী মখোল থক থোক্রে।"

"অচুম্বা অমস্তং জ্ঞাণ ফংনবগীদমক্তা ঐনা মালেম অসি কোয়না চংলুবদা মুপী মচা অহুগী লোশিংদগী মথাগী জ্ঞাণশিং অসি ফংলকই। মীয়াম পূম্না লৈবা মকম অহু থংনব৮চৈনবা থোকনি। মী অনিথক্তংদগী মরক্তস্ত্র য়েৎনবা ত্তাণ্ডন-শকুবগী মরম হেক্তা থোরকনি। মরম অহুনা মুপী মচা অহুগী মথুক্তা খুজি অমথক্তং লৈবগুম্বা ঐখোয়না ইথক্তা চাক্লা লৈগদবনি।

"সুংশাখর চনিং তানা হোন্দুনা অহুগা যোগাসন অভ্যাস চেৎনা ত্তোহুনা তেন কাপ্পা মীনা লেঙ্পনা সন্ধান ত্তোবগুম্বা ঐখোযগী পূক্নীং অসি পরমাত্মা ভগবান্দা লেঙদনা থমগদোবনি। ঐখোয়না সন্ন্যাস ত্তোহুনা, হন্না হন্না হোৎনহুনা অমস্তুং নিয়ম নাইনা অভ্যাস ত্তোবগী পাম্বৈনা পূক্নীং অসি লৈত্তানবা য়াম্না হৈ-শিংবা ওইগদবনি। চাক্লনবা শীং লৈত্রবা মতমদা মৈস্থ মশানা অত্রম মুৎচখিবগুম্না ঐখোয়গী কোয়চং চংলিবা অহুগা নে-বা তাত্রবা পূক্নীং অসিবু লেঙদনা ফাজিম্লবদা শুণদগী থোরক্লিবা ভেদ অমদি নানাভাব অহুম্ন কাউথোরকই অহুগা কর্ম্মগী বন্ধনা

অহুবুম্ব তপ্না তপ্না লৌথোকখিহুনা ইন্দ্রিগী মথৌ শিন্দ্বা মথং মথং মাঙখিহুনা সত্ত্ব গুণ হেনগৎলকপদগী রজ অমম্বুং তম গুণদগী পূক্নীং অসি নাম্বোয়কই অদুগা পূক্নীংগী মৈচাক হেনগৎহনগদবা গুণ অমদি মাগী মপা-মরেং অমদি ইন্দ্রিগী মথৌ য়াৎলকপদগী পূক্নীং অসি অসুম নেমথরকই—শান্তি ওইরকই। নীংজরিবা মী অদুগী পূক্নীং অদুগা নীংলিবা মশক অদুগা অমত্তা ওইশিল্লকই হায়বদি নীংলিবা পূক্নীং অদু নীংনফম ওইরিবা অদুদা পূমলুপ লূপশিল্লকই। তেন শাবা মীনা তেনজৈ শাবদা পূক্নীং লূপ-শিনমনখিহুনা মনাক্তা নিংথৌ চৎখিবা উহোৌদবগুম্না মাগী পূক্নীং অদু আত্মাদা পূমলূপ লূপশিনখিহুনা মহাক্না মতম অদুদদি মনুং অমদি মপান্দা কায়গুম্বা অমত্তা উথিদ্রে। এনা তেজৈ শাবা মীদগী পূক্নীং লাকশিনবগী মত্তৌ অসি হুম্লকই।"

"জ্ঞানীশিংনা মথন্তা চংকদবনি। মহাক ময়ুম য়ুমকম নাইয়োইদবনি অদুগা মতম পূম্বদা মীকুপ মাহুম শিংনা লৈগদবনি। মহাক্না লৈথুন (গুরুং) গুম্বদা আশ্রম ওইহনা লৈগদবনি। অদুগা মাগী অশেংবা মগুণ ফোঙদে ক্লোইদবনি। মহাক্না মরুপ থরদনা মতম লেন্দুনা লৈগদবনি। মহাক্না হেক ভগ্নিবমথৈ য়া কয়া ডাঙদবনা হৈনবী ওইগদবনি।"

"সন্ন্যাসী অমনা, মাগী দেহ অসি মাঙখিগদবা অমম্বুং ভুমখিগদবনিনা, ময়ুম অমা শাগৎপা হায়বসি য়াম্না অরাবা অমম্বুং কায়দবনি। লিম্না থেংনরুবা লৈথুন চঙহনা মুংডাই-থোকপগুম্না সন্ন্যাসীশিংনা থোক্লু-থোক্লুবা ডাঙ্গা চাদুনা কংলুবা

মকমদা অহুম নুংঙাইনা লেম্বোকদবনি। মহাক্কী অরেপ্পা য়ুম্ফম থম্লোইদবনি।"

"মিনা মশাদগী লং পুথোক্লুনা মিরাং শারগা মহুগী মনুংদা শান্নরগা মিরাং অদুবু মি মশানা অমুক য়োংশিনখিবগুম্না। ভগবান্না গুণ অহুম য়াওবা মাগী মায়াদা তোংহুনা মশাদগী বিশ্ব-জগৎ অসিবু শেমই সৃষ্টা তৌই, সৃষ্টী অদুগী মনুংদা মাগী লীলা শান্নে অদুগা বিশ্ব-জগৎ অসিবু মানা অমুক লৌশিনখি, শংহার তৌই।"

"উচিখোইনা মানা ফারকপা তীল অদুদা মহুনা নানা খিনবনা মরম ওইরহুনা তীল অদুনা উচিখোইবু কিমন্না নিংবদগী তীল অদু উচিখোই ওল্লি। মতৌ অসিগুম্না কনাগুম্বনা নুংশিবদগী. কিবদগী নহুগা তুক্কচবদগী ওইরবস্থ তত্তনা নীংজবা পোৎ অদু মতমগী মতুং ইন্না মানা ভত্তনা নীংজবা পোৎশক অদুনা মাস্থ ওনশিল্লকই।"

"মতৌ অসুম তৌনা মথক্কী গুরু কুনমরি অসিদগী মখল কয়াগী পাউতাক ফংলকই। হে নিংথৌ ঐনা ইশাগী হকচাংদগী তম্নকপা পাউতাকশিং অদু হোজিক অমুক তারো। ঐগী ইশা হকচাং অসিস্থ ঐগী গুরুনি। হকচাং অসিদগী ঐনা খঙলকপদি অপাম্বদগী থৈদোক্লুনা পুক্নীং ঈংবা, অচুম-চুমদগী বিচার অমস্থং অপাম্বনা পুনবদগী নাম্থোকপা অসিনি। হকচাং অসি মতম চুপ্পদা অওনবা নাই অমস্থং মাঙখিগদবনি। মসিদি শি-ননবগীদমক্তা পোকপনি। ৱাবনা হকচাংগী পোম্মবা লাইবক্কি

(রিথ্রাতানি ;। "হকচাং অসিদি অহংকার পোক্নবগী য়ুম্ফম্নি। ঐখোয়না শূরী-নোম্লীবা অসিবু মাগী অপাম্বা গুংহন্নবগী-দমক্তনি। মসিদা নুংঙাইবদি ল্লায়রবনা অবা-অনংত্রম হেল্লা থোরকই। অদুবু মাগী উপাইনদি পুক্নীংদা অচুম্বগী (সত্যম্) মমি তাইল্লি হকচাং অসিগী অচুম-চুমদ বিচার তৌবদগী ঐনা সত্যমবু মশক খঙই। ঐনা হকচাং অসিবু ঐগীনি হায়না লৌদে ম্বরম অত্তনা ঐনা মসিদা পামশিল্লুবা ভাব লৈতে। হকচাং অসি শিরবা মতুংদদি শাহিং চাবা হূই অমসুং লমহূইগী ওইহৌরবনি।"

"হকচাং অসিবু নুংঙাইহন্নবগীদমক্তা ঐখোয়না নুপী অমা লৌয়ে, শা-শল লোইরে. মীনাই থম্লে, ইচা পোকে. য়ুম্ফম লি লে অমসুং মরী-মতা. ওই-শেল নাইরে অদুগা য়াম্বা লুনা রানা লন তাল্লে। উপালগী মতৌগুম্না অনৌবা হকচাংগী মরূ অমা থম্লগা মমৈথংদদি হকচাং অসি ভুমথি।"

"চান্নীংগনবা লৈয়েংনা মাবু মায়কৈ অমদা চিংগ্রে অদুগা অমদা অমুক থোরাংলে; অঙাং পোক্নবা ইন্দ্রিনা মাবু অম-য়োমদা চিংথ্রে; শোক্ন-পন্নবা পাম্বা ভনশানা মায়কৈ অমদা, তাকথাও অমসুং নাকোংনা মাবু মায়কৈ অমদা পুথ্রে; তথক-তথক্নবা মীংয়েংনা করিগুম্বা মায়কৈ অমরোমদা পুথ্রে; থবক তৌনীংবগী ইরাংনা মাবু মায়কৈ অমরোমদা অমুক হুমগ্রে; হকচাংগী ইন্দ্রি খুদিংনা তোংঙান তোংঙানবা কর্ম্মগী মায়কৈদা মাবু চিংথনা পুক্লে। মপুরোইবা অয়থক্লংগী য়াইরী হৈবু মরু

মঙ্গাগী চুপথোকপগুম মাগী হকচাংগী ইন্দ্রি কায়াৎ কয়ানা মাগী পুন্সিবু চুপথোকখি।

"ভগবাননা মথল কয়ামকুমগী হকচাংবু হায়বদি উপাল, সুমিৎযুংবা, শা-ঙা, উচেক, তীল-কাং অমস্তুং ঈশিংদা লৈবা জীব পুম্নমকপু শেম্নীরম্মী। অদুবু মখোয়শিং অসি শেম্বনদি মানা পেল্লমদে। অদুদগী মমাক্তা ব্রহ্মবু মশক খঙবা ঙম্বা জ্ঞানা লৈতেংলবা মীওইবগী হকচাং শেম্লে। "অদুদগীদি মাগী খুাইদগী নুংঙাইজবা অদু ওইখিরম্মী।"

"জ্ঞান লৈবা মীশিংনা, অরাংবা পম্মূং হায়বদি মোক্ষ অরান্‌-খুভম ফংহনবা ঙম্লিবা, মতম শাংনা লৈঙবা মায়ানা পুনশিনগনবা শোম্লবা ওইদুনস্তু, অসিগুম্বা থম থেংনা তাঙলবা মীওইবগী হকচাং অসিবু মপোক কয়াগী মতুংদা ফংজরবদা অসিগুম্লবা হকচাং অসিনা অশিবগী থায়াঙ্গা তাদ্রিঙৈদা মায়া খুনমক মোক্ষ নত্রগা অরাংবা খুাইদগী ফোইরবা পম্মূং অদু ফংনবা হোংনহোগদবনি – ইন্দ্রিবু পেলহন্নবগীদমক্তি ভশে.নমক ওইনিংবা দেহ ওইরুবদ ফংগনি।"

"মতৌ অসিগুম্না ঐনা ঐগী হকচাং অসিদগী, বৈরাগ্য হায়বদি অপাম্বা থমদবা নত্রগা সংসারগী ওইবা হৱাও নুংঙাইবদগী পুক্নীং থৈদোরকপা অদুদগী ঈশ্বরগী গুণ ওইবা ঐগী অশেংবা আনন্দ স্বরূপকী জ্ঞান অসিবু ফংলদুনা, অচুম্বা জ্ঞানগী মঙাম্না ঐগী মমজীং মৈরা ওইদুনা সংসার অসিদা ঐনা অপাম্বা অমস্তুং অহংকার থমদনা কোয়চৎ চৎলি।"

"জ্ঞানী অমদগী থোরকইবা জ্ঞান অসি তশে নমক য়াম্না লেঙদবা অমসুং মতিক চানা মপৃং ওইবদি ঙমদে মরমদি ব্রহ্ম-স্বরূপ অসি অনি শুদনা অমগুক্তুংমক ওইরবসু ঋষিশিংনদি মথল মথেল ওইনা বর্ণন তৌই।"

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী, "ব্রাহ্মণ অচনা অসুম্না পাউতাক য়াম্না তাকপীরম্লগা য়াম্না ইকাই-খুম্নবা ব্যবহার ৎমজনা তাজরীবা যচু অচুগী মফমদগী বিদাই লৌখি। ঐখোয়গী পারী-পুরী ওইরিবা যদুসু ব্রাহ্মণ অচুগী পাউতাক অদুবু পুক্নী' চঙনা তাজরবদা মপুক্নীংদা বৈরাগ্য পোকখি, মপুরীং শান্তি ওইখি অমসু তক্ত-তক্তবা পুক্নী' ওইখি।

---

# সংসার

[জীবনা করম্না সংসারদা তাংখিবগে হায়বচু শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা তাকলি। জৈমিনিগী য়াথলবু লাল্লি হায়না প্রমাণ তৌরি।]

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী:— ঐগী ইষমদা আশ্রয় তৌরবা ভক্তনা ঐনা তাক্লিব অসিগী মতুং ইন্না মাগী অথম্নবা কর্ম্মশি বু মপুক্নীং চঙনা পাংথোকদবনি অমসুং মপূক্নীংবু ভোগকী গুণনা কাজিনহন্দনা আশা য়োকথক্তনা মাগী জাতি বর্নগী অমদি কাঙলুকী ওইনা তাক্লিবা চংনরোলবু ঙাক্না চংকদবনি।

সংসারগী পোৎশকশিং অসিবু অরেপ্পনি, লেঙদবনি খন্দুর্না মহুবু কংনবা হোৎনবা অমদিং মখোয় অহুদা অপান্বা থমহূনা, নোমজরুবা মীওই কয়ানা অরেম্বদা তাখিবা অহু যজ্ঞ কর্ম তৌহূনা মপুক্নীং শেংদোক্লবা মী অহূনা সত্যম্ ভগবান্দা থ্যান্ তৌহূনা কৃপা য়েংশিনগদবনি।

ভূম্লিবা মীগী মওদা অমসুং কল্পনা তৌরিবা মীগী ভাবতা উরিবা পোৎশকশিং অহু অশেংবা ওইদবগুম্বা ঐখোয়গী পুক্নীং-ইন্দ্রিদগী নত্রগা গুণদগী থোকহনবা অপান্বগী পোৎশকশিং নত্রগা মপান্থোংগী পোৎশক্তা তোঙাম্না থেম্নবা উরিবা পোৎ-শকশিং অসি অশেংবা অরেপ্পা নত্তে।

কর্ম মখল মরী থোকই: (১) কাম্য কর্ম — ইশাগী অপান্বা ফংনবগীদমক্তা তৌবা কর্ম, (২) নিশিদ্ধ কর্ম — বেদ-শাস্ত্রনা য়াদবা কর্ম, (৩) নিত্য কর্ম — নুমিৎ খুদিংগী ওইনা তৌকম থোকপা কর্ম হায়বদি সন্ধ্যাগী কর্মগুম্বা, (৪) নৈমিত্তিক কর্ম — করি করিগুম্বা থেংদোক্তা তৌবা কর্ম হায়বদি শ্রাদ্ধ কর্মগুম্বা। অহানবগী অনি অসিদি প্রবৃত্ত কর্মনি নত্রগা সকাম্ কর্মনি। মোক্ষ নত্রগা অয়ান্-খুভম পাম্বা মীনা প্রবৃত্ত কর্ম তৌরোইদবনি হায়না স্মৃতিনা কোঙদোক্লি। অহুবু মখোয়না কর্ম তৌত্রবদি বিঘ্নি চঙলকপা য়াবনা নিত্য অমসুং নৈমিত্তিক কর্মশিং তৌগদবনি।

কন্নাগুবনা ঐতোন্দা মপুং ফানা ভক্তি থমহনা নিবৃত্ত কর্ম (নিত্য অমসুং নৈমিত্তিক কর্ম) বু লেঙদনা মতৌরবদি মহাক

অদু পোকপা শিবগী চক্রদা চঙহল্লিবা প্রবৃত্ত কর্ম্মদগী থৈদোরকই। মহাক্না মতাংদু থিজিনবা হৌগদবনি অদুগা কর্ম্মগী মাথংদা করিগুম্বা পূর্ত্তিং লৃপশীনবা তৌরোইদবনি। মহাক অদুনা জ্ঞানগী লম্বীদা চঙশ্রবদি মহাক্না নিবৃত্ত কর্ম্ম তৌবকাওদনু অদুপ চেকশিন্নিংঙাই লৈত্রে।

ঐহোন্দা মপূক্নীং লেপ্তুনা, ঐদদু নীংহুনা মহাক্না মতম পূম্বমক্তা যম অভ্যাস তৌগদবনি অদুগা করিগুম্বা মতমদসু নিয়মদুস্সু তৌগদবনি। মপূক্নীং তপ্পা-ঈংবা, বেদ-জ্ঞান ফংলবা, ঐহোন্দা ভক্তি থম্বা, ঐবুদমক উরবা, ঐগা মাগা অমত্তা ওইশিন্নবা (অনি থোকপা ভাব লৈত্রবা) অদুগা ঐবু মাগী আত্মা ওইনা উরবা অওগুম্বা গুরু অদুবু মহাক্না সেবা তৌবা ফংঙগদবনি।

মহাক্না নাপল, কল্লক-খিহৌ য়াওদনা, অপাম্বা য়াওদনা গুরু ভক্তি চেংনা তৌদুনা, খাঙঙবদবা তৌদনা মতাংদু খঙনবা হোৎ-নবদা মপূক্নীং চঙগদবনি। মহাক্না কনাগী অশোয়বা মরামচিংবা থিরোইদবনি অদুগা কারদবা নঙ্গগা বারেম তাঙবদা হৈনরোই-দবনি। মহাক্না মাগী মুপী, মচা, য়ুম, লম, শাগৈ-নাতৈ অমসুং লন-নচিংবদা থৌওইরোইদবনি। মহাক্না পুম্নমকপু মান্নন! উগদবনি মরমদি আত্মাদি মকম খুদিংদা চপ মান্নৈ অদুগা পুম্নমক্তা আত্মানা ছান্নি।

মশাগী মতান্না সাক্ষী ওইন্নিবা আত্মা অসি মতাল থোক্না চান্নিবা থৈগা মতান পীদুনা চান্নিবা শীংগা খেন্নবগুম্বা অপৌবা অমসুং অকুপ্পা হকচাং অসিদগী তোঙান্নি। শীং মহুংদা চঙদুনা

চাক্লিবা মৈনা শীং অদুগী হৌরককপগী মতং, পীর্কপা, চাউবা অমসুং মায়দংগী মতুং ইনা শীং অদুগী মগুণ লৌদুনা চাকপশুবা পূম্নমক্কী পুমতোপ তোপ্লিবা আত্মা অসিসু চংল্লুরিবা হকচাং অদুগী মগুণ লৌই।

ভগবানগী মায়াগী গুণনা শেম্লিবা হকচাং অসিনা সংসার লিংখৎলি। মসিনা মীওইবগী য়ুম্ফম হোংনফম ওইবা মরম্নি। আত্মা জ্ঞানা মী ওইনা অমুক হন্না পোক্লগদবনি ককথৎখি। মরম অসিনা ঐখোয়না ইশাগী আত্মাদা পরমাত্মাবু অরেপ্পা ওইনা তশেংনা উপদবনি। মহাক্কা লেওনি-প্যান্নিবা প্রকৃতি অমসুং হকচাং অমদি অপোবা অকূপ্পা পূম্নমকপু অশেংবনি, অরেপ্পনি খল্লুবা বাখল পূম্নমক্কী অমুম অস্থম নাম্থোরক্কনি। আত্মা অসিদি তোঙানবনি অমসুং হকচাংগী বাংমদা লৈবনি হায়বা অসিন্ন মপুঙ ফানা খঙলকনি।

গুরুবু যঞ্জগী মৈ হৌনবগীদমক্তা শিজিন্নবা উচেং অনিদুগী মরক্তা (অরনি) মরু ওইবা নত্রগা মথা থংবদু ওইনা খনগনি অদুগা মথক্তা উচেং অদুবুনা চেলা (শিষ্য) অদুবু ওইনা লৌগনি, শীং অনি অদুবু শম্নহল্লিবা মরক্তা উচেং মচাশিং অদুবুনা পাউতাক্লি, অদুগা জ্ঞানা অনিদু তিন্নদুনা মুংওাইবা কংলিবা অদুনি। মতৌ অসুম্বা গুরুদগী কংবা অশেংবা জ্ঞান অসিনা গুণশিংদগী থোক-খিবা মায়াবু মাঙহনবিখি অদুগা বিশ্ব-জগৎ অসিবু শেমগৎ লিংখৎলিবা গুণশিং অদু, শীং লৈত্রবদা মৈমু মুংখিবগুম মুংখি।

*[ হৌজিক্তি মীমাংসাগী ভাব হায়রগে। মসিবু লাম্লি হায়নস্থ কক্লি। স্কুল অসিগী ভাবতি আত্মা নিত্যনি অমসুং মশাং য়ামই। মখোয়না ঈশ্বর লৈ হায়বদা থাজদে। মখোয়গী পন্থুংদি স্বর্গনি। মখোয়গীদি কর্ম্মনা পুম্নমক ওইবনি। কর্ম্মনা মহৈ পীবনি। অশেম্বা মপু অমা থম্বগী কায়বা লৈতে ]*

ঐখোয়না কর্ম্ম তৌরিবা মী অদুগা অবা দুঃথাইবা ফাওরিবা মী মশাং য়ামই খল্লবস্থ নত্রগা স্বর্গ, মতম, ধর্ম্ম লাইরিকশিং অমসুং আত্মাশিং অসি মাওত্রবা অরেপ্পনি হায়না খল্লবস্থ, নত্রগা লেওলি-পাম্লিবা পোৎ পুম্নমকপু মাওত্রবা অরেম্বনি অদুগা কংলকইবা নত্রগা থওলকইবা জ্ঞান অদুগা মামদবা জ্ঞান খোমকইবা পুম্নমক অসি থওলু-উক্লরিবা পোৎ অদুগী মওংনা থোকহনবনি হায়না খল্লবকাওবদস্থ জীব পানবা পুম্নমক হকচাংগা মরী লৈনরু-বদগী অমসুং মতমগী শরুকী শক্তিশিং অসিগা মরী লৈনরুবদগী, তোত্তান তোওানবা মওংদা হন্না হন্না পোকপা অমসুং শিবা লাইহল্লি।

কৌতম অসি কাওবদা কর্ম্ম তৌরিবা মী অদুদসু অমসুং অবা-দুংথাই কংলিবা মী অদুদস্থ নীংতমগী ( মোক্ষ ) মতৌ অদুদি লৈত্রি। মনীংতম্বা ফংত্রবা মী অদুগী মরায়বক্তা করম্বা অবাংবা আশা অমা ফংলবিগদগে? থাইদগী বাংবা পম্বুং নত্রগা অকবা অত্তবু কংনবা ভাল্লকপদা, মী অতৈগী মথাপোম্বা লৈরিবা কনাবু কনানা পূজা তৌরুগনি?

পণ্ডিত ওইরবা মী কাওবদা দুংথাইবা লৈতে, অদুগা করি-ওবদস্থ অপওবা মীনা অবাবা মচেৎ অমতং কাওবা লৈতে।

বেদ-কর্ম্ম তৌবদা হৈ-শিংদুনা নুংঙাইরে খল্লিবা মথোয় অত্তুদুি অহংকারদমক মঙাই। কর্ম্মগী ফল হায়ববু করিস্সু কাননবা নাপলদনি। মথোয়না অরাবা মাঙহন্দুনা নুংঙাইবা কয়া ফংগদগে খঙলবা কাওবন্সু অশিবদগী করম্না নাম্থোক্কদগে হায়বগী উপায়দি তশেংনা খঙদে। শিবগী পৈষ্ক্ষে য়োরক্লবা মতমদা কয়া পেম্নগদবা পোংনা মঙোন্দা নুংঙাইহনগনি? মীহাৎপুংদা পুশিল্লক্লবা মী অমদা করিগুম্বা অমনা মাবু পেনহনবা ঙমদে।

স্বর্গগী নুংঙাইবা ভোগ ফংগনি হায়না বেদনা তাক্লিবা অসিসু মতম খরদংদগীনি। মথোয় অদুসু ময়ান য়াওদনা পুমশেং শেংনা নুংঙাইবদুসু নত্তে। স্বর্গদা কাওবা কল্পক-থন্বন্‌বা, শীংনবা, মাঙ-তাকপা, মাঙথরকপা, মরান শী-মবা, মীংয়েং মান্নদবা অমম্নং পূক্নীং তত্তনা লৈতাদবা অসিমচিংবা লৈরিবনি। নুংঙাইবগী ঙমখৈ অমা নাইরিবনি। স্বর্গগী নুংঙাইবা ভোগ ফংনীংবদসু বিঘ্নি কয়ানা থুরৌ থাংবনা মসিসু লোউবগুম্বা মহৈ ফংদে। মরম অদুনা স্বর্গ কাওবা অকবা করিস্সু ওইদে।

যজ্ঞ তৌহনা দেবতাশিংবু পূজা তৌজরিবা মী অদুনা মাগী তৌজরিবা যজ্ঞগী ফলনা স্বর্গ ফংই অদুগা দেবগুম্বা স্বর্গগী নুংঙাইবা ভোগ ফংই। মহাক্না তৌজবা অকবা কর্ম্মগী ফলনা মহাক্না ফজরবা ফিজেৎ-লৈতেং ফংদুনা বিমান্‌ তোংদুনা স্বর্গগী অপ্সরা-শিংগা লোইন-ভিন্নদুনা লৈ অদুগা গন্ধর্বশিংনা লৈশি-লৈপোল্লি। দলাই অদু মানা মীংবা মতুং ইন্না চৎলি। দলাই অদু শরিক মচা মচানা লৈতেংই। মহাক্না দেবতাশিংগী লৈকোন্দা ফুগী

অপ্সরাশিংগা লোয়নবা পুক্নীং শুদ্ধংবা মতম লেল্লি অদুগা মহাক লৈখা তারক্কনি হায়রবগী রাখল তৌদে। মহাক্না তৌজরকপা পুণ্য কর্ম্মগী মহৈ লোইত্রিমখৈদি স্বর্গগী ভোগ কংদুনা অদুম লৈ। মহাকী পুণ্য কর্ম ফল লোইরবা মতমদাদি মহাক্না নীংজবগী মায়েক্তা মতমগী শক্তিনা লৈখা অমুক তারকই।

কমাগুণনা ফত্তবা সজদগী শাস্ত্রনা য়াদবা কর্ম্ম তৌবদা হৈনরবদি, মাগী মপুক্নীং ইন্দ্রি খুদুম চপ্পবদি, য়াম্না কামুক ওইরবদি মীহৌ চাউবা সুপী নহাদা নিশা চুরবদি, জীবদা অশোক-অপন থোকহল্লবদি, শাস্ত্রবিরুদ্ধ ওইদুনা শা-ঙা মুংশি খণ্ডদনা হাংলবা অদুগা ভুত অমদি রাক্ষসপু পূজা তৌরবদি মহাক অদু উপাই কংলবমখৈ মখল মখলগী নরক্তা তাই অদুগা অকনবা তমগুণ কংদুনা লৈ। মহাক্না অকিবগী মশক ওইরবা তামসিক দেহদা পোক্রুই।

মরম অসিনা কর্ম্ম হায়বদি সকাম কর্ম্ম তৌরবদি অরাবনা পোলোই ওই। দেহনা সকাম কর্ম তৌদুনা মীওইবনা অমুক হন্না পোক্নুনা অনৌবা দেহ কংই। মতম শুহাকী ওইবা দেহ অসিগী মপু ওইবদা করি মুংঙাইবা লৈরিবগে? দেহ অসিদি শিবা মাইবনি খণ্ডলবদা কর্ম অসিদা হৈনবনা করি মুংঙাইবা লৈরুখিগনি?

কল্প কল্প চুপ্পা লৈরক্লবা স্বর্গ লোকশিং অমসুং মখোয়গী মপুশিংনা ঐবু কিরিবনি; প্রবার্দ্ধ অসি (চহি বিলিওন লিশিংতরা) লৈরক্লবা ব্রহ্মামহক্সু ঐবু কিরিবনি।

মরম অসিনা প্রবৃত্তি মার্গনা ময়া-মমং, অনা অয়েক কংহল্লি। মসিবু থাদোক্কদবনি। মতম চুপ্পদা আনন্দ কংবা অমম্তুং শিবা লাইত্রবা কংহাল্লবা নিবৃত্তি মার্গদা আশ্রয় তৌগদবনি।

মক্লেনা কম্ম তৌই অহুনা গুণনা ইন্দ্রিশিংবু লমজিংই। জীবনা গুণ অমম্তুং ইন্দ্রিশিংগা শম্নহনা লৈবা মরমনা তৌখিবা কর্ম্ম অহুগী মহৈ চায়।

গুণদগী থোরকপা পুক্নীংগী থল অহুদা ভেদ ওইরবদি নত্রগা চাং লাইদ্রিবংথৈ আস্বাদস্তু মথল-মথা নাইগনি নত্রগা খেন্নরক্কনি আস্বাদা মথল-মথা নত্রগা খেন্ননা উরিমথৈ মী অষ্টেগী মথা পোন্দুমা লৈখিগনি। জীবনা মীখা পোন্দুনা লৈরিমথৈদি মহাক ভগবান্দগী অকিবা লৈগনি। মরম অসিনা, অসিগুম্বা মথলগী কর্ম্ম অসিদা চম্থরকপা মীনা অরাবা কংই অমম্তুং মায়ানা পুল্লি।

গুণগী থল অহু চাং লাইত্রবা হায়রবদি অনৈম-অবাং লাক্লবা মতমদা গুণ অহুনা তোঙান-তোঙানবা চাংদা পুনশীনথ্রবা মতমদা ঐবু মতম, আত্মা, বেদ, বিশ্ব-জগৎ, স্বর্গ পুক্নীংগী মওং ধর্ম্ম, আইন অসিনচিংবা কৌই।

উদ্ধবনা হায়রম্মী; হে ভগবান! ব্রহ্মানা দেহগী মঙ্গুংদা চংহনা লৈরবস্তু দেহগী গুণনা মাবু করম্না পুনশিনবনো? দেহ অমা কংহনা অমদি শকলোন হোংনা. লৈরিবা গুণশিং অসিগী মঙ্গুংদা জীবনা লৈরিরমথৈ মাবু গুণশিং অহুনা করম্না পুনবা ঙমত্রিবনো? মহাক্লা আকাশকী মতৌগুম্না মনীং তৌনা লৈরবদি করম্না মানা মায়াগী মঙ্গুংদা চংলিবনো?

অরান্ খুভম ফংলবা অমসুং মায়ানা পুন্নবা আত্মাশিংগী শাক্তং অমসুং খুদম করি করিনো ? মখোয়না করম্না হিংবগে অমসুং লেমবগে ? মখোয়না করি মত্রগা করম্না চা-থকপগে ? মখোয়না মশাগী দেহেগী কর্ম্মদা করম্না পূক্নীং চঙবগে ? মখোয়গী য়াহিপ; কম্ফম, ফগা-চৎপা করম তৌবগে ?

মহাক্না হৌরমশিং অসি তাকপীদুনা ঐবু জ্ঞান পীনবিয়ু। নঙদি পূম্নমক খঙবনি অসিগুম্বা বাহংগী পাউখুম খঙবশিংগী মমুংদা নঙনা খ্বাইদগী অখোইবনি। আত্মা অদুমক মতম চুপ্পগী ওইনা মায়ানা পুন্দুনা লৈরব্রা নত্রগা অরানকম অদুম ফংদুনা লৈরব্রা ?

## মায়ানা পুনবা অমসুং মোক্ষ ফংবা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী : গুণশিংগা মন্নী লৈনবা আত্মাবু মায়ানা পুনবা নত্রগা মোক্ষ ফংবা হায়বনৈ অদুবু তশেংবমক্তি অম্নুম্না ওইদে। গুণশিং অসিদি মায়াদগী হৌরককম ওইবনা অদুগা মখোয়দি মায়াগী খুৎশেম ওইবনিনা মখোয়দি মায়ানা পুনবা নত্রগা মোক্ষ হায়বদু লৈতে।

অরাবা অমসুং শেয়ারবা রাখল, মুংঙাইবা অমসুং অরাবা, হকচাং অমদা ফংলিবা অসিকাওবা মায়ানা মরম ওইবনি। মঙদা উরিবা পুম্নমক পূক্নীংগী মায়া রাখল ঙাক্না ওইবগুম্না পোকপা অমসুং শিবগী খোঙচৎ নত্রগা সংসার হায়বসি অশেংবা অরেপ্পা নত্তে।

হে লৌশিং চাউরবা! ঐগী অংশ (শরক মচেং অমা) অমা ওইরিবা জীব অসি তমগুণনা (অপঙবা রাখল) মরম ওইরছনা অহৌবা নাইদবমখৈ মায়ানা পুল্লি অছুগা জ্ঞাননা মরম ওইছনা অরানবা (মোক্ষ) ফংই। তমগুণনা মরম ওইছনা মাবু মায়ানা পুনবনা মহাক্না মহাক অসি ঐঙোন্দগী তোঙানবনি খল্লি। মহাক অমস্তুং ঐ অমত্তনি হায়বগী জ্ঞান ফংলবা মতমদা জীব অছু অরানবা (মোক্ষ) ফংই।

লৌজিক্তি দেহে অমখক্তংগী মল্লংদা লৈমিন্নবা অড়গা মগুণ-দদি পুমতোপ তোঙবা মায়ানা পুল্লবা অমস্তুং অরানফম ফংলবা আংগী খেন্নবছু তাক্লগে।

মশক মতৌ মান্নবা অছুগা মরূপস্তু ওইনবা উচেক অনিখক (মরমদি অনিমক চিং-স্বরূপনি তাঙ্গা অমদগী উপাল অমত্তদা (হকচাং মঙম শামিন্নররে। উচেক অমদি (জীব) উপাল অছুগী মহৈ (কর্ম ফল চারিই মতমগুদা অতোপ্পা উচেক (ঈশ্বর) অমছুদি উপালছুগী মহৈ খক চাদ্রবস্তু মপাঙ্গল হেন্না কল্লি, অমছুদগী শক্তি হেন্না লৈ।

কর্মগী মহৈ চাগ্রবা মাছু অশিংবনি। মহাক্না মহাক মশামকপু অতোপ্পগা মান্নমা খড়ই অছুগা উহৈ চারিবা অছুমদি অমছু গুম্না ওইদে। অবিদ্যা (জ্ঞান লৈতবা) ওইরবা মহাক অছু মায়ানা পুল্লি অছুগা বিদ্যানা লৈতেংলবা (ঈশ্বর) জ্ঞান্না থল্লবা অছুদি মতম চুপ্পগী ওইনা অরান্-খুভম ফংলবা ওইরে।

জ্ঞানীশিংদি দেহগী মনুংদা লৈরবস্থ মঙ মঙলুবদগী মীংকপ থোরকপগুম্না দেহগী মায়ানা মাবু পুনবা ঙমদে। অদুগা অপঙবা শেরান্নবা বাখল পুবা মী অহদি মঙ মঙহুনা লৈবগী মতৌগুম্না দেহগী মায়ানা মাবু পুল্লি। অপঙবা মী অহনা মঙ মঙহুনা লৈরিবা মী অংগী মতৌগুম্না মশাবু দেহ অহনি হায়না লৌই।

ইন্দ্রিনা পোং পূন্নমকপু খঙই। জ্ঞানীশিংদি পোংশিং অদুগা মাগা মান্নবা লৌদে। মরম অদুনা পো শিং অদুগী গুণনা মাবু শোকপা ফাবা ঙমদে।

অপঙবা মীনা, হৌথিবা কর্ম্মগী ফলনা পুন্দুনা মাগী ইন্দ্রিনা কর্ম্ম তৌরিবা হকচাং অসিগী মনুংদা লৈরবফাওবদা, কর্ম্ম তৌরিবহ মহাক্কি খন্দুনা অসুম লৈবা! তাথরকপা ওই।

জ্ঞানীশিংনা তূম্বা, কম্বা, চংপা, ঈরুজবা. উবা. শোকপা. মনম নম্বা, চাবা, তাবা অসিনচিংবা কর্ম্ম পূম্বদা অপাম্বা থম্ম্‌দবনা অপঙবা মীগুম্না মাবু সংসার মায়ানা পুন্দে।

মরমদি অদুগুম্বা কর্ম্ম অহ তৌবদা গুণনা (ইন্দ্রিনা) খঙবনি আত্মানা নত্তে হায়বহ মহাক্না খঙই। মহাক্না মহাকপু মখোয় অদুগা মান্নবা খন্দে। মহাক্কি, তৌরিবা কর্ম্ম অদুগী তুমিন্না লৈবা সাক্ষি ওইনা লৈবতনি নত্রগা ইন্দ্রিশিংগী চেতনা ওইনা লৈবতনি। মহাক্না প্রকৃতিগী মনুংদা লৈরবফাওবদা আকাশ মুমিং অমসুং মুংশিংকী মতৌগুম্না. মাবু গুণশিং অহনা শোকপা ঙমদে। মহাক দেহ মনুংদা লৈ অহবু দেহ অদুদদি নপশিন্নবা লৈত্তে। ঈশিংদা মুমিংকী মমি তাই অহবু মুমিং

অহৌ ঈশিংগী গুণনা ফাদুনা থম্বদি ওইদে। নুংশিংনা মক্কম খুদিংদা লৈহনা চংলি অদুবু নুংশিংনা করিগুম্বা পোৎ অমদা নপশিল্লুবদি লৈতে। আকাশ মক্কম খুদিংদা পাক্না শন্না লৈ অদুবু করিগুম্বা পোৎ অমদা আকাশনা নপ্লুবদি লৈতে।

বৈরাগ্যগী শক্তিনা দর্শন ময়েক শেংলকই। চিংনবা পূন্নমক কোক্লকই। জ্ঞানী অহনা তুন্নবদগী হোগংলকপগুম্বা মহাক্না ভেদ নাইরিবা দেহদগী অমসুং পোৎশিংদগী থেদোকই। জীব ব্রহ্মনি হায়বা জ্ঞানগী মীংয়েংনা মাগী চিংনরম্বা পূন্নমক শেংহল্লি, মাগী অপাম্বা পূন্নমক বৈরাগ্যগী থাঙশাংনা ককথংখি. মক্কম খুদিংদা মহাক্না ব্রহ্মবু উই ; অদুগা মাবু অমুক হন্না ভেদ ভাবতগী উরিবা নহ্রগা চমন্নবা মায়ানা পুন্দ্রে। মঙ মঙলুবদগী মাংকপ থোরকপা মীনা মাগী মঙদা উখিবা পোৎ অদুনা মাবু অমুক হন্না পুনদবগুম জ্ঞানীশিংদি মখল মথেল উরিবা ভেদ ময়াম অসিনা মাবু অমুক হন্না পুনবা ঙমদে।

তৌগে নীংনা নহ্রগা থোরাং অমা তৌরুদনা মথন্তনা তৌজবা শোর হোনবা, ইন্দ্রিগী মথৌ, পুক্নীং অমসুং বুদ্ধিগী মথৌনা দেহগী মমুংদা লৈরবসু দেহগী গুণদগী নাম্থোকই। মাবু দেহনা কাদুনা থম্নবসু মাদি কর্ম্মগী গুণনা পুন্দে।

মী অতৈনা মাবু অশোক-অপম পীরবদা অমসুং কনাগুম্বনা মাবু পূজা তৌরবদা মাগী মক্কমদা করিগুম্বা অওনবা মচেং অমত্তং পক্রুবা মী অহৌ জ্ঞানীনি। মী অতৈনা অকবা থবক তৌবগীসু নহ্রগা ফত্তবা থবক তৌবগীসু নহ্রগা বাহৈ কন্দুদবগীসু

মহাক্না থাগৎল্লুবা নত্রগা দোষ তৌবা লৈতে। মহাক্তি দোষ গুণদগী লাম্থোকপ্রবনি। গুণ নত্রগা দোষ অমত্তবু মহাক্না খঙদে। মহাক্তী পূম্নমক্তা মাল্লবা মীংয়েং থমই। মানা করিগুম্বা অমত্তবু তৌবা লৈতে, করিগুম্বা অমা ডাঙবসু তৌদে, অকববু ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু করিগুম্বা অমত্তা খল্লুবা তোদে। মশাগী আত্মাদা আনন্দ ফংহনা লৈ। মহাক মশাগী আত্মাগী আনন্দদা লুপ্পুনা লৈ অদুগা শক্তি য়াওত্রবা পোং অমগী মতেংগুম্না মপাম্থোংগী সংসারদা করিসু থোশাদনা কোয়চৎ চংলি।

কনাগুম্বা মীনা বেদ চঙখোম্না খঙলবসু মপুক্কীংনা ব্রহ্মদা য়ুনা লৈত্রবদি, আত্মাবু হেক হকথেংননা খঙবা ঙমদ্রবদি মানা হোৎনজবা পূম্নমক অ, মচা পোক্তবী শন্বী অমা লোইবগুম্না কানবা ফদে।

শঙ্গোম থোকপা লেপত্রবা শন্বী লোইবা, মপুকচেল শেংদবী সুপীগা লেমিল্লবা, মীনা খুহুম চনবা দেহে অমা লেংইবা, য়াইতম্বা, মমল য়াওদ্রবা ইচা অমা য়োকপা, মতৌক চাবা মীওইদা দান তৌনদ্রবা লল লোইবা অমসুং ঐগী গুণ মহিমা য়াওদবা রাহৈ রাতা শিজিল্লবা মী অহ অহাবদগী অহাবদা তারবা মী অগনি।

জ্ঞানীশিংনা, সৃষ্টিগা মরী লৈননা তৌরিবা ঐগী শেংলবা কর্মগী মহিমা গুণ য়াওদবা, পালন তৌবগী গুণ শল্লুবা অমসুং সংহার তৌবগী গুণ থাদ্রবা নত্রগা মীওইবনা য়াম্না পাম্নরিবা ঐগী অবতারগী লীলাদা মগুণ থাগৎপা রাহৈ য়াওত্রবা, রারেম ডাঙবদা হৈনরোইদবনি।

অসিগুম্নবা বিবেক-বিচার অসি তৌদুনা ঐখোয়গী আত্মাদা ভেদ ভাবতকী মায়া অসি শেংদোক্কদবনি।

অসিগুম্না বিবেক বিচার তৌদুনা আত্মাগী মমুংদা ভেদগী থোকহনবা মায়া পুরক্লিবা অসি ঐখোয়না শেংদোক্কদবনি। ঐখোয়না করিগুম্বা পোৎ খুদিংদগী অসুম অসুম থাদোক্কদবনি অমম্লুং কর্ম্ম পূম্নমক লেপ্কদবনি। নপুক্লীংনা ব্রহ্মদা ঈংনা চপ্লা থম্বা ব্রহ্মনিষ্ঠ) ওমত্রগনা মহৈ নিদবা (নিস্কাম কর্ম্ম) কর্ম্ম পূম্নমক, মরম থমদনা ঐঙোন্দা কখোক্কুনা তৌ।

[ হৌজিক্তি শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তীগী লম্বী
তাকপা হৌরক্লে ]

হে উদ্ধব! শ্রদ্ধা (থাজবা) লৈবা, সংসারবু শেংদোক্লবা মঙ্গলগী মশকমক ওইরবা ঐগী বারী তাজদুনা, ঐগী নাম-গুণবু লেঙদনা শক-পোক্লদুনা, ঐগী পুন্সিগী কর্ম্ম নিংশিংজদুনা, কর্ম্ম খুদিংমক ঐগীদমক্তা তৌজদুনা, ঐবু মাগী অমত্তা ওায়রবা চঙজকম ওইরবা অদুগা কর্ম্ম খুদিংমক ঐগীদমক্তা চথরবা, অনিংবা ইচ্ছা অমদি লম-নচিংবসু ঐগীদমক্তা তানবা ওইরবা মীনা নিত্য (অপেক্ষা) স্বরূপ ওইরবা ঐঙোন্দা অনি লোঙত্রবা ভক্তি ফংই।

মহাক্লা যোগী ঋষিশিংগা লোয়নজ্জদগী ঐঙোন্দা ভক্তি থম্বা ওমজদুনা মহাক অদু ঐবু নীংজবা অচেৎপা ভক্ত ওইশিল্লকই। যোগী ঋষিশিংদুনা তাকপা মতুং ইন্না মহাক্লা হপেংনা ঐবু ফংই।

# সাধু অমসুং ভক্তি

উদ্ধবনা হায়রম্মী: হে মতিক মগুণ চাউরবা ইবুংঙো। নঙগী অনিঙবা মতুং ইন্না সাধু হায়বসি করম্বা মীওইবুনো? করম্বা মখলগী সাধুবু নঙনা খ্বাইদগী চানবগে? নঙোন্দা চঙজবদা করম্বা ভক্তিনা মহৈ চাউবা ওইগদগে? নারদ অমসুং অতৈ ঋষি কয়ানা তাকপিরম্লবা ভক্তিশিংগী মমুংদা কংবা মখলগী ভক্তিনা নঙনা খ্বাইদগী পেনবিবা ওইবগে?

হে মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা চংহুনবা সাসন তৌবিরিবা, বিশ্ব-জগৎকী মবুংঙো, থৌজানবিহুনবা মদিবু ঐঙোন্দা তাকপি-রোইদ্রা মরমদি ঐদি ইবুংঙো নঙগী চরণখাদা তুজরবনি। ঐগী ভক্তি পূরমক নাংঙোন্দা থমজরবনি অহুগা ঐদি ইবুংঙো নঙগী নকমদা চঙজরবনি! হে ইবুংঙো! নঙদি পরং-ব্রহ্মনি, আকাশকী মতোঙুম্না ওমথৈ নাইদবান, মায়া অমসুং গুণগী বাংমদা লৈবা পুরুষ অহুনি। নঙগী ঈচ্ছাভনা মরম ওইহুনা পৃথি অসিদা অবতার ওইরবনি।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী: কনাগুম্বা জীবগী মকমদা কত্তবা নত্রগা য়েক্কবা বাখল থমদনা মীমুংশি লৈমু, অপাবদগী খাঙহ্, লিংজেল পাঙ্লু, সত্য চেৎনা ভাকউ, দোষ চেন্দবা পুক্নীং ওইযু, পুন্নমক্তা মায়বা মীৎয়েং থম্মু, অপাম্বা য়াওদনা পুন্নমক্তা অকবা তৌ, নপুক্নিং কাও, অতম্মা পুকচেল চেল্লু, নপুক্নিং শেংহ্, পুকচেল

চাউবা ওইয়ু, ধর্ম্ম চেল্লু, লন-পৈশিনবা ওইগনু পৈশা অমত্তা পাম্নদবা ওইয়ু, হাদবা ওইয়ু. চা-থকপদা ময়াম ওইনা চৎলু. পুক্নীং লাকশিনবগা লোয়নবা খোঙকম চেৎনা ঐঙোন্দা চঙজো, নপুক্নিংহু ঐঙোন্দা থম্মু. চেকশিল্লু পুক্নীং চাং চানা থম্নবা হৈ-শিংঙু, অথাঙ যাম্না কন্দুনা পুক্নীংগী ঈথক তরূকপু (লামবা, খোয়াংবা, পুক্নীং হ্রাবা, মায়ানা পুনবা, শিবা) লাকশীজু. মীহোন্দা ব্যংহার তৌরুবা নত্তনা মীঙোন্দগী ব্যবহার পাম্লুগনু, হৈ-শিংঙু, পুন্নমক্তা মরূপ ওইয়ু, থৌজাল হৈবা ওইয়ু. শিংঙু মখোয়শিংসি সাধু নত্রগা ঋষিগী লমচৎনি।

কনাগুম্বনা মশাগী ধর্ম্ম নত্রগা কর্ম্ম পুন্সিগী কর্ম্ম তৌবদা অয়াবা-য়াদবা কর্ম্ম মশক খঙলবা নত্রগা কর্ম্ম পুম্নমক অত্ত ঐগীদমক্তা থা-দোক্তুনা ঐবু পূজা তৌজরবা মী অত্ত সাধুশিংগী মরক্তা অথোইবনি।

কনাগুম্বনা "ঐ অসি কনানো, ঐ করিনো অমসুং ঐ অসি কয়াগী মতিক অমসুং করবা মথলগীনো" হায়বসি খঙনবু ওইরবদু নত্রগা খঙদনবু ওইরবসু মপুক্নিং অহনা কয়িগুম্বা অমদা থৈদোক্তনা ঐবু পূজা তৌজরবদি ঐগী বাখন্দদি মহাক অত্থ ভক্তশিংগী মরক্তা অথোইবনি।

ঐগী মূর্ত্তিবু অমসুং ঐগী ভক্তশিংবু দর্শন তৌরদুনা, শোক্ক-জদুনা পূজা তৌজরবা অমসুং সেবা তৌজরবা, ঐগী মহিমা অমসুং লীলাবু শকচ-শোজরবা, ঐগী বারী তাজবদা যাম্না খোয়াংজবা অমসুং থাজবা থম্নবা, মথক্কোইদা ঐদবু নিংলবা, ঐগী কর্ম্ম তৌবদা

মশা কথোক্লবা ; ঐগী জন্ম অমসুং কর্ম্মবু কুপ্না নৈনরবা, ঐগী অথোইবা মুমিংশিংদা ধর্ম্ম পালন তৌরবা, ঐগী মন্দিরদা ঈশ্বৈগা লোয়নন কুম্মৈ তৌরবা, মরাম পূম্না অপোই শাহুনা যন্ত্রনচিংবা খোংলবা, নগর কীর্ত্তন তৌরবা, চক্ৰীগী মরু ওইবা মুমিংশিংদা পূজা পোংলম লাগ্গদুনা ঐবু সেবা তৌরবা, বেদগী চংনবী তুংইন্না মন্ত্র দিক্ষা লৌরবা অদুগা ঐবু ব্যবহার থম্নবগীদমক্তা সংকল্প তৌরবা ; পূজা ফংজনবগীদমক্তা ঐগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌবদা মপূক্রং য়াম্না চঙলবা অদুগা ঐগী হৈকোল-লম্বী, হৈকোল, শম্নবুং অমসুং মন্দির শেমগৎ-শাগৎপদা মশাগী অঙম্বা উপায় নত্রগা মীগী শক্তি লৌহুনা তৌরবা, পুম্নমক্তু ঐহোন্দা কথোক্লবা, ঐগী মন্দির সেবা হায়বদি বাই-শিংপা, থাই-তৈবা, য়েক-খোংপনচিংবা লৈচোংগী থবক তৌবদা মনাইগী মতৌগুম্না সেবা তৌজরবা, নাপল তৌবা অমসুং মীনম্বা বাণ্ডাউ পাদোক্লবা, মানা তৌজরবা অফবা পবক্কীদমক্তা ভুমিদ্না লৈবা মতুনা নাপল তৌনা ফম্না চাওদবা, ঐহোন্দা কংলকপা করিগুম্বা থমদংদবু ওইরবস্ত্র লম্নাইগী নত্রগা ইশাগী ওইজনবগীদমক্তা শিজিন্নদবা অসিনচিংবশিং অসিনি ঐগী থৌজাল অমসুং লেঙব্রবা আনন্দ শোয়দনা ফংনবা লম্বীদি। মথোয়শিং অসি ভক্তি লৈবগী মওংনি। মথোয়শিং অসিবু তুংইন্না চংচরবদা থম্মোইদা ভক্তিগী মরু হুল্লকনি।

সাধারন মীওইনা য়াম্না পাম্নরিবা অমসুং ঐ ইশানা হেক্তিম্না পামজরিবা বস্তু অদুবু ঐহোন্দা সেবা ওইনগদবনি। মদুগুম্নবা

সেৱা অহুনা মতম চুপ্পগী অফবা নত্রগা ওমথৈ নাইত্রবা মহৈ ফংহনগনি।

মুখিৎ, মৈ ব্রাহ্মন, শন্দী, বৈষ্ণব (ভক্ত) অভিয়া, নুংশিৎ, ঈশিং, পৃথিবী, হৃদি অমসুং জীব মখোয়শিং অসিনি, হে মরুপ, ঐবু পূজা-সেৱা তৌজগদবা মফমনি। মখোয়শিং অসিদনি ঐবু পূজা-সেৱা তৌজনবা তীর্থনি। ঐবু সেৱা ফংজনবা তীর্থ মফম তরা-মাথোইত্ত মখোয়শিং অসিনি।

বেদ-মন্ত্রনা ঐবু মুখিত্তা পূজা তৌ, মৈদনা ঘী হৈহুনা ঐবু পূজা তৌ, ব্রাহ্মনদনা পীজ-পীথক তৌহনা লুনা তৌহনা ঐবু পূজা তৌ শন্দীদনা শক্তিক পীজহুনা সেৱা তৌ, বৈষ্ণব নত্রগা ভক্তগী মফমদনা ব্যবহার, থৌজালগী মীৎয়েং অমসুং তরাম-তরাম্না ওকপ-মচিংবা তৌহনা, থম্মোই-নুংগী আকাশতনা চাং নাইনা ধ্যান তৌহনা পূজা তৌ, নুংশিৎনা প্রাণগী মশকনি খন্দুনা, ঈশিংদনা পূজাগী পোৎলম কয়ানা হায়বদি ঈশিং, উনা, লৈনচিংবনা কৎলু, পৃথিবীদনা অশেংবা মন্ত্রনা, দেহদা নত্রগা জীবদনা চাম-থক্লবা পোৎলম্না তৌ অতগা জীব পুম্নমক্তা মান্নবা (সমতা) ভাবকা লোয়ননা ঐবু ক্ষেত্রজ্ঞ ওইনা পূজা তৌ।

হায়রিবা পূজাগী মফমশিং অসিদা ঐখোয়না অচৌবা অতপ্পা অমসুং লাকশিন্নবা পুক্নিংগা লোয়ননা ঐগী চতুর্ভুজ ওইরবা মোইবুং, চক্র, গদা অমসুং থম্বাল পায়রবা তপ্পা ঈংলবা থৌজালগী মূর্তিবু থম্মোইনুংদা পূজা তৌ পুক্নিং লাকশিন্দুনা ঐবু ইষ্টদা (যজ্ঞ তৌহনা) অহুগা পূর্তিদা (পুখ্রি, লৈকোল, মন্দির শাবনচিংবা)

ঐবু নিংশিংদুনা সাধু অমসুং ভক্তশিংদা সেবা তৌরবদি মপুং ফারবা ভক্তি অহুবু কংই।

হে উদ্ধব! সাধু– সঙ্গ তৌবগী কংলকপা ভক্তি নত্তনদি মুক্তি কংনবা অতোপ্পা লম্বী পংলৈ লৈতে মরমদি ঐদি মখোয়গী উপকারনি, পন্থুংনি অমসুং চঙজফমনি। হে যদু শাগৈদা পোক্লবা! হৌজিক্তি, য়াম্না অথুপ্পা ওইহনমু অকুপ্পা ভক্ত অসিবু মঙোন্দা তাক্লগে মরমদি নংসে ঐগী ইনাইনি, মরূপ্পি অমসুং লোয়নবনি।

---

## (সৎ-সঙ্গগী মগুণ)

পূক্নীংগী অপাম্বা সংসার আশাবু ঙমখৎ নাইহনবা ঙম্বা সৎ-সঙ্গ (সাধুশিংগা লোয়নবা) গুম্বা নত্তনদি যোগ, সাংখ্য নত্রগা বিবেক্, ধর্ম, বেদ তম্বা, তপ তৌবা, সন্ন্যাস লৌবা, পূকচেল চাউনা দান তৌবা, ভিক্ষা পীবগী কর্ম্ম কয়া তৌবা, অগ্নিহোত্রন- চিংবা পালন তৌবা, ব্রততৌবা সংকল্প তৌবা, যজ্ঞ তৌবা, অথুপ্পা মন্ত্র শোনবা, তীর্থ মফমদা আশ্রয় তৌবা, যম - নিয়মনচিংবা লৌচৎ নিয়মশিং অসি তৌবনদি ঐবু লায়না ফংবা ঙমদে।

রজ অমসুং তামসিক গুণ চেল্লবা বৃত্র, ত্বশত্রি মুনিগী মচা, প্রহ্লাদ, দৈত্যশিং, অসুর অমসুং রাক্ষসশিং, গন্ধর্ব্বশিং, অপসরাশিং, নাগশিং, সিদ্ধশিং, চারনাশিং, গুহ্যকশিং অমসুং বিদ্যাধরশিং শাউচেক কয়াশিং অহুপা মীগী মরক্তনা বৈশ্যশিং, শূদ্রশিং, নূপীশিংনা অমদি মপোক নেথদগী নেয়বাজাৎ তারবা

মীশিংনা ঐবু কংখ্রিবা অসি জ্ঞানী অমসুং ধর্ম্ম-পূন্ত চেল্লবশিংগা সঙ্গ তৌরুবদগীতনি।

বৃষপর্ব বালি, বানা, মায়া, বিভিষন, সুগ্রিব, হনুমান, জম্ববান শওম, গজেন্দ্র শামু, জটায়ু লাংজা ভুলধর কৌবা গলোমব, ধর্ম্মব্যাদ্ধ কৌবা উচেক কাপ্পা, কুব্জা কৌবী নখোনবী নৈয়োনবী, ব্রজদা লৈবী গোপীশিং, বৃন্দাবনগী মনু দা যজ্ঞ তৌরিবী ব্রাহ্মনগী মূপীশিং অমসুং অতৌশিং পূন্নমক বেদ ভমলুদে; জ্ঞান কংনবগীদমক্তা পণ্ডিত অমদি জ্ঞানীশিংগী মফমদা চৎলুদে, মখোয়না সংকল্প নত্রগা ব্রত তৌবস্থ লৈতে, মখোয়না তপ তৌবস্থ লৈতে অহুবু মখোয়না ঋষি অমসুং সাধুশিংগা লোয়নজবদগী ঐবু কংই।

যোগ-সাধনা নত্রগা সাঙ্খ্যনা, দান তৌবনা, সঙ্কল্প তৌবনা, তপ তৌবনা, যজ্ঞ তৌবনা, বেদ তম্বা অমদি নৈনবনা নত্রগা বৈরাগ্য-নচিংবা অভ্যাস কয়া তৌবনা কংবা ঙমত্রবা ঐ অসিবু সাধু অমসুং ঋষিশিংবু সঙ্গ তৌজবদগী কংলুকপা প্রেমতনা গোপীশিংনা অমসুং শঙী কাওবনা, উপালশিংনা, শাশিংনা, লিমশিংনা অহুগা জ্ঞান মপূত্ত কানা চেন্দ্রবা মীশিং কাওবা মপুং কাবা ওইরক্লুনা, ঐবু কংই।

ঐবু মথুরাদা অক্রুরনা বলরামগা লোয়নবা পুরবদা, অচেৎপা ভক্তিনা ঐঙোন্দা সমর্পণ তৌপ্রবী গোপীকাশিংনা ঐবু কায়নবগী মৈচাক্লা মথম্মোই চাকখি। ঐবু নত্তনা কয়িগুম্বা অমত্তনা মখোয়দা আনন্দ পীবা ঙম্মদে। ঐনা বৃন্দাবনদা লৈরিঙৈদা মখোয়না থাইদগী মুংশিক্লবা ঐ অসিবু অহিং কয়া লোয়নজবদা

মীংকুপ অমত্তংদগী মতৌগুম্না খঙ্গুব্রবী গোপীকাশিং অহু ঐগা কায়নবদা যুগ কয়াগুমক্রে। যোগীশিংনা সমাধি ওইরকপা মতমদা, হায়বদি ভুরেলশিংগী ঈশিংনা সমুদ্রগী ঈশিংদা লুপশিন-খিবগুম্বা মতমদা, মায় অমম্তং রূপম্ব মাঙখিবগুম্না ব্রজ গোপীকাশিং অহু ঐগোন্দা অকনবা প্রেম-রাগ থমচুনা মপূক্লিং অমম্তং মথম্মোইনা ঐগোন্দা চেৎনা থমখিবনা মখোয়না মশাগী দেহ, মরী-মতা নত্রগা অনকপদা অয়াম্বদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকপু খঙবা ঙমখিদ্রে।

ঐগী অংশংবা মওং হায়বদি ঐ অসি পরং ব্রহ্মনি খঙজদবা পুকচেল চম্নবী গোপীকাশিংনা ঐবু মখোয়গী চায়জবা মরু ওইনা খঙবা অচুনম্ব মখোয় চা-লিশিং কয়ানা, সং-সঙ্গ হায়বদি অশেংবগা লোয়নবগী শক্তিনা, পরং-ব্রহ্ম ঐবু ফংই। মরম অচুবা দে, উদ্ধব, বেদগী অয়া য়াদ, প্রবৃত্ত কর্ম অমম্তং নিবৃত্ত কর্মনাচংবা তমগদৌরিবা নত্রগা তমগ্রবা পুম্নমক থাদোকউ. মসিনা বিধিনি মচুনা বিধি নত্তে হায়বগী বাংমদা চংলু। শ্রুতি নত্রগা স্মৃতি, তৌ মত্রগা তেংগনু হায়বা য়াথং থো শারুমনু। থম্মোই লুপ্না ভক্তি পুম্নমক্না জীব পুম্নমক্কী আত্মা ওইরিবা পরমাত্মা ঐগোন্দা আশ্রয় তৌজো। অসুম্না তৌরবদি, করিগুম্বা মায়বৈদগী, করিগুম্বা কারণদগী অকিবা লৈরোই

ভগবাম্না হায়রম্মী: পুম্নমক্কা থরায় পীনবীরিবা পরমাত্মা অসি য়াঙলেন শরুগী চক্রদা শক উংলি। মহাক্না প্রাম অমম্তং শব্দগী কূপ্নবা শরুক্কা (পর) লোয়নমা মূলাধার চক্রদা চঙ্গ্রে। হেন্না

হেন্না কুপথবা মওংদা কায়বদি পূক্নীংদনা স্বভাব ভোবা ওম্বা পস্যান্তি, মধ্যমচিংবা মওংদা চংলুরগা মমৈথংদদি মহাক্না হেন্না পোৎথোরকপা খোন্দোক নাইবা শব্দ য়াওবা, অনেম-অরাং নাইবা ময়েক মাত্র, স্বর অমসুং বর্ণ (ময়েক) য়াওবা থোরকই।

শব্দোক্না তাকপা :- খোঞ্জেল-খোন্দোক শেংবা থোরকইবা অসি দিব্য শব্দগী অরোইবা অমসুং অপোৎবা খোন্দোক্নি। খোঞ্জেলগী থাইদগী বাংবা মওং, অহৌবা খোঞ্জেল, দিব্য শব্দদু পরানি। পরা শব্দ বাথলগী হৌকখনি নত্রগা বাথলগী লেম্ফমনি। মসিনা শব্দগী অহানবা থোরকফমনি। পরাদদি শব্দ অসি তোংঙান্নবা মওংদা লৈ। পরা, পস্যান্তি, মধ্যম অমসুং বৈখরীনচিংবা অসি শব্দগী তোংঙান তোংঙানবা কাংলুপনি। মধ্যম অসিনা মরক্তা লৈবা ভাওথাক্লিবা শব্দগী মওংনি। মসিগী লৈফমদি থম্মোইদনি।

পস্যান্তি শব্দগী লৈফম্না খোয়দোম্বনি নত্রগা মণিপুর চক্রদনি। অকৃপ্পা মুংগী ভাব উবা ওম্বা যোগীশিংনা, মশক-মচু লৈবা লোল পূম্নমক্তা অমত্তং ওইবা, অদুগা খোন্দোক মখল অমখক্তংদনা চংলিবা, পস্যান্তি শব্দ অসিবু থগবা ঙমই। পস্যান্তি শব্দ নত্রগা খোঞ্জেল অসিদদি ভারতকী মীনম্ন, ইউরোপকী মীনম্ন, অমেরিকাগী মীনম্ন, জাপানগী মীনম্ন, শা অমসুং উচেকশিংনম্ন পোৎ অমদা চপ মান্নবা ভাব ফাওই। হকচাং লেঙবা হাইবা তৌরিবা অসিবু বা ভাঙদবা অকৃপ্পা লোল মখল অমনি। মসি মীপুম খুদিংদা চপ

মাঙনা অমত্তা ওইরিবনি। করিগুম্বা লৈবাক অমগী মী অমনা মপুক লাল্লরবা মতমদা মখুৎনা মচীন্দা পায়রগা হকচাংগী লেঙবা মওং অদু চপ মান্ননা অদুম ভোগনি। পস্যান্তি অদুমখক্তংদনা নাকোংদা শক্তি পীরগনা ভাবা ওই. মীৎতা শক্তি পীরগনা উবা ওই অদুম্না পস্যান্তি অমখক্তংদনা পোৎশক ওল্লরবা মতমদদি তোংঙান তোংঙানবা শব্দোম লৌরকই। ভগবান্না মচাকী মায়াগী শক্তি অসিদা তোংলগা অহানবমক্তদা মূলাধার চক্রদা পরবাণী ওইনা উৎলি; অদুগা খোয়দোংদা লৈবা মণিপুর চক্রদনা পস্যান্তি ওইনা পোৎশক ওইরয়ে; অদুদগী থম্মোইদনা মধ্যম ওইনা লৈরে, মথং মথং ওইরকপনা মতুংদদি খোমাউ অমস্তুং চীয়াম্দা শক উৎলরে। বৈখরী শব্দ পুম্নমক মাগী (ভগবান) খোঞ্জেলনি। মসি বিরাট পুরুষগী খোঞ্জেলনি।

মীং, উ নচিংবগী মপুংদা মৈনা মৈশা লোত্তুনা লৈরগা মহুবু কয়া ভকপদা মুংশিংকী মতেংনা মৈরীক ওইনা কাপথোক্লুনা, অদুগা মথংদা মৈরী মচা থোক্লুনা. মৈথংদনা মী হৈজীনবদা অচৌবা মৈশা য়াওবা মৈরী ওইরকপগুম্না ভগবানদু শব্দগী শকওং লৌহুনা কোংদোকই। মৈশানা পরবাণীগা মান্নরে, মৈরীনা পস্যান্তিগা মান্নরে, অপীকপা মৈরীনা মধ্যমগা মান্নরে অদুগা অচৌবা মৈশা মৈরীনা বৈখরী নক্তগা ভাবা য়াবা খোঞ্জেলগা মান্নরে।

মতৌ অদুম তৌহুনা শব্দ খোম্থোক অসি ঐগী শকওংনি। অসিগুম্বনা, থবক তৌবা, লেঙবা-চৎপা, থী-মুং কায়বা, মনম

নম্বা, মহাও খঙবা, উবা, শোকপা, তাবা ৱাখল খনবা, জ্ঞান তৌবা, নীংবা নত্রগা আশা তৌরিবা, বিবেক তৌরিবা চপ মান্নবনি হায়না ভাব তৌরিবা,সূত্র নত্রগা তাইবংগী জ্ঞান-শক্তি সত্ত্ব রজ অমসুং তমগুণগী অহোংবা লাক্লিবা পুম্নমকশিং অসিন্দু ঐগী শক্লোম্নি।

ঈশ্বর অসি অমত্তনি, শক্লোন উত্তবনি (অব্যক্ত) নত্রগা অহৌবদদি তোংতান্দবনি। অদুবু মহাক্তি আশ্রয় তৌনকম নত্রগা গুণ অহুমবু ধারন তৌবা মরমনা. বিশ্ব-জগৎ অসিগী হৌরককম থম্বাল ওইবা মরমনা মতমগী মনুংদা মহাক অসি তোংতান তোংতান্দুনা মখল মাম্না উরকখি হায়বদি মরূ অমবু লৈবাক্তা হুন্দোক্লবদা মচা মান্না পোক্তুনা পাম্বী ময়াম উবা অদুগুম্বনি।

লংগী মনুংদা কি মচেৎ য়াওবগুম্না, বিশ্ব-জগৎ অসিন্দু মাগী ময়ুং-মফেল ওইনা আম্মাদা তোংলিবনি। সংসারগী উপাল অসি অহৌবা নাইদনা কুইরবনি। কর্ম্মনা মাগী শাজংনি। মসিদা লৈ (কর্ম্ম) শাংলি, মহৈ (ভোগ) য়াল্লি অমগা মোক্ষ (কর্ম্মগী মহৈ) কংই, পাম্বী অসিদা মরূ অনি য়াল্লি (পাপ পূন্য); মরা চাম (মশীং খীওমত্রবা আশা) পাল্লি; মউ অহুম লোওই (সত্ত্ব, রজ,তম); মশা মচা তরামাখোই (জ্ঞান ইন্দ্রি ৫ কর্ম্ম, ইন্দ্রি ৫, পুরীঃ) লো-ই পাম্বী অসিনা রস মখল মঙা থোকওল্লি (খোজেল, শোকপা, মওং, মহাও অমসুং মনম); উপাল অসিদা উচেক অনিগী (জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা) মহুম লৈ; উপাল অসিগী উকু অহুম [ পুরীঃ

মথল অহুম হায়বদি বাত (নুংশিৎ), পিত্ত (অথাবা মহৌ), স্লেশ্মা (লোক, নত্রগা শিংলৌগী শরুক, কৌরাক্তগী থোরকপা অথাবগী মহৌ, লোক্তৌ ওইবা পুক্লৌং]; উপাল অসিদা উহৈ অনি য়াল্লি। (নুংঙাইবা অমসুং অবাবা) অহুগা নুমিৎ য়োনা বাংথৎলি। নুমিৎকৌ মকোয় অসিগী বাংমা লান্দুনা চৎপ্রবা মহাক অহু অমুক হন্না পোকপা লৈত্রে।

খুঙ্গংদ লৈবা লাঙলানা ( গৃহস্থ, হায়বদি য়ুম্থাল পুল্লিদা য়াম্না পামশিনবা মীহৌচাউবা য়ুম্বুরেল ) অরা-অনাগী উহৈ অহুবু চায় অহুগা উমংদা লৈবা ( সন্ন্যাসীশিংনা ) বিবেক-বিচার অমসুং জ্ঞাণ লৈবনা মরম ওইদুন হংস হায়না কৌনরবা ( কাংভ ) মখোয়না আনন্দগী উহৈ অহুবু চায় হায়বাদ আত্মানন্দবু ফংদুনা লৈ। শ্রীগুরুগী কৃপাদগী, মায়ানা মরম ওইরদুনা ময়াম ওইনা উরিবা ঈশ্বরবু অমথক্তনি খঙসবা মহাক অহু সত্যবু অমদি বেদবু খঙলবনি।

শ্রীগুরুবু সেবা অমসুং পূজা তৌজবদগী ফংলকপা অনি লোঙত্রবা ভচেৎপা ভক্তিনা ময়া ফেংদুনা থৌরবা জ্ঞানগী শীংজংনা ঈংবা কপ্লা সংসারগী উপাল অসিবু কবথৎলু অহুগা পরমাত্ম ভগবানবু দর্শণ ফংলবা মতমদা মঙগী খুৎলাই অহু থাদোক্লা হায়বদি আত্মাজ্ঞান ফংনবগী হোৎনজবহু লেপ্লো।

---

## গুণশিং

ভগবাননা হায়— সত্ত্ব, রজ অমসুং তম অসি পুক্কীং অমসুং বুদ্ধি ( প্রকৃতি ) গী গুণ অহুমনি আত্মাগী নত্তে। মরম অদুনা ঐখোয়না রজ অমসুং তমগুণবু সত্ত্ব গুণনা লাকশীন্দুনা অহুগা সত্ত্ববুনা সত্ত্ব মশামক্তা লাকশীনহনগদবনি।

মীওইবনা মপুক্কীং অত্তদা সত্ত্বগুণ চঙলক্লবদা ঐত্তোন্দা ভক্তি ওইবা ধর্ম্মবু ফংই। সাত্ত্বিক ওইবা পোৎ চাক্তা শিজিন-নবদগী সত্ত্ব হেনগৎলকই অদুদগী ধর্ম্ম ফংই। সত্ত্বগুণ হেনগৎ-লকপদগী ফংলকপা লৰা নৈত্রবা ধর্ম্মনা রজ অমসুং তমগুণবু মাঙহল্লি। গুণ অনি অসিবু মাঙহনপ্রবদা রজ অমসুং তম-দগী থোকখিবা অধর্ম্ম হায়বা অহুম্ন থুনমক মাঙখি।

বেদ শাস্ত্র, ঈশিং মী, লম, মতম, কর্ম্ম, পোকপা, ধ্যান তৌবা, মন্ত্র অমসুং পুক্কীং শেংদোক্লবগী যজ্ঞ তৌবা অসি সত্ত্বগুণ হেনগৎনবা মরম তৌরানি। মখোয়শিং অসিগী মসুংদা ঋষিশিংনা খাগৎলিবনা সাত্ত্বিকপু‍নি অহুগা নিন্দা তৌরিববুনা রাজসিক গুণবুনি।

সত্ত্বগুণ হেনগৎনবগীদমক্তা ঐখোয়না সাত্ত্বিক ওইবা পোৎ চাক্তা শিজিন্নগদবনি অমসুং সাত্ত্বিক ভাব চেৎবা মীওইশিংগা লোয়নগদবনি ; মদুদগী ধর্ম্ম লিংখৎলকই অহুগা ধর্ম্মদগী জ্ঞান পোক্লকই. অদুদগী আত্মা সাক্ষাৎকার ওইরিবকাওবা য়োৎথ-লকই, মতুংদদি সংসার মায়াগী বন্ধন পুম্নমক লোইনা ফংখি ;

শন্দোক্লা তাকপা— ব্রহ্ম স্বরূপ ফংবা হৌবগদোবা সাত্বিক ওইবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিংবু তমগদবনি। অমৌবা লাইরিক উপন্যাস অমদি কান্নদবা লাইরিক পাঁয়োইদবনি। থাউ মনম হুংশিবা, যু, আফিং শানচিংবা শিজিন্নয়োইদবনি। মহাক্লা ঋষিশিংদগী তিন্নগদবনি। সাংসারীক ওইবা মীওইশিংগা তিন্নয়োইদবনি।

মহাক্লা অশেংবা ঈশিং শীজিন্নগদবনি। অচৌকপা অঈংবা মফম য়েংহুনা লৈগদবনি অদুগা সড়ক অচৌবা ময়া অমদি হুরার শান্নফম য়ুমদদি লৈরোইদবনি। ব্রহ্মমুহূর্ত নত্রগা হুমিং থোকপা মতমদনা ধ্যান তৌবগী অফবা মতমনি অদুগা পুক্লীংবু চাইহনগদবা মতম অদুদি নত্তে। অপাম্বা থমদবা অমম্বুং ওইজবা থিদবা কর্ম তাক্ত তৌগদবনি— ওইজবা থিবা কর্ম তৌরোইদবনি। অশেংবা ধর্ম্মদা মন্ত্র দিক্ষা লৌবা হৌগত্‌-ফদে। মন্ত্র দিক্ষা লৌবনা অফিগুবা মপোক ওইহল্লি। ভগবাদ্দা নত্রগা নির্গুণ ব্রহ্মদা ধ্যান তৌগদবনি। ওম্, শ্রীরাম, ওম্ নমঃ সিবায় ওম্ নমো নারায়ণায়, ওম নমো ভগবতে বাসু-দেবায় অসিনচিংবা মন্ত্রনা হেন্না কৈ অদুগা সংসারগী চাওখৎপা থৌরম ফংনবা মন্ত্র অদুদি তৌরোইদবনি। পুক্লীং অসি শেংদোকদবনি।

অসিগুম্বা সাত্বিক কর্ম তৌবনা সত্ব গুণ হেনগৎলি। সত্ত্ব অসিবু ঐথোয়দা লৈরবদা লৌচৎ অপুম্বা সাত্বিক ওইরকই। ঐথোয়না সত্ত্বগুণগী মহৎস্য ওইরবা অঈংবা অতম্পা ফংলকই। মসি ধর্ম্মনি। অধর্ম্মনা মসিগী ওন্না-তৌনবহুনি। অধর্ম্মনা

ঐখোয়গী পুক্নীং চিংথোকই অমস্তুং লৈতাংকম থওদে। ধর্ম্মবু জ্ঞানা তুংইল্লি। পুক্নীং অসি ঈংলবা অমস্তুং ভগ্নবদা মসিদা সত্যাগী মমি তারকই অদুগা সত্তাবু মপূঙকানা থডলকই। গুণশিং অদু মখোয় মশেল থাডনগ্রবদা, অন্তরজ্ঞানা ব্রহ্মবু হকথেংননা থডলক্লবা মতমদা থওলিবা অদুনে. থংগদোক্লিবা অদুনে অদুগা থওবা অদুনে অমথক্তং ওইশিনখি— মাক্লিখি। হায়রবদি জ্ঞাতা, জ্ঞান, জ্ঞেয় অহুম্মক অমত্তা ওইশিন্নখি। ত্রিপুতি নত্রগা অহুম্না পূনবা অদু থাওখি সাধক, সিদ্ধি অমস্তুং সাধ্য অহুম অসি অমথক্তংদা ওইশিনখি।

উমংদা হৌগা উ মশেল তকুবংগী তৌরকপা মৈনা উংং অদুবু চাকথেক্লব মতুংদা মৈ অদু মথল্লনা মুৎচিখিবগুম্না গুণ অহুম্না ভোৎনহনা পুথোক্লবা ঐখোয়গী দেহ অসিসু মৈগী মতৌগুম্না মুৎখি। দেহ অসিদা জ্ঞান কাওরকপনা গুণশিং অদু মাংহনখি।

## পূক্নীংবু ইন্দ্রিগী অপাম্বা পোৎশক্তগী করম্না লৌথোক্কদগে

উদ্ধবনা হায়— হে কৃষ্ণ, ঐখোয়গী ইন্দ্রিশিংনা পাম্নুং-ঙিবা পোৎশকশিং অসিনা ঐখোয়বু অরা-অনং থোকচল্লি হায়রবসি মীপুম খুদিংনা থওমরবনি। অদুবু ঐখোয়না কল্লিগ-দমক্তা হুইগুম্না, গদাগুম্না মত্রগা হাবেংগুম্না পোৎশিং অদুবু কংগে হায়না অদুম তারিবনো?

ভগবানা হায় — বিবেক-বিচার লৌবা মীগী থম্মোইদা মকচাংগা মরী লৈনবা "ঐ" হায়বা অহানবা খাখল অসি পোক্লকই অহৎদগীদি মাগী পুক্নীং অহু অকিবগী মশক ওইরবা রজগুণনা মপু ওইরে। অদুবু পুক্নীং মশামকী হৌরকফমদি সত্ত্ববিনি। রজগুণনা থল্লবা পুক্নীং অসিদা চিংনবা অমম্ভং অপাম্বা কয়া পোক্লক্লে। মহাক্না থ-বা হৌরক্লে মতুদি "ঐনা অদুম অম্বা পোক্ত অসি অম্নম অম্বা মওংদা লুংচাইথোকনি।" অহৎদগীদি পুক্নীং অসি পোং অদুগী ফজরবা গুণ অদুদা ভোংহনা। লৈরগা থল্লি হে কয়াদা ফজরবা। কয়ানা নিংথিজরবা। অম্নগা কয়া পাম্‌শিনবা মত্রগা কা হেন্দোকনা নীংশিংবা অমা লাকই।

অপঙবা মীদি অপাম খোয়াংবনা লাকহৎল্লে। মহাক্না মশাগী ইন্দ্রিয়বু লাকশিল্লে। মহাকপু রজগুণগী অকনবা মীচেম্না কুপথিবদগী মতুংদা অরা-অনং নত্রগা ফত্তবা ফল কংগনি থওনা থওনা কর্ম অদুবু তৌরে।

বিবেক বিচার লৈরবা মীবুন্ন রজ অমম্ভং তমগুণনা পুক্নীং চোইংল্লি অদুবু মহাক্না মখোয় অদুগী ফত্তবত্র থওবনা মহাক্না চুমদবমখৈ গপুক্নীং লাকশিল্লি অমম্ভং সাধন কয়া তৌই। মহাক্না পোংশক অদুদা নপাশিল্লুবা তৌদে।

ঐখোয়না য়াম্না চেকশিন্না অমম্ভং অথাও কয়া চেৎনা সাধন তৌহনা ঘর চনীং ভান' হোন্দুনা পুক্নীংনা ঐখোন্দা থমহনা পুক্নীংবু ভগ্ন' ভগ্না লাংফশিল্লকদবনি।

মসিমি, ঐগী শিষ্য সনক অমসুং অতৈশিংদা ঐনা তম্বীখিবা, পুক্নীংবু পোংশক থুদিংমক্তগী মাখপাক্কা লৌথোক্লুনা ঐহোন্দা লেপচবা ভগবনবা যোগ অদু।

উদ্ধবনা হায়রম্মী : হে কেশব! করম্না, করম্বা মতমদা অদুগা করম্না মওংদা ইবুংঙো নংনা সনক অমসুং অতৈশিংদা যোগ অসিবু তম্বীখ্রিবনো? মসিগী মরম ঐহোন্দা তাকপিয়ু।

ভগবান্না হায়রম্মী : ব্রহ্মাগী পুক্নীংদগী পোকখিবা সনক অমসুং অতৈ ঋষিশিংনা মপা ব্রহ্মাগী মফমদা যেগদী অকুপ্পা অমসুং পন্থুং করিনো তাকপিয়ু হায়জরম্মী। সনক অমসুং অতৈ ঋষিশিংনা হায়রম্মী, হে ভগবান। পুক্নীং অসি ইন্দ্রিয়না থজুক-উকলিবা পোংশক অদুদা নপাশিল্লুই অদুগা পোংশক অদুনা পুক্নীংবু অপান্থগী ইবাং হৌহল্লি। পোংশকশিং অদু অপাম্বা ওইনা পুক্নীংদা মরী চেংনা তাবা ওইরকই। পুক্নীংনা পোংভুগী গুণদা চঙ্গে অদুগা অপাম্বা হায়বদু ওইরক্লে অদুগা পোংশক-শিংগী গুণ অদুবু থজুবনা পুক্নীংদা অপাম্বগী মাশা ওইরকই। মুক্ত পাম্বলিবা মীনা করম্না অনি অসিবু থাইদোক্লবা ঙমগদগে? পোংশকশিং অসিগী অপাম্বগী বাংমদা চংনিংলিবা অমসুং থসিদগী লাহোক্লুনা মোক্ষ ফংনীংলিবা মীনা পোংশক পুক্নীংদা লৈরবীবা মরী অসিবু করম্না থাদোকদগে?

ভগবান্না হায়রম্মী : জীব পুম্নমক্পু সৃষ্টি তৌরিবা ব্রহ্মানা বাখল তৌরম্মী অদুবু মহাকী পুক্নীংনা কর্ম্মদা লৈখিবা মরম্না বাহংদুগী পাউখুম লাম্বা ফংলমদে। মরম অদুনা, বাহং অদুগী

মতিক চাবা দায়িত্ব লৈরবা পাউখুম পীনবগীদমক্তা ব্রহ্মা'না ঐবু স্তুতি তৌরকই। মরম অদুনা ঐনা ব্রহ্মাগী মমাঙদা কাংঙা ওইনা লেপ্লরে। মখোয়না (সনক অমসুং অতৈ ঋষিশিং) ঐঙোন্দা মতিক চাবা ব্যবহার তৌরদুনা চঙক্লগা ব্রহ্মাগী মমাঙদা ঐগী চরন্দা খুরুম্লগা বাহং অসিবু হংলকখি, নঙ কনানো?' অদুগুবু খঙনিংলবা ঋষিশিং অদুগী মফমদা ঐনা খুমখিবা পাউখুম অদু হে উদ্ধব, ঐনা নংগী নকমদা অমুক্তা হন্না তাক্লগে।

হে ব্রাহ্মণশিং! নখোয়না হংলিবা বাহং অসি আত্মাগা মরী লৈননা হংলবদি আত্মাদি মরাম নত্তে। মরম অদুনা বাহং অসি লৈকম থোক্তে। কনানা কনাদা পাউখুম পীগদৌরিবনো? নখোয়গী বাহং অসিদা ঐনা মপুং ফানা পাউখুম পীবা ঙমদবগী থুক্ষম করিনো? অদুগা নখোয়গী বাহং অসিনা হকচাংগা মরী লৈননা হংবা ওইরগম্ভ হকচাংবু শাগংলিবা ভূতশিং অদুদি জীব খুদিংদা চপ মান্নে। অদুগা পূম্নমক্তা লৈরিবা আত্মাস্ত অমথক্তংদনি হায়রবদি আত্মা অমত্তনা দেহ ময়ামদা চঙচুনা লৈবনি। মরম অদুনা 'নঙ কনানো' হায়রবা নঙগী বাহং অসি অর্থ লৈতে।

পূক্নীংনা, বাহৈনা উরিবা অমসুং ইন্দ্রি অতৈশিংনা খঙলিবা খুদিংমক ঐনি। ঐ নত্তবা অমত্তা লৈতবনি। মসিবু চুম্না খঙ্ঙু।

পোংশক নত্রগা পোত্তুগী মগুণনা পূক্নীংবু কাজিন্নি অদুগা পূক্নীংনা পোত্তুগী মগুণগী লাংদা খুবনি, হে ইচাশা। পোংকী গুণগা পূক্নীংগা অমগা অমগা তোংনন-যানদুনা তাশিন্নগা ঐ লুইরিবা জীবগী দেহবু শেন্নই।

শন্দোক্লা তাকপা - পূক্লীংনা ইন্দ্রিশিংগী লম্বীদা থোরক্লগা মপানগী পোংকী গুণগা শম্নরবদা, থোক্লিবা পূক্লীংগী মওং অহূ মায়ামা নক্লগা ত্রংগুণনা মরম ওইবদগী, জীবনা উপাধি ওইরিবা দেহবু মহাক্লি হায়না লৌক্লবদগীনি। জীবগী অরেপ্পা মওংদি ব্রহ্মনি নক্লগা ঐমক্লি। পোংশক্লা শম্নরিবা পূক্লীং অসি জীবগী অরেপ্পা মওংহূ ওইরবদি মথোয় অনি, থাইদোক্লবা হায়বহূ ওইথোক্লোই। অদুবু জীবগী অরেপ্পা মওং (রহস্য) দি ব্রহ্মনি। পূক্লীং হায়বসিদি জীবগী গুণ ওইনা লৈবদনি। পূক্লীং অসিদি জীবদা নপশিনবতনি। পূক্লীংনা জীবদা নপশিন্দুনা লৈবা মরম্না জীবনা পোংকী গুণ অহুগা শম্নবা মানবনি। জীবনা পোংকী গুণগা শম্নবদি পূক্লীং ফাওহূনা লাক্লগা শম্নবনি। জীবাত্মা অসিবু, 'ঐ ব্রহ্মনি হায়না খ্যান তৌহূনা পূক্লীং অমম্নুং পোংকী গুণ অহুদগী লৌথোরকদবনি। নঙ নশামক ব্রহ্মগা মাম্না খন্দুনা, পোংশকশিং অসিগী অনিত্য (অরেপ্পা ওইদবা-মাঙথিগদবা) ওইবা মওং অহূ পূক্লীদা মযি তাহন্দুনা পূক্লীংবু ■াম্নোংগী পোংশকগী অমুম অমুম লৈথোকহল্লু। পরমাত্মাগা নঙগা চপ মান্নবা মওংদা লৈবহূ নঙনা খওলক্লবদা মপাম্নোংগী পোংশকশিং অসি লৈতে হায়বহূ নথোক্লা ফাওরকনি। ভগবানবু পূজা তৌজবনা নঙ অসি ওমথৈনা মাইত্রবা সৎ-চিৎ-আনন্দ ব্রহ্ম অহূনি খন্দুনা নঙগী অশেংবা স্বরূপ অহূদা লৈতানা লৈবা ওমগনি।

মথোয়না নশামকপু ঐগা মান্নবনি খন্দুনা, পোংশকী গুণদা লেঙদনা নপুনা তোংলিবা নপূক্লীংবু পোংকী গুণ অহুদা নপ্পদগী

থাদোকদবনি অমুগা অপায-খোরাংবগী বাসনানা পুরুষংবু ঈরাং হোৎহল্লিবা পোৎশকশিং অমুবুন থাদোকদবনি।

তুমদবা ( জাগ্রট ), মঙ ( সপ্ন ), তুম্বা অমুম অসি গুণদগী খোকপা পুরুষংগী অবস্থানি আত্মাদি অবস্থা অমুম অসিগী রাংমদা লৈ। আত্মাদি পুরুষংগী মওং অমুম অসিদগী তোপ-তোপই মরমদি মানা মখোয়গী সাক্ষি ওইনা লেপ্লনি হায়বসি থর্ডমরবা অমস্তুং প্রমাণ তৌনরবনি।

পুরুষংনা খোকহল্লিবা মায়া লাং অসিনা পোৎশকী গুণশিং অমুবু জীবদা পীশিল্লি। মরম অমুনা, অবস্থা অমুমগী রাংমদা লৈপ্রবা মরিগুবা তুরিয় অবস্থাদা লৈহুনা নপুরুষংনা ঐখোন্দা লেপ্লগদা পুরুষংগী মায়া লাংদগী মহাক্না লাংহোকপা ঙমগনি। অমুদগীদি গুণ মত্রগা পোৎশক অমস্তুং মখোয়গী বাখল পুন্নমকপু থাদোকপা ঙম্লকনি।

জীববু মায়ানা পুল্লিবা অসি কত্তবা পুন্নমকী মরম ওইরবা 'ঐ' হায়বা অহংকার অসিনা খোকহল্লিবনি। ঐখোয়না অহংকার থাদোক্লদবনি অমুগা পুরুষংগী বাখল পুন্নমক, পুরুষংগা শম্নরিবা পোৎ পুন্নমক অমুগা পুরুষংগা মায়রিবা পুন্নমকপু থাদোক্লুনা তুরিয় অবস্থাদা লৈগদবনি।

মখল,মথেল য়াম্না উরিবা বাখল অসিবু বিচার লৌহুনা মাঙ-থান্নবমবৈদি মীওইবা ঐখোয় অসি ভশেংবা পঙলিবনি মঙদা মীৎ পাঙনা লৈবগুম্না মীৎ পাঙনা পাঙনা তুমলিবনি।

আত্ম নস্তুনা পোৎ পুন্নমক অনিত্যনি তোংঙান খোংঙাবৰা মওংগী ভেদ খোল্লিবা হায়বদি মহাক ব্রাহ্মণনি, 'শুদ্রা সুত্রনি,

ফুর্ণগী থওনবা লাকপদগী থোক্লিবা অবস্থা অহুমগী থেনবা থোক্লিবা হায়বদি মীৎ পাওনা লৈবা, মত মওহুনা লৈবা অমসুং তুম্বা অসি মায়ানি।

নপুক্লীং অহু ভোগ সংসারদগী লোথোকউ। আশা পূর্ণমক থাদোকউ। ঙসিংথো অদুগা নঙগী আত্মা স্বরূপ আনন্দদা লুপ্তনা লৈয়ু। তুমিন্না লৈয়ু, কর্ম্মদগী থেদোকউ। করিগুম্বদা বিশ্ব-জগৎ অসিবু নপুক্লীংদা কাওরক্লবা, করিগুম্বা মতমদা মসিবু নপুক্লীংদা অহুম উরবা, করিগুম্বা মতমদদা হিংবগী মরম ওইবা পোৎ-লকশিং অসিবু নপুক্লীংদা উরবসু মখোয় অহুনা নংবু মায়াগী লাংদা পুন্‌বা ওইহল্লরোই মরমদি নংনা মখোয়শিং অদুবু অরেপ্পা নত্তে অনিত্যানি হায়না খঙহুনা হন্দোকপ্রবনি, দেহ অসিনা তুমন্নিবা কাওবা নোংশীংবা ওইনা নপুংনা লৈগদবদনি।

মপুং কায়বা, জ্ঞানী ওইরবা অদুগা মশাগী অশেংবা স্বরূপপু মশক খঙলবা মীনা অরেপ্পা নাইত্রবা দেহ অসিবু কম্লিবরা নত্রগা লেপ্লিবরা খঙদে, হায়গী লৈকমদগী দেহ অসি চথোকপ্রবরা নত্রগা অমুক হল্লকরবরা হায়বসু খঙদে—হায়বদি মুগী নিশানা হাইহুৎলবা মী অমনা মশাদা পক্লিবা মকি মরোল অহু মশাগী মাহুখ্রবরা নত্রগা লৈরিবরা খঙদবা অদুগী মতৌগুমই।

দেহ অসিদি ভশেংনমক বিধাতাগী ঈথক্তা তাউহুনা লৈবনি, দেহ শেমথিবগী মরম ওইরিবা কর্ম্মফল চাবা লোইত্রিবা কাওবদি দেহনা প্রান অমসুং ইন্দ্রিশিংগা লোয়ননা মতম তাইহুনা লৈবনি। অদুবু যোগদা সমাধিগী থাক যৌরহুনা মধাগী অশেংবা মশক

থওলবা মীনা মওগী মতৌওঙ্গবা দেহ অমসুং ভোগ-সংসার অসিবু করিস্থু খোঁশাদে। মহাক্না মশাগী দেহনা অমসুং ইন্দ্রিয়না শয়রক-য়িবা পোৎশিং অসিদা অপাম্বা থক থম্নদে।

হে ঋষি! নংগী নকমদা ঐনা সাংখ্যাগী অথুপা তত্ত্বু ভাক্রে হায়বদি আত্মাগা অনাত্মাগা খেন্নবগী বিজ্ঞানবু ভাক্রে অদুগা মপূক্নীংবু করম্না লাকশিন্নগা সমাধি কংগদংগ হায়বগী যোগ নত্ত্রগা বিজ্ঞান অহুম্ব ভম্নীরে। ঐ অসে নংগী নকমদা ধর্ম্ম ব্যাখ্যান্ ভৌবা লাকপা, ধর্ম্ম অমসুং দর্শণগী মওাল নংগী নকমদা পীগে লাকপা বিষ্ণুনি হায়বা খঙ্ঙু।

হে অথোইবা ব্রাহ্মণশিং! ঐ অসি অথোইবা পন্থুং পোন্নোই অদুনি অদুগা যোগ অমসুং সাংখ্যগী পান্দম ভৌকম অদুনি, অচুম্বগী থবক ভৌরিবা অমসুং মদুগী নিয়ম ওইরিবা, থৌনা অমসুং লন, মীংচৎ-মহিমা, শক্তি, ফজবা অমসুং সংযম্ ভৌরিবা পূম্নমক্কুগী পন্থুং ঐনি।

লেওত্রবা গুণ পূম্নমক হায়বদি মান্নবা মীৎয়েং, অপান্বা থমদবা, অথোইবা গুণশিং অসি মপূং ফাদুনতা লৈবা, ভবথৈ নাইদবা, পূম্নমকী মরূপ ওইবা, মুংশিবা আত্মা প্রকৃতিগী গুণনা শোক্রবা ঐখোন্দা লৈবনি।

মতৌ অদুম্না সনক অমসুং ঋষি অতৈশিংগী চিংনবা পুম্নমক ঐনা শোংদোকপিখি অদুগা মখোয়না অয়ৌবা ভক্তিগা লোয়ননা ঐবু পূজা ভৌরদুনা ঐগী মহিমাবু শক-শোনখি।

মহর্ষিশিং মখুনা ঐবু মতিক চাবা পূজা তৌহনা ঐগী মহিমা শক শোল্লহনা লৈরিবৈদা ব্রহ্মাগী মীৎয়েং অতুমদুগী ঐনা ঐগী লৈফমদা হল্লকখি

---

## ভক্তি যোগ

উদ্ধবনা হায়রম্মী—হে কৃষ্ণ। বেদ-জ্ঞান লেব্রবা মীশিংনা মোক্ষ ফংনবগী লম্বী মথল মথল তাক্লি। মখোয় পুম্নমক্শিং অদু চপ মান্না মক ওইরবা নত্রগা মথল অমখক্তংদনা পুম্নমক্কী খোইববা?

ভগবান্না কয়ম্না ভক্তি অশ্রয় তৌরব্রা ভোগ সংস্কারদা লুপ্লীবা পুক্নীংবু সংসারদগী লাপ্থোক্লনা নঙোন্দা তিনশিন্নবা লম্বীদু তাকপিরে।

ভগবান্না হায়রম্মী— বেদ হায়না খঙনবা ঐগী ৱাহৈশিং অসি জগৎনা তুমখিবদা (সংহার) মতমগী ঈপাক্তা মাংখি। মসিবু অহানবদা (সৃষ্টি) ঐনা ব্রহ্মাদা তম্বীখি মতুদা পুরীংনা ঐগোন্দা ভক্তি তৌকনবা ধর্মগী লম্বীদু তাকখ্রে। ব্রহ্মানা ৱাহৈশিং অদুবু মচানুপা অহল মনুদা, মঙোন্দগী ভৃগুদা অমসুং চাউরবা ব্রহ্মর্ষি তরেৎতা মথং মথং তম্বীখি।

অদুগুম্লবা মপাশিং অদুদগী মখোয়গী মচাশিং হায়বদি দেবতাশিং, দানবশিং, গুহ্যকশিং, ক্লিমদেবশিং (তংখায় দেবা ওইবা)

অচুম্বা অমম্বুং মীয়ুংশি থগুবগা লোয়নয়বা ধর্ম্ম চংলবম্ব নত্রগা চেকশিন্না তপস্যা ওইহনা ভান ভান্নবম্ব ঐগোন্দা ভক্তি বাংনা লৈবা মী অহুদি পুমশেং শেংদোকপা ওইদে।

থম্মোই শেংনা, তু-চুংনা অমম্বুং হয়াও-মুংঙাইবগী পিন্নাংনা থজাইদা চেম্হয়ক্লবা ভক্তিনা ঐগোন্দা চঙজত্রবদি মপূক্কীং অহুবু করম্না শেংদোকপা ঙমগদগে ?

ঐগোন্দা ভক্তি বাংলবা মী অহুগী থম্মোই অহু, অচুম্বা চংপগী অমম্বুং মীয়ুংশি চাউবগী নত্রগা তপস্যাগা লোয়নয়বা বিদ্যা অবগী গুণ চেনবমম্ব, পূমশেং শেংদোকপা ওইদে।

থম্মোই ঈয়া হৌরবা ভক্তিনা, তু·চুংনা হয়াউ·মুংঙাইজবগী পিন্নাংনা থজাইদা চেম্বক্লবা মী অহুগী থম্মোই অহু করম্না শেংদোকপা ঙমগদগে ?

হীক্ক হীক্ক কপচবনা মখোল শেল্লবা, থম্মোই পেংচবা ইকাই ইকি বাংবা লাম্না করিগুমদা পেম্না কপথোয়ক্লবা নত্রগা নোকথোয়ক্লবা নত্রগা ঈশৈ লাউনা শক্তোবক্লবা অমম্বুং জগোই শাগংলক্লবা ঐগী ভক্ত অহুনা মশাদবু শেংদোকচবা নত্তনা জগং পূম্ববুম্ব শেংদোকই।

মৈ ঈক্কুনা ফুদোংলবা সনা'না হামগী অযোংপা পূম্নমক মাঙখিহনা সনাগী অশেংবা মশক অমুক কংবগুম্না ঐগোন্দা শ্রদ্ধা ভক্তি থম্বনা মরম ওইহনা ভক্তগী মপূক্কীংগী অযোংপা অহুগা কর্ম্মগী অপাম্বা ভাব পূম্নমক মথং মথং মাঙখিহনা মশাগী নিজ্য অয়্নপতা অমুক হন্দিল্লকুনা ঐবু কংই।

# "ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক"

## ধ্যান তৌবগী নিয়ম

উদ্ধবনা হায়রম্মী : হে ইবুংঙো ! মীওয়ানা থস্বাল মানবা সাধক অমনা মোক্ষ ফংনবগীদমক্তা ইবুংঙো নঙবু করম্না অমস্তুং করম্বা মওংদা হায়গদবদি শকনায়না নঙগী শকনায়দনা—মীংনা উনা নত্রগা উদনা ধ্যান তৌজগদগে হায়বদু তাকপীয়ু। ধ্যান তৌবগী লীচংনা করিনো, ধ্যান হায়বসিনা করিনো, করম্না থোওংদা অমস্তুং করম্বা রূপতা তৌজগদগে হায়বদুস্তু তাকপীয়ু।

ভগবান্না হায়রম্মী : অনানবা লৈতেম মান্নবা আসন অমদা য়াঙ-তিংনা ফকচাং কোমনা ফম্লগা, খুং অনিনা তম্পাক্তা থম্লগা অদুগা মীং অনিনা নাতোন মতোন্দা য়েংলগা সাধক অমনা ইন্দ্রি পুম্নমকপু খুদুম চম্লগা, স্বর হোনজিনবা (পুরক), স্বর থিংদুনা থম্বা (কুম্ভক) অমস্তুং স্বর অমুক হোন্দোকপা (রেচক) অদুগা অমুকস্তু তপ্না তপ্না ওন্ন-তৈনবগী অভ্যাস তৌদুনা প্রাণগী লম্বী অসিবু শেংদোক্কদবনি।

শরীর অমগী মখোলগা লোয়নবা 'ওম্' শব্দ অসি মুলাধরদগী মথকলোমদা পুম্নশন শন্দোকই। সাধক অদুনা শেংলবা খোম্থোক অমত্তা ওইবা তাঙবোম নাইদ্রবা থস্বাল লৈখোক্কা লংলাওম্লবা 'ওম্' শব্দ অসিবু প্রানায়াম তৌদুনা থম্মোই ফাওনা ইনথত্তুনা শরীরকী মখোলওম্না থকলোমদা থোকহল্লগা শব্দ অদুদা অমুক তিন্নশিনহনগদবনি।

মতৌ অসুম তৌহনা সাধক অহনা নোংমগী মমুংদা অহুমক 'ওম্' শব্দবু তয়ারক লোয়নহনা প্রানায়াম সাধন তৌগদবনি। সাধক অহনা শ্বর হোজিনবা অমসুং হোন্দোকপা মতমদসু খম্মোইমুংদা অংংপা লৈতনা 'ওম্' হন্না-হন্না শোনগদবনি। থা অমগী মমুংদা সাধক অহনা প্রাণবু খুহুম চনবা ঙম্মগনি। ফকচাং অসিগী মঃংদা, মথোক্না মথক ৎংলগা, লৈনা মখা থংলগা, মখারোমদা ওন্থহনা, মনা নিপাল অমসুং লৈরীক থমচেং য়াওনা, খম্মোই থম্বাল শাংলি। থম্বাল অসি পোমই। থম্বাল অসি মথকলোমদা ওনখংলগা ফুগায়না শাংহন্দুনা মতুং পূক্লিং চিংশিল্লু- ধ্যান তৌ। লৈরীক-থমচেং অহুগী মথক্তা মুমিং থা অমসুং মৈনা, অমনা অমগী মমুংদা লৈবগুম্না খল্লু। ধ্যান তৌবগীদমক্তা ফরবা অমসুং মঙ্গলগী মশক ওইরবা মখাদা পীরিবা মৈমুংদা লৈরিবা ঐগী মূর্তি অসিদা নপুক্লিং থম্মু—ধ্যান তৌ।

ঐগী মূর্তিদি— চুং-কীরান চানা চানবীহৈবগী মতৌনি, য়েংবদা পেনবীহৈবগী শক্তম্নি, অতপ্পগী মওংনি, ফজরবা পুম্বুম তানা শাংলবা পাম্বোম মরি পানবগী রূপনি, ফজরবা পুম্বুম্নরবা ওকশম পানবগী মওংনি, ফজরবা খজাই অমসুং থোজানগী মীনোক ওইবা শকফম্নি;

ফজরবা নাদা মকর কুন্দলনা লৈতেংবনি, খ্বাংদা সনাকীগেনা লৈতেংবনি, অমংবা নোংগী মুরৈনবা কুচুনি, থবাক্তা ফজরবা শ্রীবৎস চিহ্ন অমসুং লক্ষ্মী লৈবনি;

মোইবুং, চক্র, গদা, থম্বালনা পাম্বোম মরিদা লৈতেংবনি, থম্বাল অমস্তুং বনগী লৈ-পরেংনা ( বনমালা ) চক্লা খোনবনি, মখোল হৌরবা খোঙজীনা চরনবু লৈতেংবনি অদুগা ম্বাম্না লংনা চাল্লবা কৌস্তুভ মনিনা থবাক্তা চানবনি ;

কোক্তা লুহুপ্পা লৈতেংবা, খুদাংদা লংলবা খুজিনা লৈতেংবা অদুগা খ্বাঙদা খ্বাংজেং খোনবা, শাঙং-শাদা য়েংবদা ইপেন পেনবা, থম্মোই হুরফম মুর্ত্তি ওইবা, মায়থোং অমস্তুং মীত্তানা ম্বাম্না খেংনা মেঙবা খৌজানগা মীংয়েং ওইবা রূপনি ;

সাধক অমনা মপূক্লিং চেংনা অমস্তুং ঈংনা মথক্তা তাকপ্রিবা ঐগী মুর্ত্তি অসিবু লাকশিন্দুনা নীংগদবনি—ধ্যান তৌগদবনি। সাধক অদুনা মাগী মপূক্লিং অদু ঐগী শকথম পুম্নমক্তা চিংশিন্দুনা নীংগদবনি। অকনবা লিংজেন অমগা লোয়ননা ভোগ সংসারদা অপাম্বা থম্লিবা ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বদু লৌথোক্কদবনি। অদুগা হকচাং দলাইবু থোরিবা বুদ্ধিনা লমজিং ওইরগা সাধক অদনা ঐগী শ্রীমুর্ত্তি অপুম্বদা মপুক্লিং লুপ্না নীংগদবনি। অদুদগীদি মহাক্লা মপুক্লিং অদু ঐগী রূপকী শরুক অমদা হায়রবদি ঐগী মোমোন নোকপা মায়থোং অদুদদা, লুপশিনবা ম্বায়ে। সাধক অদুনা করিগুম্বা পোংশক অমদা ধ্যান তৌরোইদবনি। অদুদগীদি ঐগী মায়থোংদা থমলিবা পুক্লিং অদু লৌথোক্লগা অকাশ নক্রগা পরম কারণ ওইরিবা অদুদা লেপ্প। মদুস্তু অমুক থাদোক্লো। অদুগা নিগু'ণ ওইবা অশেংবা ব্রহ্ম ঐঙোন্দা মপুক্লিং অদু লেঙদনা থমলো। করিগুম্বা অমত্তা উপকল

খল্লুরগনু। ত্রিপুতি হায়বদি ধ্যান তৌরিবা মী অহুনে, ধ্যাম্না পামলিবা অহুনে অমসুং ধ্যান অহুনে ( সাধক, সিদ্ধি, সাধ্য ) মাউহনপ্পো। মখোয় অহুম্মক অদু অমখক্তং ওইহল্লু। অহুম খোক্লিবা ভেদ অদু কাউথোকপ্পো। মসি থাইদগী বাংলবা নির্বিকল্প সমাধিনি।

মতৌ অসুম তৌনা মপুং ফারবা সমাধিগী থাক য়োঙ্গলনা মহাক্কী মপুক্লিং অদু লুপাশিনখ্রবদি, মওান্না মওান্দা শিন্দশিন্নখিবগী মতৌগুম্না, ঐওোন্দা মহাক লৈবদু উরে অহুগা মওোন্দা ঐ লৈবহুস্মু উরে। মতৌ অসুম তৌনা অচেংপা ধ্যান তৌদুনা ঐ অমসুং মহাক অনি অসিবু অমখক্তং ওইনা উরবা নত্রগা সমাধি তৌদুনা মপুক্লিং লাকশিনখ্রবা যোগী অদুগী মফমদদি ভোগ মায়ানা পুনবা, ওমথৈ নাইরবা জ্ঞান অমসুং কর্ম্মনা পুন্দুনা থম্নবদু পুম্নাও মাঙখ্রগনি। মসিনি সমাধিগী মহৈ হায়রবদু।

## সিদ্ধি ( শক্তি )

ভগবান্না হায়রম্মী : ইন্দ্রি অমসুং প্রাণবু থুদুম চনখ্রবা, মপুক্লিং চাং অমদা পুখ্রবা, মপুক্লিং অদুনা ঐবুদা নীংদুনা লৈখ্রবা যোগী অদুনা মখল মথাগী সিদ্ধি-শক্তি ফংই।

উদ্ধবনা হায়রম্মী : হে কৃষ্ণ, ঐওোন্দা তাকপীয়ু, করম্বা মখল্ অমখক্তংগী সমাধিনা করম্বা মখলগী শক্তি করম্না ফংহল্লগ ? শক্তিশিং অদু মখল কয়া য়াম্বগে ? যোগীশিংদা সিদ্ধি পীরিবা অসিদ্ধি ইবুংঙো নঙদনি।

যুম্না য়াম্না চংপা ওস্বা (মনোজয়া), মীংলকপদা ওইমীংবা রূপ লৌবা ওস্বা (কামরূপ), অতোপ্পা মীগী দেহদা চংবা ওস্বা (পরকয়া প্রবেষ), দেবতাশিংগী হন্নাউ কুম্মৈদা য়াওবা, উবা ঙম্বা (দেবগণ সহক্রীড়ানুদর্শন), মশাগী মীংলকপদা শিব ওস্বা (স্বচ্ছন্দ মৃত্যু), অপাম্বা পোৎ ফংবা ওস্বা (যথাসঙ্কল্প সংসিদ্ধি) মীংলকপদা মকম খুদিংদা অপনবা পীবা ঙমদবা – মখোয়শিং অসিনা গুণগা মপ্নি লৈনবা সিদ্ধি তরানি।

হৌরবা, হৌজিকী অমসুং তুংদা লাকদবা মতমগী জ্ঞান (ত্রিকাল জ্ঞান) উবা ওস্বগী শক্তি, তুম্না তুম্না চংপা হায়বদি অঙৈংবা অমসুং অশাববু থুহ্ম চনবা ওস্বা, মীগী মপুক্কিং খঙবা ওস্বগী শক্তি. মৈগী মৈশা, নুমিৎকী মৈশা, ঈশিংগী অঙৈংবা, তুগী মন্নাই কাবগুম্বনা জয় তৌবা ঙমদবা নত্রগ কনাগুম্বা অমত্তনা জয় তৌবা ঙমদবা (পরাজয়) অসিনা হপবা সিদ্ধি মঙানি।

মখোয়শিং অসিনা ধ্যান যোগ তৌবদগী ফংবা শক্তিনি। হৌজিক কয়স্বা ধ্যান অমা তৌবনা কয়স্বা শক্তি ফংবগে অমসুং কয়স্বা মওংদা শক্তিশিং অহ্ ফংবগে হায়বহ্ ঐতোঙ্গী খঙলো।

কুপথ্‌বা ভূটকী মঙুংদা ঐ অসি কুপথ্‌বা রূপ লৌহ্না লৈ হায়না খল্লগা ঐবু মপুক্কিংদা চিংশিন্‌হ্না নিংলবা, হায়রিবা মওং অসিদা ঐবু অকুপ্পা রূপ লৌহনা ধ্যান তৌরবা, মকম খুদিংদা শীনবা খুংনা লৈরিবা তমথাক্রগুম্বা খন্নুনা মপুক্কংদা ঐবু ধ্যান তৌরবা, ইহান হানবদগী লৈরক্লবা এত্তোম মঙানি খন্নুনা ঐবু ধ্যান তৌরবা মী অহ্না এত্তোম নত্রগা অরিবা ওইবা ওস্বগী শক্তি ফংই।

১। মকম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈবা মহৎ-তত্ত্বগুম্বা ঐবু নীংলিবা মী অহুনা মহিমা নঙগা য়াম্না পাক-শনবা নত্রগা চাউবা নঙগা য়াম্না চাউথোরকপা ওবগী শক্তি ফংই। পাক্লা শন্না লৈরিবা মুহাওবা অতিয়াগী শকফম অমস্তুংমসিগী মহুংদা অহৌবগী লৈয়রুবা পোংলম মঙা ( মৈ, ঈশিং, নুংশিং, লৈপাক অমস্তুং অতিয়া ) অসিগী মপুনি খল্লুনা ঐবু থ্যান তৌহুনা নিংলিবা মী অহুনা মহিমা হায়বদি পোংলমশিং অহুনা পাক্-শন্নিবা অহুগা য়াম্না চাউবা ওবগী শক্তি ফংই।

অহৌবা মতমদগী লৈয়রুবা এতোমশিং অসিবু লৈহল্লকপগী অকুপ্পা মরম (কারন) ওইরবি খল্লুনা অমস্তুং পাক-শন্না লৈরিবা এতোমশিং অসিগী মপুনি খল্লুনা ঐবু থ্যান তৌহুনা নীংলিবা মী অহুনা লাঘিমাগী শক্তি হায়রবদি য়াম্না য়াংথৎপা ওবগী শক্তি অহুবু ফংই। মহাক্লা নুমিংকী মঙাবগা লোয়নননা নুমিংকাবা ওবই।

মকম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈরিবা সাত্ত্বিক অহঙ্কারগুম্বা লৌহুনা অমস্তুং ইন্দ্রিয় পুম্নমকী থুংগী থুঙ্গী পায়রবনি (পরমাত্মানি) খল্লুনা মপুক্লীংনা ধ্যান তৌহুনা ঐবু নীংলিবা মী অহুনা প্রাপ্তিগী শক্তি ফংই। মহাক্লা ইন্দ্রিয় পুম্নমকী মপু ওইরকই। মহাক্ল মথোয়শিং অহুবু য়াগী অমাংবা মচুং ইম্না চংহনবা ওবই মহাক্লা মপুলোইবীনা থাবু শোকপা ওবই।

অব্যক্তদগী পোকপা বিশ্ব ভাব নত্রগা মহৎ-তত্ত্বগ রূপ পুবা খল্লুবা ঐবু পূক্লিং থিংজিন্না নিংলবা, মহাক মপামক মহৎ-তত্ত্বগী শক্তি অমাংনি খল্লুবা মপাবু পুল্লী তৌরবা অহুপা মহাকী

অকাশতা ধ্যান তৌরবা অমস্তুং পুক্নীংনা মহুদা লূপশিনখ্রুদা মী অদুনা অরাপ্পগী খোঙেন ওাবা ফংই। মীংনা নুংঙঙা অদুগা মুমিংনা মীংকা তিন্নবা মপুক্নীং লাকশিন্না, ঐ মখম অদুদা লৈ খন্দুনা ধ্যান তৌরিবা মহাক অদুনা অরাপ্পদা লৈংবা পোং কাওবা উবা ঙমই। মহাক্না বিশ্ব-জগৎ পুম্নমকপু উবা ঙম্বগী অকুপ্পা শক্তি অদুবু ফংলকই।

মপুক্নীংনা ঐঙোন্দা লূপ্তুনা থম্লগা অদুগা হকচাংনা পুংশিংকা (বায়ু) অমগা ওইশিন্দুনা যোগী অদুনা মপুক্নীংনা খল্লু-খলুবা মফমদা মশাবু য়াংনা পুবা ঙমই। ভোগ সংসারগী কারণ পুক্নীংনা ওইবনি খন্দুনা ঐবু ধ্যান তৌদুনা যোগী অদুনা মানা ওইনীংবা রূপ লৌই। যোগী অদুনা অতোপ্পা মী অমগী হকচাংদা চঙনীংলকপা মতমদা মহাক মশামক মী অদুগী হকচাং মমুংদা লৈরবগুম্না ধ্যান তৌগনি। অদুংগীদি প্রাণ অদুনা মহাক্না হকচাংদু থাদোকই অদুগা হরিংখোইগী মতোংগুম্না মপানগী পুংশিং কাওদুনা অতোপ্পা মী অদুগী হকচাংদা চঙই।

মুংশা স্বরবু খুদুম চন্দুনা অদুগা হকচাংগী চক্র তকক কাওদুনা মথং মথং কোক নত্রগ ব্রহ্মরন্ধ্র কাওবা পুখংলকপা ঙম্নবা মহাক অদুনা মহাক্না হিংনীংলিবা মতম অদু কাওবা হিংলগা থাদোক্নীংবা মতমদা মশাগী দেহবু থাদোকপা ঙম্নবা শক্তি ফংই। খুনীংদা কম্লগা অদুগা প্রাণবু থম্মোয়দা, হৃদয়দা, খোনাউদা অমসুং লরাই লেম্ফুদা পুখংলগা লরাই লেম্ফুগী অহোংবদা— ব্রহ্মরন্ধ্র কাওদুনা লাক্লগা ব্রহ্মদা ভিনশিন্দুনা যোগী অদুনা দেহবু থাদোকই।

কনাগুম্বরা স্বর্গগী লৈকোন্দা শান্নবীংলবদি মহ'ক্না ঐঙোন্দা ঙাংগিবা সত্ত্ব অসিদবু থনগদবনি। অহুনগীদি সত্ত্বগুণদগী পোকপা স্বর্গগী অপ্সরাশিংনা বিমানগা (মুংশিংকী দলাই) লোয়ননা মহাকপু ঙাইহুনা লৈগনি।

করিগুম্বা রূপ অমদা ভৌনীংবা মতম অমদা যোগী অহুনা মপুক্নীং লাকশিন্নুনা ঐগী সত্যম অমসুং শোয়রবা নাইদ্রবা ঈচ্ছানা মরুম ওইবা মূর্ত্তিবু ধ্যান তৌরবদা মহাক্না রূপ অহুমকপু ফংই।

ধ্যান তৌহুনা ঐগী পরমাত্মা স্বরূপকী থাক অসি য়েৌনা ফংলবা মহাক অহুনা ঐগী শক্তি পুম্নমক ফংই অহুগা ঐগুম্না মহাক্নসু জীব অতৈবুসু লাকশিনবা ঙমই। ঐনা ভৌবগুম্না মহাক্না য়াথংবুসু করিগুম্বা মফমদা থৌওইদবা ভৌরোই।

ঐবু ভক্তি ভৌনা নীংজবনা মপুক্নীং শেংদোক্নবা অহুগা ঈশ্বরবু ধ্যান তৌহনা নীংজবদা মপুঙ ফানা লৈ-শিংলবা যোগী অহুনা হৌগ্রবা, হৌজিক ওইরিবা অমসুং মতুংদা ওইরকদবা ঊবা অহুগা মশাগী অমসুং মী অতোপ্পগী পোকপা অমসুং শিবগী পুংফম থওবা ঙম্নগী শক্তি ফংই।

ঈশিংদা লৈবা জীববু ঈশিংনা অরাবা পীদবগুম্না, ঐঙোন্দা মপুক্নীং মুংনা লৈতানা লৈরবা যোগী অহুগী দেহ অহুবু লৈনচিংবা পোংনা মাওহনবা অরাবা পীবা ঙমদে।

শ্রীবৎস, খুৎলায়শিং, লৈতেংশিং, কীরান, পে অমসুং চামরক্না লৈতেংবা ঐগী মূর্ত্তিবু ধ্যান তৌহুনা নীংলিবা মহাক অহুনা মায়থীবা থক ফংদে।

মথক্তা হায়খিরবা অসিগুম্না মপুক্রীং লাকশিন্না ঐবু ধ্যান তৌদুনা নীংশিব' যোগী অদুনা মথক্তা পনখিবা শক্তিশিং অসিবু পুন্না ফংই।

মপুক্রীংবু, ইন্দ্রিশিংবু, স্বর অমস্তুং হকচাংবু খুদুম চনশিন্দুনা শুদ্ধা অমস্তুং ভক্তিগা লোয়ননা ঐবু ধ্যান তৌদুনা নীংজরবা যোগী অদুনা শক্তি পূম্নমকপু ফংবা ঙমগনি।

অদুবু ঐহোন্দা খ্বাইদগী যোইরবা ভক্তি যোগ সাধন তৌরিবা, ঐগী খোজান ফংলবা অমস্তুং ঐবু লোয়নজবা ফংলবা ভক্ত অমগী মকমদদি হায়রিবা শক্তিশিং অসি করিস্তু কারদবা 'বস্তুগী মশক্তি, মতম মাঙনবনি। যোগ শক্তিশিং অসিবু বিস্থিনি হায়বা লৌইন মরমদি শক্তিশিং অসিবু হৈনরবদা অমস্তুং পুক্রীং চঙহৌদনা লান্না শিজিন্নখ্রবদা ভক্ত অদুনা ঐহোন্দ চংশিল্লকপদ পম্বা ওইবা য়াই। অসিগুম্নবা যোগ শক্তিশিং অসিদা হৈনবমা ভক্ত মশানা মশাবু কাউথোকখিদুনা ঐহোন্দা ভক্তি তৌদুনা-বানা তাঞ্জরক্রবা তপস্যা অদু মাঙখিবা য়াই।

ঐবু ধ্যান তৌদুনা নীংজবনা, পোকপদগীনি নত্রগা হিদাক্রনি, নত্রগা তপ তৌবননি নত্রগা মন্ত্রননি হায়নরিবা শক্তি পুম্নমক অদু ঐগী ভক্তনা অদুম ফংজে; মদুম অদুনা বনাগুম্না য়াতাপ্পা রুখলদা যোগগী লম্বীদা চঙশিন্নেইদবনি।

যোগ শক্তিশিং অসিবু থোককল্লিবস্তু ঐমা মরুম ওইবনি। শক্তি পুম্নমক্কী শক্তি লৈবুবা মপু ব্রহ্মগা বনুংদ্দা অদু ঐনি। ব্রহ্ম-রুদ্রশিংনা, দেব গন্ধর্বশিংনা ধ্যান তৌরম্নবা যোগী জাত অমস্তুং ধর্মগী মপুস্ত ঐনি।

জীব পুম্নমক্কী আত্মা ঐনি। মখোয়গী থম্মোইন্নুংদা লৈরিবা আত্মা অদু ঐনি। ভূত মশানা জীবগী নুংদা অমস্তুং মপান্দা অদুগা ইতোপ-তোপনস্থ লৈবগুম্বা করিগুম্বা অমত্তনা ঐদু কোনশিন্দনা ঐনা মখোয়গী মনুং-মপান থৌংনা লৈবনি।

## ভগবানগী বিভূতি নম্রগা শক্তিশিং

উদ্ধবনা হায়রম্মী: ইবুংঙো নঙদি করিগুম্বা অমত্তনা রুপশিন্দ্রবা অহৌবা নম্রগা অরোইবা নাইদ্রবা পরং-ব্রহ্ম অদুনি। ইবুংঙো নঙদি জীব পুম্নমক্কী শিবা অমস্তুং পোকপা. হোকপা অমস্তুং ভাকপগী মরমস্থ নঙনি।

হে ভগবান — বেদগী অশেংবা জ্ঞান ফংলবা ব্রাহ্মনশিংনা ইবুংঙো নঙবু নঙগী অশেংবা রূপতা অদুগা অনেম-অরাং, অচৌ-পিশক থাক্তনা জীব খুদিংদা চঙদুনা লৈরিবা সত্যম ওইনা নিংই; অদুগা অভ্যাস তৌদ্রবা অমদি মপুক্লোংদু খুদুম চনশিন্দ্রবা মীগী মকমদদি নঙবু মশক থদে।

মহর্ষীশিংনা তোঙান-তোঙানবা জীবদা ভক্তি তৌনা নঙবু পূজা তৌজবদগী মপুঙ ফাবা ঙমখিবা মরী লৈনবা হীরমশিং অদু ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।

হে জীব পুম্নমক শেম্বীবা। হে অন্তরযামি নম্রগা পরমাত্মা। ইবুংঙো নঙদি মখোয়গী মীৎয়েং রাংবদা লোত্তুনা মখোয়গী ঋেহম্নুংদা চঙদুনা লৈরগা কর্ম তৌই। নঙগী মায়ানা কুপথিন্দুবা মখোয়দা মঙবু উবা ঙমদে অদুবু নঙনদি পুম্নমকপু উবিরি।

ওমথৈ মাইক্রবা মহিমা চেল্লবা হে ভগবান! ইবুংঙো নঙনা পৃথিবীদা, পাতালদা অমসুং মায়কৈ পুম্নমক্তা তোঙান তোঙান্না উহনবীথিবা মগুন চেল্লবা মূর্ত্তিশিং অদুগী মরমদা ঐবু তাকপীয়ু। অশেংবা ঈশিং হৌরককম ওইবা, অশেংবা পুম্নমক্কী মরু ওইবা অমসুং তীর্থ পুম্নমক্কী তুংনকম ওইবা ইবুংঙো নঙগী থম্বাল মাল্লবা চরন্দা ঐনা ভক্তি কচ্চরি।

ভগবান্না হায়রম্মী: থিজিনবা ওস্বা অমসুং রাহং শেস্বা ওস্বশিংগী মরুংদা কে অথোইবা! রাহং অসিমক কুরুক্ষেত্রগী লান-কঁমদা য়েক্লবশিংগা লানথেংনগদোরিবা অর্জুন্না ঐঙোন্দা হংখি।

রাজভোগ ফংনবগীদমক্তা মরী-মতা অমসুং শাগৈ-নাতৈবু হাংপা হায়বসি মীনা তুকচনিংঙাই ওইবা অমসুং ধর্ম্ম চেন্দবনি হায়না খাজয়হনা অদুগা 'ঐনা হাংপনি, মাবু ঐনা হাংলে' খল্লুনা অর্জুন্না ইচম-চম্বা মীগী ভাব পুরহনা লান থেংনগদবদগী লৈথোরকই।

অদুদগীদি, লান থেংনরমদাইদা অপ্রয়-বিচার তৌহনা ঐনা মাবু ভাব তাহল্লবদা লানকম অদুদা হৌজিক নঙনা তৌথিবা অসিগা মান্ননা মানা ঐঙোন্দা হায়রম্মী।

হে উদ্ধব! ঐদি জীব পুম্নমক্কী আত্মানি, মরূপনি অমসুং পরমেশ্বরনি। জীব পুম্নমক ঐমক্নি। ঐনা মথোম্বু-শেমই, ঙাকই অমসুং মাঙহল্লি (সৃষ্টি, পালন, সংহার)।

অচৌবাশিংগী মরুংদগী শক্তিশু ঐনি অদুগা থুরুম চনবা অমসুং থোমোক শীংথানরিবশিংগী মরুংদা কাল ঐনি, লীচং

কুবেরশিংগী অতিংবা পুকচেল ঐনি, গুন চেনবা পোংশিংগী মচং ওইবা মহৌশাগী ওইবা মগুন অহু ঐনি।

গুনচেনবশিংগী মনুংদা ঐনা বিশ্ব-প্রাণনি, অচৌবা পোং পুম্নমক্কী বিশ্ব-জ্ঞান ( মহৎ-তত্ত্ব ) ঐনি। কুপশ্নবা পোং পুম্নমক্কী মনুংদা কুপশ্নবা জীব নত্রগা আত্মা ঐনি, অহুগা অয় তোঙম-ম্নবশিংগী মনুংদা পুক্রীং ঐনি।

বেদগী মনুংদা আদি গুরু ব্রহ্মা নত্রগা হিরন্যগর্ভ ঐনি; মন্ত্রশিংগী মনুংদা 'ওম্' নত্রগা অ, উ, ম, য়াওবা প্রনব ঐনি। ময়েক পুম্নমক্কী মনুংদা 'অ' ঐনি অহুগা ঈশৈগী ছন্দ পুম্নমক্কী মনুংদা গায়ত্রী ঐনি।

দেবতাশিংগী মনুংদা ইন্দ্র ঐনি, বসুশিংগী অগ্নি ঐনি, অদিত্যাশিংগী মনুংদা বিষ্ণু অহুগা রুদ্রশিংগী মনুংদনা নিললোহিত ঐনি। ব্রহ্মর্ষিশিংগী মনুংদা ( ব্রাহ্মন ঋষি ) ভৃগু ঐনি রাজর্ষিশিংগী মনুংদা ( রাজ-ঋষি ) মনু ঐনি, দেবর্ষিশিংগী মনুংদা (স্বর্গ ঋষি ) নারদ ঐনি অহুগা শঙ্গীশিংগী মনুংদা কামধেনু ঐনি।

মহাসিদ্ধশিংগী মনুংদা কপিল ঐনি, উচেকশিংগী মনুংদা গরুড় ঐনি, অপোকপা মপা-মপুশিংগী মনুংদা দক্ষ ঐনি, পিতৃদেবতাশিংগী মনুংদা অর্য্যমা ঐনি।

দৈত্যাশিংগী মনুংদা অসুরশিংগী নিংথৌ প্রহ্লাদ ঐনি হায়না খঙউ হে উদ্ধব! থবান্নিচাকশিংগী অমসুং গ্রহশিংগী মনুংদনা থা (সোম) ঐনি ; যক্ষ অমসুং রাক্ষশিংগী মনুংদনা কুবের ঐনি।

অচৌবা শামুশিংগী মনুংদনা ঐরাবত শামুহ্ ঐনি ; ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী মনুংদনা মখোয়গী মবুংঙো ওইরিবা বরুণ ঐনি। মৈশা অমসুং মঙাল পীবশিংগী মনুংদা নুমিৎ ঐনি, অহুগা মী মরক্তনা মিংথৌ ঐনি।

শগোলশিংগী মনুংদা ইন্দ্রদেবগী শগোল উচ্চৈশ্রবা কৌবা শগোলহ্ ঐনি ; ধাতুশিংগী মরক্তা সনা ঐনি ; চৈরাক পীহনা বারকপা ওসশিংগী মনুংদা যমরাজ ঐনি অহুগা লিনশিংগী মনুংদা মখোয়গী নিংথৌ বাসুকি ঐনি।

নাগশিংগী নিংথৌ অনন্ত ঐনি ; মচৌ অমসুং অশাংবা ময়া পানবা শাশিংগী মনুংদা নোংশা ঐনি ; বর্ণাশ্রম মরিগী মারিগুবা আশ্রম ( সন্ন্যাস ) ঐনি অহুগা হে পাপ চেন্দ্রবা বর্ণ মরিগী মনুংদনা অহানবা বর্ণ ব্রাহ্মণ ঐনি।

তুরেলশিংগী মনুংদা গঙ্গা ঐনি ; ঈশিং তু:নকমশিংগী মনুংদা সমুদ্র ঐনি। থুংলাইশিংগী মনুংদা লৌরুং ঐনি ; লৌরুং শীজিন্নবা হৈবশিংগী মনুংদা সহব অহমবু হায়বদি ত্রিপুর সুন্দরী (অনবমল— অহঙ্কার, কর্ম্ম অমসুং মায়া) বু মাংহনবা ওবা শিব ( মহাদেব ) ঐনি।

চীং পূম্নমক্কী মনুংদা মেরু ঐনি ; অম ভৌবা ওবম্রবা মকমশিংগী মনুংদা হিমালয় ঐনি। উশিংগী মনুংদা অশ্বত্থ (খোংনাং বট) ঐনি ; চিঙ্গাক খোকপা পাম্বৈশিংগী মনুংদা যব ঐনি।

পুরোহিতশিংগী মনুংনা বশিষ্ঠ ঐনি অদুগা ব্রহ্মবিদ্যা নত্রগা গুরুশিংগী মনুংদা বৃহস্পতি ঐনি। সেনাপতিশিংগী মনুংদা স্কন্দ ঐনি অদুগা ধর্ম্ম চেনবা নত্রগা মীওইববু ধর্ম্ম চেনহনব-শিংগী মনুংদা ব্রহ্মা ঐনি।

যজ্ঞশিংগী মনুংদা ব্রহ্ম যজ্ঞ নত্রগা বেদদা পুক্নীং নূপলিবদু ঐনি; বাশক পুম্নমকী মনুংদা অমাগু-অমা লৈহন্দবা নত্রগা জীবদা অত্রাবা পীদবগী বাশক (অহিংস) ঐনি; শেংদোক্লবা পোৎলমশিংগী মনুংদা নুংশিৎ, মৈ, নুমিৎ, ঈশিং, বাদ অমস্তুং আত্মা ঐনি; শেংলবা পোৎশিংগী মনুংদা শেংলিবদু ঐনি।

যোগীশিংগী মনুংদা পুক্নিং মপুঙ কানা লাকশিন্নবা (সমাধি) অদু ঐনি; জয় তেংগে নীংলিবা মীশিং অদুগী পাউভাক নত্রগা বাখল নিতি ঐনি; আইন নত্রগা হুকুম রাই পুম্নমকী অদুগা গুন অদু ঐনি; খগুজিন উশিনবা উবা শক্তিশিংগী মনুংদা আত্মাগা অনাত্মাগা (আত্মাগা আত্মা নত্তবগা) খেন্নবা টশিনবা উবা শক্তিদু ঐনি; খঙবা উবগী নিয়মদা যেংনবা চঙলকলিবশিংগী চিংনবদু ঐনি।

নুপালক্তা মনুগী নুপী সতরূপ ঐনি অদুগা নুপালক্তবা মআগী মচানুপা স্বয়ম্ভুব মনু ঐনি। যোগী নত্রগা ঋষিশিংগী মরক্তা নারায়ন ঐনি অদুগা যুম্বান্দবা নত্রগা ব্রহ্মচারীশিংগী মরক্তা সনৎকুমার ঐনি।

ধর্ম্মগী মনুংদা সন্ন্যাস ঐনি অদুগা ধর্ম্ম চেনবা কর্ম্মশিংদা নকিবা পীরকপদা ভাকে হায়না বাশল্লিবদু ঐনি, খুদোং থীবা

থোক্তনবগী মরমশিংদা ধ্যান নত্রগা মশাবু হজিমা থঙ্‌বহ্ ঐনি। অরোনবা-অর্থপ্লশিংগী মনুংদা নুংশিবা বাহৈ অমস্তুং খোন ঐনি; জুরাশিংগী মনুংদা মশাগী হকচাংদগী অহানবা জুরা মনু অমস্তুং সতরূপ শেমখিবা প্রজাপতি ( ব্রহ্মা ) ঐনি।

চাং-বাইবশিংগী মনুংদা সম্বৎসর ( চহি ) ঐনি; ঋতুশিংগী মনুংদা বসন্ত ঋতু ঐনি; থাশিংগী মনুংদা মার্গশীর্ষ (হিয়াঙ্গৈ) ঐনি অহুগা থরাশ্নিচাকশিংগী মনুংদনা অভিজিৎ ঐনি।

যুগশিংগী মনুংদা সত্য যুগ নত্রগা ক্রীতযুগ ঐনি অহুগা অশিংবা, থোনা কবা অমস্তুং পুক্নীং ভপ্পদা দেবলা অসিত ঐনি; বেদবু শরুক থোকহনখিবশিংগী মনুংদা দ্বৈপায়ণ ঐনি অহুগা বুদ্ধি কবশিংগী মনুংদনা মশাবু খুহ্ম চনবা সুক্র ঐনি।

অবতারশিংগী মনুংদা বাসুদেব ঐনি অহুগা ভক্তশিংগী মনুংদনা নওসে ঐনি। কিমপুরুষশিংগী মরক্তনা হনুমান ঐনি। বিদ্যাধরশিংগী মরক্তনা সুদর্ষণ ঐনি ( খুৎলাইশিংগী মরক্তা চক্র নত্রগা সুদর্ষণ ঐনি )।

মমল য়াম্বা নুংশিংগী মরক্তা মরী (শংবাম্নবা মমুং কাওনা উবা ওবা নুং ) ঐনি; ফজবশিংগী মরক্তা থম্বাল অপোম্বা ঐনি; নাপী মথল কয়াগী মনুংদা অশেংবা কুশ মনা ঐনি; মক্ত পুজা তৌনবা শোংলমশিংগী মরক্তা শেংলবা ঘী নত্রগা মগগী ঘী ঐনি।

অথাও-কনবশিংগী লাইবক কবা মঙ্গল ঐনি; ময়থাক হৈবশিংগী তাং ঐনি; থবক্তা উয়বা মত্রগা অরা-অনা খাওবা

কনবশিংগী অথাঙবা নক্ষত্রগা থৌনা কবত্র ঐনি ; অদুগা সত্ত্বগুণ চেনবশিংগী সত্ত্ব ( অশেংবা নক্ষত্রগা অকবদু ) ঐনি

অকনবদা অহম্ভুং ভক্তশিংগী ভক্তিদা তাকপা থিংবা অমম্ভুং অচেংপা-লেঙদবদু ঐনি হায়বা খঙউ ; ভক্তশিংনা পূজা তৌরবা রূপ মাপলগী মরক্তা অহানবা অমম্ভুং থাইদগী মরুওইবা শক্তম বাসুদেব ঐনি হায়বা খঙউ।

গন্ধর্বশিংগী মরক্তা বিশ্ববসু অদুগা অপ্সারাশিংগী মরক্তনা পূর্বচীতি ( উর্বসি ) ঐনি। চাংগী লেঙদবা অমম্ভুং পৃথিদগী থোকপা মরম ঐনি

ঈশিংগী মহাও ঐনি ; অরংবশিংগী মরক্তা সুমিৎ ঐনি ; সুমিংকী থাগী অমম্ভুং থবাম্মিচাকী অরংবদু ঐনি অদুগা অকাশকী শব্দ অদুম্ভু ঐনি।

ব্রাহ্মণ পূজা তৌবশিংগী মরক্তা বলি, অদুগা অকম-অথৌ-শিংগী মচুংদ্রবা অর্জ্জুন ঐনি। ঐ ভশেংবমক জীব পূম্নমকী হৌরকফম, য়োকপা অমম্ভুং লৌশিনবা ঐনি।

ইন্দ্রিশিংগী চংলিবা, থোল-থোক্লিবা হকচাংগী অযোংপা মাংথোক্লিবা, রা ভাঙলিবা, মুংঙাইবা কাওরিবা, শোক্ল-পম্নরিবা, উরিবা, মহাও খঙলিবা, ভারিবা অমম্ভুং মরম লৌরিবদু ঐনি। মথোরগী মথৌ ঐনা শেমগৎলি। ভশেংবমক ঐ অসি ইন্দ্রিশিংগী ইন্দ্রিনি।

লৈপাক, মুংশিং, অকাশ, ঈশিং নৈশা, অহঙ্কার, বুদ্ধি, প্রকৃতিগী অওনবা মওং তরাভরুক মচুদি তনমাত্র মঙা, ইন্দ্রি তরা

অমসুং পূক্নীং, পুরুষ অমসুং প্রকৃতি, সত্ত্ব, রজ অমসুং তম অহুগা পরং-ব্রহ্ম পুম্নমক অসি ঐনি। মখোয়গী অরেম্বা জ্ঞান অমসুং সত্যবু খঙলিবা অহুম্সু ঐনি।

করিগুম্বা পোৎ অমনা মগুণগা লোয়নদনা লৈবা য়াদবগুম্না ঐগী অনি-অনি চৎপা মওংগী হায়বদি ভগবান অমসুং জীব, পোৎ অমসুং মগুণ, হৃদিয়্গী আত্মা অমসুং অপোবা নত্রগা অকুপ্পা চকচাং অসিদা ঐ য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে।

মতমগী মতুংইন্না পোৎকী কুপ্লবা এতোমশিংবু মশাং থীবা ওমগনি অহুগা জগৎ ক্রোর ক্রোরবু সৃষ্টি তৌবদা উৎখিবা ঐগী শক্তি অমসুং গুণবুদি শীংথাবা ওম্নমোই হায়বদি ওমথৈ নাইদে।

চীং-লেম্বা, লাইবক ফবা, চাওখৎপা, শক্তি, ফজবা, মীংচৎ, লন, অতপ্পা লীচৎ, পুকচেল চাউবা, কখোকপা, খোনা ফবা, থাওবা কনবা, অরা-অনা থাওবা, কূপ্না খঙবা অমসুং জ্ঞান লৈবা মকম অহুদা ঐ লৈ।

ঐগী শককম উৎপা মকমশিং অসিবু ভেনলপ্না নঙোন্দা হায়রবনি। মখোয়শিং অসি পূক্নীংগী মওং (বৃত্তি) মক্তনি অহুগা করিগুম্বা শক্তিনা থাহৈদা ফোঙদোকপনি। মখোয়শিং অসি ঐগী অংশ (শরুক) অমথক্তংনি। ঐগী অশেংবা শাজত্তি থাহৈনা ফোঙদোকপা ওম্বগী নত্রগা পূক্নীংনা লাকশিনবা ওম্বগী থাংথদনি।

থাঙাচ খুহুৎ চম্নু, পূক্নীংবু খুহুম চনশিন্নু, থর অমসুং ইন্দ্রিশিং লাকশিন্নু, অশেংবা পূক্নীংনা শেংদবা পূক্নীংবুসু লাকশিন্নু,

জীবাত্মাবু পরমাত্মানা লাকশিল্ল। অদু ওইরবদি নও সংসারগী পোকপা অমস্থং শিবগী চক্র মনুংদা অমুক হল্লক্ররোই।

মাহৈ অমস্থং পুক্নীংবু মপুঙ কানা লাকশিন্নবা, মাগক ঙাক্নবা, তপস্যা অমসুং দান তৌবদা মপুঙ কানা লাকশিন্নবা মী অদুগীদি, মৈ ইক্লবা চফুদা হাপ্লা ঈশিংনা মুথবগুম্না, মাগী লৈজরম্বা খরদং অদু মথং মথং মুচুনা মাঙথিগনি।

মরম অদুনা সার্থক অমনা ঐঙোন্দা ভক্তি থমদুনা মাহৈ, পুক্নীং অমস্থং প্রাণবু খুদুম চনশিনগদবনি। মহাক্না অচেৎপা ভক্তিগা লোয়ননা মপুক্নীং অদু ঐঙোন্দা থমগদবনি অদু ওইরবদি মহাক্না ইরায় লায়না পল্লুংকম য়ৌগনি।

## ব্রহ্মচারী অমসুং গৃহস্থাশ্রমগী মথৌ

উদ্ধবনা হায়রম্মী : হে ইবুংঙো নঙনা, তোঙান তোঙানবা বর্ণ অমসুং আশ্রমগীদমক্তা পীরিবা নিয়ম অমস্থং সদাচারশিং অদুবু ঙাক্লা চৎচরবা মীওইশিং অদুগী কায়জগদবা ভক্তি হায়না কৌবা ধর্মগী লম্বীবুম্ন শেংনা তাকপিরে। হে মীঙাক্না থম্বাল মানবা! মীওইবনা সাধন তৌজরগা নঙগী নফমদা ভক্তি হেনগৎকদবা তোঙান তোঙানবা ধর্মগী অকুপ্পা মরম ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।

হে পাম্বোম পাঙল্লবা প্রভু! হে মাধব, ইবুংঙো নঙনা মতম অমদা কাংঙাগী রূপ লৌরগা ব্রহ্মাগী মফমদা ম্যাখান

তৌবিখিবা লেঙত্রবা সত্যমগী জ্ঞান, ব্রহ্ম, অমাংবা মথলগী ধর্ম্ম চম্বী অদু হে মেরুববু মাঙহনবা, মমাঙ্‌ৎদা তাকপিখিবনিবা শিবা নাইরবা সংসার অসিদা অমুক নিংশিংলমদবা মাই।

হে অচ্যুত! পৃথ্বি অসিদা অদুগা জ্ঞানী অমসুং দেবতাশিং মাওনা নিয়ম অমসুং লীচৎ তম্বীরিবা, ব্রহ্মাগী মায়েন লোইশঙদা মাওবা সাধন অমসুং ধর্ম্ম রক্ষগী গুরু, ইবুংঙো নঙ নত্তনা কনাম্ব লৈতে।

হে মধুসূদন! ধর্ম্মগী হোৎককম ওইবা, ধর্ম্মবু তাকপিবম্ব ওইবা অদুগা ধর্ম্মগী ব্যাখা তৌবিবম্ব ওইবা ইবুংঙো নঙনা পৃথ্বি অসিবু থাদোকখ্রবা মতমদদি ধর্ম্ম অমসুং নীতিম্ব মাঙখ্রগনি। হে প্রভু মতুংদদি কনানা মাঙখ্রবা ধর্ম্ম অদুবু ব্যাখা তৌবিরগনি?

ইবুংঙো নঙদি ধর্ম্ম পূর্ণমক থঙবনি। হে ভগবান, নঙগী ভক্তিগী লম্বীদা চঙশিল্লগদবা ধর্ম্ম অদুবু ঐঙোন্দা শন্দোক্না তাকপীয়ু, করম্না অমসুং কনাগীদমক্তা ভক্তি অসিবু থম্বীরম্লিবনো তাকপিয়ু।

ভগবান্না হায়রম্মী: হে উদ্ধব, নঙনা হংলিবা মাহং অদু পুণ্যাগী মশক্তি মরমদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্মবু তাক্না চংলিবা মীওইশিং-গীদমক্তদি মদুনা মোক্ষগী লম্বীদা লময়ানবনি। মদুগী মরমদা ঐনা তৌরিবা ব্যাখা অসিবু তারো।

অহৌবদা হায়বদি ক্রীত মত্রগা সত্য যুগতা, মীওইবশি হংস হায়না থঙনবা বর্ণ অমথক্তংদা লৈরম্মী। মীওইবনা পোকপদগী

হেক হৌনা মখোয়গী অপাম্বা মপুঙ ফানা ফংলম্মী। মখোয়না নিংজবা পূম্নমক অহুম পাঙথোক্লম্মী। মতম অহুমদি মখোয়না ঐগা য়াম্না নকনা লৈরম্মী অহুগা মখোয়গী পুন্সিগী পন্থংদি ঐবু সেবা পূজা তৌজবনি হায়বহু খঙলম্মী। মরম অহুমগী যুগ অহুবু ক্রৌত যুগ হায়না কৌই ( মীওইবগীদমক্তা পূম্নমক থৌরাং তৌহনা থম্মীরবা, মতম পূম্নমক্তা কংবা )।

অহৌবা যুগ অসিদা, 'ওম' হায়বা শেংলবা খ'ম্লোক অমত্তা ওইবা অসিনা বেদ ওইরম্মী অহুগা ঐনা মখোঙ মরী পানবা বল লাবগী রূপ লৌহনা ধর্ম্ম ওইরম্মী। মতম অহুগী মীশিংদি মপুক্লৌং শেংই অমসুং তপ্ তৌবদা চেৎলি। মখোয়না শেংলবা ঐবু মপুক্লৌংদা লাকশিল্লুনা লিংই।

ত্রেতা যুগকী অহৌবদা, হে পুণ্য চেল্লবা, ঐগী থম্মোইদগী প্রাণ কাওহনা লাক্লগা বেদ থোক্লে অহুগা মহুদগী বেদ-যজ্ঞগী তোঙান-তোঙানবা থৌরম পাঙথোক্লিবা হোত, অধ্বর্যু অমসুং উদগত হায়বা মরু ওইবা মওং অহুমগা লোয়ননা ঐনা যজ্ঞ ওইরক্লে।

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং সূদ্র হায়বা বর্ণ মরীগী তোঙান-তোঙানবা কর্ম্ম অমসুং মমীং বিরাট পুরুষগী মায়, খুৎ, কৈগল অমসুং খোঙদগী মথং-মথং শেম্লক্লে। গৃহস্থগী পুন্সি থসি ঐগী কৈগলদগী থোরকপনি, ছাত্রগী পুন্সিনা ঐগী থম্মোইদগী থোরকপনি, উমংদা লৈবা বাণপ্রস্থগী পুন্সিনা ঐগী থবাকগী থোরকপনি অহুগা সন্ন্যাসীগী পুন্সিনা ঐগী কোক্তগী থোরকপনি।

মীওইবগী মরক্তা তোঙান-তোঙানবা বর্ণ অমস্তুং আশ্রমশিং অসিগী মহৌশাগী লীচং অমস্তুং লমচং অসিদি মাগী মাগী হৌরককমগী মখা পোল্লি, অনেম্বা কাওলুপ্তগী পোক্লকপশিংনা হস্থবা লমচং চংলি অহুগা অরাংবা কাওলুপ্তগী পোক্লকপশিংনা অথে ইবা লমচং নত্রগা লীচং চংলি। পুক্নীং অমস্তুং ইন্দ্রিশিংবু খুহুম চনবা, ধ্যান তৌবা, পুক্নীং লূবা, অপেনবা, অখাঙ কনবা, অরা-অনা খাঙবা, পুকচেল ভিংবা, ঐভোন্দা ভক্তি থম্বা. মীয়ুংশি চাউবা অমস্তুং অচুম্বা লমচং অসিনা ব্রাহ্মণগী লীচংনি।

চীং-লেম্বা, পাঙম্বা, খাঙহৈবা থৌনা, থৌনা কবা, উয়না খাঙবা, পুকচেল চাউবা, তোম্না কনবা, লেঙদবা লমচং, ব্রাহ্মণ-শিংগী মকমদা ভক্তি থম্বা, লৈঙাকপগী শক্তি চেনবা অমস্তুং পুকচেল শেংবা, অসি ক্ষেত্রিগী লমচংনি। থাজবা, দাণ তৌনিং-গনবা, মীনম-শোরীদবা, ব্রাহ্মণশিংগী মকমদা সেবা তৌবা, লন-থুম পৈশিমবগী থৌরাং তৌহনতা লৈবা অসিনা বৈশ্যশিংগী লমচংনি।

মপোক অনী কংলবা মীদা (মন্ত্র দিক্ষা তৌরবা) সেবা তৌবা শল সেবা তৌবা, দেবতাশিংনা সেবা তৌবা, কংলক কংলকপা পোত্তা পেম্হোকপা ওম্বা অসিনা সূদ্রশিংগী লমচংনি।

লু·নান্দবা, অরানবা লমচং, হুরানবা, থাজবা রাংকনবা, ঈশ্বর লৈ হায়বদা থাজদবা, মরম লৈতনা খংন-চৈনগনবা, মুপীদা কামী ওইবা, শাউগনবা, মীহৌচাউবা অসিনা বর্ণ মরীগী রাংমদা লৈরবা মঙাঙবা থাকী লমচংশিংনি।

জীবদা অরা-অনা পীদবা, অচুম্বা লীচং, হুরানবগী রাথল পোক্তবা, মুপীদা কামী ওইত্রবা, অশাউবা পোক্তবা, হেঞ্জিন্না পামশিন্দবা অমসুং জীব-পানবশিংদা কারগদবা অমসুং মানগদবা থবক্তা হোৎনবা অসিনা ধর্ম্মগী লম্বীনি নত্রগা বর্ণ পুম্নমকী ওইবা মথৌনি।

শেঙদোক্লবগী দিক্ষা মন্ত্র অদুগা নগুণ থাংবগী যজ্ঞ হায়বা কৌনবা অনীশুবা মপোক কংবা অসিনচিংবা নিতি নিয়ম নাইনা চথরক্লগা দ্বিজ নত্রগা অনিশুবা মপোক কংলবা মী অদুনা গুরুগী য়াথং তুংইন্না মপুক্লোং ইন্দ্রি খুদুম চন্না অমসুং বেদ-শাস্ত্র তমদুনা গুরুগী যুমদা লৈগদবনি।

মহাক্লা অশেংবা নাপীন্না শাবা খাংলাক অমা পুন্নগদবনি, শজি মউন্না মথক্কী ফীজেং ওইনগদবনি, চুক-লেঙবান্দা রুদ্রাক্ষ মালা অমসুং নগুণ থাংদুনা খুঙা চৈঙ অমা, তৈশিংগী পাত্র অমা অমসুং কুশ মনা থন্না পায়গদবনি। মহাক্লা শম জটা পুগদবনি, মমায় কজনবা হোৎনবদা মতম মাঙহল্লোইদবনি অদুগা মচু শংবা ফিদা কমলোয়দবনি।

মহাক্লা স্ত্রীরুরিগৈঙদা, চা-থক্লিগৈদা, মৈদা যজ্ঞ কংলিগৈঙদা, মন্ত্র শোল্লিগৈঙদা অদুগা বণ চঙদুনা মখোং কাল্লিগৈঙদা বা ভাংলোই-দবনি। মহাক্লা শেগ্রাকী অমসুং অরোনবা মকমগী ভু ককুথৎ-লোইদবনি।

মহাক্লা ব্রহ্মচার্য ধর্ম্ম চেৎনা ভাকদবনি অদুগা কদৌগৈঙদসু থঙৎ-থঙন ব্রহ্মচার্য ধর্ম্ম কায়হল্লোইদবনি। মহাক্লা থঙহৌদনা

হায়খিরা থোক্লবদি ঈরুজথোক্লুনা শ্বর সাধন তৌদুনা নত্রগা প্রাণায়ম তৌদুনা গায়ত্রী মন্ত্র হম্না হম্না শোন্নগদবনি।

অমুক অমসুং নুংথিলগী শেংদোক শীত্তোকপগী থবক লোইরবা মতুংদা মহাক্না তুমিন্না পূক্নীং খুদুম চনশিন্না মহাক্কী মন্ত্র হম্না হম্না শোন্নগদবনি অদুগা মৈদা, ভূমিদা, গুরুদা, বলদা, ব্রাহ্মণদা, মথক থোংবদা, অহল-লম্মনদা অমসুং দেবতাশিংদা পূজা তৌগদবনি।

মহাক্না গুরুবু ঐমকুক্লুম্না ব্যবহার তৌগদবনি অমসুং কদৌইডেদসু মহাকপু মী অমা ওইনা লৌদুনা ইকাই খুম্নদনা নক্লগা চন্দুনা য়েংলোইদবনি। গুরুবু মী অমনি খন্দুনা মহাক্কী খশোযবা পুথোক্লবা চোংনরোইদবনি, মরমদি— গুরুনা দেবতা পূম্নমক্কী মচুং শিনবনি অমসুং দেবতা পূম্নমক্কী মৈকমনি।

মহাক্না অমুক অমসুং নুংথিলদা ফংলকপা ভিক্ষা নত্রগা মহাক্না হেক ফংলক্লিবা পোৎ খুদিংমক মাগী গুরুগী মফমদা পীশিনগদবনি অদুগা গুরুগী অয়াবা মতুংইন্না চাং নাইনা চাগদবনি

গুরুগী মনাই ওইনা সেবা তৌদুনা, গুরুনা চৎপা মফমদা তুংইন্নদুনা, গুরুনা তুম্লিভেদা মনাক্না পোথাদুনা লৈবা, গুরুনা বারবা মতমদা মনাক্না ফমদুনা মশা নোইরদুনা অদুগা খুবাক লোমদুনা গুরুগী মাথং ভাইনা গুরুবু মতম চুপ্পা পূজা-সেবা তৌগদবনি।

মতৌ অমুম তৌনা গুরুবু সেবা তৌরদুনা, মশাগী নুংঙাইবা থাদোক্লুনা অদুগা ব্রহ্মচার্য ধর্ম্ম মপুঙ ফানা ঙাক্লুনা তম্বা লোইদ্রিফাওবা গুরুগী য়ুমদা লৈগদবনি।

[ ব্রহ্মচারী মখল অনীথক লৈ, মহুদি উপকুর্বণ অমসুং নৈষ্ঠিক অসিনি। অহানবা মখল অসিনা গুরুগী মকমদগী তম্বা লোইরগা গৃহস্থ ধর্ম্মদা চঙই—য়ুম পাল্লি। মতৌশাগী ওইনা মহাক্না গুরু দক্ষিনা তৌরম্লগা মযুমদা হল্লকুনা গৃহস্থাশ্রমদা চঙই। নৈষ্ঠিক্না পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচার্য ওই। মথক্তা হায়খিবশিং অসিনা উপকুর্বণ ব্রহ্মচারীশিংগী মরমদনি। হৌজিক্তি নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী-শিংগী মথো তাক্লগে। ]

মহাক্না ব্রহ্মলোক কংনিংলবদি ব্রহ্মচার্য ধর্ম্ম চেংনা ঙাক্কদবনি অহুগা গুরুদগী কংজবা জ্ঞান অমসুং পাউতাকী ইকাই খুম্নবা ওইনা মাগী হকচাং অহু গুরুদা সমর্পণ তৌগদবনি।

পাপ চেন্দবা অমসুং ব্রহ্ম তেজ কাউবা অমা ওইনা মহাক্না পরমাত্মা ঐবু মৈদা, গুরুদা, মশামক্তী জীবাত্মাদা অহুগা জীব পূম্নমক্তা মায়না নত্রগা অমথক্তা ওইনা উহুনা পূজা তৌগদবনি।

গৃহস্থাশ্রমদা চঙদবা ( য়ুম্বান্দবা ) মহাক অহুনা নুপীশিংগা উনবা, শোক্লবা, রাম্নী শান্নবা নত্রগা কাগি-জুগাই তৌনবনচিংবা থাদোকদবনি অহুগা শা-ঙা লোয়ডাম্নবা য়েংলোইদবনি।

লু-হেনবা, ধর্ম্মগী থবক তৌরমদাইদা ঈশিংগী অচমন তৌবা, ঈকুজবা, অযুক্তা, নুমিৎযুংবদা অমসুং নুমিদাংবাইরমগী সন্ধ্যা অহমদা প্রার্থনা কৎপা, পুকচেল ঙিংবা, তীর্থ ভ্রমণ তৌবা, মন্ত্র হমা-হম্না শোনবা, চাহৈদবা অমসুং শোকহৈদবা পোং থাদোকপা, রাম্নী শামকম থোক্তবা মকমদা রাম্নী শারুদবা, জীব পূম্নমক্তা লৈরিবা ঐবু ভক্তি কৎপা অহুগা পূক্নীং, রাহৈ অমসুং হকচাংবু

থুদ্রুম চন্না থস্বা অসিনচিংবশিং অসি হে উদ্ধব, আশ্রম পুম্নমকী ওইনা ঙাক্কনবা আইগি নত্রগা লমচৎ নিয়মি।

মন্তৌ অম্দুম্না, ব্রহ্মচার্য ধর্ম্ম চেংনা ঙাক্লবা ব্রাহ্মণ অদু মৈগুম্না তেজ ফাউই অদুগা মহাক্না ওইজবা থিবা ভাব (সকাম ভাব) লৈত্রবদি মাগী অপাম্বা য়াগ পুম্নমক অকনবা তপস্যাগী মৈয়ৌনা চাকথোকখিদুনা ঐত্তোন্দা ভক্তি কংই।

মদুমগীদি বেদ মতীক চানা তম্নবা মতুংদা মহাক্না য়ুম্ব'ন পুন্সির' চঙনিংলবদি মহাক্না গুরু দক্ষিনা কংলগা মাগী য়াথং মতুং-ইম্না স্নান তৌবা হায়বদি ছাত্রগী পুন্সি নত্রগা ব্রহ্মচার্য আশ্রম লোইশিনবগী যজ্ঞ অমা পাঙংথোক্কদবনি।

মথংদা, মহাক্না অচিকপা মকমদা গৃহস্থ সন্ন্যাসকী আশ্রমদা পুন্সি লেনবা য়ায়ে। মহাক্না মপুক্লীংনা ঐদবু নীংলদুনা আশ্রম অমদগী আশ্রম অমদা চংপা য়াই অদুগা মহাক্না আশ্রমবুদি পুমধা থাদোক্লোইদবনি।

মহাক্না গৃহস্থাশ্রমগী পুন্সিদা চঙনিংলবদি মহাক্না মত্তোন্দগী চহি হম্থবী পোককম হৌকমদা, শাজং অমস্তুং মগুণদা দোষ লৈতবী বর্ণ তিম্নবী লৈশাবী অমবু লুহোংদুনা লৌবা য়াই অদুগা মহাক্না অত্তোপ্পা বর্ণ অমগী নুপীবু লৌনিংলবদি মথক্কী অসিগুম্না মরম চানা চংনবী কায়দনা লুহোংগদবনি হায়বদি ব্রাহ্মণ অমনা অত্তোপ্পা বর্ণ অহুমগী নুপী লুহোংবা য়াই, ক্ষেত্রীনা অনেম্বা বর্ণ অনীগী নুপী লৌবা য়াই, অদুগা বৈশ্যনা সূদ্রগী নুপী লৌবা য়াই; সূদ্রনা মশাগী বর্ণগী নুপী লুহোংবা য়াই। নিয়ম অসি মথক মধা ওম্নবদি তৌরোইদবনি।

যজ্ঞ তৌবা, বেদ তম্বা অদুগা দান তৌবা মাবা মনা মৈত্রেয়োকপা অসি মপোক অনীশুবা কংলবশিংনা ওইবা কর্ম্মনি। দান লৌবা, বেদ তম্বীবা, যজ্ঞ তৌবদা অতোপ্পবু তেংবাংবিবা অসিনা ব্রাহ্মণশিংদগী মথৌনি।

ব্রাহ্মণ অমনা দান লৌবশিনা মাগী তপস্যাদা, অধ্যাত্মিক শক্তিদা অমস্তুং ব্রাহ্মণগী গুণদগী মরেং তাগনি খল্লবদি মহাক্না অতোপ্পা পাইস্ব অনীহুনা হিংনবা হোৎনগদবনি, মায়বদি বেদ তম্বীবা অমস্তুং যজ্ঞ তৌবদা অতোপ্পবু তেংবাংবিংবা—পুরোহিত ওইবা অসিনি, মখোয় অদু তৌবনস্থ মাগুনবগী মশক্তি খল্লবদি মহাকী পুন্সি অদু লৌবুক্তা কান্নত্রবনি হায়না চাইথোক্কুনা তাহৌবা মহৈ-মরোংশিং অদুবু খুন্দুনা হিংনবা হোৎনগদবনি।

ব্রাহ্মণ অমগী দেহ অসি ভশেংবমক করিত্ত লৈতবা অপাম্বী পোৎ অমদা মুংঙাইথোক্কবা নত্তে। হৌজিক্কা অকনবা তপস্যা ওইরগা মতুংদনা ভমথৈ মাইত্রবা আনন্দ কংককীদমকনি।

ব্রাহ্মণ অমনা গৃহস্থাশ্রমগী পুন্সিদা লৈরবস্থ মহাক্না লৌবুক্নগী খুন্দুনা কংবা মহৈ-মরোং খরদং অহুনা পেন্থোকপা ওয়বা অদুগা খাইদগী শেংলবা অমস্তুং মাংলবা ধর্ম্মগী লম্বী তুংইন্না চংলবা অদুগা মহাক্না তৌথোরকপা কর্ম্মদা জীববু মুংশিবা অমস্তুং সেবা তৌবগী কর্ম্মনচিংবা মাওরবা অদুগা করিগুম্বা পোৎশক্তা অপাম্বা থমদনা মপুক্নীং অদু ঐতোন্দা সমর্পণ তৌরবা ওইরবদি শোয়দনমক মহাক্না শান্তি ফংগা মোক্ষ ফংই।

সমুদ্রগী ঈরাকুরবা মীওইশিংগী ঈ অমসুং অমনা মথৌ চায়না কনবিবগুম্বা অরুবা নত্রগা খুদোংথীবনগী লাগোকনা ঐশেঙোন্দা শ্রদ্ধা ভক্তি থম্মবা ব্রাহ্মণ ভক্ত অমসু লুনা তৌবা মখোয়শিং অদুবু থুনমক ঐনা মখোয়গী অরাবা তাগদবদগী কনবী।

জ্ঞান অমসুং মথৌনা মতীক চানা লৈরবা নিংথৌ অমনা মপা অমগুম্না মাগী প্রজাশিংবু অরা-অনংদগী কনবিগদবনি। শাম্মু লুচিংবনা মাগী শম্মুপ্পা য়াওরিবা শামু অতৈবু কয়গুম্না মহাক্না মাগী প্রজাবু অকনবা শক্তিনা চেংনা ঙাকদবনি।

মতৌ অসুম তৌনা মথৌ তৌরবা নিংথৌ অমনা মানা পৃথিবিদা তৌরকপা পাপ পূম্নমক হুন্দোক্লগা নুমিৎমুক লংনা স্বর্গগী দোলাই তোংদুনা স্বর্গ কায় অদুগা দেবতাশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রগা লোয়নবগী নুংঙাইবদু ফংই।

অদোম্বা তারবদা ব্রাহ্মণ অমনা শাস্ত্রনা য়াবা পোৎ-চৈ য়োল্লনা বৈশ্যগী কারবার তৌদুনা হিংনবা হোৎনবা য়াই। মাগী অরাবদু অসুম অসুম হেক্কিল্লক্রবদি মহাক্না থাঙ-তা পায়দুনা হিংবা য়াই অদুবু হন্দুবা বন্দ সেবা তৌদুনা হূই মামবা সেবাদি থক তৌরোইদবনি।

নিংথৌ নত্রগা ক্ষেত্রিয় অমনা অরাবা তারবদা বৈশ্যগী লম্বীদা চত্তুনা লৌ-উবা নত্রগা শাদানবা নত্রগা ব্রাহ্মণগুম্না চত্তুনা হিংবসু য়াই অদুবু হন্দুবা জাত্তা সেবা তৌদুনা হিংবদি থক তৌরোইদবনি।

বৈশ্য অমনা অরাবা তারবদা সূদ্রগী পুন্সিদা লেননা য়াই। সূদ্র অমনা ককুচিংবা শাদুনা লেনবা য়াই। অদুবু মহাক্না খুদোংথীরবা মতমদা তুকচনিংঙাই ওইরবা থবক তৌদুনা হিংলগে থক্লোইদবনি।

গৃহস্থী অমনা মাগী অশুম্ব। শক্তিগী মতুংইন্না নুমিৎ খুদিংগী ঋষিশিংবু, পিতৃশিংবু, দেবতাশিংবু, অতোনবা শাশিংবু অমস্তুং মীবু ঐগী মূর্তিনি খন্দুনা বেদ পাঠ তৌদুনা স্বধা অমস্তুং স্বাহা কত্তূনা অমস্তুং চান-থক্লবনচিংবা মথং মনাও নাইনা কত্তূনা পূজা তৌগদবনি। মসি পঞ্চ মহাযজ্ঞ হায়বা অহুনি। গৃহস্থী খুদিংমক্তা নুমিৎ খুদিংগী মসিবু তৌগদবনি।

খুদোং চাবদগী ৰুংলকপা নত্রগা পূকচেল শেংনা ত'ল্লুবা ললনা মথক্তা পনখ্রিবা যজ্ঞ অসিবু মীনাই মীশন্দা অহুগা অতাং নুপীদা অরাবা অরুম্বা নন্দনা মতম চানা তৌগদবনি। মহাক্কা মশামকপু অমস্তুং মচা মনাইবু য়োকপী-থাকপীদুনা যজ্ঞ তম্বিবুস্ত তৌগদবনি। মহাক্কী যজ্ঞ অসিবু পাঙথোক্লবগীদমক্তা মহাক্কা মচা মনাইবু চরা হেনহনবা তৌরোইদবনি।

মহাক্কা মাগী মচা মনাইদা হেক্তিন্না পামশিনবা থয়োইদবনি। মহাক্কী মুস্বান্দুনা লৈরবস্তু ঈশ্বরবুদি কাওরোইদবনি। জ্ঞান লৈবা মীশিংনা স্বর্গগী অমস্তুং স্বর্গগুম্বগী উপবা নুংঙাইবা অসিস্তু অউবা সংসারগীগুম্না কুইরোইদবা অমস্তুং মাঙখিগদবনি হায়না লৌরোইদবনি।

ইচা, ইতু, শাগৈ-মাতৈ অমস্তুং মরূপ-মপাংশিংগা লোয়নবা অসিস্তু তাঞ্জা অমদগী লংকৈ চৎপদা উনবা নত্রগা গাড়ী অমদা তোংমিন্নবা মরূপকুম্বনি। মথোয় পুম্নমক অহু মাগী মাগী হকচাং মাঙখবদা চৎখিগনি—মশু মংলুবদগী অমুক তুমথখিব-গুম্বনি। মশু মংলুবা মী অমনা মীকপ থোরক্লবা মতমদা মশুদা

উখিবা পোং পুন্নমক ছন্দোকখিবগুম্না মহাকুস্ন্ মতম ভাঙ্গা অমদা মঙগী পোংকুম্লবা সংসারদা মিতারিবা পুক্নীং অহুবুস্ন্ মথোয়দগী নাম্থোকউ।

কনাগুম্বনা মপুক্নীংদা অস্নুম্না মথি তারবা, অতিথি অমগী মতৌগুম্না অপাম্বা অমস্নুং অহংকার য়াওদনা ময়ুমদা অহুম লৈরবস্ন্ মহাকপু য়ুমগী গুপনা পুন্রে—অরান-খুভম কংবা ওইরে।

য়ুম্বাল্লিবশিংগীদমক্তা তাক্লিবা ধর্ম্ম-কর্ম্মশিং অসিগী পাম্বনা ঐদবু ভক্তিগা লোয়ননা পুনা তৌজরবদা মহাক অহুনা য়ুম্বান্দুনা লৈরবস্ন্ নত্রগা বনদা চণ্ডরবস্ন্ নত্রগা য়ুম্বান্দুনা মচা লৈরবস্ন্ সন্ন্যাসী অহুম ওই।

অহুগা মহাক্না য়ুম্বানবদা কন্না পামশিন্দুনা লৈরবা, মচা অমস্নুং মরুপগীদমক্তা কাণ্ডরকহুনা লৈরবা, মুপীবু য়াম্না পামশিন্দুনা লৈরবা মতাক অহু অপংবনি। মহাক অহুদি মায়ানা কুপ্লবনি অহুগা "ঐ" অমস্নুং 'ঐগী" হায়বা মায়া ভাবনা পুন্দুনা লৈরবনি।

'ওন্থোকপনিদা, ঐগী অহল ওইরবা ইমা-ইপা, ইভু অমস্নুং অচাং ওইরিবা ইচাশিংসি ঐ নত্তনা ডাকপী-শেনবীনবা লৈতে। ঐ নত্তনদি উপাই লৈজরবা অমস্নুং অরাবা তারবশিং অসিনা করম্না হিংবা ঙমগদগে?' মতৌ অমুম তৌনা অপংবা মুপা অসিনা মাগী থম্মোই অহু য়ুমগী রাখম্না চিংথোক্নুনা মথোয়গীদমক্তা ঙস্তনা খল্লি। মহুদগীদি মহাক শিরে অহুগা গুকমুক মমবা মকমদা ভারে হায়বদি মপোক নেম্না পোক্লুরে।

## বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাসীশিংগী মথৌ

ভগবান্না হায়রম্মী: বনদা চত্তুনা পুন্সি লেপ্লিংলবা মী অদুনা মাগী মুপীবু মচা নুপাগী মকমদা শিন্নবগদবনি নত্রগা মাবুম্ব বনদা পুথিরুনা বনদা চৌক্লা ঈংনা লৈমিন্নদুনা লে-না তানা ধ্যান তৌদুনা অদুমশুবা সন্ন্যাসকী তাঙ্কক হায়বদি চহি ৫১ দগীনা চহি ৭৫ কাওবা লেপ্পুনা লৈগদবনি।

মহাক্লা উমংগী চিঞ্জাক হায়বদি মরু, উ'হ-বাহৈ চাদুনা হিংগদবনি অদুগা উকু, বাশী নত্রগা উনা নত্রগা শম্ভি মউগ্না ফিজেৎ ওইনগদবনি। মহাক্কী মশম, খজিন অমসুং কোই যৌহনগদবনি, নোংমদা অদুম্লক ঈকুজগদবনি নত্তুগা অহাংবা লৈমায়দা হীপকদবনি। (হকচাংগীদমক্তা অদুক কন্‌বা পুক্লাং চিংশিল্লোইদবনি। অদু ওইরবদি মহাক্লা আত্মাগী রাখল তৌবদা মতম মরাঙ কায়না কংগনি)।

ক লেন থাদা মহাক্লা মৈশা মঙাগী মরক্তা তপস্যা তৌদুনা উরুম থিদনা লৈগদবনি (মায়কৈ মরী৺া মৈ হোৎ', মথক্তনা মুমিৎ লৈবা)। নোংজু থাগী মতমদনা ঈশিংদা মঙ৯ কাওবা লুপ্তুনা তপস্যা তৌগদবনি। মতৌ অসুম্না মহাক্লা তপস্যাগী অভ্যাস তৌগদবনি।

মহাক্লা মৈদা থোংবা চিঞ্জাক নত্রগা মতমগী মতুংইন্না হৈজিং কায়দুনা মূলবা উহৈ নত্রগা চক্রী তরুবা নত্রগা ময়ানা ভুগ্তুনা চিঞ্জাক চাগদবনি।

মহাক্লা মশাগী হিংনবগী পাস্নেদি বণ অহুমক্তদগী কাল, পাত্র অমস্তুং শক্তি কুপ্না য়েংলগা চিঞ্জাক থিগদবনি। মতম খরগী মথাংদা কৈশিন্দুনা থয়ম্বা পোৎ মহাক্লা চারোইদবনি।

ঋষি অহুনা উমঙ অহুদগী ফংবা যজ্ঞ খরগীদমক্তা লেপ্প-য়ানয়বা মরু-মরাংনা যজ্ঞগী পোৎলম ওইনগদবনি অহুগা শ্রুতিদা হায়রিবা শাগী যজ্ঞ অহুদি তৌরোইদবনি।

বেদ-গুরুশিংনা বাণপ্রস্থশিংগীস্তু অগ্নিহোত্র, দর্শ ( থাশি মুমিত্তা তৌবা যজ্ঞ ) পৌর্ণমাস্য ( পূর্ণিমা মুমিত্তা তৌবা যজ্ঞ ) অহুগা চতুর্মাস্য যজ্ঞবুস্তু তৌননবা য়াম্নবা পীরি।

মতৌ অস্তুম তৌবা তপস্যা অসিনা ঋষি অহুগী হকচাং অহু শরু ঙাক্তা ঙায়রবা কাওবদা ঐবু পূজা অমস্তুং মুংশিনা সেবা তৌজহুনা মহর্লোক অমদি লোক কয়া লাম্দুনা ঐবু ফংই।

করিগু নৈতবা অপাম্বা হায়বদি স্বর্গমচিংবগী ভোগ চানীংবা অহুগা অরানখুভম নত্রগা মোক্ষ ফংগনি খন্দুনা য়াম্না বানা অকনবা তপস্যা তৌহুনা মতম মাঙহল্লিবা অসিদগী হেন্না পঙবা মী অমা লৈখিগদ্রা ?

ঋষি অহুগা অহল ওইশিল্লকপদগী মশা হীকথরক্লহুনা মাগী মথৌ অহু ঙাকপা ঙম্নক্রবদা মহাক্লা তৌজরিবা অশেংবা যজ্ঞ অহু মশানুংদা পুশিন্দুনা মপুক্লীংনা ঐদবু চেৎনা নীংলগা যজ্ঞ কুণ্ডদা চঙশিনখিগদবনি।

কর্ম্ম ফলদগী থোকপা সংসারগী মুংঙাইবনি হায়রিবা অসিবু অরা অনংনা ভুংইনবনি অমস্তুং অয়েপ্পা লেঙদবা হায়বহু নত্তে

হায়না খঙলহৃনা মখোয় অহৃবু পুমখী-খীবা অমা পোক্লরুবা মতমদা মহাক্লা যজ্ঞ অহৃবু থাদোক্লুনা সন্ন্যাসী অমা ওইগদবনি।

গুরুগী য়াথং মতুং-ইন্না ঐবু পূজা তৌজরবা অহৃগা বেদনা ত্তাকপা মভুং ইন্না ঐবু যজ্ঞ কংলবা অহৃগা পোংলম পূম্নমক গুরুদা কথোক্লহৃনা মহাক্লা যজ্ঞ অহৃ মশাল্লুংদা পুশিনগদবনি অহৃগা করিগুম্বা বস্তুদা খোৱাংবা অমস্তুং পাম্বা থমদনা মহাক্লা সন্ন্যাসী অমা ওইশিল্লকদবনি।

সন্ন্যাসী অমা ওইরক্লবা হোৎনরিবা ব্রাহ্মণ অহৃগী মফমদা দেবতাশিংনা মহাক মক্রুবা থাক অহৃ যংহৃনা ব্রহ্ম স্বরূপ ফংখি-গদৌরে খন্দূনা মাগী মুপী শাহৃনা, মরী-মতা শারহৃনা মঙোন্দা বিঘ্নী পীরগনি।

সন্ন্যাসী অহৃগী করিগুম্বদা অনীগুবা কি মচেৎ অমত্তং লৈবা থোক্লবস্ু মহৃ খাঙজেৎ কি অমা ওক্লনবদা ওইগদবনি। খূদোং থীরবা মতম নত্তনদি মহাক্লা করিগুম্বা বস্ত অমত্তং থম্লোইদবনি মরমদি মহাক্লা সন্ন্যাস ধর্ম্ম দিক্ষা কংখিবা মতমদা মহাকী চৈত্ত অমস্তুং কমগুলু নত্তনা পোং পূম্নমক থাদোকপ্পবনিনা।

সন্ন্যাসী অহৃনা মখোঙ লৈপাক্তা নেৎপদা মুন্না য়েংলগা নেংকদবনি। চৎপা মতমদা খোঙ থাংজ্রিডৈদা করিগুম্বা জীব অমত্তবু নেংলুদনবা লম্বীহৃ মুন্না য়েংগদবনি। মহাক্লা কিদা চুমথোক্লবা ঈশিং থকদবদি, অচুম্বদা খন্দূনা ঙাঙগদবনি অহৃগা অন্নয়-বিচারনা অশেংবনি অমস্তুং অচুম্বনি হায়না য়ারবা থবক্তমক তৌগদবনি।

বা-ভাগুদবা (মৌন), ওইজবা য়েংহনা তৌবা কর্ম্ম থাদোকপা নত্রগা নিস্কাম কর্ম্ম তৌবা অদুগা খর নত্রগা প্রাণবু খুদুম চনবা ভসি মথং মনাও নাইনা ব্রাহৈ, দেহ অমস্থং পুক্নীংবু খুদুম চনবনি। কনাগুম্বনা মসিবু খুদুম চন্দ্রিবমখৈদি ইচম-চম্না বাগী চৈশু অমা পায়বনদি সন্ন্যাসী অমা খক ওইদে।

সন্ন্যাসী অমনা, নিংভাই তৌবা য়ুমথোংবুদি থাদোক্লগা, হান্নবা অথন্নবস্থ নত্তবা য়ুমথোং তরেৎতগী কেন্দনা বর্ণ মরিমক্তগী ভিক্ষা লোগদবনি। মহাক্না অকংবা খরনা পেন্নগদবনি। মহাক্না চিঙাক্নীদমক্তা হান্নবা খল্লোয়দবনি। অদুগা "ঐহাক্না অসিগুম্বা চিঙাক অসিনা য়ুম অসিদগী লৌগনি অদুগা চিঙাক মখল অমনা য়ুম অদুদগী লৌক্লগনি" হায়বনচিংবা অসিগুম্বা ব্রাখল অসি সন্ন্যাসী অদুদা থম্নোইদবনি। মহাক্না মাগী চব্রা অমথক্তং চাবা কোম্নবা চিঙাক্তগী হেন্দোক্না য়াম্না লৌশিল্লোইদবনি।

অস্থন্না কংলক্লবা পোৎশিং অদু মহাক্না খুদংগী ব্রাংমদা লৈবা ভুরেল, পুন্নি নত্রগা পাক্তা পুন্নকদবনি। মহাক্না ঈক্লজথোক্লনা চিঙাকশিং অদু ঈশিং খিক্লনা শেংদোককবনি অদুগা শরুক খর খরদং দেবতাশিংদা অমস্থং জীন-কাংনচিংবা জীবশিংদা কংলগা লেমহৌবা পুম্নমক্ত হোরেনগী অমুক খাক্তনা ভুমিন্না চাগদবনি।

মহাক্না মহাকী পুক্নীং অমস্থং ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চল্লহনা কবিগুম্বা পোৎশক্তা অপাম্বা থম্নদনা সংসার অসিদা চৎকদবনি। মহাকী শান্নজবা অমস্থং খুংভাইজকমদি মহাকী আত্মাদতা ওইগদবনি। মহাকী পোত্থাকম অমস্থং হরাওজকমদি মহাকী

আত্মাদতা থিগদবনি। মহাক্না পোৎ পূম্নমকপু মান্নবা উগদবনি। মহাক্না পোৎশক নত্রগা জীব খুদিংদা মান্নবা মীৎয়েং (সমতা) লৈগদবনি অদুগা ব্রহ্ম অমত্তনি অমসুং মফম খুদিংদা চপ মান্নবনি হায়না উগদবনি।

ঋষি অদুনা ঐভোন্দা অচেৎপা ভক্তি থম্লদুনা শেংদোক্লবা মপূক্লীংগা লোয়ননা অচৌকপা, মফম চাবা অমসুং মুংঙাইগদবা মফমদা ঐগা অমত্তা ওইশিন্না ব্রহ্ম চিন্তন তৌগদবনি।

মহাকপু মায়ানা পূনশিবগী মওং অদুগা জ্ঞানগী মঙালদা মায়াদগী নান্থোরকপা মওং অদু খন্থগদবনি। পূক্লীং-ইন্দ্রি চোইবদা মায়া চংই অদুগা পূক্লীং-ইন্দ্রিনা খুদুম চল্লুবদগী নান্থোরক্লবদা অয়ান খুভম ফংই। মহাক্না তৌজরিবা ধ্যান (চিন্তন) অদুনা মপূক্লীংবু থাজহনগদবনি মদুদি মহাক্না ব্রহ্মগা অমথক্তং ওইশিনখিবগী জ্ঞান অদুনা অয়ান খুভমনি (মোক্ষনি)। অদুগা মদুগী জ্ঞান য়াওদবা, মহাক অপোৌবা হকচাং অসিনি হায়বা জ্ঞান অদুনা অহঙ্কার অমসুং কর্ম্ম নত্রগা মায়াবা পূনবা ওইরকই। ইন্দ্রিগী অপাম্বা চাকথাক হুন্নবগীদমক্তা তৌবা কর্ম্মনা মায়া পোকই অদুগা ইন্দ্রিগী অপাম্বা য়োকথত্তবনা মোক্ষগী লম্বীনি হায়বদু মহাক্না খঙলকই।

মরম অসিনা ঋষি অদুনা ঐভোন্দা ভক্তি থম্বগী শক্তিনা অদুগা পূম্নমকপু ঐরক্তি খন্দুনা-উহুনা চৎলুবগী শক্তিবা মহাকী ইন্দ্রিপূম্নবু অমসুং য়েক্লবা ভকুপপু (ছদ্বার্গ নত্রগা ছদুর্মি) হায়বদি অয়াম্বা, খৌয়াংবা, অবাবা, লোৌমম্বদা থাজবা, অহল

ওইশিল্লকপা অমস্তুং শিবা অসিবু খুদম চনশিনগদবনি। থম্মোইনুংগী আত্মাদগী মহানন্দ অমস্তুং শান্তি ফংলহনা করিস্ত নৈতবা অপাম্বা থাদোকুনা ( সন্ন্যাস ) মহাক্না ধ্যানগী লম্বীদা চঙশিনগদবনি।

মহাক্না ভিক্ষা ফংনবগীদমক্তা সহর, খুঙ্গং, লৈকাই অমস্তুং তীর্থ যাত্রিকশিংগী মরক্তস্ত চঙলুবা য়াই। মহাক্না অশেংবা মকমশিং, তুরেল, চীং, উমং অমস্তুং ঋষিশিংগী লৈকমদা চংকদবনি।

লৌবুক্তগী খূনবা মহৈ-মরোং য়াওবা চিঙ্গাক চাবনা মহাকী পূক্নীং শেংদোকুনা, মায়াদগী থুনমক লাম্থোকুনা আনন্দ স্বরূপ নত্রগা মোক্ষ ফংবা মরম্না, মহাক্না মহাকী ভিক্ষাদি অয়াম্বা মতমদা উমংদা লৈরিবা বাণপ্রস্থ ঋষিশিংগী মকমদগী মিগদবনি।

অওনবা অমস্তুং অমাঙবা নাইরিবা বিশ্ব-জগৎ অসিবু মহাক্না অশেংবনি অমস্তুং অয়েপ্পনি হায়না থক লৌয়োইদবনি। মহাক্না অহাওবা চিঙ্গাক অমস্তুং অতৈ মুংশিবা পোৎশিংবু অশেংবনি অমস্তুং লেঙদবনি হায়না থম্মোইদবনি মরমদি মীৎনা উরিবা অপৌবা পোৎ পূম্নমক মাঙবা নাইবা ভাক্তনি।- মরম অসিনা হন্দকী অমস্তুং মথংগী সংসার অসিদা থম্লিবা অপাম্বা পূম্নমক্তগী নাম্থোকুনা মহাক্না ভোগী ওইগদবা কর্ম্ম পূম্নমক থাদোকদবনি।

বিশ্ব-জগৎ, হকচাং, পূক্নীং, খোম্থোক অমস্তুং প্রাণ পূম্নমক অসি মায়ানি নত্রগা আত্মাদা ভোপশিনবা লৌনম্বনি হায়না অয়ৎ-বিচারগী শক্তিদগী থঙলহনা আত্মাদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈগবা

ঋষিনা মাগী আহান্দা লৈতাহুনা লৈরগা মথক্কী মায়াশিং
অসিবু সন্ন্যাস তৌগদবনি। মহাক্না মায়া ওইবা পোৎলমশিং
অহুবু অমুক হন্না থন্থরোইদবনি।

হৌজিক্কি পরমহংসগী মথৌশিং তাক্লগে। বিজ্ঞান অমসুং
সন্ন্যাস ধর্ম্মগা মপূং ফাবা, অজ্ঞান-খুত্থম ক্যগে ফাওবা
বিডলুদবা ঐ:ওাঙ্গা ভক্তি অমসুং সমর্পন তৌহুনা লৈরবা
মহাক অহুনা বেদকী নিয়ম-কানুনগী বাংমদা অমসুং মপাঙ্গোংগী
ওইবা সন্ন্যাসীগী কিজেং অমসুং খুদম থক মাওদনা মকম অ.দগী
মকম অমদা চংকদবনি।

মহাক্না জাবী অমা ওইরবস্ত অক্লাংগী মতৌগুম্না চংকদবনি,
মহাক্না হীরম খুদিংদা লৈ-শিংনবন্সু ইচম চম্না ইপক পণ্ডবা
শাজং চংকদবনি, মহাক্না পণ্ডিত অমা ওইরবসু ইচম-চম্বা মীগী
মতৌগুম্না বা ভাঙগদবনি; মহাক্না বেদ-জ্ঞান লৈবা ওইহুনসু
মীনা থাগৎহন্নিংবা নত্রগা মীংচং অমসু' উপাধিবু পান্নদনা
ইচম-চম্বা মীগী মতৌগুম্না লৈগদবনি।

যজ্ঞ-কর্ম্মগা মরী লৈনবা মহাক্না বেদবু ব্যাখান তৌবদা
নত্রগা মোকথংপদা হৈনবী ওইরোইদবনি; মহাক্না বেদবু থাজমদবসু
ওইরোইদবনি। মহাক্না বাদেব ভাঙনবদা নত্রগা মরৈ কংরেং
য়েংনবদা হৈনবী ওইরোইদবনি।

ঋষি অহনা অ:তাপ্পা মীবুসু কিরোইদবনি নত্রগা মীবুসু
কিগরেইদবনি। মহাকপু মী অতোপ্পনসু ওৎ-লৈহজোইদব'ন
মরম। মহাক্নসু মী অ:তাপ্পবু ওৎ-লৈরোইদবনি। মহাক্না

অকনবা শাখিবা রাজাগ ভাঙলোইদবনি। মহাক্না কদোম্নুংদসু কনাবু ইকায়বা পীরোইদবনি; হকচাংগীদমক্তা মহাক্না শাগুম্না কনাগুম্বদা য়েক্নরোইদবনি।

থা অমথক্তুংগী মমি ভোজাব-ভোজানবা শাক্ত নক্রপা ঈশিং ঈপাক্তা তাবগুম্না অমথক্তং ওইবা পরমাত্মা অসিনা জীব পুম্নমক্কী দেহদা অমস্তুং কনাগুম্বা অমগী দেহনুংদা চঙতুনা লৈ। হকচাং পুম্নমক অসি পঞ্চভুতনা শাবা মরম্না মথোয়গী শাজংসু অমথক্তুংদনি।

মহাক্না করিগুম্বা মতমদা নহুগ। করিগুম্বা মকমদা চান্নবা চিন্নাক কংত্রবসু অর-অবা থাজতুনা নীংবা কায়দনা লৈগদবনি; নক্রগা মরাং কায়না কংগদবা মতমদসু হরাও-তম্রাম্নোইদবনি; মরমদি চিন্নাক কংবা নক্রগা কংদবা অনীমক ঐগী খুত্তা লৈবনি অমস্তুং মথোয়শিং অহু নোংদম্বগী মথা পোনবনি।

মহাক্না চিন্নাক কংনবসু হোৎনগদবনি। মসিবুম্ব নোংদম্বদা ইম্নোক্তুনা থম্নোইদবনি মরমদি হিংনবগীদমক্তসু হোৎনকম থোকই। পুন্সি য়োকখংলবাদি মহাক্না সত্যবু থিজিনবা ঙমই অহুগা সত্য মশক খঙবনা মহাক্না মোক্ষ ফংই।

খুদোং চাবা অমদগী কংলকপা চিন্নাক অহু অক-কত্ত, নক্রগা অহাও-হাওত থিদনা মহাক্না চাগদবনি; খুদোং চাবনা পুম্নকপা ফি নক্রগা কম্নুং মহাক্না শিজিন্নবা য়াই। (পরমহংস অমনা খুদোং চাবদগী কংলকপা ফুংজাইবা অহুবুসু থাদোক্নোইদবনি। বৈরাগ্যদা য়াম্না শাবশিনবা অসিসু রাগদা শাবশিনবদা কত্তবগুম্না

ফংত্ত। পরমহংস অমনা রাগ অমসুং বৈরাগ্য অনীগী মথক্তা লৈগদবনি। মসিনা অশেংবা পরিক্ষানি। মী খরনা মাগী পুন্সি লোইত্রিবকাওবা বৈরাগ্যবু পামহুনা চংলি ) বৈরাগ্যদনা মখোয়গী পন্থুং ওই। অসিগুম্বা মীওই অসিনা জীবনমুক্ত অমা ওইবগী অশেংবা শাস্তি অহু ফংদে। বৈরাগ্য ভাক্তবু পাম্বা অসিস্থ নাকল অমথক্তংগী ওইনা কান্নবনি। মসিদনা মপুং ফাবা ওইদে। বৈরাগ্য সাধনা তৌদবা বৈরাগ্য পুদবা অহুগা পুক্নীংদদি বাসনাদনা থল্লবা সন্ন্যাসী খরনা হায় : "ঐখোয় থশ্মোইমুংগী অপাম্বা লৈত্রে। ঐখোয়না বৈরাগ্য অভ্যাস তৌবগী দরকার লৈত্রে। ঐখোয় রাগ-দ্বেষগী মাংমদা লৈরে। ঐখোয় জ্ঞাননিষ্ঠা ফংলবা আদ্বৈত স্বরূপ ওইরে।" মখোয়শিং অসি মায়ানা পুল্লবা আত্মানি।

পরম ভগবান ঐনা হরাও-ভয়াম্না লু-হেন্না লৈবগুম্না ঋষিশিংনস্থু, আইম্না নমহুনা তৌহনবগী ভাব তৌদনা, মচিন-ময়া তেংথোকপা, মকুজথোকপা অমসুং নিত্য ক্রীয়া কয়া ভাক্লা চংকদবনি।

অহুগুম্নবা ঋষিশিং অহুগী মফমদদি ভেদ ওইনা উবা নত্রগা বাথল তৌবা লৈত্রে মরমদি মহাক্লা ঐবু সাক্ষাৎ ওইনা খঙজবনা মরম ওইহুনা ভেদ ওইনা উগদবা পুম্নমক মাঙহনত্রে। মহাক্লা শিত্রিবকাওবদি ( সিদ্ধি ) করিগুম্বা মভমদা ভেদ লৈবগী নত্রগা ভেদ ওইনা উবগী মওং লৈরবস্থ মতুংদদি মহাক্লা ঐগা অমত্তা ওইশিন্নবা ( একাকার ) ওইবহু ফংই। মাগা ঐগা

অমখক্তং ওইনা স্বভাব তৌবা ঙমগ্লবা ঋষি অচুগী মকমদদি মহাক্না সংসারগা ভিন্নচুনা লৈরবস্থ সংসার অসি মঙোন্দদি অশেংবা অরেপ্পা ওইনা উররোই। (দেহ ধারণ ওইবনা মরম ওইরচুনা মহাক্না মহাক্তী আনন্দ স্বরূপ অচুবু মরক মরক্তা কাউথোক্তুনা মায়ানা পুল্লবস্থ ঐগী থোজান্দগী থুনমক মহাক্তী জ্ঞান কাওরক্তুনা ঙাইহাক্তুংগী ওইরম্বা মায়া অচুবু লংথোকখিগনি। মসিদি ব্রহ্মবু ময়েক শেংদনা ঙাইহাক্তুংদগী ওইনা উবা মীশিংগী মকমদা থোকনি। ভুম স্বরূপ ফংলবা আত্মা সাক্ষাৎকার ওইরবা মীশিংগী মকমদদি মায়ানা পুনবা নক্সগা পুক্নীংদা ভেদ নাইবা লৈররোই)।

অরাবা শোয়দনা তাররগদবা কর্ম্মবু অমম্তুং রাগ তৌরিবা পোৎপু তুকচবা পোক্লবা, মপুক্নীংবুদি থুচুম চনপ্লবা অচুগা ঐগী লম্বীদা চঙশিল্লকদবা ধর্ম্মগী লম্বীদি খিজিন্ত্রিবা মহাক অচু ঋষি অমগী মকমদা চঙজচুনা মাগী গুরু ওইগদবনি।

মহাক্না ব্রহ্ম-সাক্ষাৎকার ওইত্রিবমখৈদি মাগী গুরুবু ঐঙোন্দা তৌবগুম্না চেকশিন্না অমম্তুং ভক্তি লৈনা সেবা তৌগদবনি। মহাক্না মাগী গুরুবু মপুঙ ফাবা থাজগদবনি অমম্তুং মাগী মরাল খিরোইদবনি।

মীওইবগী অশোনবা তরুকপু (ছচুর্মি) হায়বদি অরাবা, মায়ানা পুথা, অরাম্বা, খৌরাংবা, অহল ওইশিল্লকপা, শিবা অসিবু থুচুম চনশিনবা ঙমত্রিবা, মাগী ইন্দ্রি অমম্তুং মপুক্নীং চরাংনরিবা, মপুক্নীংদা বিবেক বিচার লিংত্রিবা হন্দকী নক্সগা

মথংগী সংসারগী ওইবা ঙাইহাক-ঙাইহাক্তুংগী নুংঙাইবা অসিদা অথীবা পোক্লিবা, সন্ন্যাস ধর্ম্মনা হিংননবগী উপাই ওইনবা মহাক অহু ধর্ম্ম বিরুদ্ধনি নত্রগা ধর্ম্ম মাঙকনবা, মহাক্না দেবতাশিংবু, মশামকপু অহুগা মাগী থম্মোইহুংদা চঙহুনা লৈরিবা ঐবু নমথাক তৌরবনি। মহাক্কী অমোংপা পাপ নত্রগা লুদবহু হৌজিক ফাওবা চামথোক্লি। মরম অহুনা মহাক অহু হন্দকী অমম্তুং মথংগী মপোক্তগীম্ভু লৈখা তাবা হায়রবহু ওইরবনি। মহাক অহু হন্দকী অমম্তুং লাকদোরিবা মপোক্তগী মহৈ য়ানবা ফংত্ররবনি।

সন্ন্যাসীশিংগী মরু ওইবা মথৌদি পূক্নীং থুহুন চনবা অমম্তুং জীবদা অরাবা পীদবা অসিনি, বাণপ্রস্থশিংগী মথৌনা, তপস্যা অমম্তুং বিচার নত্রগা জ্ঞান লৈবনা মথৌনি; গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীশিংগীনা শা-মলবু ঙাকপা অমম্তুং যজ্ঞ তৌবা অসিনি, ব্রহ্মচারীশিংগী মরু ওইবা মথৌনা মথম্মোই লুপ্না গুরুবু সেবা তৌবা অসিনি।

মরক মরক্তা নিয়ম ঙাক্না ইন্দ্রিয়শিংদবক্তা খতুধর্ম্ম চংশগা লোয়ননা ব্রহ্মচার্য ধর্ম্ম ঙাকপা, তপ তৌবা, পূক্নীং শেংদোকপা, পেন্নহৈয়বা অমম্তুং জীবদা থৌজান হৈবা অসিস্থু গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীশিংগী মথৌনি। ঐবু পূজা তৌবনা পূন্নমক্তী ওইবা মথৌনি।

নিতি নিয়ম ঙাক্না কর্ম্ম তৌহনা ঐবু ভক্তনা পূজা তৌরবা অহুগা মপূক্নীং শাহু বুবিঙনা অরদা থুমম্নরবা সহুগা ঐবু

জীব পাবনা পুম্নমক্তা লৈবা উরবা মহাক অদু থুনমক ঐগোন্দা অচেৎপা ভক্তি ফংই।

হে উদ্ধব! অসিগুম্নবা পুক্নীং অমী লোগুবা ভক্তিনা জীব পুম্নমকী অমসুং জগৎকী অথোইবা মপু, পুম্নমকী হৌরকফম অমসুং লোইশিনফম ওইবা, কারণ পুম্নমকী কারণ ওইবা ব্রহ্ম ঐবু মী অদুনা ফংই।

অসুম্না নিত্য ক্রিয়া কর্ম্ম পুম্নমক তৌদুনা মপুক্নীং শেংদোক্লবা অমসুং ঐগী লীচৎপু খঙলবদা মহাক্না জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞান ফংলদুনা ঐগী ইফমদা থিন্দনা য়ৌরকই।

মসি বর্ণ অমসুং আশ্রমগী চৎনবীগী কোর মসুংদা লৈবা ধর্ম্মগী লম্বীনি অদুগা লীচৎ অসিবু ঐগোন্দা ভক্তি লৈবগা লোয়ননা চৎলবদা মোক্ষ ফংনবগী খ্বাইদগী অথোইবা লম্বীনি।

কনাগুম্বা মীনা মাগী বর্ণ নত্রগা পুন্সিগী ফিভম মতুং ইন্না ঐগোন্দা ভক্তি তৌবগা লোয়ননা মাগী কর্ম্ম তৌরবদা পরমভগবান ঐবু কন্নম্না ফংগদগে হায়বা মংগী রাহংগী পাউথুমবু ঐনা পীরবনি।

## জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞান

ভগবান্না হায়রম্মী, শাস্ত্রগী জ্ঞান মপুঙ ফানা লৈরম্বা, অদুগা আত্মা সাক্ষাৎকার ওইদুনা বিজ্ঞানন্দু ফংলক্লা মহাক অদুনা, বিশ্ব-জগৎপু ভেদ ওইনা উবিবা জ্ঞান অদুন্দু মায়াবি নত্রগা কান্নদবা মায়াগী পোথোক্নি খঙদুনা, অরোইবা মতমদদি ঐগোন্দা আশ্রয় তৌগদরবনি।

জ্ঞানী অমগী মকখদদি ঐদবু মাগী চান্নজবা ওই। ঐদবু মাগী ইচ্ছা নত্রগা নীংজবগী পন্থুং অমস্তুং উপায়দা ওইনি। ঐ অসি মাগীদি স্বর্গনি অহুগা মোক্ষস্তুনি। মাবা চান্নজবা অসি ঐ মত্তনা অতৈ কনা লৈতে।

জ্ঞান অমস্তুং বিজ্ঞান ফংলবা মহাক অহুনা ঐগী পরম ধাম নত্রগা অরাংবা পন্থুং অহুবু কংই। ঋষিশিং অসি ঐগী খ্বাইদগী চান্নজবনি মরমদি মহাকী জ্ঞান্না ঐবু রাংনা থাঙ্গংলি।

তপ তৌবা, অশেংবা মকখ অমস্তুং তুরেলদা তীর্থ চংপা, পীনহৈবা দান তৌবা, মন্ত্র শোনবা অহুগা শেগুদোক্লবগী কর্ম্ম অতৈ করাস্তু, বিজ্ঞানগী মগান্দা কাওহুনা লাক্লিবা মপুঙ ফাবা (মোক্ষ) ফংনবগীদমক্তদি, থোইদোক্লা উপায় ওইদে।

মরম অসিনা হে উদ্ধব! মোক্ষ ফংনবগীদমক্তা নশানা নশাবু খঙহ অহুগা জ্ঞান অমস্তুং বিজ্ঞান য়াওবা ভক্তি চেনবা থম্মোইবা ঐবু সেবা তৌ।

জ্ঞান অমস্তুং বিজ্ঞানবু যজ্ঞ তৌবগী উপাইবা ঋষিশিংনা মথোয়গী হৃদিস্তুংদা যজ্ঞগী মপু ওইরিবা আত্মা ঐবু পূজা তৌই। অহুগা মথোয়না মোক্ষ কংই।

হে উদ্ধব। অওনবা মখল অহুম হায়বদি পোকপা, শিবা, অহন ওইশিল্লকপা নত্রগা অপোবা, অকুপ্পা অমস্তুং মগোন্দা লৈবগুয়া উরিবা কারণ অমদগী থোক্লিবা হকচাং অসিস্তু কল্পিমতা ওইদবা মায়ানি নত্রগা লোনস্বনি, মরমদি মথোয় অসিদি অহৌবদা নত্রগা অরোইবা লৈবা মত্তে, মরক্তদা উংপনি।

পোকপা অমসুং, মওং মতৌশিং অসিনা নঙগী হকচাংদা অওনবা অমা লাক্লবা কুত্তমদা, অদোম্না লৈরিবদু করিনো? মরমদি মায়া ওইবা পোংলমশিং অসিগী মথুংদগী অহৌবদা অমসুং অরোইবদা তশেংনা লৈবা অচৌবক মরক্তদু লৈবনি।

উদ্ধবনা হায়রম্মী: হে বিশ্ব-জগৎকী মবুংঙো, হে ভগবান, বিশ্ব-জগৎকী রূপসু ওইবিবা, পুক্নীং ঊথক হৌদনা ঈংবা, (বৈরাগ্য) সন্ন্যাস অমসুং বিজ্ঞানগা লোয়নরবা মহৌশাগী ওইবা অশেংবা জ্ঞান অদুবু করম্না মপুং ফানা ফংজবা তমগদগে হায়বদু ঐদোম্না তাকপীয়ু। মহর্ষি কয়ানা অমদি ব্রহ্মা ফাওবনা থিজবা নঙোম্না, চৌজগদবা ভক্তিগী মওংশিং অদু ঐদোম্না তাকপীয়ু।

৮. হে ভগবান! অকিবগী মশক ওইরবা সংসারগী লম্বী অসিদা অধ্যাত্মিক তাপ (লায়না নাচিংবা), অধিদৈবীক তাপ (বজ্র তাবা, নোংথাংনচিংবগী অরাবা) অমসুং অধিভৌতিক তাপ (লায়নচিংবা মীহু পায়রনা চীকপগী অরাবা) মথন অকমগী মৈরীনা চাক্কুনা অকুনবা চাংয়েং তৌরবা অসিদা হে ভগবান, অমৃত থীকথবিরকপা নত্ত্রগা আনন্দময় ওইরবা মোক্ষ পীনবীবা শ্রীচরন খাদা চঙজবা নত্তনা অতৈ চঙজকম লৈতে। হে অথোইবা গুণ-চেলবা ভগবান, ঐনা সংসারগী অপাইবা মংঙাইবদা মীনোকবনা পোকপা অমসুং শিবগী অরোই-অথম মাইত্রবা নরকী কোমদা চিংথরবা মতমগী লাইরেন থায়াত্তা ঐদি চঙলেদো। অসিগুম্বা নরকী কোম অসিদগী ঐবু থাঙৎপিয়ু অমসুং অরান-খুভম ফংজবা য়াবা ইবুংঙো নঙগী মেওলবা জ্ঞানগী বাহৈনা ইথক্তা থীকথবিয়ু।

ভগবানা হায়রম্মী : মখাঙৈগদা, ঐখোয়না তাক্লিবা পাউখুম অসিগী চপ-চাবা য়াহংমক মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ধর্ম্মবু খুংশিজবগী অথোইবা ভীষ্মগী মকমদা হংখি।

মহাভারতকী লান লোইরবদা, শাগৈ নাতৈ অমসুং মরূপ মপাং কয়া হাৎলুবগী অরাবনা থল্লবা ধর্ম্মপুত্রনা ভীষ্মগী পাউতাক লৌজখি অমসুং হীরম কয়াগী য়াহং হংলুববা মতুংদা অয়ান-খুভম (মোক্ষ) ফংনবগী য়াহং অসিসু হংখি।

সন্ন্যাস ধর্ম্ম, বিজ্ঞান (ব্রহ্মজ্ঞান), শ্রদ্ধা, পূকচেল তিংবা অমসুং ভক্তিগী অরাংবা নিতিনা মপুক্তা হাল্লবা ভীষ্মগী মচীন্দগী ঐনা তারকপা থরা ঐনা নঙোন্দা তম্নগে।

প্রকৃতি, পূরূষ, মহত (বুদ্ধি), অহঙ্কার (হকচাংগা মরী লৈননা থমবা ঐ) অমসুং তন্মাত্র মঙা (অহোবদগী লৈরক্লবা পোৎশেং নত্রগা সূক্ষ্ম ভূত) মাপল অসিবু, ইন্দ্রি তরামাথোই (কর্ম্ম ইন্দ্রি মঙা, জ্ঞানইন্দ্রি মঙা অমসুং পূক্লৌং), পঞ্চভূত মঙা (লৈপাক, ঈশিং, মুংশিৎ, মৈ, আকাশ), অহুগা গুণ মখল অহুম (সত্ত্ব, রজ অমসুং তম) অহুগা অমথক্তং ওইরবা আত্মা অসিবু জীব পানবা খুদিংদা লৈবহ্ উবা ঙম্নবা অহু অশেংবা বিজ্ঞানি হায়না ঐনা লৌই।

হৌজিক্তি, বিজ্ঞান হায়বসি মসিনবুনি। হৌজিকি ঋষি অহুনা নিয়ম-কানন্ কয়াবুস্ক খংবগ্রশি হায়না উংদ্র]নত্রগা আত্মা অমত্তনা কয়ম্না ময়াম থোকল্লিবানা হায়রাহ্ থম্লুবা লৈত্রে। মহাত্মা হামগী মন্তোঙুম্না, আত্মা অমত্তবা পোৎশক কয়াদা চঙহ্না শন্দোক্লা লৈবহন্ অমুক ..না উৎক্রে। মহাত্মা পরম, কারণ

ওইরিবা ব্রহ্মদবু চিন্তন তৌদুনা লৈঙ্গে করিগুম্বা অমত্তবু খনখিদ্রে। পোকপা, হিংবা, অমসুং শিবা তৌরিবা অসিগী মওংদি গুণ মখল অহুম্না শেমগংপা পোংশিংদগা মরী লৈনবনি ব্রহ্মগা মরী লৈনদে হায়বহ্ খঙলকই।

হকচাং অমনা হকচাং অমদা মওং হোংখিবা মতমদা অহৌবদগীসু, মরক্তসু অমসুং অরোইবদসু ইন্নাওদা য়াওদুনা লৈবা অদুগা হকচাংশিং অদুনা মাগী-মাগী কারন্ ওইকদা হক্লিনখিবা মতমদসু (পঞ্চভূতা হক্লিনখিবা শিবা) ইরেঙ লেঙদনা লৈহৌরিবা অদু তশেংবমক অচুম্বা নক্সগা অরেপ্পা সং হায়বা অদুনি।

বেদ, উবা-ভাবনচিংবদগী হকথেংননা খঙবা, মহা প্রাশিংনা হায়রম্বা বাহৈ অমসুং অনুমানগী খঙবা প্রমাণ মরি অসি জ্ঞান কংনবগী উপায় ঙাক্কুনি। অওনবা নাইরবা সংসার অসিবু চাং য়েংলুবদা অরেপ্পা অমত্তা ওইদে; মরম অসিনা জ্ঞানীশিংনা পোংশক পুম্নমক্তা অপাম্বা থমদে—সংসারবু থাদোক্তুনা সন্ন্যাসী ওই।

কর্ম্ম পুম্নমক অওনবা নাই। কর্ম্মশিং অসিদি অরাবগী মহৈ য়াল্লি অদুগা মতমগী ঙমথৈ নাই। মখোয়না মতমচুপ্পদা হুংঙাইহনবদি থক ঙমদে। মরম অদুনা জ্ঞানীশিংনা কর্ম্ম তৌবনা কংবা য়াবা মকম পুম্নমক উরে হায়বদি হৌজিকমক উরিবা সংসার অসিথকুম্না ব্রহ্মাদগী হৌরগা মকম পুম্নমক্তা অরাবা অমসুং ঙাইহাক্তংদগী ওইবা ঙাক্কুনি।

হে পার্থ চৈরবা! ঐদা নঙগী মকরদা ভক্তি যোগগী মরমদা হায়না তাকখে। ঐঙোন্দা ভক্তি তৌরা কংজনরগী উপায়শিং অসু ঐবা অমুক্তা হয়া নঙোন্দা তাক্লগে। ঐনা হায়রিবসে অমুক্তা হয়া তাবো।

ঐগী অমৃত চেল্লবা বারীদা থাজবা পোকপা, মায়াগশং অহু তাক্লরবা মতুংদা মী অহোঞ্জদা অমুক তাইনবা, ঐগী নামবু ভত্তনা শকচ-শোজবা, ঐবু পূজা তৌবদা পুক্লীং লৈতাবা, ঐবু থাগত্তনা মীশে শকপা, ঐবু সেবা তৌজবদা নুংঙাইবা ফাওজবা, হকচাং কায়াং মফম নিপাল শোক্লা ঐঙোন্দা দণ্ডবৎ কৎপা, ঐবু পূজা তৌবদগী হেমা চাউরবা ঐগী ভক্তশিংবু পূজা তৌজরবা জীব খুদিংদা ঐ চঙ্গহুনা লৈবহু উরবা, জীব খুদিংবু ঐমক্তম উজরবা, ঐঙোন্দা কখোকপগী কর্ম তৌবদা হকচাং কায়াং লেঙহাইনা তৌজরবা, ঐগী গুণ থাহুনা মীশে শক্লবা, ঐগী গুণ মহিমাগী মরমদা ভাঙন-শানহুবা নুমিৎ খুদিংগী ভাঙন-শানবা পুম্নমক ঐঙোন্দদা ওইহনবা, পুক্লীংবু ঐঙোন্দা আশ্রয় তৌহুনা কখোক্লবা, সংসারগী রাগ পুম্নমক থাদোক্লবা, লন-থুম, নুংঙাইথোকপা, পোথাবা অমস্তুং পৈমা নুংঙাইবা পুম্নমক ঐগীদমক্তা থাদোক্লবা, যজ্ঞ লিংখৎপা, দান অমস্তুং কখোকপগী থবক তৌরবা, মন্ত্র হয়া-হয়া শোল্লবা, ঐগীদমক্তা বাশক তাক্লবা অমস্তুং তপস্যা ওইরবা—পুম্নমক অসি ঐঙোন্দা ভক্তি কংনবগী মক ওইবা উপাইনি।

হে উদ্ধব! ঐঙোন্দা সমর্পন তৌদুনা আশ্রয় তৌজরবা মীশিং অদুনা ধর্ম্ম চেনবা কর্ম্ম তৌবদগী ঐঙোন্দা ভক্তি চাওখৎপা ওই। মখোয় অদুমা ঐগী ভক্তিবু অমুক্তং কংপ্রবদা বিশ্ব-জগৎ অসিদা খঙখিগদবা অমা অমুক লৈহৌদ্রে।

পূক্লীং অসি সত্ত্ব গুণনা মপুঙ ওইরবা অদুগা মপুঙ ফানা তপ্পা অমস্তুং ঈংবনা আত্মা ঐঙোন্দা আশ্রয় তৌজরবা মতমদা তক্ত অদুনা ধর্ম্ম, জ্ঞান, বৈরাগ্য নত্রগা সন্ন্যাস অমদি ঈশ্বরগী ওইবা দিব্য শক্তি অদুবু কংই।

অদুগা, পূক্লীং অসি ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বা মুংঙাইবনা হুমদুনা পুপ্রবা মতমদা, ঐ মত্তবা করিগুম্বা পোৎশক অমদা থম্লবা মতমদা হায়বদি পোৎশক অমগী গুণদা নপ্তুনা থমপ্রবা মতমদা, ইন্দ্রিশিংগা লোয়নদুনা লম্বী অচুম্বদগী থেদোকপ্রবা মতমদা পূক্লীং অসি রজ গুণগা লোয়নদুনা য়াম্না মোৎপা ওইরক্লুনা অনিত্য ওইবা (মাঙখিগদবা) পোৎশক্তা হেজিন্না পামশিল্লকই অদুগা ওন্ন-তৈনবা লম্বীদা চঙশিল্লক্লুনা মী অদুমা মথক্তা হায়খিবা গুণশিং অদুগী মায়য়োক্লবা ঙাক্তা চৎলকপনা ধর্ম্ম-চেন্দবা, অপঙবা তম গুণ চেনবা, অপাম্বা অমস্তুং অশোনবা ওইরকই।

ঐঙোন্দা ভক্তি হেনগৎহল্লিবা পূম্নমক ধর্ম্মনি ; আত্মা অমং খক্ত'দনি হায়বা খঙলিবা অদুনা জ্ঞাণনি ; ভৌতিক জগৎকী গুণনা পূক্লীংবু শুক্ষংত্তবা নত্রগা সত্ত্ব, রজ অমস্তুং তম গুণ অদুমগী লীলানা মাবু শুক্ষংপা ঙমত্রবা মহাক অদু বৈরাগীনি, অদুগা ঈশ্বরগী মওংদি অনিম অমস্তুং শক্তি অতৈবু পুবা ঙম্বা অদুবুনি।

## ( যম অমসুং নিয়ম )

উদ্ধবনা হায়রম্মী : হে য়েক্লববু হাংঙম্মা ! যম অমসুং নিয়ম অসিসু মখল কয়া ওুবগে ? সম করিনো ? দম করিনো ? হে কৃষ্ণ ? তিতিক্ষা করিনো ? ধৃতি করিনো ? দান্ হায়বনা করিবুনো ? তপ হাবহুনা করিবুনো ? শৌর্য হায়বহুনা করিবুনো ? সত্য হায়বহুনা করিবুনো? রিতানা করিনো ? ত্যাগ হায়রিবহুনা করিবুনো ? করম্বা দান্না অথূপ্পা ওইবগে ? যজ্ঞ হায়বসি করিবুনো ? দক্ষিনা হায়বহুনা করিনো ? নিপা অমগী পাঙ্গল শক্তি হায়বহুনা করিবুনো ? ভগ হায়বহুনা করিবুনো ? লাভ হায়বনা করিনো ? বিদ্যা হায়বহুনা করিবুনো ? হ্রূ হায়নরিবনা করিনো ? শ্রী হায়নবহুনা করিবুনো ? সুখ অমসুং দুখ করিনো ? কনাবু পণ্ডিত কৌনবগে ? কনাবুনা অপঙবা কৌনবগে ? দুখী হায়বনা কদায়নো ? অমানবা লম্বীনা করিনো অহুপা মসিগী ওয়-তৈনবহুনা করিবুনো ? স্বর্গ কদায়দু কৌবগে ? নরক হায়বহুনা করিনো ? শাগে-নাতৈ হায়বহুনা করিনো ? মূম হায়বসিনা করিবুনো ? ইনাকখুনবা হায়বনা কনাবুনো ? লায়রবনা কনানো ? কৃপন্ হায়নবহুনা কনাবুনো ? ভগবান হায়বহুনা কনাবুনো ? হে ধর্মগী মবুংঙো, ইবুংঙো নঙনা চানবিদুনা ঐগী বাহংশিং অসিগী পাউখুম অমদি মসিগী ওয়-তৈনবা অহুম্সু ভাকপীয়ু।

ভগবাননা হায়রম্মী : যম হায়বসিগী মনুংদা অহিংসা (কনাবুসু অশোক-অপন পীদবা), সত্য (অচুম্ববু চংনবা হোংনবা), স্তেয় ( মীগী মরল হুরান্দবা ), অসঙ্গত্ব ( অপাম্বা থমদবা ), হ্র

(মগুণ উত্তবা নোল্লকপা). অসঙ্গয় (ভুংগীদমক্তা লন পৈশিন্দবা), স্তিক্য ( ঈশ্বরবু থাজবা ), ব্রহ্মচার্য্য ( যুম্বান্দবা ), মৌন ( রা-ভাঙদবা), স্থৈর্য্য (পুকচেল তপ্পা. অথাঙ-কনবা), ক্ষমা (ভাকপীহৈবা', অমস্তুং অভয় ( অকিবা লৈতবা ) য়াওই।

নিয়ম হায়বসিগী মনুংদা শৌচ ( পুক্নীং অমস্তুং হকচাং শেংবা ), জপ ( ভগবানগী নাম হন্না-হন্না শোনবা ), তপ (ইন্দ্রি খুত্থম চনবা লীচং ), হোম ( যজ্ঞদা দান্ তৌবা ), শ্রদ্ধা (থাজবা), অতিথ্য ( যূমদা লাকপা মীবু সেবা লুনা তৌবা ), অর্চন (মুমিং খুদিংগী ওইবা ঈশ্বর সেবা-নিত্য কর্ম্ম ), তীর্থতন ( অশেংবা মফমদা চৎপা ), পরাবথেহ ( মীগী ফনবা কর্ম্ম তৌবা ), তুষ্টি ( পেল্লহৈবা ) অমস্তুং আচার্য্য-সেবণ ( গুরু সেবা ) য়াওই।

কাঙলুপ তরানিথোই তরানিথোইনা শাবা মথক্তী গুণশিং অসিবু চুম্না অভ্যাস তৌহুনা চৎলবদি সাধক অহুগী অনীংবা মতুং-ইন্না মখোয়না শোয়দনা ফল পীগনি। মখোয় অসিবু অভ্যাস তৌবনা সম্পতি চাওখৎপা নত্রগা মোক্ষ ফংবা ওইগনি।

সম হায়বসিনা পুক্নীংনা এঐাোন্দা লেপ্পুনা থম্বহুবুনি, ইচম চম্না রাথল ঈংবা নত্রগা চীকপা অহুবু নত্তে। দম হায়বহুনা ইন্দ্রিশিংবু খুত্থম চনশিনবা অহুবুনি। তিতিক্ষা হায়বনা থাঙবা কনবা অমস্তুং থৌনা লৈবহুবুনি। মসি অরা-অনংবু থাঙবা অহুবুনি। ধৃতি হায়বনা মহাও অমস্তুং অঙাং পোক্নবগী ইন্দ্রিবু খুত্থম চনশিন্নুনা মনীং তৌহন্দবা অহুবুনি। অতোপ্পা জীবশিংবু মাঙহন-তাকহনবদগী হন্দোকপা অসিনা থাইদগী চাউরবা দান্নি।

৺প হায়বসিনা অশেংনমক অপাম্বা ইচ্ছা থাদোকপা অদুবুনি।
শৌর্য (থৌনা কবা) হায়বসিনা মহাক মশাগী হৈনবী লীচং হায়বদি বাসনা অদুবু জয় তৌবা অদুবুনি। সত্তা হায়বনা মান্নবা মীৎয়েং থঙ' নত্রগা পূম্নমকপু চপ মান্ননা থনবা মীংয়েং সমতা ওইবা ভাব অদুবুনি।

শ্রিত হায়বসিনা, জ্ঞানীশিংনা হায়বদি, ব্রাহ্ম-খোম্হোক মুংশিবা অমসুং চুম্বা অদুবুনি। শৌচ নত্রগা শেংবা হায়বসিনা কর্ম্মদা অপাম্বা থমদ্রবা হায়বনি। ত্যাগ হায়বনা কর্ম্ম থাদোক-পবুনি। থূপ্না-চেকশিন্না থমগদবা লন্না ধর্ম্মনি। ঐ ইশামক যজ্ঞনি। অধ্যাত্মিক্কী পাউত্তাক নত্রগা অশেংবা জ্ঞান পীবনা দক্ষিনানি নত্রগা ধর্ম্মগী নোমজমন্নি নত্রগা যজ্ঞগী দান্নি। প্রাণবু খুদুম চনবনা অথোইবা পাঙ্গলনি।

ভগ হায়বসিনা গুণ তরুক্কা লৈতেংবা ঐগী দিব্য ওইবা রূপ অদুবুনি। লাভ থ্বাইদগী করবা শেন্দোংদি ঐগোন্দা ভক্তি কংবা অদুবুনি। বিদ্যা হায়বতুনা পরমাত্মাদগী থোইদোকপা ভক্তি ভেদ ভাব অমা থম্লম্বদু লৈহন্দবা অদুবুনি। মসি পরমাত্মা স্বরূপ্, মশাং য়াম্না উরম্বা ভাব অদুদগী মাওহনথিবা অদুবুনি। হ্ন হায়বদি ইচম-চম্না নোম্লকপা অদুবু নত্তে। মসি কত্তবা কর্ম্ম নত্রগা শাস্ত্রনা য়াদবা কর্ম্ম তৌবদগী হন্থহল্লকপা অদুবুনি। শ্রী ইচম চম্না লনবু হায়বা ওাক্তা নত্তে—মনীং তম্না লৈজবা ঙম্বগী গুণ শক্তি অমসুং অপাম্বা ইচ্ছা য়াওদবা অদুবুনি। সুখ নত্রগা মুংঙাইবা হায়বসিনা অরা-মুংঙাইগী রাংমদা লৈবা মক্রুবা

অহুবুনি। দুখ মন্ত্রগা অৱাবা হায়বসিনা ইন্দ্রিগী ওইবা সুংঙাইবা অহুবু খৌৱাংনা লৈবা অহুবুনি। পণ্ডিত হায়বহুনা সংসারগী মায়া থৌৱীনা পুনবা অমসুং মায়া থৌৱীদগী নাম্থোকপা (মোক্ষ) অনী অসিগী খেন্নবা খঙবা ঙম্লিবহুবুনি।

অপঙবা হায়বসিনা মহাক অপোৱা হকচাং অসিনি হায়না খনবা অহুগা হকচাং অমসুং হকচাংগী ওইবা লম্নচিংববু আত্মানি হায়না লৌবা মী অহুবুনি। অচুম্বা লম্বী হায়বহুবা ঐঙোন্দা চঙশিল্লক্লিবা লম্বী অহুবুনি। অৱানবা লম্বী হায়বহুদি পুক্লীংবু ইন্দ্রিশিংগীদমক্তা পেন্ননবা চিংথোকখ্রিবা লম্বী অহুবুনি। সত্ত্ব গুণ হেনগংলকপা স্বর্গনি। তম গুণ হেনগংলকপা নরকনি। শাগৈ-নাতৈ হায়বহুনা ঐমক ওইরিবা গুরু অহুবুনি। হে মরুপ! মুম হায়রিবা অহুবুনা মীওইবগী হকচাং পোল্লাং অসিবুনি। ইনাকখুনবা মী হায়বনা অথোইবা গুণনা থল্লবা মী অহুবুনি।

পেনবা হৈত্রবা মী অহু লায়রবনি। মশাগী ইন্দ্রিশিংবু লাকশিন্দ্রবা মী অহু মগুণ হন্থরক্লা উপাই লৈত্রবা মীনি। ভোগ সংসারবু মীহৌন্দ্রবা নত্রগা গুণ অমসুং ময়ায়না পুনবা ঙমত্রবহু ঈশ্বরনি।

হে উদ্ধব! ঐনা নঙগী বাহং পুম্নমকী পাউখুম পীরবনি। করে, গুণ অমসুং দোষকী মরমদা অমুক পাকথোক্লবদা করি কায়গনি? অকবা অমসুং কত্তবা চাংদম্লবসু অশোয়বনি। অনীমক অসিদগী নাম্থোকপা অকবনি। অকবা অমসুং কত্তবগী অথোয়বা ৱাকম ঙাক্তা খনবা ফত্তে, অনীমকপু সুপখন খম্মুদবনা কৈ।

## লক্ষী অহুম

### কর্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞান

উদ্ধবনা হায়রম্মী : 'কর্ম তৌবা' অমসুং কর্ম তৌদবা, 'কর্ম তৌগদবনি' অমসুং 'কর্ম তৌরোইদবনি' তৌনবা পীরবা পাউতাক অমসুং তৌদনবা থিংবা পাউতাকে মনীমক বেদনা পীবা নীতি হাপ্পংরি। কর্মগা মরী লৈনবা বেদনা কর্মগী গুণ অমসুং দোষকী মরম তাকই। বেদনা বর্ণ অমসুং আশ্রম, মতম, মফম, চহি অমসুং পোৎশিংগী খেন্নবা; স্বর্গ অমসুং নরকী মরমদা তাক্লি।

অকরবা অমসুং কত্তবা নত্রগা গুণ অমসুং দোষ অসিগী খেন্নবা থত্তকী জ্ঞান লাওদনা, ইবুংঙো নঙগী তৌরবা পীরবা পাউতাক অমসুং তৌদ্রবা পীবা পাউতাক লাওরবা মাহৈশিং অদুনা মীওইবগী মোক্ষগী লম্বীদা কররম্না লম্বীংবিবা ঙমগদগে?

হে ভগবান্! নমশক উদ্ধবনা হায়রদি: মোক্ষ নত্রগা স্বর্গ লৈচিনবা অসিনা অমখক্তং ওইরবা উপায় ওইনবগা, বেদ হায়বদি ইবুংঙো নঙগী পাউতাকশিং অসি লৈখিদ্রবা ইপা-ইপুশিংগী আত্মা, দেবতাশিংগী অমসুং মীওইবগী জ্ঞানগী মঙাল কংজনবা অথোইবা মফুংনি।

অকরবা অমসুং কত্তবা, অচুম্বা অমসুং অরানবা খেন্নবগী থাখল অসিসু বেদগী রূপ লৌরিবা ইবুংঙো নঙগী যাথংদগী থোরকখনি কনা অমগী কল্পনা নত্তে। মসি মী অদুগী পোকপদগী লোক্সনরকপা নত্তে। মশামক, অহুনা, ভেদ-ভাব, পুম্নমক অহুম পোকহল্লি। বেদ মশামক্তুনা অমুক্কা ভেদ-ভাব অহুবু যাদ্রবদি ঐ বুদ্ধি যাংলে অমসুং চমরে। মরম অসিনা বাকম অসিদা চন্নীহনা ঐঙোন্দা মঙাল ফাউহনবিয়ু।

ভগবান্না হায়রম্মী : মখোয়বু অরোয়বা আনন্দ অহু কংহন্নবগীদমক্তা ঐনা যোগ মধম অহুম নত্রগা নর্মী মখল অহুম তম্বীরকই। মখোয় অহুদি জ্ঞান, কর্ম অমসুং ভক্তি অসিনি। মখোয় কংনবগীদমক্তা ঐসি মতৌবা উপাই অতোপ্পা লৈতে।

জ্ঞান যোগ হায়বা অসিনা কর্ম তৌবদা অথাবা কয়া পোক্লইনা মহুবু সম্ন্যাস তৌরবা মীওইশিং অহুগীদমক্তনি। কর্ম যোগ হায়বা অসিনা কর্ম তৌবদা অথাবা পোক্লিবা মহুবু পামশিল্লনা লৈরিবা অমসুং কর্ম অহুগী মহৈবু থৌরাংলিবা মীওইশিং অহুগীনি।

ঐগী কর্মনচিংবদা শ্রদ্ধা লৈরবা, অফবা বিথাতী অমদগী কর্মবু তুকচকবসু পোক্তবা নত্রগা কর্মহুদা হেন্না পামশিল্লুবসু পোক্তবা মহাক অহুগীদমক্তা ভক্তি যোগ তৌবনা মতিক চায়।

সাধক অমনা কর্ম তৌবদা অথাবা অমা পোক্লিবমখেদি কর্ম তৌথিগদবনি নত্রগা ঐগী প্রেম্না মাবু চিংথোক্লিবমখেদি কর্ম তৌথিগদবনি নত্রগা সাধক অহুনা ঐগী কাথা (বারী) তাজনবগী অমসুং কাথাশিং অহুবু অতোপ্পগী মকমদা বারীনচিংবা তৌনবগী শ্রদ্ধা ভক্তি অমসুং ব্যবহার লৈত্রবমখেদি কর্ম তোথিগদোবান।

হে উদ্ধব, ধর্ম নিতি তুংইন্না চংলিবা নত্রগা মাগী বর্ণ অমসুং আশ্রমগী নিত কর্ম তুংইন্না চংলিবা, কর্মগী মহৈনচিংবা আশা তৌদনা যজ্ঞ তৌরিবা মহাক অহুনা শাস্ত্রনা য়াদবা কর্ম তৌরক্ত্রগদি স্বর্গ নত্রগা নরক্তা চত্তে।

মহাক্তী বর্ণ অমস্তুং আশ্রমগী কর্ম্ম তৌরিবা, ধর্ম্ম চেনবা কর্ম্ম তৌহুনা অরানবা নত্রগা শাস্ত্রনা য়াদবা কর্ম্ম থক তৌহ্রবা সাধক অহুনা সংসার অসিদা লৈন-লৈনমক অশেংবা জ্ঞান ফংহুনা ঐথোন্দা ভক্তি হেনগৎপা ওই।

স্বর্গ অমস্তুং নরক্তা লৈরিবশিং অহুমকুস্তু সংসার অসিবু কল্লকই মরমদি মীওইবগী পুন্সি অসিদি জ্ঞান অমস্তুং ভক্তি ফংনফম্লি অহুগা মফম অনী নত্রগা দেহশিং অহুগা লোয়ননা স্বর্গ অমস্তুং নরক্তা লৈরিবশিং অহুবু লৈতেংলিবা মফম অহুদি ভক্তি অমস্তুং জ্ঞান ফংনফম ওইদে।

জ্ঞানীশিংনা স্বর্গ অমস্তুং নরকপু আশা তৌদে। মহাক অহুনা মীওইবগী মপোক ওইবা লৈজগে হায়বকাওবা নিংলুদে মরমদি দেহগা মরী লৈনরুবনা ঐগীতা ওইবা রাখলনা পুক্নীং চিংথোক্লুনা মায়াগী লাংদা থুহল্লি। মহাক্না হকচাংগী ওইবা অপাম্বদনা অশেংবা লম্বীদগী থৈদোক্লকই।

মরম অসিবু ভাব তানা, সাধক অহুনা হকচাং অসিদি মাংখিগদবা ওইরবস্তু মাগী পম্থুং নত্রগা অথোয়বা অকবা অহুবু ফংনবগী মরমদদি তেংবাং ওইনৈ খণ্ডনা মশাগী শিবগী মতম য়ৌশিল্লক্লিকৈদা হৈ-শিংহৌগদবনি অমস্তুং অয়ান-খুডম ফংনবগী-দমক্তা হোৎনহৌগদবনি। মহুম শারিবা উ পাম্বী অহুবু তমথিরবা মীওইশিংনা য়াম্থুরে খণ্ডলবদা উচেক অহুনা মহুম অমস্তুং উ পাম্বী অহুদা পামশিল্লম্বহু থাদোকই অমস্তুং মহুম অহুবু থাদোক্লম্বদা মুংঙাইবা ওই। মভৌ অস্তুম তৌনা, অহিং-মুংথিল কয়া হৌখিবনা

মাগী পুন্সিগী খোঙচং তেনশিল্লক্লে খঙলবা, উরবা জ্ঞানীশিংনা কিবনা নীক্লহুনা দেহগী অপাম্বা মুংশিবা পুম্নমক থাদোক্লুনা পরমাত্মাবু সাক্ষাৎ ওইনা থঙৈজে। অহুনগীদি মহাক কর্ম্মনা পুন্রে, কর্ম্ম পুম্নমক্তগী নাস্থোক্লে। অহুনগীদি মহাক্না কর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লে অমহিকত্তুং মহাক প্রকৃতিদগী পুম্নান নাস্থোক্লুনা মহা শান্তি ওইনা লৈগে।

য়োগে তাল্লিবা পম্মুং পুম্নমকী অহানবা হৌফম্ন ওইরিবা মীওইবগী হকচাং অসি কংবদা লুরবা, শক্তি লৈরবা হি-নি অহুম্নদি ওইরগা অমুক্তংদবু দেহ অসি কংখ্রবদি লায়খ্রবা অমত্তুং হেক্তা য়োবা ওয়নি। অসিগুম্নবা হি অসিগী হিমায় চুম্নবা গুরুনা নৌ ওইরগা ঐনা হি অহুবু হোল্লিবা মুংঙাইরবা মুংশিং অহুনি। অসিগুম্নবা উপায়শিং অসিনা অসিগুম্নবা হি অসিবু পুন্সিগী সমুদ্র ঈপাক অসিদগী লান্থোকে হোংনত্রবা মহাক অহু মশাবু তশেংন-মক হাত্তোকচরিবনি।

যোগী অমনা কর্ম্মবু তুকচবা পোক্লবা অহুগা কর্ম্ম অহুগী অপাম্বা রাগ থম্লক্তুবা মতমদা মহাকী ইন্দ্রি পুম্নমকপু থুহুম চম্না থম্লগা আত্মা চিন্তন তৌহুনা মপুক্লীং লাকশিন্নুনা থমগদবনি। পুক্লীংবু লাকশিন্নুনা থম্নবা হোংনবা মতমদা পুক্লীং অসিনা কোয়রেঙ লেঙলবা অমদি লৈতাত্রবদি মহাক্না চংনীংবা লেঙনীংবা মফমদা থরম্নীমথৈ চংকন্নুরবা মতুংদা য়ায়া হৈন-শিংনা অত্তনবা হৈনীংদবা য়াওদনা মথ-মথং ওইনা অন্নম লাকশিল্লকদবনি।

পূক্নীংবু মান্না পাম্বিবা মায়কৈদা পুমথা থাদোকুনা চৎহনগনু। মহুক্তু শুগনা শক্তি পীৱবা বুদ্ধিগী উপায়না মওগী প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা মপূক্নীংবু খুদুম চনশিন্দুনা থম্মু।

অস্মুম্না পূক্নীং খুদুম চনশিনবা অসি অথোইবা যোগনি—লৌচৎ চুমথিবা শগোল অমবু লাকশিন্নবা হোৎনবা অদুগুম্বনি। শগোল থৌবনা অহানবদদি খূর্জি অদু কোয়তক্না পায় অদুবু কদৌম্নুংদসু খূর্জি অদুবু পুমথা থাদোকপদি তৌদে। মতৌ অমুম তৌনা যোগীশিংনা মপূক্নীং অদু ভাইহাক্তংদনী ওইনা মাগী লম্বী থিহল্লুনবগীদমক্তা ভাইহাক্তং কোমথোক্না থাদোকই, অদুগা পূক্নীংগী থোঙচৎ অদুবু কুপ্না য়েংশিন্দুনা মথং-মথং মাগী খুদুম মথাদা পুশিল্লকই।

সৃষ্টিগী কারণ অসিগী মনুংদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্কী হোৱকপা অমসুং চুমথিবা অদু রাখল তৌ অদুগা সাংখ্যগী নিয়ম মতুং-ইন্না অয়ুকসু ওন্ন-তৈনবদা বিচার তৌদুনা য়েংউ। মপূক্নীং অদুনা ঈংথদ্রিবফাওবা অস্মুম্না তৌ।

অহোংবা নাইরবা সংসারবু চুকচয়ক্লবা অমসুং বৈরাগ্য ভাবনা লৈতেংলবা মতমদা, গুরুনা তম্বীখিবা পুম্নমক অদুবু মপূক্নীংদা মমি তাহনবা ওম্নবা মতমদা, মহাক্না ধ্যান যোগবু অভ্যাস তৌজবনা মরম ওইরদুবা মপূক্নীংদা কত্তবা রাখল লৈরম্বদু থাদোরকই।

পূক্নীং অসি, যম অমসুং যোগ অভ্যাস অতৈগী পাম্বৈশিংবা মান্নপা মথল অনীমক অসি নিয়ম চুম্না অমসুং মপুঙ ফানা

চাংয়েং তৌদুনা, মতীক চাবা হায়বদি পরমাত্মাদবু খন্দুনবা লৈহনগদবনি অদুগা মহুদগী কংলকপা জ্ঞান ('তৎ ত্বম অসি' মহাবাক্যগী অশেংবা খুদমবু পুক্নীংদা মমি তাহনবা ) অদু পাম্বৈ অতৈদগী কংবা ওইদে।

যোগী অমনা মীনা ভুক্চনিংঙাই ওইবা অমসুং চুমদবা কর্ম্ম অমা খঙহৌদনা তৌখ্রবদি মহাক্না পাপ অদুবু যোগ তৌবতনা কোকথোকহনগদবনি উপাই অতৈনা তৌরোইদবনি হায়বদি হকচাংদা অরাবা পীবা প্রায়শ্চিত, পূজানচিংবা তৌরোইদবনি। ( মন্ত্র জপ তৌবা নত্রগা ভগবানগী নাম শোনবা, ভগবান নত্রগা ব্রহ্মবু ধ্যান তৌদুনা নীংবা, কীর্ত্তন তৌবা, ব্রহ্ম চিন্তন তৌবা নত্রগা ব্রহ্মবু বিচার তৌবনা শেংদবা পাপ অদুবু চাকথেকখিগনি)।

মশাগী মথৌদা পুক্নীং চঙবা ধর্ম্মনি হায়নৈ। কর্ম্মগী গুণ অমসুং দোষ খায়দোকপা মরম্না মহৌশাগী ওইনা শেংদবা কর্ম্ম তৌবদদি অখিংবা অমা থয়ে মরমদি মীওইবনা অদুগুম্লবা কর্ম্মশিং অদুদা অপাম্বা থম্নীংলুদনবা।

ঐগী মরমদা ওইবা য়ারীদা ইকাই-খুম্নবা থাজবা পোক্লবা, কর্ম্ম পূম্নমক্কা ভুক্চবা পোক্লবা, অপাম্বগী আশা পূম্নমক অরাবা ঙাক্তনি খঙলবা অদুগা মহুবু থাদোকপদি ঙমগ্রিবা অদুগুম্লবা মী অদুনা মাবা নিন্দা তৌগদৌরিবা অপাম্বগী রাগশিং অদুনা মাবু অরাবদা চিংশিনবনি খঙনা অচেৎপা থাজবগী লোয়নবা মপূকচেল শেংলবা ভক্তিনা ঐবু পূজা তৌজগদবনি।

মথক্তা হায়প্লিবা ভক্তি যোগ অসিগী পাম্বৈনা মী অহুনা ঐবু তত্তনা পূজা তৌজরবদি ঐনা মাগী থম্মোয়মুংদা চঙহনা লৈবা মরয়া মাগী থম্মোয়গী অপাম্বা রাগ পুম্নমক মাঙগ্রগনি।

পুম্নমক্কী আত্মা স্বরূপ ওইরবা ঐবু দর্শন ফংজরদা মায়াগী থৌরী অহুম্ম মতুপ-মতুপ ককগ্রগনি, মাগী চিংনরম্বা পুম্নমকম্ম চংগ্রগনি অহুগা মাগী কর্ম্মম্ম মুংগ্রগনি।

ঐঙোন্দা অচেৎপা ভক্তি লৈরবা অহুগা মপুক্নীং অহুনা ঐঙোন্দদা যুংনা খল্লবা ঐখক ওইরবা যোগী অমগী মকমদদি জ্ঞান অমম্মুং বৈরাগ্য সাধন তৌরুবগী করিম্ম কান্নবা লৈত্রে।

ধর্ম্ম চেনবা কর্ম্ম তৌবদগী, তপ তৌবদগী, জ্ঞান লৈবদগী, বৈরাগ্য ওইবদগী, যোগ ওইবদগী, দান্ অমম্মুং অফবা ফংনবা পাম্বৈ কয়া তৌবদগী ফংলকপা ফল পুম্নমক অহু ঐগী ভক্তনা ঐবু ভক্তি তৌবগী লম্বী অসিথক্তংদনা পুম্নমকপু শুনা ফংই— ভক্ত অহুনা পামজয়বদি স্বর্গ নত্রগা মোক্ষ নত্রগা ঐগী লৈফম-নচিংবা কাওবা ফংই।

মপুক্নীং অনী লোঙদনা ঐঙোন্দা ভক্তি তৌহুনা লৈগ্রবা ঐগী ভক্তনা ঐনা পীরবা ফাওবদা করিগুম্বা অমত্তবু পাম্বা তৌদে—মোক্ষ ফাওবা পামদে।

মরম অসিনা করিগুম্বা অমদা অপাম্বা লৈতবা হায়বসি অথোইবা অফবা অহুবু ফংনবগী চাউরবা অমস্তুং অথোইবা ফল ফংনবগী লম্বীনি। মরম অসিনা অপাম্বগী আশা লৈত্রবা করিবুদম্ম থৌশাক্লত্রবা মহাক অহু ঐঙোন্দা ভক্তি তৌবা ফংই।

তৌবা য়াবা কর্ম্ম অমসুং তৌবা য়াদবা কর্ম্ম তৌবদগী থোরকপা গুণ অমসুং দোষ অচুম্বা বুদ্ধিগী খাংখদা লৈপ্রবা পরমাত্মা ভগবান ঐবু পুমশেং শেংনা ভক্তি কংপ্রবা ভক্তশিংগী মকখদদি করিগুম্বা অশায়বা ফল পীদ্রে। মখোয় অচুদি গুণ অমসুং দোষকী ওমখৈ খাংখদা লৈপ্রবনি।

ঐনা তস্বীরিবা যোগগী লম্বী অহুম অসিবু ঐবু কংজনবা সাধন ভক্তি তৌজরিবা মীশিং অচুনা আনন্দ স্বরূপ ওইরবা ঐগী লৈকমবু কংই নত্রগা ব্রহ্ম সাক্ষাৎকার ওই।

## গুণ অমসুং দোষ

ভক্তি, জ্ঞান অমসুং কর্ম্মগী লম্বী অহুম অসিগী মতুং-ইন্না চত্রবা, মমল য়াওদ্রবা অনৈস্বা মথলগী অপাম্বদবু কংনবা হোৎ-নরবা মীওইশিং অচুদি পোকপা অমসুং শিবগী চক্রদগী নাম্থোক্রে।

মশাগী ওইবা জাতিগী কর্ম্মদা নত্রগা মাগী মাগী পুক্সিগী কভমগী কর্ম্মদা মপুক্লীং চঙবা অসি গুণ নত্রগা মতিক ময়ায়নি। মসিগী ওন-তৈনবা অচুম্বা দোষ নত্রগা মতিক ময়ায় মাঙবা অশোয়বচুনি। মসিমা গুণ অমসুং দোষকী চপচাবা অর্থনি। থাকয় অসিনা গুণ অমসুং দোষকী অরোইবা বিচারনি।

অশেংবা (সুদ্ধি) নত্রগা শেংদবা (অসুদ্ধি), অচুম্বা (গুণ) নত্রগা অরানবা (দোষ), মঙ্গল ওইবা (সুভ) নত্রগা অমঙ্গল ওইবা (অসুভ) হায়রিবসি ধর্ম্ম, সমাজ (ব্যবহার) অমসুং মকমগা (যত্র) মরী লৈননা পোৎশক অমত্তদা থোনবা মথং-মনাও নাইনা শীজিন্নবা থাকৈশিংনি।

ধর্মবা লমজীং ওইহনবা হিংনীংলিবা মীশিংগীদমক্তা ঐনা মখোয়গী পুন্সিগী চংকদবা অচার মতমগী নিয়মশিংবু শন্দোক্লা তাক্লে। অধর্মদগী তোঙানবা ওইবা ধর্মগী লম্বীবু মরেক শেংনা খঙনবা, করিগুম্বা নীতি অমবু ব্রাহ্মণ মতমগা ক্ষেত্রিয় অমসুং মখোয়গুম্বদা করম্না য়াহল্লিবা অহুগা চম্না পুন্সি হিংজরিবশিং-গীদমক্তা করি করি তৌগদগে হায়বনচিংবহ্, হে পাপ চেত্রবা, মসিগী চংমবোল নীতি অসিবু মনু অমসুং অতৈ আইন্ পীবরম্ব-শিংনা তাক্লম্বগুম্না ঐনা ধর্ম নীতিগী ওইবা কর্ম অসিবু চংনীংবা মীশিংগী মফমদা শন্দোক্লা তাক্লে।

ব্রহ্মাদগীনা পীকপ্রবা মথায় পান্দবা পোৎ ফাওবদা লৈরিবা হকচাং পুম্নমক অসি লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিং অমসুং অহাওবা আকাশ অসিনা শাবনি। মখোয় পুম্নমক অসিবু আত্মানা জীব হাপ্পনি।

হে উদ্ধব, মতৌ অমুম্না মখোয়গী হকচাংশিং অসি মায়রবস্থ মাগী মাগী ওইনা পীরিবা নীতিশিং অহুগী কর্ম তৌরিবা কাঙলুপ অমত্তগী দেহ ওইবশিংনা মাগী মাগী অনীংবা হায়বদি ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ ফংজনবগীদমক্তা বেদনা মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মিং অমসুং রূপ হায়বদি বর্ণ অমসুং আশ্রম শেমগৎপীরে। (মসিগী পন্থুংদি মাগী মহৌশাগী ওইবা বাসনাবু মাঙহনপ্রগা ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ ফংনবগীদমক্তনি।

কর্মবু নিয়ম নাইনা তৌনবগীদমক্তা মফম, মতম অমসুং অতৈ ফিভমগা মরী লৈননা পোৎকী গুণ অমসুং দোষগী মরম তাক্লি।

শক্তি অমুবা লৈতবা অমস্থং ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা ভক্তি থমজবা মফমশিং অহু শেংজবা মফম্নি। মফম অহু শক্তি, কীকট হায়না খঙনবা ধর্ম্মগী লাইরিক মচা মচানা থম্না লৈরবস্থু মহৈ মরোং থোক্নবা লম ওইরবদি অহুগা ধর্ম্ম চেনবা মীনা মফম অহুদা তাজবদি মফম অহু শেংজবা মফম্নি হায়না লৌগনি।

মশাগী মহৌশাগী ফিভম্না নত্রগা দরকার ওইবা পোৎলম পূম্নমক মরাঙ কায়না পীরকপদগী ওইরবস্থু বেদ কর্ম্ম তৌবদা চানরবা মতম অহু অকবা মতম্নি, অহুগা বেদ কর্ম্ম তৌবদা, পোৎলম ব্রাৎপদগী অমস্থং ফিভম অতৈ ব্রাৎপদগী ওইরবস্থু, নীংথিনা চথবা ব্রাত্রবা মতম অহু কন্তবা নত্রগা মতীক চাদবা মতম কৌই।

কবিগুম্বা পোৎ থরদি পোৎলম থরগা শোকু-শয়রুবদগী শেংদোকুবগী মম্নরনা, মতম্না মগুণগা নত্রগা চাউ-শাংবনা নত্রগা পীকপনা পোৎ অমহু শেংদোকই নত্রগা মাঙহল্লি;

( পুথ্রিদা তাবা নোংগী ঈশিং মুমিৎ তরানিগী মচুংদা শেংই হায়না লৌনৈ। চানবা চিঞ্জাক পুং থরা লেন্দুনা থম্নরবদি শেংদে। পাত্র অমগী ঈশিং ইরায় লায়না শেংহন্দে অহুগা পুথ্রিগী ঈশিংদি মহুগুম্না ওইদে। নিপা অমনা মচা নিপা পোকপা মুমিৎ তরানিগী মচুংদা থঙলবদি মহাক অযোৎপগী মচুং চল্লবনি )।

মহৈ-মরোঙ, উনা শাবা পোৎ, শামু মরাঙ্গগী শঙ্ক, ফি, নগুণ, মহী লাঙবা পোৎ, য়ুমগী কোল-লীক্, শউম্না শাবা পোৎ, লৈপাক্না শাবা পোৎ, থাউ, ঘী, সনা, শউন অমস্থং থাতুনা শাবা

পোৎ শেংদোক্লবগী থৌরম অসি মতম মতমদ্ন্গী ওইবা মতুং-ইন্না মুংশিংনা, মৈনা, মৈপাক্না অমস্তুং ঈশিংনা অমমমতা ওইনস্তু নত্রগা অপূনবনা ওইরবস্তু তৌই।

করিগুম্বা পোৎ অমা অমোংপা শেংদবা ময়ান অমনা তৈখ্রবদা, মনম কোকথ্রবা, পক্লিবা অমোংপদ্ন লোথোকখিদ্রবা হান্নগী মওংদা হঙ্গিনহল্লিবা পোৎশক অদুবু শেংদোক্লিবা পোৎ হায়না লৌনৈ।

ঈরুজবা, দান্ তৌবা, তপ তৌবা, নগুণ থাংবগী যজ্ঞনচিংবা

ভগবান অমস্তুং মাগী নামবু নীংশিংবা, সন্ধ্যা সেবা তৌবা, প্রার্থনা অমস্তুং পুক্নিগী থাক অমস্তুং পাঙ্গলগী মতুং ইন্না ধ্যান তৌবা অসিনা মী অমবু শেংদোকই। অস্তুম্না শেংদোক্লবা অনীগুবা মপোক কংলবা মী অদুনা মাগী মথৌ হায়বদি ধর্ম্মগী ওইবা কর্ম্ম চথপদবনি।

মন্ত্রগী অশেংবদি গুরুগী মকমদগী মদুবু মুন্না খঙবদগী ওইরকই। মন্ত্রগী শক্তি, অশেংবা অমস্তুং ফল লৈ। ঐত্তোন্দা কথোক্লবদি কর্ম্ম অদু অশেংবা ওই। মথক্কী অশেংবা মরম তরুক মদুদি মকম, মতম, পোৎলম শেংদোক্লবগী মচাক, মন্ত্র অমস্তুং অকক্লব কর্ম্মনা ধর্ম্মদা লমজিংই অদুগা মদু ৱাৎপনা অধর্ম্মদা চঙশিল্লি।

করিগুম্বা মতমদা অকবনি হায়নবদু কত্তবা ওইরকপস্তু ৱাই অদুগা কত্তবনি হায়নরিবদুস্তু, আইনগী থোঙদা নত্রগা শাস্ত্র অমগী ৱাথং মতুং-ইন্না, অকবা ওইরকপা ৱাই। অস্তুম্না, অকবা কর্ম্মনি অমস্তুং কত্তবা কর্ম্মনি তাক্লিবা আইন অদুনা কর্ম্মশিং অদুগী থেন্নবস্তু অমূক ককই।

অমুক্তং লৈখা তাগ্রবা মীওইশিংগী মতাংদা মখোয়না তৌথোরকপা করিগুম্বা থবক অমত্তং মীওইবনা তৌনরিবা কর্ম্ম অদুগা মাম্নরক্লবা মতমদা নত্রগা করিগুম্বা কত্তবা কর্ম্ম অমা তৌবনা অমুক হেক্লিম্না লৈখা তাননবা ওইরক্লবদা কত্তবনা অকবা ওইরকই; যুম্বাল্লিবা মীওইশিংগী মকমদদি মুপী নত্রগা মুপাগা লোয়ন-তিন্নবা য়াই, অদুগা লৈখা তাবদা য়াম্না হন্থখ্রবা মীওই-শিংনা অমুক হন্থনা লৈখা তাগনি হায়বগীস্থু অকিবা লৈতে।

মপান্থোংগী পোৎপূ অকবনি হায়না শেরাম্নবা খল্লুবনা মীওইবনা পোত্তুগী অপাম্বা পোকই, অপাম্বদগীদি পোৎ অদুবু মাগী ওইনীংলকপা য়াথল পোক্লক্লে অমস্তুং অপাম্বা অদুনা মীওইবগী মরক্তা অমগা অমগা খৎন-চৈনবা থোকহল্লি।

খৎন-চৈনবনা অশাওবা খম থেংনা থোকহল্লি, মদুগী তুংইনবনা বুদ্ধি মম্বা নত্রগা চময়বনা ওই। বুদ্ধি চোইবনা মাগী লৌশিং, জ্ঞান মাঙহল্লি অমস্তুং অচুম অরানগী বিচার মাঙহল্লি।

হে চণ্ডখোল্লবা, তম গুণনা মরম ওইরহনা জ্ঞান অসি মমশিল্লক্লবা অমস্তুং শেরাম্না চৎথ্রবদা মহাক অহু করিস্থু কাম্নদবা হায়বহু ওইরে। অশিবা নত্রগা য়াম্থরবা মী অমগী মত্তৌগুম্না মহাক অহু মাগী নীংজবদগী লৈখা তাখরে নত্রগা মাগী পূন্সিগী পম্থংকমদগী থৈদোকপ্রে।

মহাক্না ভৌতিক জগৎকী পোত্তা হেক্লিম্না পামশিল্লে অমস্তুং মশানা মশাবু নত্রগা পম্বং-ত্রম্মবু মশক থণ্ডবা ওমপ্রে। মহাক

অরেম্বদা হৌবা উপাস্নীগুম্বনি অমস্তুং মৈহুম উতোংগুম্না নুংশা-শ্বির হোজবভনি ।

'যজ্ঞ তৌবা মীশিং অহুনা স্বর্গ ফংই' বেদগী বাহৈদা অদুম্না পাউরো ওইনা হায়নবা, কর্ম্মগী মহৈ য়েংবা অসিদি পোল্লোইদা ফংগদবা আনন্দ (মহা-শান্তি) অহুগী মরমদা হায়বা নত্তে। মখোয় অহুনা মোক্ষ ফংনবগী লম্বী তাক্তে। মখোয় অহুদি, অঙাং অমবু অথাবা হীদাক পীজনবগীদমক্তা থেম্বা বাহৈগুম্না, তশেংনমক মোক্ষ ফংননবগীদমক্তা মোইথেম ওঁইবা বাহৈনি। মপানা হায়, 'অথাবা হীদাক অসি থকউ। ঐনা নঙবু চু পীজগনি'। অঙাং অহুনা হীদাক অহু থক্লে। অহুবু অঙাং অহুনা ফংলিবদি চু অহু নত্তে, মহাক্কা তশেং-নমক ফংলিবদি অনাবা ফবা অহুনি। অহুম ওইনমক, অসিগুম্নবা মোইথেম বাহৈ অসিনা, মীওইবনা আত্মাবু মশক থঙজনবগী-দমক্তদি (আত্মা সাক্ষাৎকার), মহাও অমা পোকহল্লি। মীওইববু অসিগুম্নবা ভুংগী আশা পীবা মোইথেম বাহৈশিং অসিগী উপায়না অরোইবা মোক্ষ হায়বদি মহাআনন্দ অহুবু ফংনবা লমজীংবীরি।

মীওইবা অসিনা হেক পোক্লকপদগী হৌরহুনা ইন্দ্রিগী পেন্নবা মচাক হুনবদা, মখোয়গী পুক্সিদা, শক্তিদা অমস্তুং মখোয়গী মন্নী-মতাদা পুক্নীং চিংশিল্লি। মখোয়শিং অসিদি অরাধা অমস্তুং মায়াগী থৌরীবা পুনশিন্নবগী হোরকফম ওাক্তনি।

য়াথল লিংল্লবা, অয়াবগী লম্বীদদা চত্নবা লাক্লবা অমসুং মথ্লবা শুহাদা তারবা অহুগা বেদগী (কর্ম্মকাণ্ড) পাউতাক লৌহুনা চচ্চরিবা মীওইবদা বেদনা কয়ম্বা ইন্দ্রিয় পেম্মোক্লবা কর্ম্ম তৌগদবনি হায়না তাক্লমগদৌরিবনো ? বেদনা করিগীদমক্তা মখোয়দা অসি-শুম্বা অপাম্বা অসিবু তম্বীগদৌরিবনো ? বুদ্ধি লৈতবা মীওই খরনা বেদগী অথূপ্পা অর্থ খঙদনা অস্থম্বা হায়। মখোয়না বেদগী কর্ম্মকাণ্ডদা হায়রিব। কর্ম্মগী মহৈ হায়রিবা লৈতেংগী য়াহৈশিং অহুতবু তাঙনৈ। অহুগা বেদগী অশেংবা অর্থ খঙলবা মীশিংনদি মহৈ পীগনি হায়রিবা অহুগী মরমদদি তাঙনদে। (বেদনা স্বর্গ ফংনবা নত্ত্রগা অপাইবা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক্তা ঐখোয়বু তাক-পীরি হায়বা ভাব অহু চুমদবনি। বেদগী অশেংবা অ্যশাদি অয়োইবা মোক্ষ—মহাআনন্দ অহুবু ফংনবা লম্বী তাকপীবনি।

অপাম্বা য়াথম্বা থল্লবা, মপুকচেল পীক্লবা অমসুং মীহৌ-চাউরবা, লৈবু উহৈনি হায়না লৌরবা হায়বদি অয়েপ্পা লৈতবা পোৎপু অয়েপ্পনি অমসুং অশেংবনি লৌরবা মীশিং অহুনা মখোয়বু পিতৃজন নত্ত্রগা মৈখুগী লম্বীদা লমজীংগদবা মৈগী যজ্ঞ তৌহুনা য়াযাগী লাংদা গ্রেহল্লি। মখোয়না স্বর্গদা মতম খরদংগী ওইনা ভোগ চারুরবা মতুংদা জগৎ অসিদা অমুক হন্না পোকই। মখোয়না মশাগী আত্মাগী অশেংবা মওং অহুবু খক খঙবা ঙমদে।

হে নুংশিরবা, 'ঐনা' মখোয়গী হৃদিনুংদা চঙহুনা লৈরবসু, ঐনা বিশ্ব-জগৎ অসি থোরকপগী মরম (কারণ) ওইরবসু,

"মখোয়না ঐবু মশক খঙদে মরমদি মখোয়না মজ্ঞগী থৌরমদবু ঙাওমহৃনা অমস্তুং মাগী মাগী অরাম-খৌরাং কোক্লবা ঙাক্তা থিহৃনা, মমীস্তা লৈচিন-নোংকাইনা কুপপ্রবা মীগী মতৌগুম্না লৈখিবা মরম্না।

কনাগুম্বা অমনা শা হাংপগী অপাম্বা লৈরবদি মহৃ মজ্ঞ তৌবদদি য়াদে। মহাক্না পাল্লিবহৃ মজ্ঞদগীদা কংগদৌবনি। কনা-গুম্ববু নমহৃনা শা হাংহনবা হায়বসি আইন নত্তে। মশাগী ইন্দ্রি পেলহনবা পাম্বা অসিগুম্নবা কল্লবা মীওইশিং অসিনা" ঐগী অপাম্বা অনীংববু খঙদে। মখোয়না মশাগী মুংঙাইনবগীদমক্তা শা হাংপদা হল্লাওবা পোক্তই অমস্তুং মজ্ঞদা শা হাত্তুনা দেবতা-শিংবু, পিতৃশিংবু অমস্তুং ভুত-প্রেতশিংবু পূজা তৌই।

মওগী মতৌগুম্না অরেপ্পা ওইদবা স্বর্গ লৈবাকপু অরেপ্পা অশেংবা ওইনা বাখল তৌরগা অহৃগা তাবদদা পেম্নরগা মখোয়না মকম অহৃগী মুংঙাইবা ভোগ অহৃবু খৌরাংই অমস্তুং মহৃগী ইচ্ছাগা লোয়ননা, লল্লোনবা নিপা অমনা শেন্দোংগী বাখল্দা মাগী বাখল্দুদা শেল য়াম্না থাধবা অহৃগী মতৌগুম্না, মজ্ঞদা শেল খরচ তৌই।

রজ, সত্ত্ব অমস্তুং তমগুণ হেল্লিম্না চেনথ্রবা মীওইশিংনা রজ, সত্ত্ব অমস্তুং তমগুণগা ইরোইনরবা ইন্দ্র অমস্তুং অতোপ্পা দেবতাশিংবু পূজা তৌই অহৃগা মখোয়না ঐবুদি পূজা তৌদে।

মখোয়না খল্লি, "মহুত্ত তৌহনা দেবতাশিংবু পূজা তৌবা অসিনা ঐখোয় স্বর্গ লৈবাক্তা কাগনি অমস্তুং মকম অতুগী ফুওাইরবা ভোগ শুদ্ধ ফংলুগনি, অদুগা ভোগ চাবগী মতম লোইরবা মতুংদা মর্ত্ত অসিদা অমুক হন্না অচৌ-অশাংগী ইমুংদা পোকরুগনি অমসুং লন থুম য়াম্না পায়বা ওইরগনি।

শ্রীকৃষ্ণগী খোইহী তৈরবা বাহৈশিং অসিনা মপুক্লীং চিং-খোক্লরবা নাপল চাউরবা অমসুং করাম ফিহৌ চাউরবা মীওইশিং অত্থনা ঐগা মরী লৈনবা বাকম অমত্তবু মপুক্লীংদা শ্লমদে।

শরুক অহুম থোক্লা খায়দ্রিবা বেদনা তশেংনমক তাব অমসুং ব্রহ্ম অনীনী মরদরে নৈনৈ। মখোয়না তশেংনমক আদ্বৈত তাক পুরকুবা হায়বদ্রি আত্মাগা পরমাত্মাগা অমত্তনি হায়বসি পুরকুবা তাকই। অদুবু মন্ত্রশিংসি (বেদ) অর্থদা নাকোয়নবা চংশি। মখোয়না মপান্থোংগী ওইনা উরিবা পোং অদুগী মরম নকবদ হায় অমসুং নাকোয়নবা অসিবু ঐনা পামই। (মরমদি মপুকচেল শেংবা অমসুং ধর্ম্ম চেনবা অমসুং অর্থ মুক্তা খঙবা মীওইশিং দুনা কর্ম্ম সন্ন্যাস তৌগনি। মসিবু ইকোং কোংনা হায়দোকপা ভারবাদ মখোয়না বেদান্তগী অচুম্বা খঙবদা মতীক চাহুইতৈদা মীপুম খুদিংমক্তা কর্ম্ম থাদোক্লগনি)।

শব্দ ব্রহ্ম নত্রগা বেদ খঙবদা য়াম্না লুবনি। মসি প্রাণ, শব্দগী শক্তি অমসুং পুক্লীংগী শক্তিগী পোথোক্নি। মসিবু প্রাণ, পুক্লীং অমসুং ইন্দ্রিশিংনা ওমথৈ নাইহন্দুনা থমই। মসি খায়দগী

কূপ্পবা, ওমখৈ নাইদ্রবা, সমুদ্রগী মতৌগুম্না য়াম্না লুবা অমস্তুং ওনবা ওমদবনি।

শব্দ নত্রগা খোল্লোক অসি য়াম্না কূপ্পবা অমস্তুং পৌরবা মওং লৈ। পরা, পস্যান্তি অমস্তুং মধ্যম অসিনা অকুপ্পনি। মখোয় অসিদি সমুদ্রগুম্না লুনা অমস্তুং ওনবা ওমদনা লৈ। প্রনব-তগী হৌরক্লিবা বেদদা বেখরী শব্দ ওইনদা কে ওদোকই অমস্তুং ময়েক অমস্তুং ছন্দদা মশক উই। পর-দি প্রানদা কোওদোকই, পস্যান্তিন পূক্লীংদা কোওদোকই অদুগা মধ্যমনা ইন্দ্রিশিংদা কোওদোকই খোল্লোক্কী ইন্দ্রিদা তশেংন বাহৈ ওইনা কোওদোকদোরবা থাক অদুবু বৈখরী হায়না খঙৈ। তশেংনবা খোল্লোক্কদি বৈখরী কোওদোয়ক্লে, শক উংলে।

সম্পূর্ণ ওইরবা, অহোংবা নাইদ্রবা অমস্তুং শক্তিদা ওমখৈ নাইদ্রবা ঐনা জীবশিংগী থম্মোয়দা চঙহুনা লৈবনা শক্তি অমস্তুং পাঙ্গল হাপ্পনি অদুগা জীব খুদিংদা শব্দ নত্রগা ওম ওইনা, থয়াল মখোক্তা য়াওবা অকপ্পা লংজাগুম্না, যোগীশিংগী মংগী যোগ দর্শন্না উবনি।

মি অমনা থম্মোয়দগী ময়ারোমদা লংলা পুখোক্লগা মিয়াং শাগৎপগুম্না বেদগী রূপ লৌরিবা ভগবান হিরন্যগর্ভনা মাংগী পূক্লীং বেদ অসিবু ফাওহুনা লাক্লগা ওম নত্রগা প্রনব পুখোরকই, অদুগা ব্যঞ্জন ময়েক, স্বর ময়েক, হ-গী খোল্লোক তথায় ওইবা স্বর ময়েকা তিন্নরগা লম্বী লিশিং-লিশিং ফাংনা প্রনব-দগী কোও-দোরকই অদুগা মসিনা অওকপা খোল্লোক অমস্তুং লোল মরু

ওইবা ছন্দ মখোগা লোয়ননা কোঙদোরকই। মিনা মাগা দাং অদুবু অমুক মশাদা লৌশিনখিবগুম্না হীরন্যাগর্ভনা খোঙচৎ যুগ অমা লোইরম্বদা পোৎ পূম্নমকপু মঙোন্দা অমুক হন্না চিংশিনখি।

ছন্দ খর অদুদি মসিনি : গায়ত্রী, উষ্ণিক, অনুষ্টুপ, বৃহতী পঙ্‌ক্তি ত্রিস্তুপ, জগতী, অতিজগতী, অতিচণ্ডাস, অত্যাশতি অমস্তুং অতিবিরাট।

বেদ-দা ইরম্লিবা, ব্যাখান তৌরম্লিবা, শমজিন্না কোঙদোক-লম্লিবা, অমস্তুং খন্ন-নৈননবা খম্লিবা অসিগী অথূপ্পা অসি ঐ নত্তবা সংসারদা কনা অমত্তনা খঙদে।

বেদনা ঐবু পূজা তৌনবা নিয়ম থম্লমই। বেদনা ঐ শন্দোক্না তাকই। ঐবু মখল মখা কয়া থোক্না বর্ণন তৌই। মসিনা হায়রম্লীবা রাহৈ অদুবু লাল্লি হায়না কক্কদোরিবদুস্তু ঐনি। মসিনা পূম্নমক্কী অর্থনি। ঐবু মরু ওইনা লৌরিবা বেদশিংনা পুংবা চৎপা অমস্তুং ভেদ নাইবা হায়বসি করিস্তু লৈতবা মায়ানি অমস্তুং মায়াদগী থোকপনি হায়। মখোয়না অয়োইবদদি ভেদ পূম্নমকপু য়াদে অমস্তুং মখোয়গী কর্ম্ম তৌবা লেপ্পী

## তন্ত্র

উদ্ধবনা হায়রম্মী : হে ভগবান্‌, বিশ্ব-জগৎকী মবুংঙো। সংসার অসিদা ঋষিশিংনা তাক্লম্মা তন্ত্র মশীং কুম্নিপাল পীরম্মী, ঋষি খরনা তরামাথোই, মাপল, মঙা অমস্তুং অহুম পীরম্মী। ঋষিশিংনা তন্ত্র মশীং তোঙান-তোঙান্না পীরম্মী।

খরনা কুনতক্লাক্ল হায়, অতোপ্পা খরনা কুনথঙানি হায়; খরা অমনা ভয়েং, মাপল, তরুক, মরী, তরামাথোই, তরাতরেং, তরা তরাতরুক হায়নৈ অহুগা ঋষি খরা অমনা অমূর্তা তরাহুম দোইদমক হায়।

হে শিবা নাইত্রবা, তত্ত্ব মশাং তৌভান-তৌপ্তাম্না পীবদা ঋষিশিং অসিনা খল্লিবা কীরেপ অমম্বং অনীংবহু চানখিহুনা ঐতোন্দা তাকপীয়।

ভগবান্না হায়রম্মী: মাগী মাগী মীংয়েং মভুং ইম্না ভহু মশাং লেপ্লম্লিবা গুরু গুরুশিং অহুগী অনীংবা অমস্থং কীরেপ মভুং ইম্না পীরম্লিবা মশাং পূম্নমক চুমই। ঐগী মাগীগী যুক্তমবু লৌহনা ব্যাখান তৌনরিবা অমস্থং মীওইশিং অহুগীদমক্তা করম্বা নিয়মবু থম্বা ওইথোক্লোদবগে? (মশাংগী মরমদা থম্ন-নকুব। কায়দে। তত্ত্ব পূম্নমক অহু অমগা অমগা অহুম পুনশিন্নাখবনি। মরম অসিনা মসিগী নিয়ম অমস্থং মশাং তৌভান-তৌপ্তাম্না থঙনবনি। সংসার অসি মায়ানি। মরম অদুনা কনাগুম্বনা সংসার অসবু করিগুম্বা মথল অমগী মীংয়েং থম্লবা য়াই। মুংশিং মুংশা কীভ। মভুং ইম্না মরুভূমিবু ঈশিং ওইনা উকুবা অয়ান- বনি। অহুগুম্লবা মরুভূমিগী ঈশিংগী অকুবা, অথেনবা, পাক- চাউবগী মরমদা উঙনবা, ঈশিং অসিনা লৈপাকপু মর্রা য়াম্না লুনা চোংহনবা ওস্বগে হায়বনচিংবগী মরমদা ওঙন শক্লবা অয়েম্বনি)

একু অহুনা অতোপ্পা অহুগী পুক্কীং কিরেপ্প, থঙনখদি খয়নি-ঙাই থক লৈতে। অহুসা গুরু অহুনা অহংকার লৈরবা

অমস্তুং মাগী পুক্রীং অদু ঐগী মায়া শক্তিনা য়োমহনা থন্নবদি থম্ন-নৈনবা শোয়দনমক থোরক্লে। "নঙনা হায়রিবা অদু নত্তে। ঐনা হায়রিবা অসিনা অচুম্বনি"— থৌরম অসিদা থোরক্লিবা থেন-চৈনবা অসি নাম্মোকপদা য়াম্না লুরবা, ঐগী শক্তি সত্ত্ব, মজ অমস্তুং তম গুণননি।

শক্তি নত্রগা নিয়ম মথল-মথা কয়া পুনশিন্নরকপদগী থেন-চৈনবগী মচাক থোরক্লে হায়বদি নিয়ম কানন্ থৈনবা অসিনচিংবা। কনাগুম্বনা পুক্রীং ঈংথরবা (সম) অমস্তুং ইন্দ্রি খুদুম চল্লবা (দম) মতমদা মাম্নদবা থৈনবা পুম্নমক লৈথিব্রে অদুগা থন্নবা নত্রগা থেনবা অদুস্তু অদুম মাঙব্রে।

নিয়ম পুম্নমক ইয়া-য়ানদুনা তিনশিনব্রে-তোংনব্রে। মরম অদুবা মখোয়গী নৈনবা (সাংখ্যা) অদু কনাগুম্বা টিকাগার অমগী ভাবকা চানবা কার্য্য অমস্তুং কারণগা মরী লৈননা চঙশিনব্রে।

কার্য্য নত্রগা কারণ ওইরবস্তু তত্ত্ব অমগী মনুংদা তত্ত্ব পুম্নমক চঙদুনা লৈ। (চক্ষু, কি, লৈতেংগী পোং অসিনচিংবা কারণ ওইরিবা পোংশিং অসি কার্য্য ওইরিবা পোংশিং অদু অকুপ্পা মঙ'দা চঙদুনা লৈ (চক্ষু লৈখোমদগীনি, কি লংদগীনি, সনাগী লীক সনা হায়বা ধাতু অদুনি), অদুগা অমুক হন্না কারণ ওইরিবা পোং অদুদা য়ানশিন্দুনা লৈথি)।

গুরু কাওলুপ অমনা পীরম্বা তত্ত্ব থরগী মনুংদা অতোপ্পা গুরু থরনা পীবা তত্ত্ব অনী নত্রগা হেন্না য়াওরমগনি মাগী-মাগী কীরেপ মতুং-ইন্না গুরু অদুবা তত্ত্ব লিংথংলি। কায়গনা

কার্যাদা লৈনরীবা লম্বী থিরদা নত্রগা কার্য-কারণ নৈনবদা গুরু খুদিংমক্কী হৈ-শিংবা অমসুং তর্কশাস্ত্র মচুং-ইন্না তত্ত্ব মশীংশিং অদু মথং-মনাও নাইবা নত্রগা শন্দোক্লম্বা য়াই।

তত্ত্বশিং অসিগী কার্য্য অমসুং কারণ ওইনা মরী লৈনবশি' অমসুং মথোয়গী মশীং অসি গুরু গুরুচগী খোঙ্হোক শক্তি মচুং ইন্না খেন্নবা য়াই অমসুং অসিগুম্বা ফীবম খুদিংমকপু অচুম্বনি হায়না লৌগনি মরমদি তত্ত্ব খুদিংমক্ক' ব্যাখান অমমম য়াওরি।

মীওইবা হায়বা অসি অহৌব' নাইদবমখৈ অপণবা তম গুণনা ঈথিল পীচুনা লাক্লবনিনা মতাক্লা গুরু অমগী উপায় নত্তনা মশান'-মশাবু খঙজবা ( আত্মা সাক্ষাৎকার ) ঙমদে। ব্রহ্মা মশক খঙলবা গুরু অচুতনা আত্মাজ্ঞান পীবা ঙমগনি। অসিগুম্বা গুরু অসি জীবদগী তোপতেংপ্পা পরমাত্মানি। মরম অসিদগী গুরু খরনা তত্ত্ব মশীং কুনতরুক্নি হায়না লৌই।

গুরু খরা অমনা তত্ত্ব মশীং কুনমঙানি হায়না লৌই মরমদি পুরুষ ( আত্মা ) অমসুং ঈশ্বর অনীগী খেন্নবা শুপলে লৈতে। মথোয় অসিবু তোংঙানবা তত্ত্ব অনী ওইনা লৌবা চুমদে। জ্ঞান হায়বসিদি প্রকৃতিগী মগুণদগী ওইবনি।

প্রকৃতি হায়বসি প্রকৃতিদতা য়াওবা অদুগা আত্মাদদি য়াওদবা গুণ অদুগী পুক্নীংনী চাংনি। গুণশিং অদুদি সত্ত্ব, রজ অমসুং তমনি অদুগা মসিগী কার্য্যনা সংসার পালন, সৃষ্টি অমসুং সংহারনি।

জ্ঞান হায়বসি সত্ত্বগী পোত্থোক্নি, কর্ম্ম হায়বসিনা রজগী পোথোক্নি, অদুগা অপঙবা হায়বসিনা তমগী মচাক্নিনা মতম হায়বা অসি গুণবু লৈতাহন্দ্রিবা ঈশ্বর অহনি। স্বভাবনা স্থত্র নম্রগা মহৎ-তত্ত্বনি।

ঐনা হায়রিবা তত্ত্ব মাপল অসি পুরুষ, প্রকৃতি, মহৎ, (ব্যক্ত), অহঙ্কার, আকাশ, মুংশিং, মৈ ঈশিং অমস্থং লৈপাক্নি।

নাকোং, উনশা, মীৎ, নাতোন অমস্থং মহাও থঙবা অসিনা জ্ঞান ইন্দ্রি মঙানি; লৈ, খুং, খোঙ, ঈশিং-থোং অমস্থং শৌজ মঙা অসিনা কর্ম্ম ইন্দ্রিশিংনি। হে মুংশিরবা, পুক্নীংদি অনীমক্তা ওইবনি। মথোয়শিং অসিনা তত্ত্ব তয়ামাথোইনি।

খোঞ্জেল, শোকপা, মওং নম্রগা মচু, মহাও অমস্থং মনম মঙা অসিনা ইন্দ্রিনা খঙবা পোৎনি। বাহৈ, থবক, লেঙবা, মাংথোকপা অমস্থং মচা পোকপা অসিনা কর্ম্ম ইন্দ্রিগী মথৌনি।

সংসার অসি সৃষ্টি তৌরকপগী অহানবদা প্রকৃতিনা সত্ত্বনচিংবা গুণশিংগী মপুংদা কার্য্য অমস্থং কারণগী রূপ লৌহনা গুণ খুদিংদা চঙহনা লৈখি। অদুগা জ্ঞান লৈরবা পুরুষতি অহোংবা লৈতনা লৈখি। মহাক্না ইচব চয়া প্রকৃতিনা তৌরিবা কর্ম্মদা সাক্ষি ওইনা লৈখি।

পুরুষকী মীৎয়েংদগী শক্তিগা লোয়নরবা মহৎ তত্ত্ব অমস্থং অতৈ তত্ত্বশিং পীশিল্লে। প্রকৃতিনা ভেংবাং পীশিন্দুনা মথোয়

পুল্লপ পুনশিনখিহ্না সংসার শেমই সৃষ্টিগী থাক থূদিংদা থোংজানগী মপক ওইরবা পুরুষনা লমজিংই নত্রগা সৃষ্টি তৌবদা চঙগদবা শক্তি হাপচিল্লি।

গুরু খরনদি চঙদবা য়াদবা তত্ত্ব নত্রগা লেঙত্রবা মশীং অরেংতনি হায়না লৌই। মখোয় অহুদি অহৌবদগী লৈররবা আকাশ, লৈপাক, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, জীব অমসুং তাক্লিবা অমসুং তারিবা—থৌবু অমসুং থৌদাং য়ারিবা অনীমক্তী যুক্তম ওইরিবা পরমাত্মা অসিনি।

অমুকসু গুরু খরগী মীংয়েংদদি তত্ত্ব মখল তরুক্লি মহুদি মৈ, ঈশিং, নুংশিং, আকাশ, লৈপাক অহুগা হকচাং, সংসার অমসুং অতৈ পোৎলমশিং শেম্মীরিবা অহুগা মখোয়গী মনুংদসু চঙহ্না লৈথোক্লিবা পরমাত্মা অসিনি।

তত্ত্ব মশীং মরীনি হায়না পীরম্বদনা, তোঙান-তোঙানবা হকচাংদা চঙহ্না লৈরিবা আত্মাবু কুয়োম ওইনা য়োমহ্না লৈরিবা আত্মা, লৈপাক, ঈশিং অমসুং মৈ অসিদমক পীরম্মী। জগৎ অসি মরী অসিদগী পুথোকপনি। তত্ত্ব মশীং তরা-মাথোই ওইরবদি মৈ, ঈশিং, নুংশিং, আকাশ, লৈপাক অহুগা মীৎ, নাকোং, উনশা, নাতোন অমসুং মহাও থঙনবা ইন্দ্রি অহুগা আত্মা অসিনা কাগুলুপ ওই।

তত্ত্ব মশীং তরাতরেং পীরম্বদনা পঞ্চভূত মগী মৈ, ঈশিং, নুংশিং, আকাশ, লৈপাক অহুগা বিষয়া মগী হায়বদি থোক্লেল শোকপা, মওং নত্রগা মচু, মহাও অমসুং মনম অহুগা ইন্দ্রি মগা-নাকোং, উনশা, মিৎ, নাতোন অমসুং মহাওগী ইন্দ্রি অসিগী

মহাক্তা পূক্লীং অমস্তুং আত্মা য়াওশীল্লি। মশীং তরাতরুক্লি হায়না পীরস্বদনা মথক্তী অসিদা আত্মা মশামকপু পুক্লীংনি হায়না লৌহুনা অমত্তদা পুনশীনখি। পুক্লীং হায়বসি আত্মাগী মনুং চনগ্রে। তরাহুমদোইদমক পীরস্বদনা পঞ্চভূত মণ্ডা—মৈ, ঈশিং-নচিংবা, জ্ঞান ইন্দ্রি মণ্ডা, পূক্লীং অহুগা অনী লোম্নবা আত্মাবু জীব অমস্তুং পরমাত্মা খায়হুনা তরাহুমইদোই অসিনা তত্ত্ব শেমই।

তত্ত্ব মশীং তরামাথোইনি লেপ্লস্বনা আত্মা, পঞ্চভূত মণ্ডা, জ্ঞান ইন্দ্রি মণ্ডা পুম্না তরামাথোই অসিবু লৌশিল্লি।

তত্ত্ব মাপল পীরস্বদনা প্রকৃতি নিপাল মহুদি প্রকৃতি, মহৎ, অহঙ্কার অহুগা সূক্ষ্ম-ভূত মণ্ডা অমস্তুং পুরুষ মাপল অসিনা তত্ত্ব শেমই।

মতৌ অস্তুম তৌহুনা ঋষিশিংনা তত্ত্ব মশীং থানবদা তোঙান-তোঙানবা লম্বীদা লৌনরকই।

মত খুদিংমক চুমই। মসিগী মরম থরা লৈ। জ্ঞানীশিংনা হায়রম্বদা করিগুম্বা অরানবা য়াওরমখিগদ্রা?

— — —

## প্রকৃতি অমসুং পুরুষ

উদ্ধবনা হায়রম্মী : হে কৃষ্ণ, প্রকৃতি, অমসুং পুরুষ অনী অসি মহৌশাগী ওইনা খেন্নবা উরবসু মখোয়গী তোঙান-তোঙানদি লৈতবা মরম্না মখোয়গী খেন্নবহুদি থক উদে। প্রকৃতি (হকচাং) গী মনুংদা আত্মা লৈবহু উই অদুগা আত্মাগী মনুংদা প্রকৃতি লৈবহুসু উই।

হে পুণ্ডরীকাক্ষ (থম্বাল মানবা মীত্তা), অন্তরজামিন্ ভগবান, হে প্রকৃতিগী মবুংঙো, ইবুংঙো নঙনা চানবিহুনা ঐগী পুক্নীংদা য়াম্না চিংনরিবা অসি ইবুংঙো নঙগী হৈ-শিংলবা বিচারনা কোকহনবিয়ু। নঙগী থোজান্দগী মীওইবনা জ্ঞান ফংনৈ অদুগা নঙগী শক্তিদগী মখোয়গী জ্ঞান মাঙথি। মরম অসিনা ইবুংঙো নঙদনা নঙগী মায়াগী লম্বীবু খঙবনি--অতৈ কনানসু খঙবা ঙমদে।

ভগবান্না হায়রম্মী : মীনা হংঙমদ্রবা য়াহং হংবা! প্রকৃতি অমসুং পুরুষ তশেংনা খেন্নে। মখোয় অসি পুমতোপ তোপ্পবা লেঙদনা লৈবা মশক্তি। প্রকৃতিদি মথায় পান্দে অমসুং অওনবা নাইদে—অয়েপ্পনি। হকচাং অসি গুণ অহুমগী অওনবা রূপ্নি। জগৎ অসি গুণ অহুম অসিনা শেমগৎপনি-লিংখৎপনি। গুণ অহুম পূনশীনবনা জগৎ অসি পুথোকপনি। মসিদি অওনবা অহোংবা নাই। গুণ অহুম অসিগী থল-চাংদা অকায়বা থোরকপনা জগৎ সংসার অসি সৃষ্টি তৌই।

হে মুংশিরবা, গুণ অহুম্না পুন্নবা ঐগী মায়ানা গুণশিং অনিগী পরীংদা মশীং লাকঙমদ্রবা অওনবা অমম্নুং রাখল শেম্লকই। অওনবা নত্রগা জগৎ অসি মরোল অহুম থোকই মতুদি অধ্যাত্ম (হকচাংগা মরী লৈনবা), অধিদৈব (দেবতা-শিংগা মরী লৈনবা), অধিভূত (জীবশিংগা মরী লৈনবা)।

মীৎ নত্রগা উরিবা ইন্দ্রি অহু অধ্যাত্মনি, মচু নত্রগা মওং অহুনা অধিভূতনি, মুমিংকী মঙাল নত্রগা সূর্য্যদেব নত্রগা মুমিংনা অধিদৈবনি। মখোয়শিং অসি ফোঙদোক্নবা হোৎনবদা অমনা অমগী মতেং চঙনৈ। অহুগা অভিয়াদা থোক্লিবা মুমিংদি মনীং তৌনা লৈজে।

অহুগা অধিভূত-নচিংবা পুম্নমকপু থোকহল্লবগী মরম ওইরিবা (কার্য্য) আত্মা অসিদি মখোয় পুম্নমক্তগী তোঙাল্লি। অমুকম্নু মহাক্না (আত্মা) মহাকী মশাগী মঙান্দগী মঙাল পীরিবশিংদা মঙাল পীশিল্লি। অম্নুম তৌবনা ইন্দ্রিনা শোকল্লুবদা, তাল্লবদা, মহাও তংলুবদা, মনম নম্লুবদা অমম্নুং পুক্নীংদা ফাওরিবনি। উরশানা শোকপা অমম্নুং মুংশিংকা মরীনি, নাকোংনা শব্দ অমম্নুং অকাশকা মরীনি, লৈয়েংবা মহাও অমম্নুং বরুণগা মরীনি, নাতোম্না মনমপা অমম্নুং অশ্বীনগা মরীনি; পুক্নীংনা সঙ্কল্প অমম্নুং থা-গা মরীনি, বুদ্ধিনা বিচার অমম্নুং ব্রহ্মগা মরীনি, চিত্তনা নীংশিংবা অমম্নুং বসুদেবগা মরীনি, অহঙ্কারনা থেম্নবা লৈতনা মামবা অমম্নুং রুদ্রগা মরীনি।

গুণশিংনা খল-চাং মান্নদবদগী (অনেম অক্লাং নাইব অহোংবা অমা লাক্লিবা অসি মহৎ-তগী থোরকপনি অদু মসিগী কারণনা (মরম্না) প্রকৃতি অমস্তুং মরোল অহুম ওই অহঙ্কার ওইরকপনি মহুদি বৈকারিক, তমস অমস্তুং ইন্দ্রি মসিনা অপণবা তমগুণ ওইবা মায়া অমস্তু চিংনবা থোকহ সাত্ত্বিক্লা অধিদৈবনি, তামসিক্লা অধিভূতনি, রাজসিক্লা অধ্যাত্মি

আত্মা লৈ নত্রগা লৈতে হায়রবগী য়েংনবা-খংনবা, মান্নদবদগী য়েংনবা-খংনবা অসি আত্মাবু খঙদবদগী (অ সাক্ষাৎকার) থোকপদনি। মতৌ অস্তুম্না মসিগী যুক্ষম লৈত্র প্রযোগীগী আত্মাবু দর্শন তৌবদগী মমায় লৈথোকত্রবা মীওইশিং আত্মানা মাওংবা লৈতে।

